ꯂꯤꯀꯅꯕ-ꯒ

# শীংনবা - ১

(অহানবা)

ꯃꯅꯤ ꯃꯩꯀꯥꯝ, ꯂꯨꯀꯦꯔ
মনি মৈকাম, লুকের

ꯃꯤꯇꯀꯌꯩ-꯱

# শীংনবা- ১

(অহানবা)


*[illegible]*

মনি মৈকাম, লুকেব

# ꯇꯤꯃꯆꯕꯦ-꯲
*(A Manipuri Novel)*


**By** - ***Mani Meikam, Luker Maning Leikai***
***Imphal West - 1.***



First Published 2012

Publisher *Meikam ongbi Subadani Devi*
*on behalf of NOHAKHOL, Yurembam,*
*Imphal West, Manipur-795113*

Cover Design ***Mani Meikam***
Mobile No 9856809134

No of copies 500

Price Rs 150/-

ISBN 978-81-923221-8-6

---

**Printed at** *Robin Computer, Thaoroyam, 9862669503*

## কচ্চবা

মপোক লাংওন কযাদসু
ঙম্লবোইবা শিংবা পলেম লমনদি !
পোক্লবনা লাইবকোন্দা লাইবক্কী
ঙমজদ্রি হোৎনজবে কযাবক।
মীমান্নবা ঙমজদ্রবসু লাংওনশিগী
তমজনিংবনা হেনমনখি পলেমগীদমক
কচ্চবিদো ঙসিদি "শীংনবা।"
লৌশিনবীযু লৎনদনা খুদোলসি
চাম্লবনি কযাবক পিবাংনা হন্না
শেংলবা পূক্লীংগী চম্লবা লৈবাংনি।

*****

# নোহাখোলগী মাযকৈদগী

হৌজিক চাউখৎপগী পন্দুপ অমা য়ৌশিলক্লবা মতম্নি। অদুবু পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা সাস্তি, তংদু লৈতাদবা পুন্সি মবেলদি নোংমা নোংমগী অশুম হেনগৎলক্লি। মসিগী মবমদি ঐখোযগী ৱাখলদা অপীকপা ৱাখললোন খবা লৈবদগী অযাম্বনি। অসিগুম্বা অমমবা ৱাখললোন অসি সাহিত্যগী মঙালনা যৌশিল্লবা মতম তপ্পা তপ্পা কোকখিদুনা হাংলবা নোংমদোন অতিয়া মকোয়দা মশীং লাকঙমদ্রবা থৱানমীচাক কোটি কোটি ঈংনা চিক্লা লৈমিন্নবিবগুম মালেমদা ঐখোয তাইবঙ মীওইবা পুম্নমক যাম্না চীংলেম্না পুন্সি মবেল ফংলকখিগনি। মসিমক ঐগী থাজবনি।

নোহাখোলসু সাহিত্যগী লমদা শাংলবা মতমদগী থৌদাং অসি য়াদুনা লাকচবি। হৌজিক মণিপুব ইমাগী পাক চাউববা লোয়নসিল্লোনগী লৈকোন্দা অৱাৎপনা শকুক কযা ওইবি। অসিগুম্বা অৱাৎপা অসিদা ঙসিমক মনি মৈকাম নোহাখোলগীনা লাইবিক মশীং ১০৩ শুবা ওইগদৌবিবা মশাগীনা তকুক শুবা ওইগদৌবিবা নোবেল লাইবিক অসি হৌজিক থেংনবিবা মীওইবা ঐখোযগী চৎনবোলগী অশোযবা শোযনাইববশিংনা ৱানা পুন্সিবু তেমশিংনবিবা, মথৌনা মবিংজেল লৈববা লান্নীশিংনা কবম্না লৈবাক্কী সেবা তৌবিবা, মশাগী ওইজবা ফংনবা হোৎনবিবশিংনা কবম্না সমাজবু মাংহন্নবা হোৎনবি মমৈথংদা মখোযগী পন্থুং কবম্না ওইখি। অদুগা নুংশিববা মকুপ অমনা কদায ফাওবা অৱাবা খাংদুনা মহাক্কী মকুপকীদমক লেনখিবা অসিনচিংবা কযা । মতমগী অহোংবদা মমৌবু খনবদা চৎনবক্লিবা সমাজগী অহোংবা খবা মদুনা তুংদা পুবক্কদবশিং অসিনচিংবা কযা, যাম্না চন্নবা খুৎইদা ইজবা নোবেলশিংগী মবক্তুগী খবা তোঙানবা মওংগী লাইবিক অসি ঙসিদগী ময়ামগী মফমদা খুৎশিন্নজবি।

পাক চাউববা লোযনসিল্লোনগী লৈখন কয়াবু নুংনিা ঙাক শেনবীবিবা মতিক লৈববা লৈববী খ্বাই খিবীক্লা অৱাৎ অহেন যাওবম্বদা তাকপীবকপা পুম্নমকপু থাগৎচবি।

কুঞ্জো নিংঙোম্বম

প্রসিডেন্ট, নোহাখোল

যুবেম্বম

চৈচৎ ১৪।৮।২০১২

## চমলবা ৱাহৈ খবদং

তেল্লবা পুন্সি লম্বীদা নাপলগী মকমদা লেপ্তুনা মুক্রবিবা, তান্নবিবা লমজেল অপাম মীহৌবগী ৱাখলদা অমুকসু থমদুনা খেৎনবগী শম্বল ৱাংনা খা ধম্মগী লোলগী মসিবু মহৌশাবনে মীওইবা ! খুন্নাইসিগী মাইযোক্তা লেপ্তুনা অমুকসু ঈখেং পাম্বগী হৈনবী মসিবু লিচংলা মীওইবগী! জীব পুম্নমক্না কলকচবিবা তাইবঙ মপোক্লি। য়েংলমসি শাংলবা মিৎয়েং অমুক্তং সান্তীগী তোবর্বান্দা লেপ্তুনা লমদমসিদসু অওনবা সংসাব অমদা।

অওনবা অমদি পামজৈ মদুমক্না ইজখিবা ঐগী নোবেলনি "শীংনবা।" অহোংবা মতমসিগী অকনবা ঈবৈদা লুপথবক্লিবা চংনবী কযাবু হিংহনবদি পামজৈ অদুমকপু ঙমগদবদি মান্দবে ইথন্তনা, চিনগা খুৎকা মান্নদ্রবা খুনাইসিদা। নোক্লিংই উবগা পেন্না নোকচবা ঙমজদবা কপনিংই লাক্লবদা পনখৈ অৱাবগী খম থেংনা অদুসু ঙমজদে পাঙদবা ওইখিবনা অঙম্বা কযাশিগী মমাংদা কোকিল খোঞ্জেলদা মিপাযনববা, ৱাক্কী খোঞ্জেলদা হবাওনবিবা নিংথিজববা ইবৈবাক ইবমদমনি মণিপুব।

উজকুবা, থেংনজকুবা থৌদোক্লা যুমফম ওইদুনা শাগৎচখিবা ঐগী নোবেলনি। কনাবুসু তেমশিংনা ইজখিবদি নৎচদে। চুমথোকচবদুখক্তনি পামজবিবা অশোযবা মীওইবগী ৱাখলদা।

লোলযান চঙদনবদি হোৎনজবনি অদুবু মতমগী ঈবৈদা অবিবা ৱাবী লাইবিক মক নত্তবনা মমি খবদি তাখ্রে মসিগীদমক অপাবশিংনা অমদি লোযনসিল্লোনগী লৈখল কযাবু নুংশিনা ঙাক শেনবীবিবা মতিক মঙান লৈববা লৈববী খ্বাই খিবীক্লা অৱাৎ অহেন যাওবম্বদা তাকপিবক্লিবা পুম্নমকপু তবাম্না ওকচবগা লোযননা লাইবিক অসিগীদমক ৱাবীখিবা পুম্নমকপুসু নোল্লুক্লা ইকাযখুম্নবা উচ্চবি।

তাং ১২।৮।২০১২ ইং

*অইবা*

*মনি মৈকাম*

## অহানবা পন্দুপ

"হৈথবক্লে মৈশা কোবৌগী অকনবা, খাংনবে ওন্না থোইনা কালেন থা, তিনখ্রে ঈচেল অনীগী পিবাং হুমাং অৱাবগী।" লম্বীগী চিদায ওইবপ্না পীক্লবা ফম্বদমক চন্বা খাংপোকশঙ ৱানা শাবা অমদা মযামগা মীমান্নদ্রবা শোইনাইববা মবাযবক থীববা বিশ্ববজিৎ নুমিৎ খুদিংগী অযুক পুং ৭ তগী নুমিৎ যুংবা পুং ১২ নৎত্রগা পুং ১/২ ফাওবা মমাংদা পুখম মচা অমা থল্লগা ফমদুনা লৈবি। মহাক মথন্তা চৎথোক চৎশিন তৌজবা ঙমদে। লম্বী অচৎ অওকশিংনা মহাক্কী মতৌ অদু যেংবদা নুংঙাইতদুনা নুংশিবীবা কনানা লুপা মখায মমাংদা থল্লীবা পুখম মচা অদুদা থাদবীবম্মী। কবি হাযকগনি থাদবীবম্বা পৈশা অদু পুখমদা তাবগা চোংথোকখিবদা শোইনাইববা মখুৎ মচা অদুনা খুঞ্জিন্দুনা হাপচিঞ্জবা ঙমজদে। মীওই মপোক্তা পোক্লবনা অৱাবা তাইবংগী ঈপাক্তা ইবাক্লদুনা মথন্তা থম্মোযনুংদা তেংথাজবি "ঐহাক কবিগীদমক অশুক ৱাববা তাইবঙগী কলক মীহৌবতনা থল্লবা অচুম্বা মশক খংদ্রবা মতম অসিদা কনাগীদমক পোক্লীবা" শোযনাইববা ঐনা ঙহান মপোক্তা কবম্বা কন্ম তৌকদুনা অশুক ৱাববা মপোক্তা খোংদাবক্লীবা।

লম্বীদা চৎলিবর্শিংনা ঙাংনদুনা চৎলি "মীওইববু ঈশ্বরনা শেম্বীবকপদা হকচাং কযাৎশিংদা অমতং ৱাৎপদা পিবাংলক্তা পুন্সি চুপ্পা তেংথাদুনা লেননৈ। অদুবু মহাক্কীদি কযাৎ অমত্তা চুম্না পাম্বীবক্তে। অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা তাইবংগী মশক মচু ফজবা অকিবা অপাম নুংশি খংননবা মীৎস্না অনি মহাক্কীদি মমিংতা ওইনা পানবীবকই। মীশক শেংনা উজবা ঙমজদে। অচুমবা ফজবা ৱাহৈ নুংশিববা খোঞ্জেল তাবদা পূক্লীং হুববা শুব নুংশিববা মপাও অফ- ফত্তা ঙাংনবিবা লমদমদুগী লোল মবোল শেংনা ঙাংবা ঙমজদে। নুংশিববা মখোল পোম্বী চেক্লা কয়াগী, নুংশিববা শৈথা অফাওবা কলাকাব কয়াগী শৈহেক তাবা ঙমজদে, অকনবা ৱাহৈ খোনফম নত্তনা মহাক্কীদমক্তদি। মমাদা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ,

অতেনবা ব্রাহৈনা খঙহঞ্জবা খক্তনি পূক্লীংগী ব্রাবোল। ফজবা অথিবা অপাম্বা মীহৌবা ব্রাখল মহাক্কী লৈৰম্লোই মবমদি শোইনাইববা নাতোন, শোইনাইববা চিনবান, শোইনাইববা মখুৎ, পুম্নমক অব্রাৎপগী অব্রাৎপা ঙাকতনি।

মবক মবক্তা হৌনা হৌনা তেংথাদুনা ময়েক শেংজদ্রবা লৈযেংদুনা মা! মা! হাযদুনা কপ্লকই। অকনবা নুংশিৎ শিৎলকপদা লম্বীগী উফুল কযানা লৈচিলগী মপৈগুম মশক উদে মতমদুদসু শোল্লবী মমাবু কৌদুনা তেংথাবকই - "মা! মা! মা!"

নোংজু থানা লাকপদা হৈথবকই খংহৌদনা কুমগী নোং কনাবুসু তাক্লমদনা মতম অদুদনা কবম্না লেনলমগনি মহাক্কী পীক্লবা খাঙপোকশঙ মনুংদুদা। পূক্লীংদগী থোক্লককপা পিবাংনা লুপ্লবা মাযথোংনা পলেম অপোকপীবু কৌজবা নত্তনা - "মা! মা! মা!" মীওইবা হাযবসি মখল কযানি অমনা হাযবকই "অশুম্না ব্রানা হীংদুনা লৈগদবগী শকক ইথন্তা থাংনা থিঞ্জনদুনা শিজখিগদবনি।"

অদুবু থাংদু কবম্না পাইদুনা থিঞ্জবশিগে ? মথন্তা লৈমাযদা তাদুনা লৈবিবা পৈশা অদু ফাওবা খুনগৎপা ঙমদ্রবদা !

কনা অমনা নুংশিনা যেংলগা হাযবীবম্মী- "অবে বেতা ! নহাক খবা থুনা মুক্তি ফংজবা ওইযু ঐখোয নতৌ যেংবদা যাম্না ব্রাই যেংঙমদবে।"

মখোযনা তাকপীবম্মী হাযদুনা হেক্তা যাববা? জগৎপু শেম্বীবিবা যেংশিম্বীনবা লৈবিবঙে।

লম্বীদা চৎলিবশিংনা মহাকপু উবগা মচা মশুদা চুকুংগনি হাযদুনা মপা যৌবকপদা মাযখুম হাপ্লগা হেন্দোক্লখিবসু যাওবি। মশা ঙমদবদগী মবক মবক্তা মহাক্কী পীক্লবা খাঙপোকশঙ অদু ঈহাং হাংনা লৈবসু যাওই। মতম অদুদা পাঙ্গল শোল্লবী মমা মচা কপ্পা লাওনা মতম লেল্লি। কবি খনলমগনি ঙাইবদা ব্রাববা পুন্সিগী শাংলবা লম্বীগী চিদাযদা ফল্লদুনা মীওইবগী মশাদা ব্রাখল খবা খন্থবা ঙমজবকপদা মহাকপু শেম্বীবিবা মালিগী মশক ওইবা পলেম পম্থৌ অনিনা চাউববা আশা অমমম শাগৎতুনা হৈবাং লৈবাং চাবগুম হৈখোং লৈখোং শোমনৈ পুন্সিগীদমক অদুবু শোইনাইববা মহাক্কীদি শোম্বীনবসু লৈতবনিনা খংদে মহাক্কী পুন্সিগী লমথুংফম, লেল্লি শিবা ঙাইনা। মহাক্কী মল্লবা পীক্লবা খাঙপোকশং মচা অদুগী মনুংদা মদোম তবক ফল্লদুনা কুম্বী কালেন নাইদনা।

বসন্তগী অঙনবা অযুক্কী মতমনি। তোমচৌনা থেল্লাগাডীদা অঙম্বা পোৎ হোল্লুববা মতুংদা শুধিবনা মপা থবক হল্লকপা ঙাযদুনা লৈবম্বা উবকপদা মঙক্তা যেৎলম্বা খুদৈ গমশা অদু থাবীবগা ফমহন্দুনা শাববা কালেনগী মৈশালক্কুদা ইন্দুনা মপা মচা মযুম হল্লকই।

থোঙ্গাল য়ৌবগা মচানা চোংথদুনা ব্রাগী কেম্থোংশিং তপ্পা তপ্পা হাংদোকই। মপানা থেল্লাগাডী অদু ফল্লাংদা ঙাখৎলগা খুদৈ অদু কম্ভোকলম ইমুংদা চংলকই। থবক ব্রানা হলকপদা মচা অহলনা ফমুংদা নাহেদুনা লৈবম্বা অদুদা অশাওবনা লুতোন কাখৎখিবনা নোং খাকপগুম কল্লবা ব্রাহৈদা শোইনাইববা মচাদুদা চৈবকই-

- "তুমিন লৈযুকো মীফত্তা, মীওৎপা ! থবক ব্রানা হনলকপা অসিদা অব্রাবসু খবা খাংবা তম্মু। নোংঙানবগা হে, হে, নাহেদুনতা লৈ !"

মীওইবা কৌবনিনা পুক্লীংদা ব্রাবৌবা ফাওই অদুবু মপাগী চৈফু কিজবনা তুমিন্না ঙহাক লৈথোক্কুনা অব্রা মৈচাক খাংই। মপানা মচা নাদুনা হীপচবিবা অদুদা শাউনা চৈবা হৌবকই-

- "মসিদা শিজখ্রবদি খবসু ফগদবনে। খুবৌ ওইনা থাংলদুনা ঐখোয পুম্নমকপু অব্রাবা পীদুনা লৈবে। হৌগৎলো চৎলো নঙগী খাংপোকশঙদুদা নাহেকচো থবক ব্রানা হল্লকপা অসিদা নাহেগনু তানিংদে।"

পীক্লবা মচানুপা অদুনা ময়াম্বগী মনাক্তা চৎশিন্দুনা যেংলম্মী অদুগা মহাক্লা মপাগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা মযাম্বা শাওনা মখা চিকতুনা অনাবা খাংহৌই হাযবা মপাদা পীক্লবা মখুৎ মচা অদুনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা তম্লকই। মপানা ব্রানা হল্লকপনে নুংশাগী মৈশাদুনা কনখৎলকপনে মঙক্তা য়াল্লিবা খুদৈ অদু লৌথোক্লগা মমায মমিৎতা চেম্থবকলিবা হ্মাংশিং অদু তৈথোক্লগা হাযবকই

- "খংদবে ! হে ঈশ্বব ! ঐগী লাইবক ! অফবা ইচা অমত্তা পোক্তে। নহান মপোক্তা কবি পাপ তৌকবনা শোইনাইবা ইচা ঙাক্তা পোক্লিবা।" অমুক মহাক্কী নুপীদা ওনশিন্দুনা হংলকই-

- "মমা নচানুপিদি হলক্ত্রিববা? মমান্নবদি স্কুল ছুতি থাবে হাযদুনা লোযনা হন্নহৌবে।"

মতম অদুদা ঈকজবা কাবকপগী মপান্দগী মমা কৌবদুনা হংলকই -

- "ইমা ! পাপা হলক্লববা ? ঙসিদি থেংঙি।"

মমানা খুমদ্রিঙৈ মপানা হবাওনা খুন্নকই -

- "ইবেম্মা নপা হলক্লে নঙবু ইকজকবিববো।"

- "অহোয পাপা।"

মপান্দা থোক্লক্লুনা মচানুপীবু নুংশিনা চুপ্পীবগা হাযবকই - "ব্রা ! ইচাদি ধর্ম্ম, কর্ম্ম যাম্না খঙগদৌবি। লাকপদা বৃন্দাদেবী মখোংদা ব্রাই তৈথোক্লগা লৈ মনা অমতা ওইববসু কৎলমই। লাইবকনেনা মচা পীশক অসিদা চন্দন ওইনা পীতক্লা থীন্দুনা ঈশিং খুজাই অথনবশিগা কাবক্লিবসে, ইচাদনিকো নপানা থাগৎকগদবা ! খংদবে, ইচাশিংগী লাইবকশি ইম্বোক্লা থিনা তম্বীবম্মী।

- "পাপা নুংঙাইবা পাউ অমা তম্বীযুবা ?"

- "কবিনো তম্মু তাশিনে।"

- "অদুবুবো ঙসিদি ঐখোয স্কুলদা ডাক্তব অচৌবা- মচা, নর্সনচিংবা মযাম অমা লাক্লমইনেবা অদো মখোযনা ঐগী খোঙশি হেক উবগা কৌশিন্দুনা যেংবীবা ।"

- "অদুদা কবি হাযবমই তম্মু ইপাদা তাসিনে ?"

- "ইবেম্মা ! নঙ কনাগী মচানো হাযদুনা হান্না হংলকই।"

- "অদুদা নঙনা তোমচৌ কুলিগী মচানি হাযদনা খুমদবো?"

- "ঐখোয পাপাসিদি ? পাউ তমগদৌবগা ইতন হেক তনশিনলকই।"

- "হোয হোয হাযজববোয।"

- "ঐখোয পাপাগী মমিং তোমচৌ কৌই, ইমাগী মমিংনা শুববালা কৌই ! ঐগী ইমিংনা বানীবালা দেবী।"

- "অদুদগীদি।"

- "অদুদগীদি পাপা ঐবু ফান্দা ফমহল্লগা মখোযগী খুৎশু খুৎলায মযাম পুথোক্লগা ঐগী খোঙশে পাইবও মেৎপও যন্ত্র থান্দুনা ঙাইহাক যেংউবগা...।"

- "কবি হায়বকইবা ?"

- "মখোয মশেল ঙাংনখিবদা পাপা ঐগী খোঙশে য়েংবদা ফগদবা মাল্লি, আশা লৈ হায়বমই।"

- "মখাদি ?"

- "মখোযনা হায়বম্বদুবু এক্সবে লৌবগা ওপবেসন মচা অমা তৌথোক্লবদি শোইদনা ফবকপা য়াবগী চান্স লৈ হাযবম্বনি ঐখোয়গী মেদাম মেমচাদা। ঐগী ইমিং লৈফম লোইনা ইদুনা পুখিয়ে পাপা ?"

ব্রাফমদু তাবদা মপানা মক লুকথখিবমই। মদু উবদা মচানুপীনা চিংনবা অমা ফাওবদুনা হংলকই-

- "পাপা কৈদৌববগে, ঐগী ব্রা তাবদা তুমিন্না লৈববদি ?"

- "খংদ্রেদা ইবেম্মা নপাসু ইচাশিংনা শোইনাইদুনা লৈবসি উবগা নুংঙাইবদি নত্তে। ফহন্নীংইবনি অদুদা পৈশা চংগদবদো অদুগী ব্রানি।"

- "মচানুপীনা খংহৌদনা মপাগী অব্রাবা উবগা মিৎলু নাপোম অনিদগী পিবাং খংহৌদনা শিন্থবকপা উবদা মপানা মচাগী মবুক খংলদুনা পূক্লীংদা চৈথেংদু ফাওজববসু মপাল থোংদা নোক্লদুনা মচাগী শিন্থবক্লিবা পিবাং অদু মওক্তা যাল্লিবা খুদৈ অদুনা তপনা তৈথোকপীবগা হাযবকই।"

- "এ ইপানা ফাগি তৌবগা। যেংগনি চাবা চাদবা নপা লৈবিবসিদি নপা নাবী- য়েকপীদবা ঈশ্বব খুকমউ নপা পৈশা যাম্না তানগে অদুগা ইচাগী অনাবা, নওগী তামোগী অনাবা, ননাউগী অনাবা লোইনমক যেংগদবনি।"

মতমদুদা ইমুংদগী মমানা হাযবকই-

- "ইবেম্মা নপাদো চাইথবীকবোযো ননাওগা, চাক লোইশিল্লক্লে।"

তোমচৌনা মচাগী মনাক্তগী হৌগৎলগা হাযবকই -

- "চৎলো ইবেম্মা নপাগী ঈকজবগা হোংদোক্লবা খুদৈদু লৌথোক্লগা মাঙ্গোল অসিদা থনম্মু। ঙসায় মখৈ ঙাযবদা ব্রাজববা মচা অতোনবা শুধিবনা মপানা হৌগৎলকপদা হবাওদুনা পুখ্রি তম্না চেনখবে।"

মপানা হাযবকই-

- "ইবুংঙো ফদি শাপন য়াওবক্লববো ?"

- "মচানা মখুৎ থাঙ্গৎলগা উৎলদুনা ঈঙ্গিৎতা হায়বকই- উম! উম পুবে- য়াওবে!"

*****

# অনিশুবা পন্দুপ

পীক্লবা পুখ্রি মচানি। মপাল অকোযবদা লৈবাং শানাবৈনা পবেং হৌদুনা শাৎলি। লৈকায অদুদা অতৈ পুখ্রি লৈনদবনা পুখ্রি অসিদগী থক্লবা চান্নবা পুম্নমক্লা শিজিন্নদুনা লাক্লি। বানিবালা স্কুল হল্লকপদা মমান্নবী অমনা থম্বাল পাম্বী চাবা অমা পীবকই হাযদুনা মৌপ্পা শুধিবগা পুখ্রিদা কুমদুনা থম্বাল চাবা অদু অথেনবা যেংলগা থাননবা হোৎনবমই। পুখ্রি অদুদি নোংজুথা লাকখিবগী ঈশিংগী ঈমায ব্রাংখৎনা লৈবম্বনা বানিবালা থম্বাল পাম্বী চাবা অদুগা হেক কুমথকুবগা অদুম ইবাক্লবা হৌখবে। পীক্লবা মখুৎ মচা অদুনা থোংগ্রা অদু লাম্নবা ফনা হোৎনববসু ইবোইবা হৈতবনা অৱাবা ওইশিল্লক্লে। মহাক্কী মতৌ অদু উবকপদা মৌপ্পা শুধিব মচেগী মনাক্তা মহাক্লা পাইবিবা ফদি অদু থোঙ্গ্রাদগী ইবাক্লবিবা মচেগী মাযগৈ তম্না হুন্দুনা চিংলমই। অৱাবদি মচেনা লুমবা হেনখিবনা শুধিবসু খুদৈ অদু চিংবদা য়াওবক্তুনা ইবাকমিন্নবে।

"ঈবাক্লববা মীনা ঈকা অমাফাওবা লামই" হাযবগুম খুদৈ অদুবু লামই, অমনা থোঙ্গ্রাবু লামই। উপায লৈতবে থকপা যাবা ঈশিং থক্লদুনা তপ্পা তপ্পা লুপথবা হৌবক্লে। মমানা যুমগী থবক লোইশিল্লক্লগা থক্লবা ঈশিং খজিক্তা শোকলুখিগে হাযদুনা লাকপদা ঈবাক্লদুনা লৈবল্লবা মচা অনিগী কুম্মৈ পুখ্রি অদুদা উবা ফংলে।

নুপী ওইজববসু লৌশিং লৈবী মমা ওইবনা খুদক্তা পোলাংখোক লৌকুবগা কুমথদুনা পোলাংখোক অদুগী মতেংনা অনিমক লৌখৎলে। থকখ্রিবা ঈশিং লৌথোক্লবা মচা অনিবু উপহল্লগা অঙস্বদা থম্লদুনা মনঙ্গলদা তপ্পা তপ্পা নম্বীদুনা থকচিনখ্রবা ঈশিং পুম্নমক লৌথোকপীবে। তপ্পা তপ্পা মচিন চুপ্পিদুনা মচেবু নুংশিৎ কামশিনবীবদা শ্বব তপ্পা তপ্পা হোল্লক্তুনা খুদাংগী মীহুন ফাওবক্লে।

হৌজিক শুববালাগী মচা অনিনা হিংগদবা মওং উবকপদা ৱাজবম্বা থৱায অদু নে তাবে, শ্বোব চনিং তানা হোম্নুজবে। থোঙ্গ্রাদা কুমথবদুনা

মোংলম্বা ফিবোল শু- চামথোক্লে, মচেনা মনমদা কোলহল্লে মনাওনা মথাদা পম্বীবদুনা মযুম য়ৌনা পুশিনখবে। অকংবা ফি-বোল হোংদোকপীদুনা ফমুংদা হিপথহল্লে। অবৈবা পৈশা খবা পুবগা অনকপা দুকান্দা থোক্লক্তুনা মচা অনিগী চাননবা বেসকুট কবোক লৈবীবমই। চোকথববা মচিন মৌপ্পা মমানা পুবকপা অচাপোৎশিংদু মযাদা তাবদা অৱাবা পুন্বা কাউখবে। হান্নগুম ৱাবী- ৱাতায শান্নবা যাবে। মমানা মচা অনিদা পুখ্রিদা তাখিবগী মবম হংলকই -

- "ইবুংঙো নখোযদি পুখ্রিদা কবিগী চৎলিবা ?"

ৱা ঙাংদনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ মচেদা তৌবকই। মচেনা খুন্নকই - "ইমান্নবীনা থম্বাল চাবা অমা পুবকই। মদু থাগে হাযবদুনা কুমথরুবদা ঈশিং চাওবম্বগা অদুম লুপথখ্রবা।"

মমানা শাওনা হাযবকই - "শিবু শিদেযে, পুখ্রিনেনা মযাম চানবা হাযদুনা হাকুমদা লুনা তৌথোকখিদু নমিৎ অবাওবা অনিদুনা উখিবনেবা অদুবু ইবোযবসু হৈতবী নহাক্না থম্বাল চাবা থাগনি হাযদুনা কুমথৈ অদুগা পঙলবা নৌপ্পা অসিবুসু চিংথদুনা ইবাক্লদুনা লৈবম্মীনে। উমা ঙসিদি ঙসি ওইখবে হযেং মতুং মনাও ঙসিগী থৌদোক অসিগুম্বা অমুক হন্না থেংনববা নমাবু ফত্তে হাযগনুকো, উববসু উশিন্নববোইদবনি।"

মতম অদুদা মবুং বিশ্ববজিৎনা নুমিদাংৱাযবম ওইবকপগী মহাকপু লৌশিনবীনবা লম্বীগী চীদাযদা নুংথিল চুপ্পা ফম্বদা চোকথববা থৱাযনা তেংথাবদুনা মমাবু কৌবকই - "মা! মা! মা!"

লম্বী চৎপা মহাকপু নুংশিবীবা কনানা মহাক্না কৌবদু তামলক্রুবদুদা মযুমগী থোঙ্গাল মনাক্তা চংশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নচাশে মযুম চংনিংলবা মালে। লৌশিনবীবো কৌবদা লোযবে।"

মমানা তাবগা খুমহৌই - "অহোয ইমাশি । তাজবে!"

মমা হৌগৎতুনা মপাল থোক্লপদা কোবৌ মযুম চংখিবন্নে। ঙঙ্গান্নবা নোংজাবীনা মহুৎশিন মম্মগদবা মলেমবু ঙাইহাক মঙাল পীদুনা তেংবাংবীবমই। নুংথিলগী মতমদা নুংশাগী মৈশা কনবনা অৱাবা ওইনরুববা তাইবং মীওইবা শাববা কোবৌনা হেক লৈথখিবগা "নোং হাংখিবদা হাংলবা মালংদা পাইদুনা শান্নজবগুম হবাওজববা মুকগ্রুবীনা শঙ্গু শঙ্গু পাইদুনা চাউববা

লম্বীদু থন্না লাকপগা- চংখিবগা ইনখৎলকলিবা লৈশাবী পাখঙ, মৌনহা, হনুবী জুবা জুবানা মচা মশুশিংগা অশেংবা নুংশিৎ ফংনবা, অহাংবা লম্মাং থীবক্লি ঙসিমক পোত্থানবা। নুংশাগী মৈশা হৈনদবা পোম্বী চেক্লাশিংসু কোবৌ ময়ুম চংখিবগা মচিঞ্জাক থীনবা শঙ্গু শঙ্গু হাংলবা অতিযা থন্না পাইবা হৌবক্লে।

নুংথিলগী পোম্বী- চেক্লাশিংনা মহুম মোংবা মবালয়াই পাংনবক্লী অহিংগী পোম্বী চেক্লাচাশিংনা মচিঞ্জাক থীনবা কোইনা শঙ্গু শঙ্গু পাইথোক্লবক্লী শংবান্নবা অতিযা মকোযদা।

ঙসায়মখৈ অমুক হিপই, অমুক চেপ্পী, অমুক ফমই নুংথিল চুপ্পা পৈশা খবা ফংনবা পাক্লবা খাংপোক মনুংদা লৈকৃবা শুধিব অমুকসু কৌবক্লি। মহাকপু লৌশিনবীনবা- "মা! মা! মা!"

মমানা হৌনা খুম্লকই - "ইবুংঙো লাক্লে লাক্লে। লমহেনবী নচলগা ননাওগসে চা লোল্লগা পীথক্লবা হোৎবিবা।

মমাগী খোঞ্জেলদি তাবা ঙমদবনিনা অমুকসু কৌবক্লি - "মা! মা! মা! লা! লা! আ!"

মমা মচাশিংবু চা পীথক্লম্লগা থোক্লকই। মচাগী মনঙ্গলদা খুবাক্লা থাবগা হাযবকই - "মসি অঙাংসিদি শ্বোবকা হেক হোন্দবা মখৈ কৌই। উম! হৌগৎলু তপ্পা। ঙসিগী পৈশানা কযাম তাববা পুখমদগী পৈশা অদুগা মহাক্লা ফম্লীবা বোবা মখাদা থম্লিবা পৈশাশিং মমানা পুল্লপ খোমজিল্লগা মহাক্লী ফিজিদা হাপচিন্দুনা পুনশিল্লমই। মচাবু চৈঙাক পীবগা তপ্পা হৌগৎহন্দুনা মহৌশাগুম মমা মচা লেঙ্গোলনদুনা ময়ুম য়ৌনবা তপ্পা তপ্পা চংখিবমই।

মচাবু ফম্মুংদা ফমথহল্লমই। মুৎশিববা থাউমৈ পোদোনগী মনাক্তা মচানুপা শুধিবনা তাল্লকপা পৈশাশিং ফিজিদগী কিশি থোক্তুনা পৈশা মশিং থিবি। লুপা ৫ চৎপীনা তোঙান্না থমই। লুপা ২ চৎপীনা তোঙান্না থমই। লুপা ১০ চৎপীনা তোঙান্না থমই। লুপা চান্দী- মখায চৎপীশিংসু তোঙান- তোঙান থম্লগা মশিং থীবা হৌবকই। মমাগী মতৌদু যেংবদা নুংঙাইত্রবী বানিবালা ফমুংদগী তপ্পা কুমথবক্তুনা মমাগী মহুৎশিন্দুনা পৈশা মশিং থীবমই। পুন্না লুপা ৫০ তাবে। পৈশা মশীং থিমিন্নবিবা মমানা মচানুপীদা হংলকই-

- "ইবেম্মা ঙসিগী কয়া তাবে?"

- কান্নবে নবুংসে শোইনাইববসু নোংমদা ফম্না ফম্না লুপা ৫০ দগী তাদনা পুশিলকই। নপানা ঙসায় অয়ুক চাকঙন চাবদগী নুংশা মবক্তা থেল্লা গাড়ী ইল্লুবদুনা শুপ্নগী লুপা ৫০ খক্তং পুশিল্লকই। মতাংদুদা বানিবালা (মচানুপীনা) খুন্নকই,

- "ইমা অদুবুদি পাবনা থকচিন্দুনা পুশিলক্তবনি। হৌজিক্কী মতমদা লুপা ১০ নত্রবদি থেল্লাগাড়ী অমত্তা অশুব্রায় ফাওবদং চৎলুশি হায়বা ফাওবা যাদবনে।"

- "উম! চুমই! ইবেম্মা! থক্লবনিনা চাবসু শোযদনা যাওবমগনি। খংদ্রে নমানা হায়বদি ব্রাহে অমা ফাওবা মনাদা হাপ্লীদে ইচানা হায়ববদি শোযদনা যাগনি। হুবেল হলকপদা খবা হায়যুকো ইবেম্মা।"

- "অহোয ইমা, ঐ হায়জগে।"

ঙসি ফাওবদা যু থকপদগী মী ওইখিবা অমতা য়াওখিদ্রি। মদুগী মহুত্তা চহি নৌনা শিখিবা ঙাক্তনি ইবেম্মা। মচা অতোম্বদা ওনশিন্দুনা হংলকই-

- "ইচাতোম্বা নঙদি কবি খল্লী নপাদৌনা হযেং চাউবগা যু থক্নুনা জুব্রাব শান্নগদবো হা ?"

মচাতোম্বা (বুবু/শুধিব) না মচিন্না ঙাংবদি ঙমজদা মখুৎনা ঈঙ্গিৎতা তৌবদুনা খুন্নকই-

- "ইমা ঐদি কবিসু চাজবোই, জুব্রাবসু শান্নজবোয।"

"অদুদি কবি তৌগনি হা ?"

মচানুপা শুধিবনা মমাদা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই-

- "থবক য়াম্না শুবগা পৈশা যাম্না তানগনি অদুগা গাডী অচৌবা লৈগনি। গাডী অদুদা ইমা-পাবা, ইচে-তাচৌ পুন্না হাপচিন্দুনা তোংমিন্নবগা আ থা লৈবাক্তসু য়ৌনা কোইকগনি।"

- মচে অমসুং মমানা হৌনা নোক্লগা হাযবকই-

ব্রা! ইচাগী ব্রাখল ফাওবদি য়াই হায়। গাডী বসনবু থা লৈবাক য়ৌনা য়ৌগৎলবদি নুমিৎকশে মনিংলোমদগী থোক্লকদবা হেক মালশিল্লকই।

মচেনা হায়বকই - ইমা মাগীশে বস হায়বা ওইবল্লেই বোকেৎ হাযবা ওইবমগনি। নত্তবো শুধিব ?

মঙক নোম্নদুনা খুন্নকই - "উম! হা! হা! নেং!"

মমানা নোক্লগা মখা তাবকই - "উম' থৌবনি নবোলসু থোক্তবা নঙনা পুবগনিকো কোইবা নপা য়ুঙাওবা, নমা লাইববী, নয়াম্বা শোনাইববা, নচে খোংশেকপী পুম্লমক।"

মমাগী ম্রাহৈদুদা খোইদৌ শিক্লা শাওনিংলবা শুধিব মপাগী ফম্মুংদগী কুমথবক্লগা মমাগী মকোক্তা, মনঙ্গলদা মখুৎ মচাদুনা খুৎতুম তাশিল্লগা শুবদুনা ফুবমই। উপায় লৈত্রবী মমানা নোক্লগা লাওবকই।

- "হো লৈকায়-লৈকায়, মচা লমহেনবনা মমা লায়ববী হাৎকদবগী ফুবে খবা কম্বীবো খবা কম্বীবো ?"

মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবী মচেনা চেনশিল্লক্তুনা মৌপ্বাদু কোম্দুনা খামদোকই। অশাউবনা হেল্লবা মচিং ফত্তবগী হৌনবা মচেদা অমুক ওনশিন্দুনা মশম ফোয়বীবমই।

ঙসায় মখৈ ফাগী ওইনা নোকচবম্বা মমা মচানুপীগী মকোক্তগী মশম মখুৎ মচাদুনা পাইদুনা হাইবা উবকপদা শাওবদুনা মখুৎ অচৌবদুনা মচা অতোনবা বুবুগী মনঙ্গল মচাদুদা দম দম লাউনা থাবদুনা খৎনবা খাল্লকই।

- "থাদোকউনে হিংচাবা' নচেগী মশমদো। মকোক চিক্তুনা হযেং স্কুল কাবা ঙমদবা তাবেনে হিংচাবা!"

চৈনা ফংলবা অঙাং ওইবনিনা মচেগী মশম পাইবম্বদু থাদোক্লগা নোং খোংবগুম মপাগী ফমুংদা কাখৎলগা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা লৈখি। মমানা ঙাংলি-

- "নপা লাকখিশনু তাকথোক্কে অদুগা অমুক ফুহনগে। মসি হাযনা তান্নবদা য়াবোইদৌবিবা মচানিনে। য়েংউ মচেগী মশম কযা যাম্না ফোইদৎপীবিবনোনে শে। মসি চাক্কা অমত্তা পীজবোইকো যেংউদনা ঙসিদি।"

মচেসু কপ্লি ফম্মাংদা ' মমানা মশম শেমজিনবিবি অদুগা থেল্লি।

- "ইবেম্মা ইচাশিদি তোক্লোশে। মামা চাক থোংদোকপীবগে নপা শৌবাদো লাক্লগা অমুক মৈ হৈববগনি। চৎলো লাইবিক খাউ লৌথোকউবো লাইবিক ঔবাইহৌবো। ঙসিদি নমানা ঐখোয় চক ইকুদা চকয়েন অচৌবা মঙা শাৎলমদুনা হেক্লকপনি মদুদা অলু অনৌবা অচৌবা মবিশি চাওতক চাওতক শোইজিল্লগা হাওনা থাউকা ঙৌদুনা থোংবীগদৌবিবনি। ইচাদি মবম ওকপীনি হয়েং চাউবগা অফাওবা ডোক্তব ওইহনগদৌবিবনি। নঙগী তামোচৌনা নুমিৎ খুদিংগী

মচল্লগীনি হায়দুনা লুপা ১০।১০ সু মহাক্কী শেনফুন্দা তুংশিনবীবিবনি। হয়েংদগীদি নপানা ফংলকপা পৈশাদগীসু লুপা ৫।৫ ইচাগী মমিংদা ডোক্তব তম্নবা তুংশিনব হৌবগদবনি। মমাগী নুংশিববা ৱাহৈদু তাবদা নাবম্না চৈনাখোল হম্মুদুনা লাইবিক ঔবাইবা হৌখি। মমা শুববলা হৌগৎতুনা মচা অচৌবগী মনাক্তা চংশিনলকই।” অদুগা তপ্না হংলমই - “ইবুংঙো নঙদি নশা থোইদোকপা অনা অয়েক মপাল থোক্লীংবা লৈতবা নত্তবো নমা চাক থোংঙুবগে।”

মবোল থোক্তবসু মিং তাংলবসু মখুৎ মখোঙ য়াজদ্রবসু মীওইবা ওইনা তাইবংলক্তা তিল্লবনিনা অবাম খৌবাংবা, অৱা নুংঙাইবা পুম্নমক কান্নদ্রবা দিহেনা পঙলবী মমাগী মফমদদি ইবাই লাইনা ৱাহৈনা ময়েক শেংনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবসু পূক্লীংগী অপাম্বা অবাম খৌবাংবদি ঈঙ্গিৎতা ফোংদোকপা ঙমই। মমা ওইবীনসু পোকপদগী লোয়নবকপনিনা ইবায় লায়না মচাগী অনিংবা-অপাম্বা খংবা ঙমই। হৌগৎলকপদা মমাগী ফিজি য়ান্দুনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই- “ঐহাক ঈশিং খজিক্তা থকচগে।”

মমানা হায়বকই - “হয়! হৌজিক ঈশিং থকচিল্লবদি হুবেল চাক যাম্না চাবা য়াববোয খাংঙো।”

মমানা হায়বদি খোঙ্গেলগা কোন্ননা হাযবনিনা লাইবিক ঔবাইবগে হোৎনবীবী মচানুপী বানিবালানা তাবদুনা মমাদা হায়বকই-

- “ইমা তামোচৌনা হায়বিবদু ঈশিং থক্কে হায়বা নত্তবা ?”

- “হোযনে নুমিৎ তাবকপসিদা লোকথুংনবা হুবেল চাক চানিংবা পোক্তনবা।”

- “ইমা পীথকও কবিসু তৌবোইএ। ঐখোয় মেডাম্না হায়বিবা মী অমনা ঈশিং যামদ্রবদা লিটব মবি। মঙা অশাবা মতমদা থকপদা অকায়বা লৈতে হায়।”

- “খংজদবে ইবেম্মা নখোয়না চাওখলকপশিদি জাৎ জাৎনি তাবিবা? ঐখোয়না নুমিৎ থাবু লাযনি হাযদুনা ঈবাৎ পুজা নুমিৎ খুদিংগী তৌজবি অদুগা নখোয লায়বিক হৈবশিংনা অশুক লাপগ্রবা থাদবু চৎতুনা খুন্দা লৈতান্নবা কন্না হোৎনবি হায়। ওইসু য়াবোইদবদা।”

- “অচুম্বনে ইমা মতমসে বিজ্ঞানগী যুগনি।”

- “অদু ওইববদি কৈদৌবি ঈশিং হাযবদু পুন্দা য়োক্লিবদু কন্দুনা পুবিবকপা য়াদবো নঙদি ঙাংবদনিনে ফবিবা।”

- "ইমা হয়েংদি ঐখোয় পুনশে শেংদোক্তবা য়াদ্রবনি কাং মকম য়ামনা কোক্লমগনি। কাং শঙ্গু অমা পাইথোক্লককই।"

- "উম অদু য়ৌশিল্লক্লবদি নৱা লৌদবেকো। ঐনা ঙবাংতা শেংনা তেংথোক্লগা ঈশিং অকব্বা কোঁফু অমা হৈজিনবতা ঙাইবিবনি। কদায়দগী কাংনা ঙসি মকম কোকশিনগদৌবিবনো হা।"

- "খংদে কাং পাইথোবকই।"

- "নংশুনে লাইবিক খবা তমহনলুবশিদা পেং চোইববা খংদ্রে। কদায় গীলাসতো পীবকউ। মচাদা ঈশিং পীথকই অদুগা অমুক মখা তাবকই।"

- "উম! য়াববা ?"

- "মচানা যাবে হাযনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই।"

- "কবিগুম্বা হযেং লোক থুংদুনা খোংবা হৌবক্লবা নপা তাকথোক্তুনা ফুহনগদবনি। চৎলো লাইবিক হৈবী ইবেম্মা।"

*****

# অহুমশুবা পন্দূপ

লাকপদা লমতাগী যাওশঙনা মালেমদা হৈথবে মখল কযাগী মচু নুংশিনবগী কাওখিনবা খেৎনবা ৱাখল, লোল ধর্ম্মগী ইবৈবাক মীবৈবাক্কী মল্লবা খুববা মিৎযেং নীংশিংনবা ঐখোয় বীওইবনি ঈচেল অমত্তনি। লৈতা- লাযব পুন্নমক অমতা ওইনা উবে ঙসিদি। মচু মচুগী ঈপাক্তা ইবোইদুনা মচি মচিদা অবেব হৈনবী মহি হৈনবি। নিম, পাউদব, অঙাংবা, অশংবা মখল কযানি ঙসিগী হোল্লি। মশক খংদবে অমনা অমবু খোঞ্জেলদা খংই মহাক কনানো ? মবোল লৌনবা যাদবে নিশানা তোংলবা কযাদি । অঙকপা মালেমগী কুম্মৈ হাযদু ওইখবে ঙসিদি হোল্লি (যাওশংগী কুম্মৈ) । নুংঙাইবি কন্না শবক্কী নালাদা তাদুনা ঈশ্বব মিংলেন শোন্দুনা তৈনবি অবেব মহী, মপং হনুবনা হনুবীদা, পাখংনা লৈশাবীদা লেঙগা চান্নবা তাঞ্জা ফংলবদা . . আ: তাওবে পূক্নীং! নুংঙাইবা ঈপাক্তা মনিংতম্না ঙসিদি।

তোমচৌ ঙসিদি মচানুপা অতোম্ববু ময়ুমদা থনমলগা হোল্লিগী কুম্মৈ যাওদুনা নুংঙাইবা ঈপাক্তা ঈবাক্লকবববা মতুংদা মবোল মবি থোক্তনা মখোঙ ফৈবেং তুবেং থাঙলদুনা মচা বিশ্ববজিৎ ফন্নিবা পীক্লবা খাংপোকশঙ মপা যৌশিল্লকই । মবুক্লীংদা কবি খলক্লবনো মমিৎতগী মপি ইবাহৌ মচাগী মনাক্তা চংশিলক্তুনা ফম্নগা হংলকই -

- "ইপাগী ইবুংঙো ইচাগী নবাইবকসি ইম্থোক্লা থীদকো! অশুক পীক্লবা শেগাযববা খাংপোকশং মচা অসিগী মনুংদা নহাক নথন্তা ! নহাকপু নুংশিবীবা কনাগী লুপা ১।২, ৫।১০ তাবা ঙাইদুনা নুমিৎচুপ্পা শিবা ঙাইনা লেল্লি। ইচামুক তোল্লবা মপোক অসিবু ঙসিগী তাইবং অসিদা লৈবমখিগদবা ? লাও ইপা কোনগে ঙসিদি পোখাবো লাও! নপা লৈবি তাইবঙদা, কবিগী অদুক তোন্না হিংলুগনি ইচানা।" ঙহান মখৈ তাথি তাওইনা তৌদুনা লাকখিবা মপাগী খোঞ্জেল তাবদা শোয়নায়ববা মখুৎ অদুনা যানিংদবা মওংদা ইম্থোক্তুনা লাও খোংলম্মী-

- "ও ! ও ! উম ! আ !"

মপানা মচানা হায়বিবদুদি খংদবনিনা কোনখৎতুনা পুশিন্নবা হোৎনবমই। মমৈথংদা পাঙ্গল শোল্লবা মচানূপা অদুনা উপায নৈতবনিনা মমাবু হৌনা হৌনা কৌবা হৌবকই।

- "মা ! মা ! য়ে ! য়ে ! উম ! উম !"

মমানা মচাগী খোঞ্জেল তাববসু চকনা শীং ওইনা চাক থোংলিবনিনা মচানুপা অতোনববু মযাম্বা কৈদৌববনো হায়বা যেংউনবা থাবক্লমই মপা যুঙাওবনা মমায় মমিৎ অবেব, নিম, পাউদব, শিন্দুব তৈশিন্দুনা লৈবম্বদগী মাবু পোকপা মপানি হাযবা খংবা ঙমদবে। মযাম্বগা ইন্নদুনা লৈবম্বদু উকবদা অঙাংগী ব্রাখল ইপা পাখৎতুনা মমাগী মনাক্তা হলক্লুনা পাউ অদু মখুৎনা ঈঙ্গিৎ ওইনা পাখৎনা তম্লকই।

"যুঙাওবা অমনা দাদাবু নমদুনা পুখিনবা হোৎনহৌবে ইমা ! দাদাবু কনবীযু পাবাবু কৌকবগা ফুহনসে ইমা ! ঐহাক পাবাবু হৌজিকমক কৌরুগে।"

মমাসু মচাগী ঈঙ্গিৎতি লোযন্দুনতা লাক্লবনিনা খঙই অদুবু কবি উপায নৈবি? চকমৈ মুথৎতুনা মপান্দা চেন্থোকপা তাই। মতমদুদা চফুদা ঈশিং শৌবক্লুনা চেং শুজিম্বদা ঙাইবিবা মতমনি। মফম অদু তান্না চৎপদা মিনিট ১০।২০ দি শোইদনা চংগনি। মবম অদুনা ব্রাখল ঙাইহাক খন্থবগা চফু শৌবকপা ঙাইদুনা লৈবমই। মমৈথংদা মচে লাইবিক ঔবাইদুনা লৈবিবা অদু কৌশিল্লকই-

- "ইবেম্মা ! বানি ! নবুংনা লাওবিবদু কৈদৌবা যাওবগে হাযবা অমুক্তা য়েংলুচো।"

বানিবালাসু মবুংগী খোঞ্জেল তাবদা পম্থদনা পাবম্বা লাইবিক খুদক্তা খুমজিল্লি । অদুগা হৌগৎতুনা মপাল থোক্লকই।

মমানা অমুক হায়বকপদা থোঙ্গালদগী খুন্নকই,

- "অহোয় ইমা চৎলে য়েংউগে।"

লাযবকথীবদি অশুম থোকউ হায়বদু লৈবম্বনা মৌপ্পা শুধিবনা থোঙলোনচৈ অচৌবদু পুবগা ময়াম্ববু পুশিন্নবা হোৎনবিবা মশক খংদ্রবা মপাগী মকোক্তা অতোপ্পা য়ুঙাওবা মীওইনি কবিগী দাদাবু থাংদুনা পুগে হোৎনবিবা

হায়দুনা পুথোক্লীবা চৈদুনা মকোক তম্না থাবকলমই। লাইবক ফবনা মকোক্তা পালহৌদদুনা মনঙ্গলদা ওইনা থোল্লকই। অনিবক শুবকপদা মপানা মচাগী চৈদু মুল্লগা মখুৎনা মচাগী মথুন্দা খুপাক্লা অমুক অনিবক থাবকই।

শুধিব নোংখোংবগুম হৌনা কপ্লদুনা মমাগী মনাক্তা চৎখিবমই। মচেনা জ্ঞান তাবনিনা অবেব, শিন্দুব, নিম মচু কয়ানা মপাগী মশক লাকশিন্বা ঙমদ্রবু খোঞ্জেলদা খঙলদুনা চংশিল্লকই অদুগা থোংলোনচৈ অদু খুল্লদুনা মপাদা হংলকই-

- "পাবা ! কোক্তা শোকপবা ? ইনাওনা অতোপ্পা মী ওইববোই নিংদুনা তৌবিবনি।"

অহল ওইজববসু চৈনাদি ফংলবনিনা নুংশাশ্বোব চাউনা হোল্লগা হায়বকই-

- "মসি অঙাংসি মপা হাৎকদৌবিবা মচানি। থোংলোনচৈ অচৌবসিনবু থোমজিল্লকইনে। শিবোইদ্রবা। মসি অঙাংশি খল্লুবগা শাউনিংঙকইদা অমুক্কা ক্লখিগে। নপা থোবাই মচা, লমহেনবা অঙাং! মপা মশক খঙদবা লমহেনবা।

হৌজিক তোমচৌ মচানুপা অতোনবা শুধিবগী কল্লবা থোংলোনচৈগী চৈথেং অমুক অনিবক ফংখিবদা ঙশায মখৈ নিশানা বঙ চুবম্বা ব্রাখল মফম্লাংদা পোপ তাদুনা হঞ্জিনখিবমই। অনকপদগী মচাবু ফুনবা চৈ থিবগা থোঙ্গাল তম্না চংলকপদা মমানা কপ্লীবা মচাগা যাম্না শাওনা থোক্লকলমই। অদুবু মশক মচু খংদ্রবা মাগী মপুবোযবনা তৌবকপা ওইবম্বদা শাউখিবনা হুমাংনা লুপ্পুববা মাযথোংদু ইনফি অদুনা তৈথোক্লগা  হংলকই-

- "কবিগীনো ঙাওবা যাবা ঙাওশিন্নকুবগা নচা নশুদা শা-ষণদৌনা খুৎফম লৈনা ফুবিবক্লীবদি ? য়াম্না কল্লেনে।"

তোমচৌনা মাগী নুপীদা মমিৎ ঈ কানা যেংলগা হায়বকই- "তুমিন্না লৈযু নঙনা খংপোৎ নত্তে। য়েংউ অশুক চাউরবা থোংলোনচৈ অসিনা ইকোক তমনা হায়থবকপদা লাইবক ফবদগী নঙ্গলদা পান্দুনা চৈনাদমক ফংলগা তোকহৌববনি। মসি অঙাংশি মপা- মমা হাৎকদৌবিবা অঙাংনি।"

মপুবোইবদা ওক্লদুনা পাউখুল্লকই - "নুংশেলদা য়েংউ ! কনা মাল্লিবগে নশক্তো?"

- "থোম্নু থোমদেএ ! মযাম্বা শোল্লবদি তৌবা তাবা। নকোক শোকহৌদবা লাইবক্তুম ফৈ।"

উপায় লৈত্রবা মপাদো শাউবা হস্থবদুনা খুদৈনা মমায় মমিৎ তৈথোল্লদুনা মচা অতোম্বদা শাউনা যেংলগা মযুম চংখি।

মমানা মচানুপীগা বিশ্ববজিৎ মনাক্তা চংশিল্লকই। লম্বী অচৎ অওকশিংনা মখোযগী মতৌ যেংলম্লগা চৎনখি।

মমানা মতেং পাংবীবগা মচানুপা বিশ্ববজিৎকা লোযননা মচলনা তুংদা থং পীক্লবা খাঙপোকশং মচা অদুদগী মল্লবা লাযবকোনগী স্না সঙ্গাযদা তপ্না তপ্না শাববা যাওশঙ মতমগী নুংশা মবক্তগী লুক হাকল্লবা লেঙশিনখি।

*****

## মবিশুবা পন্দুপ

নোংমগী অঙনবা অযুক্লি। তোমচৌ মপা- মচা থেল্লাগাডিদা ব্রা মপুন কযা থন্না হাপচিন্দুনা মী কনা খঙহন্নীংদবগুম চিংলদুনা মখোয থোঙ্গাল মনুংদা থৌজিল্লকই। যাহৌঙনবা মচানুপী মমাগা থাউমৈ পোদোন অমা পাযবদুনা তোমচৌ মপা মচানা তৌবিবা থবক অদু যেংলি।

বানিবালানা তুম্লুবা হৌগৎলকপগী হকাম লাওনা চল্লুবগা মমাদা খঙনিংনা হংলকই-

- "ইমা ব্রা মপুন মপুনশিং অসিবু কদাযব্রাযদগী যাল্লুবগা পুবক্লিবনো ?"

মমানা পাউখুম পীদনা লাওহৎলদুনা হাযবকই-

"তুমিয়া শুম যেংবা যাদবা ? অঙাংনবু ব্রা অশুক যাম্না পেৎপদি ।"

বানিবালা মথন্তা মবুক্লিংদা খন্থদুনা হংলকই-

"ঙবাং ঐখোয পাবনা কদাযদগী অশুক যাম্বা ব্রা অসি যাল্লুবিবনো ? মহাক্তি নুমিৎ চুপ্পা বজাবদা অলু বোবা, চেং বোবা, শিমেন্ট বোডা চিংলুই হ'যদুনা ঙন্তানা হল্লক্লগা ঈকুজদুনা তুমখিবনি। ঙবাংসু ঐনা তুমলিঙৈ ইমাগা মবানি চৎতুনা যুম্বী মখোং ওইবা যাবা উ কযা পুদুনা ঐখোয খোংবানদা থাদদুনা থননমই। পুম্নমক অঙকপনি হংলবদসু ইমানা পাউখুম পীবিবক্তে।"

মপানা ব্রা হোঞ্জিনবা লোযবগা মাঙ্গোল দাবিদা মখোঙ যান্থদুনা ফন্নমই। বিবি অমা ফুবিৎ খাউদগী লৌথোক্লকই । মৈখেৎ খেৎনবা হাপখিবা ফুবিৎ খাউদা মাদুনা যেংবদা যাওবমদবদগী মচানুপীদা ওনশিন্দুনা থৌদাবকই-

- "ইবেম্মা মৈখেৎতু তাহৌবমালে । বিডি অসি পোদোনসিদা খবা চল্লকউ। ইপা ঙসিদি ব্রাবদা হকচাংসি কবি অমতা লেংনিং খোৎনিংবা পোক্তবে শে।"

মচানুপীনা বিডিদু লৌদুনা মতোন্দা মৈ চাক্লবা হোৎনবি। মমানা যেংলি। ঙাইহাক যেংলুবগা মচাগী মতৌদু মবুক্লীং পেলক্লবা মাল্লে মমাদো মচানুপী বানিবালাগী মকোক্তা কোকশিনা হৎলগা হাযবকই -

- "কাবে বিড়িদু ! য়াবোইয়ে নমিৎতু ঙা ওইনা উকবববো কদায পীবকউ ঐঙোন্দা !"

বিড়িদু মচাগী মখুত্তগী মুন্দুনা লৌই অদুগা মপাদা পোদোনগা কোননা থাংজিনখবে। বানিবালা মমাগী মখুৎতু খবা কনবনিনা খবা নাবপ তৌবনা ইমুংদা পৈদুনা চংখিবমই। মপানা বিডিদু চন্নগা পোদোন্দু মাগী নুপীদা পীদুনা ফান মথক্তা থমহনখি। অদুগা হংলকই-

- "ইবেম্মাদি ?"

- "পৈদুনা চংখ্রে !"

- "নঙনা কৈদৌকবে ?"

ঙসায় মখে মপাগী মনাক্তা ফমদুনা কুম্মৈ য়েংলিবা মচানুপা শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা খুন্নকই - "আ· আ: কাক !"

(মকোক্তা কোকশিনা কোক লাওনা হৎপিবগা)

মমানা শাওবপ্না হাযবকই - "নুংশিবক্তবা, থবক তৌবদা চাকচংদবা।"

- "ইম্বোপা নুপীনি। (ইমুংদা ওনশিনলি অদুগা কৌবকই) হায় ইবেম্মা, ইচন৷ বানিবালা ! ইপা ব্রা হায়গে মপান্দা থোক্লকউ । নমাসি ঐ ফুগে। কবিগীনো মানা মচানুপীদা তাথি তাওইনা তৌবীবিবা । লাকও !"

লৌশিং লৈববী মচানুপীনি। কপ্লম্বা তোক্লগা খুন্নকই - "পাবা ঐ লাইবিক ঔবাইবগে।"

- "ও ! অদুদি, য়াবে যাবে। ঔবাইজবো । ননাওসু কুমশিদগী চৎহন্নবা ননাক্তা ফমহন্দুনা ক- খ- গ- অ, আ দো নংগী বোয মচিদা ইবা তমহল্লুশে। হুবেলদগী মাগীসু মপী লাইবিকনে ইবা তম্নবা শিলেটকা কাংগ্রুগা পুন্না লৈবীবক্লগদবনি। শে কৌশিল্লো।"

- "হোয় ! ইবুংঙো লাকও 'অ', 'আ', ইবা তম্বীগে। শুধিবনা লাইবিক্কী ব্রা পন্নবকপদা ফন্নিবা মমাগী মথানুংদা চংদুনা লোৎখবে। মপানা মচাগী মতৌদা শাওনা হায়বকই-

- "মহাক লাকপসি থবক্তা য়াম্না অপনবা ওই। মহা বৈবিনি খুবৌ থাংখ্রবা, মী খ্বাইদৌনা মবোল থোক্লগা মিবক নাবক খঙলবদি ফবা মাদা শেন্নবদা অচৌবা থবক অমা ওইববনি। শে কৌশিল্লো মমাগী মনাক্তা চংদুনা লোৎখবে।"

মমানা থেন্নদুনা হায়বকই- "শে ইবুংঙো নমান্নবদি ক্লাস ৱান কান্নখ্রবনি। নঙনা নপাগী মতুং ইন্নবিঙে শা- উচেক ফান্নবা হোৎনবিঙে চহি লিৎখিদৌবে। শে নঙগী কেদা তৌবদুনা য়াববোয়। ইশ! মকোকসিদি হনুকোক মনম নমলে। ঙসিদি চিংহি য়াবগা মকোকশি তুমদুনা তনান তনান হকচাং সাপন মনম নুংশিবা কাদু নোয়দুনা ইকজবিবা তাবে।"

মপানা ওক্কুনা খুন্নকই-

"লুবু লুবিদে। য়েংউ অঙানবদা নচাদো নুবানা চাকা কাখৎতুনা লৈবিদো মবোল মবোল পান্দু ভিমগী মচা খক্র-খৎত্রগী মশা অদুগুমদুনা নুবানা মচু মচু!"

মপুবোইবগী ৱাদু তাবদা য়ানিংদ্রবী শুববালানা ওক্কদুনা পাউখুম পীবকই-

- "হো য়াজবে তোকপীবো ! অঙাং ঈকজবীগদবা মতমদদি মচা অতোম্বনি হাযদুনা মাগী তেক্কবা থেল্লাগাডী মথক্তা ফমহন্দুনা পুবিখ্রগনি। অদুগা মোৎলক্কলবা মতমদা থৈজিনবীযো ইবাল, মমা অমনি হায়দুনা ইথক্তা।"

মচানুপা শুধিবদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়বম্মী ঙসিদগী তাবেদনা ইবুংঙো নপানা নমাদা শিজিনবীবিবা ইবাল মযামশে। মবম অদুনা ইচাশে চাওবক্কবনিনা স্কুল থাবীন্নবা নুবা চাকা ফজনা নম্থোকপীন্নবা নপাগা থোল্লাগাডী মতুং ইনখ্রগনুকো।

মচানুপা শুধিবনা মঙক হায়বগা মমাগী মনাক্তগী মপাগী মনাক্তা চেন্দুনা স্কুল কানিংদবা মপাগা বজাবদা থেল্লাগাডি তোংদুনা মতুং ইন্ননিংবা উৎখিবা।

- মচাগী মতৌদুদা মমানা শাউনিংলম্মী অদুবু থেমলগা হায়বমই - "নহৈ হৈববদি Officer অচৌবা ওইগদবনিনে।"

- "হুম ! ঐদি প্লেট পাইবগা শেল নিগনি হায়দুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবকলম্মী!"

মপানা মচাগী মতৌদা নোকচবম্মী, মমানা শাউবদুনা চৈবম্মী-

"তম্মুনু নহৈকা অমত্তা নপাদৌনা নপুক্সি চুপ্পা গধাদৌনা পোৎলুম চিংবগুম চিংদুনা লেন্নবা"। মমাগী ৱাহৈ অদুদা মচানুপা শুধিবনা মমাদা মমিৎ ফাকচিন্দুনা "মে !" হায়দুনা নাচুংবীদনা লক্কবকই।

মপান্দা মপা মচা নোকহৌই। মমাদি ইমুংগী কোল্লীক ফেংন্নবা চঙখি। ঙসায় মখৈ ইমুংদা লাইবিক ঔবাইফম খংদনা লৈবম্বী বানিবালা মাগী লাইবিক্তা খংদবা অমা য়াওবদুনা মপাগী মনাক্তা হংবা থোক্লকই। মপানা নোকউবা হন্থবকপদা মচানুপী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবম্বা অদুদা ইঙক ঙক্লা হংলকই-

"হৈমা! নচেশে ঙসায মখৈ ইনাক্তা লেপ্তুনা ঐখোযগী নোকপা তাবম্মীবা মানে। কবি হাযনীংবগে নঙবো! লাইবিক অমা পাযবগা অশাবা মুর্ত্তি অমদৌনা লেপ্তুনা লৈবিদুবু লাওনে। ননাওচানা মমাদা "মে" তৌখিবগী শক্তমশি যেংউলাও। ইবুংঙো শে, নচেদসু ঙসায তৌশিনখিবা "মে" হাযবা মওংদা অমুক্তা তৌশিল্লু।

মচাতোম্বা শুধিবনা মচেদসু "মে" হাযনা তৌশিল্লম্মী। মপানা থব্রায তানা মচাগী মতৌ মওংদু উবগা নোকচবম্মী হা! হা! হা! হন্থবকপদা মচেদি নোক্লমদবা অদুদা মখাক তানা হংলকই-

- "হায নচেদি নোক্লমদে। কবি হাযবগে নঙবো হংলোদনা! হংনিংবদো! বোয় কলম ইনিংঙাই লৈতবগীবো?"

- "নত্তে!" বানিবালানা তপ্না খুন্নকই।

- "অদুদি কবিগী?" মপানা খংনিংদুনা হংই। লাইবিক হাংদোকই অদুগা ওজানা পীবকপা ব্রাহং যেংহল্লি। মপাদি লাইবিক তমহৌদবনা কবিসু খংদ্রবা মচানুপী বানিবালানা হাযবকই-

- "পাপা থাউমৈ লৌথোকউখিগে?"

ঙসায মখৈ হবাওবম্বা পুম্বা হঞ্জিল্লগা মথব্রায নুংঙাইতনা খুন্নকই-

- "ইবেম্মা নপাদি থাউমৈ লৌথোকউববসু উববোয নহাক্না পাবগা হায়বকউদনা কবি হাযবিবা ব্রাহংদা।"

মচানুপীনা লাইবিক যেংহল্লি মপাদা, অদুগা হাযবকই -

১। পৃথিবী অসিগী মওং কমদৌবগে?

২। মতুম তাই হাযবগী প্রমান অনিদং পীযু।

তোমচৌ খংহৌদনা অযুক অঙনবদা ইকাযবগী হুমাং মবিক মবিক মশা পুম্বদা কাবকখি উপায লৈতে ঙাইহাক খল্লুবগা কাবক্লীবা হুমাংশিং মঙক্তা য়াল্লম্বা খুদৈ মচাদুনা তপ্না তৈথোক্লম্মী অদুগা মচানুপীদা মুন্না যেংলগা খুন্নকই-

- "ইপাগী ইবেম্মা, ইচাগী ব্রাহং অনিসিগী পাউখুমসি নপা লাইবিক ময়েক চৎতবনিনা পীবা ঙল্লবোই। নখোয় ওঝাগা তান্নবো।"

- পেবি পেবি মপাগী অৱাবা ব্রাখল খংদবী বানিবালানা হায়বকই - "চুমগেবা লানগেবা ঙসিগী হোম ব্রাক্লি । ব্রাহৈ অমা অনিদং ওইবসু ইখিদবা যাবোইয়ে পাবা তাকপীযো।"

- "ইবেম্মা নমাদি খবা তমহৌবনি । মঙোন্দা ওইনা হংলুবনা ফগদবা মাল্লেদা। নপাদি লান্না পাউখুম পীনিংদবে। হযেংদগী ননাওগা নখোয অনি কাকা অকুন্দা ঙাংনবীবল্লগে। অযুক্তবা নুংথিন্দবা মাগী অশংবা মতম অমদা কাযথোকপীয়ু মাগী অৱামন ময়াম্না পীনবদু পীবীনবা । য়াবেকো ইবেম্মা।"

- "অহোয পাবা !"

- "শে ইবুংঙো হৌগৎলো নপা ঙবাংদগী হোঞ্জিলক্লিবা ব্রা উশিং অসি মফমচাবা অমদা পৈশিন্নবা হোৎনকখিগে । যুমশে নোংজুথা য়ৌবকপদা ইমুংশে তুমফম ফাওবা লৈত্রে । হন্দক্কী নচেগী কা অমা তোঙান্না শাবীবগদবনি। মমাংদনা নমাগী পান দুকান মচা অমা শাবীবগদবনি।"

মপাদা মচানুপীনা হংলম্মী -

- "অচুম্বগীবো পাবা ?"

তোমচৌনা মচানুপীদা মপুক্লীংদা ব্রাফম ফোংদোক্লদুনা শোন্থাংননা হায়বকই- "অচুম্বগীনি ইবেম্মা । নপা নথন্তা শেল তানবশি যাম্না ব্রাখবে। নখোযসু চাউশিল্লবনিনা ।"

ব্রাখল অমদা তাওকবগা মচা অতোম্বনা হবাওনা চোংলগা

- "পাপা ক্লা চাবা হাওগনি হাযদুনা ঈঙ্গিৎ তৌবকপা ।"

মপানা নোক্লগা মচানুপাগী মকোক্তা নান্থবীবমই। মখুৎ পাইবগা মচে বানিবালাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ননাওশি ননাক্তা ফমদুনা কবি কবিনো খবা ইহল্লু । পাবা ব্রাশিংশে মফম চাবদা অমুক্তা হোঞ্জিল্লুখিগে।"

বানিবালা য়ানিংনা খুন্নকই- "পাপা ননাওদি ঙহানসু ঐগী Home Work কী খাতাদা কবি কবিনো পংখোৎত খোৎচিল্লমদুনা ঐখোয় Sir না য়াম্না থিনা ফুখি। মাদি ঐখোয় ইমাগী মনাক্তা থাজিলম্বনা ফগনি।"

শুধিব মপাগী মখুৎ পায়বগা চিংলদুনা ঈঙ্গিৎতা "পা ঐসু নহাক্কী নতেং পাংবীগে লাকও" হাযদুনা মমাং থাদুনা চৎখি। মচেদি ইমুংদা চেন্দুনা চংখ্রে। মপা মচা পীক্লবা শুমাং মচা অদুদা চিংনদুনা লৈহৌবম্মী। চৎলোদা ইবুংঙো নঙবু খোংলৌন্নবনি। মপানা হাযবা তাদনা মমাংদা চৎখ্রগা মানা ঙমগদবা ব্রা মপুন্দু নোমদুনা য়েংবা।

ঙল্লবিনি হা ! মচি ফাওবা লেংবা ঙমদেবা শক্তাসিদি। মচাবু নুংশিবা মখুৎ পাইদুনা চিংখৎতুনা পম্বীবগা চাকশংদা চংলক্কুনা কোন ফেংলীবী মমাগী মনাক্তা থমই অদুগা হাযবকই-

- "মসিদা নমাগী মতেং পাংশিল্লুকো।"

মমানা ঙাংলকই- "লাক্লববা খুবৌ থাংবা চৎলু কোন অচাম্বশিং অদু আদগী থোল্লা অসিদা উপশিন্দুনা তোঙান তোঙান থম্মুচো।"

মপা মপাল থোকখ্রে মমা মচা কোন ফেংদুনা লৈহৌবে

*****

## মঙাশুবা শরুক

চহি তবাবোম হৌখবে। শাংলবা মতম অসিদা মতমগী ইচেলনা পুদুনা ঙসিদি তোমচৌ নিশা শিজিন্নবম্বা তোক্তুনা অফবা মীওই অমা ওইখবে। মহাক্না নোংমদা তাল্লকপা শেনফম অদুগী শরুক মবি থোক্লা যেথোক্লগা শরুক অমদি মচাশিংগীদমক ব্লাববসু ব্লানা খাক্তুনা তুংশিন্নীবম্মী।

মহাক্কী মচানুপী মেত্রিক পাস তৌবক্লে। পবিক্ষাদা অনিসুবা ডিভিজনদা লাক্তুনা ব্লানা মচাবু তমহঙ্গবকপগী মহৈ ঙসিদি মমা মপা অনিমক হ্বাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদবে। মিৎলুগী পীবাং মবক্তা মমানা মচানুপীবু চাগদবগুম মুনা যেংলগা হায়বকই-

- "ইমাগী ইবেম্মা ঙসিদি ইচাগী হোৎনজমন ঈশ্বরনা থৌজানবীবে। চৎলু লৈথীকচো স্ববসতি ইমাগী মফমদা অঙম্বা খবা কৎতুনা পুজা তৌকনবা।"

মচানা লৈ হেক্লুই। মমানা মযুমদা পানবা হৈ অমুনবা হেক্তুনা অনকপদা লৈবা শিবা মন্দীবদা চৎননবা শেম শাখি।

কোম্হোং মযাদা শাবা পান দুকান মনুংদগী মপানা মচানুপা অহন বিশ্ববজিৎকী মনাক্তা চান্নবা খবা পুবদুনা খংহল্লি অচাপোৎ পুবকপদু মচাদা ইনবীবদুনা ঙাইহাক ফম্মিনবমই। খবা চাবগা যাবে, ওকলে হাযদুনা মচানুপা বিশ্ববজিৎনা মখুৎনা ইন্থোক্লকই। তোমচৌ অব্লাবগী শাংলবা শ্বব অমা শাংনা হোন্থবগা মচাগী পীক্লবা খাঙপোকশঙ অদুদগী তপ্লা থোক্লক্তুনা মহাক্কী পান দুকান মনাক যৌশিল্লকই। শবক্তা চেল্লিবা গাডি মচা অচৌবদা তোংলিবা মীনুংশি খঙবা মীওইশিংনা লুপা চান্দিদগী ৫, লুপা ১০ হাংলবা মহাক্কী পুখমদা লংশিন্দুনা থাদবমই। খবানা চোংথোক্তুনা অতোপ্পা মফমশিংদা তাখিবসু যাওবি। বিশ্ববজিৎ হৌজিক মশা মপুং মবৈ ফাবক্কদবা মতমনি। অদুবু ফজনা মশা লেং ওৎপা চৎপা ঙমজদবনা নোংমা নোংমগী মশাদা অব্লাবা হেঞ্জিলকই।

পুন্নমক কনানা খংবীগনি  মাবু যোকপী থাকপী তৌবিবিবা পলেম পম্থৌ ইমুং অদুগী মীওই নত্তনা!

মন্দীব চৎকদবগী মমা মচা হ্বাও হ্বাও থোক্লকই। মমানা চংশিন্দুনা মচাগী মফমদা হাযবমই-

- "ইবুংঙো নচলগা মন্দীব ফাওবদং চৎলুখিগে। নঙগী মপাল- ইপান থোক্লীংবা লৈববসু নপা দুকান ফমল্লীবসিদা কৌদুনা হাযযু।" মমাগী ব্রা মপুং ফাদ্রি মন্দীবগী ব্রাফম মপূক্লীংদা খবদং খংলকপদা মমিৎতা মপি ইবা হৌ অব্রাবা মাযথোংদা হিক্লা হিক্লা কপ্পা হৌবকই।

মমানা মচাগী পূক্লীংদি খংজবা লৈবনা মমিৎতগী তাবক্লিবা মপিদু মখুৎতা পাইবকপা কমাল মচা অদুনা তপ্পা নপথোকপীবগা হাযবকই-

- "কবিগী কপ্পীবনো ? ইচাগীসু ভগাব্রানগী মফমদগী পুক্সি- নুংশাংনবা থৌনিজবক্কদৌবিবনে।"

ব্রাফম অদু শোইনাইববা বিশ্ববজিৎনা পামদবদগী মখুৎ মঙক হাযদূনা ঈশ্ববগী মফমদগী কবিসু নীবিকগনু ইমা ! ঐদি মঙলানগুল্লবা তাইবং অসিদা মিৎকুপ অমা শাংথনা হিংবা পামজদবে হাযদুনা অবেপ্পা লৈতনা মপী শিন্থবমই। অব্রাবা মশক উবা যাদবী লৈবাংগী লৈশাদগী হেন্না তনৌবী নুপী ওইবিগী পূক্লীংনি। মচাগী অব্রাবা ব্রাখলদা লৈথোক্তুনা মন্দিবদা চৎনিংলম্বা ব্রাখল লোইশিনখবে। মচানুপীনা মমাবু ঙাইবি মন্দিবদা কৎচকগদবা হৈবম লৈবম অথেনপোৎ অঙম্বা খবদু পাইবদুনা।

থেমজিনজৈ কাযববা থম্মোযবু মচাগী পূক্লীংবু ফাথবদুনা হাযবকই-

- "ইবুংঙো নচলনা ঙাইবে চৎলুখিগেকো হলকপদা ইচানা চানিংবা বসগুলাদো ইমানা শোইদনা লৈবীবক্কনি হায়যু কয়াম লৈবকউগে ?"

মচানা মীওই অমত্তগা তিন্নদুনা লাকখিদবনা অঙাং ওইবগী চমজবা ব্রাখলদু হৌজিকসু লৈজবি। মখুৎ অনি তিংথোক্তুনা অশুক য়াম্না লৈবকউ হায়দুনা মচিন্না ঙাংথোকপা ঙমজদ্রবসু তন্নকই।

মমানা মচাগী অব্রাবা কাউখবে খংলবদা হাযবকই- "উম ! লৈবক্কে ইচানা চান্নবা হায়দুনা মকোক্তা নাম্থবীবম্লগা মচাগী মনাক্তগী থোক্লকখি।"

পান্দুকান মনুংদগী ঙসায মখৈ যেংদুনা লৈবিবা মপুবোইবনা লাওবদুনা হায়বকই - "কুইবক্কনুকো, নমা নচা !"

শুববালানা খুন্নকই- "কুইবক্লোযদা।"

মমা মচা চৎখিবা মায়গৈ মপা তোমচৌনা যেংদুনা লৈহৌই। মতম অদুদা মান পীকথন্না যাওবা টাটা গাডী অমা তোমচৌখোযগী থোঙ্গাল মপাদা খামখিবমই। গাডীদগী খাউদা পোৎচৈ পীক থন্না হাপ্পা শুধিব কুমথদুনা মযুম চংখি। মযুমদা মযাম্বা বিশ্ববজিৎ নত্তনা অতৈ কনা লৈবমদবনা পোৎশিং অদু থনম্লগা মপাগী মনাক্তা চেন্দুনা লাক্লমই।

মপা তোমচৌদি দুকান্দা পোৎ লৈবা মীওইশিং লাকপদা কবিসু খঙহৌদবে। পোৎ লৈবিবা মীওইশিং অদুনা উবদুনা তোমচৌদা হায়বকই-

- "অঙ্কল নচানুপা শুধিব ওইবমালে অসোমদা লাক্লে।"

*ইঙক ঙক্লা মচাদা যেংলদুনা মপা মচাগী খংনবা ঈঙ্গিৎতা হায়বকই ।*

- "নঙবু চাক চাবগা চৎকদৌবিববা ? নমাদি নচে পবিক্ষা ঙম্বগী মন্দিবদা চৎখিবনি ।"

- "চাবোই । ঐগী ফিবোল খবা যাওবকপদু থনম্বা লাকপনি ।" ফুবিৎ খাউ হল্লগা লুপা চামা চৎপী খবা মশিং থিদনা চেদা যোল্লগা পীবমই। অদুগা খুদক্তা চেন্দুনা অমুক চৎখবে। মপানা যেংদুনা লৈহৌই । গাড়ী মমায লৈদুনা হন্দুনা চৎখবে।

পোৎ লৈবা লাকপশিং অদুনা ঙাংনহৌই-

- "শুধিবশিবু চহি কয়া শুববগে ইম্থোক্লা চাউবল্লে।"

- "ঐখোয় ইনাওগা চহি অমত্তনি।"

- "মবোল অসিদং থোকচবল্লবদি দ্রাইভব ঙহান্না ওইবগদবনি।"

মপা তোমচৌদা ওনশিল্লগা হংলকই-

- "অঙ্কল ! শুধিবনা যাওবি গাড়ীগী মপুশি কবি লমদগীনো ?"

- "ইবুংঙো ঐসু তাংদাংনা খংদেনে। হোজায়দগীনি হায়বগুম তৌবনি।"

- "দ্রাইভবসি, মবুক মপাউ ফবমগদবা মাল্লি ।"

- "নঙদি কবম্না খঙলিবা ?"

- "ভাই মীওইবা হাযবসি মশক্তা য়েংবদা অদুম খংবনি।"
- "ব্রাফম অদু ৫০% অবানবনি যানিংদে পূক্লীংনা।"
- "ভাই নহাক্কী কদাযদগী খংগনি মপালগী হব্রাদি হৌজিক ফাওবা চাকদ্রি।"
- "যাবে দুকান মমাং অসিদা গৌহাতি হাযকোর্ট তৌনা লাওনবা হৌদোকচকবা ঐনা লাঞ্জবগে। লাকও পৈশা পীবল্লো লেংথোক্লসি।"
তোমচৌ - "ইবুংঙো লুপা ১০ তাবে।"
- "বেক হাংদোক্তুনা পীবল্লগা তুমিন্না দুকান্দগী থোকখবে।

লাওনবম্বা মখৈ চৎথোকখ্রবদা তোমচৌনা মীবক নাবক যেংথোকই। মচানা পীবম্বা পৈশা মশীং থিবা হৌই।

মমা ইবেম্মানা মালেমদা খোংদাহনবীবকপদগী ঙসি ফাওবদা অদুক যাম্বা চাম্মা চৎপী অহনবগী নোট অমুক্তা উবা ফংজদ্রি। লুপা ১০০ চৎপী অদুদা নুংশিনা চুপ্পগা মশীং থীবা হৌবকই- ১,২,৩,৪,৫, ১০. লুপা লিশিং অমা নহাক অশোমদা ঙাইহাক লৈবীখোকো।

মথং অমুক থীবা হৌবকই- ১,২,৩,৪, ১০ লুপা লিশিং অমা লক্ষ্মী ইমা নহাকসু অশোমদা লৈবীযু। মথং অমুক থীবা হৌবকই - ১,২,৩, ১০ লুপা লিশিং অমা ইবেম্মা নহাক্লা মখা অসিদা ঙাইহাক পোত্থাবীযু ৱাবৌ যাদে। মথং অমুক থীথবা হৌবকই - ১,২,৩, ১০ লুপা লিশিং অমা ইমা ইবেম্মা নহাক্তি কদাযদা পোত্থাহনশিগে হা ? ও লৈবে। মীসু লাকত্রি বাকসি মথক অসিদা ঙাইহাক্কং পোত্থাবীযু ইমা।

অমুক মখা থীবা হৌগে তৌবকপদা মৌনহা অমাক মচা পল্লগা খংহৌদনা দুকান মমাংদা লেপ্লবে। মচাদা নুংশিনা হংই-
- "কবি চানিংই মুনা নখুৎ থিল্লু।"

খঙহৌদনা তাবকপা খোঞ্জেলনি। লুপা ১০০ চৎপী নোর্ট মশিং হবাও হবাও থীজবম্বদু তোমচৌনা ৱাখল ফত্তবনা ইপা পাখৎ নোর্টশিং অদু উব্রগনি হাযদুনা শুকখোম খোমজিন্দুনা বাকশিদা অমুক হাপচিনখবে। নুপীদুনা উবগা হন্দোক্তুনা চৎপসু চৎঙমদ ঙাইহাক নোক্লীংলম্বা মপুক্লীং ফাথবগা ইকায খাংদগী হাযবকই-

- "খুবা হন্দক মবকশি ব্রাখল নুংঙাইবনবা কবিনো মহৌশাগা মান্নদবে। কুচু কুমেন তশেং তশেংল্লে।"

তোমচৌনা ব্রাখলদি চংদে অদুবু মালংদা মীনা হংলকপগী অদুক খমদবা যাদবগী খুন্নকই (নোক্লীংদনা নোক্লগা) - "খংদবে ইবেম্মা, অদুম্মা হাযবা তাবে। নঙবু নপামদা লাক্লিববো ?"

- "উম ! ইমাদো ঙহান্দগী মশা ঙমদে হাযবা পাউ তাবকপদা ঙসিগী খুলং মী নেক্লুনা থাদবল্লগা ঙাইহাক্তং কমদৌবিবনো হাযদুনা চেলক্লীবনি।"

অতৈ পৈশাসু হাপচিন হাপচিন্না হংলকই-

- "কবি ওইনা ঙমদে হাযবগেনে ? ঐখোযবু ইনক নক্লা তাদে।"

- "অহল লাযনা ওইবমগনি।" মচাদা ওনশিল্লগা হংলকই - "হাযবোদনা ইবুংঙো নঙগী হান্না লৈবীবগে ?" মখুৎ থাংগৎতুনা মমানা হাযহন্নীংই মচানদি মী কিবদুনা মখুৎ থাংগৎতুনা হাযজবা ঙমজদবে। মদু তেমচৌনা খংলদুনা অঙাংদুদা ওনশিল্লগা হাযবকই-

- "ইবুংঙো অসি চানিংদবো ?"

মমানা মচাদা হংই - "অসি লৈবসিবো ?" মচানা যানিংদবগী মঙক হাযবদুনা খুমলকই- "অসিদি চানিংদে।"

মমা - "অদুদি হাযবোদনা মতমশে আ যৌখিদৌবে।"

তোমচৌনা নোক্লদূনা অঙাংদা হাযবকই - "মসি ঐগী শক ফজবসি উবদা কিবদুনা হাযদোকপা ঙমদ্রমালেকো- শে, শে নমকিনসু ওইবা ক্রেজেক পিকেট মচা অসি ওইনা পাইহল্লো।"

তোমচৌনা লৌথোক্লুনা মখুৎতা পীবমই অদুবু পীক্লবা অঙাং অদুনা খোইদাদবা ওইবনা মখুৎ তিংথোকউ যাবমদে মঙক মমাদা লৈশিন্দুনা লোৎখবে। উপায লৈতে তোমচৌ পুথোক্লুববা ক্রেজেক অদু অমুক হান্নগী মফমদা শেমজিন্দুনা থমজিনবা তাখি। মমৈথংদা মমানা থমজিনখ্রিবা ক্রেজেক অদু লৌনিংদ্রবসু লৌদবা যাদ্রদুনা তোমচৌদা হায়বকই-

- "মসি অঙাংসিদি খুবা হৌজিক্কী ক্রেজেকতুগা লুপা ১০ পীবা অসিদা যাল্লিবা অসিগা অহন্না চাবা যাবা থাল অনৌবা বন / পপ পিকেট অমতংগা পীবীবো।"

- "ইবেম্মা অনাবা অহন্না চান্নবা হাযববদি ফোং ফোং শাবিবা বন অসি ওইনা পুবিখিবনা ফগনি।"

নুপী অদুনা লুপা ৫০ চৎপীগী নোট অমা মাগী বেক্তগী লৌথোক্লুনা পীবমই।

তোমচৌনা লুপা ১৫ বাক্সিদগী লৌথোক্লুনা নুপীদুদা হনখি।

নুপীদুনা লুপা ১৫দু মাগী বেক্তা হাপচিল্লী পূক্লীংদদি খঞে- "মতম অসিদা লুপা ৫০ চৎপীগী মগুন কবিসু নৈতবেকো।"

নীঙোন্না মপামদা লাকপনি চানথক্লবা ইঞ্জাং- নাপী শঙ্গোম ঙা অতেকপা মখোযশিং অদুগী মথক্তা তোমচৌগী দুকান্দগী লৈবিবা পোৎশিং অদু তপ্লা তপ্লা মফম চানা থন্নদুনা মচানা মাংদা থা দুকান্দাব তোমচৌদা ওনশিন্দুনা হাযবমই- অমুক্তা যৌশিল্লুখিগে খুবা।

নুপী অদু চৎখিবগা ঙসাযগী থমখিবা লুপা ১০০ চৎপীগী নোটশিং অদু মফম কাযহন্দনা লৌথোক্লগা অমুক মশিং থিবা হৌবমই। হৌবকপদা ঙাইবি নুপী মচা অমনা পপ পিকেট অমতা পীযু হাযদুনা তোমচৌ দুকান মমাংদা লেপ্লগা হাযবকই।

তোমচৌ মী খঙহন্নীংদবা ওইবনা থিবম্বা পৈশা লোযশিল্লগা কোইনা যেংলকই। অপিকপা অঙাং অমা মখুৎতা লুপা ১০ চৎপী নোট অমা পাইদুনা লৈবম্বা অদুদা পুক্লিংদা মথন্তা নোকচনিংবা অমা ফাওবকই।

ঙাইহাক হৌনা নোকথোকউবগা হংলকই-

- "ইশু তোম্বী! কযাম কুইবে ইশুদি ?"

কদায় কদায ! পপ খক্তা নত্তবো হা ?

- "মানি পুপু।"

লুপা ৫ পিকেট মথক্তা তোংহন্দুনা অঙাংদগী লুপা ১০ অদু লৌহৌবগা হন্দোকখিবমই। থীবম্বা পৈশা মশীং কাউথোকখবে। অমুক মকোকতগী হৌনা মকোক খোৎলুবগা অমুক হন্না হৌজিক তোমচৌনা মচানা পীবম্বা লুপা ১০০ গী নোটশিং অদু উবগা পূক্লীংদা খোইশাওনবা ফাওবক্লে। মথন্তা মশীং থিগদবদু তম্বুবক্লে। মথন্তা খঞে "মসিদনিকো থম্মোয়শে মচেৎ তানা কায়াক্লিবা!" ইমা

পাবুংনা ইবুংঙো নহৈ তম্বা চৎলু হায়দুনা থাবগা স্কুলদি চংঙুদনা ষণ শেল্লম্বা দাদা কুমাবখোইদা কৈয়েন, মকম কোনবী, চৈতেক কোৎপী শান্নদুনা মতম নুংঙাইনা লেপ্পোক্তুনা অবেম্বদা মাঙহনখিবদো ঙসিদি ইথন্তা খঙজবকই। ইমা ইপানা কল্লিবৈঙে ঐখোয ইচিল ইনাওশিংবু মহৈ তমহন্দুনা সবকাব থবক অমমদং তৌহন্নীংবনি। মতম অদুদা লাইবিক হৈবগী চাং যামদবনিনা থবক্তা মী থীনবম্বদো! আ! ঙসিদি ইথন্তা চাকচবকই। ইমান্নবা কযানা গাডী মচা মশু তোংদুনা মশা নান্না ওফিস কান্নবিবা । ঐনা ঐগী চিংবদা ব্রাববা থেল্লা গাডী মচাদুগা কালেনগী নুংশা মবক ইংলবা উন্না খ্রং খ্রং তাববা ব্রাকচিংগী উনলেন মবক্তা মবি নামা তৎলবা শেন্দন অদুগা পুন্সি অসি কযাদা ব্রানা খাংলকখিবা! মতমদো নুংশিদবা? খল্লুবদা তুজুংলি ঙসিদি ! হাযনবদা য়াদ্রবা নিশাদা লাইচুববা ইচিল ইনাওশিং অদুগা পলেম পম্পৌনা মফম ইখং খংহৌদনা গাডী এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদ্রবদা লন- থুম, মাল - চাংগীদমক খৎনবকখিবদো ! কলক খম্বল চাওববা ইযাম্বা ইতৈমা অদুগা নোংমতা কাংদনা খৎন- চৈনবা যেংবা পাম্লক্তবদগী নোংমা মফম অদু থাদোক্তুনা মফম অসিদা পুন্সি লেনবা তাখি। আ· নুংশিদা পুন্সি নীংশিংলুবদা ! ফত্রবসু ঐগী ঈ মশেলনি ইমা অমতনা পোকপীবম্বা ! নোংমতা যৌশিল্লুবা ঙমদবে কিবে পূক্লীংনা, তমথিববা মখোযদুগী মনাক্তা ঐগী ইচিল ইনাওনি হাযদুনা ইশকশি উৎল্লুগদবা অসিদগী হেন্না তোনবা ব্রাখল লৈবল্লোয অমুক তাইবংসিদা। মসিনিনে পুন্সি হাযবদো!

"অব্রাবগী মতুংদা নুংঙাইবা !
তন্নমদবে ঐগীদি নুংঙাইবগী শরুক ।
অব্রাবগী মতুংদসু অব্রাবনি
তাইবং মপোক্তা পুন্সিগী।"

*****

## তকুকশুবা পন্দুপ

নোংঙানবদগী নুমিৎ তাদুনা তুম্লমদাই ফাওবা ইশৌ লাংজবগা পোখাজবা নুপী লোযনবা ৱাই মপুবোইবগা। লৈত লাযবগী ৱাফম্না তোঙানবনি নুপী ওইবী হাযবসি মুন্না খন্থববদি জগৎ সংসাব অসিগী মমানি। পুম্নমক মঙো দগী থোকহনবা ঙাক্তনি। ঈংজবা, তপচবা, ইকাযবা, ফজববা লৈতেংনি নুপী ওইবীগী! লোযননা থকশি খাশি। পীক্লীবা অঙাংনা ইমুং অদুদগী ঙাংনবিবা ৱাঙাং চৎনবিবা লমচৎ বেব্যাব অহানবদা তন্বা হৌই। মথংদা মহৈ লোইশং অদুগা যুমলোন কৈবোন্নবগী হিংবগী মওং মতৌ। ঙসি বানিবালা লৈশাবী মপুং ফানা চাওবক্লে। মশক মতৌ চংখোল্লি মীকৌ মীবম ফজৈ। মহাক্লবু দুকান্দা থোক্লবা চানিংদ্রবা ক্বা, থক্লিংদ্রবা চুকপ, বিডী থকপা চহি লৈশিল্লবা ফাওবদা ৱাখলদি অহন ওইদবনিনা দুকান মমাংদা থাবিবা শাংলবা ফান অদুদা শেন্বাংনা পবেং তোংবগুম চযোম্লে, পোৎ তমফম খংদে। বানিবালা ৱাঙাংদগী মিৎযেংদগী শাথেক্তগী মশক্লা ফজবনিনা দুকানগী পোৎ চুম্না তমজবদু মোইবাংগী থোইবীনা মশাবী খম্বগা লাইমাংদা জগোয থেকথবগুম তনৌ তনৌখবে পাখঙ ওইবশিংগীদি মশানৌগী' তৌবদতি বাকি তৌজদে। পোৎকী মমল কা হেন্না লৌদে। বজাবগী বেটনি মফম অসিদা ফংলিবা পীক্লবা যেৎতুমদগী হৌবগা মীওইবনা নোংমদা চংদবা যাদ্রবা পোৎ চৈ পুম্নমক মাগী দুকান অসিদা ফংই। খুঙ্গং অসিদা বানিদুকান হাযনা মমিং চৎলি।

বানিবালা কলেজ কাদুনা মহৈদা পুক্লীং চংবী নুপী মচানি মমা মপা নোংমা নোংমগী শোঞ্জিলক্লী। হৌজিক শোইনাইববা মবুংবু মাগী পীক্লবা খাঙপোকশঙ অদুদা ফমহন্দুনা থন্বা ইকাযজবক্লে মবমদি শুধিবনা থা অমগী যামদ্রবদা লুপা লিশিং অনি অহুমদি পুশিল্লকই অদুগা দুকান্দগী তাল্লকপা শেনফমনা ইমুং অদুবু থাকপদি ইকোম কোমজবকপা ওইবনা।

অদুবু মীওইবগী পুন্সি কনানা তন্বা ঙমগনি। "ঙবাংগী নিংথৌ ঙসিনা চাক্লীবা" মীকুপ অমগী শান্নবিবা ঈশ্ববনা। খবা কোমজবে খঞ্জবন্বা ৱাখলনি

শুববালা অদুবু মচানুপীনা চাউশিল্লকপা মপুবোইবনা কেনশবগী লাযনানা নাশিল্লকপদগী হৌজিক্তি অৱাবদা ঈবাক্লবা হৌবে। অহিং কযা তুমদনা মপুবোইবগী সেবা তৌজে । তুংশিঞ্জবা পৈশা পুন্না কাইথোক্লুনা অশিবগী থোং থীংননবা কন্না হোৎনজৈ অদুবু কনানা কনবা ঙমগনি মীওইবগী পুন্সি' পুখবে, নোংমা খংহৌদনা নুংশিজবা মপুবোইবা তোমচৌদো। নুপানা লৈখিদ্রবদা সমাজ অসিদা হিংবদা নুপী ওইবীশিংগীদি অৱাবা হাযবদু হেক্তো মাযোক্লবকই।

লৈকায অদুগী নিশা চাবা কযানা কবেম্নদুনা বানিবালাদা লক্লবদু উবগা মমা ওইবীনা মীপাযজবা ফাওবদুনা দুকান থোং থিংবা তোইশিল্লক্লে। মপা শিখবে খংদবনা শুধিবদি শেল খবা তাগদবা গাডিদা অমুক যাওদুনা চহি ১।২ কাজিল্লক্লবা ফাওবা হল্লক্তবে। ফত্তবা শঙ্গা লোইনদুনা নিশা চাবা মযুমগী রাখল ফাওবা কাওথোক্লুনা শেল থাবক্লনি হাযবা ফাওবা নিংখিদবে। অহনবা ফিজোল শেত্তুনা ঙাওবি ঙাওবি নুংঙাইববা শংসাবদা দিল্লি, মুম্বাই, চেনাই, কোলকতাগী সহবশিংদা তাওবি।

নুপা অমনি হাযবদা শিংথাবা যাদ্রবা মযাম্বা বিশ্বজিৎ মমা অমদি মচলগী অৱাবা ফিভম যেংদুনা লৈবা ঙম্লক্তবে। চাবা নোংমা চাবগা নিনি হেনবা অদুনা মশাসু যাম্না শোকথবক্লে। নোংমদি মমাদা মখুৎ মশা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা হাযবদুনা হায়বকই-

হৌজিকমক শাবীয়ু ঐগী খাঙপোকশঙ মচা ! নখোয়দৌনা চবা হেনবা রায অদু নৎত্রগা ঐগী চান্নবদা হু হাপচিন্দুনা পীথক্লগা হাৎতোকপীবো।

বানিবালা মবুংনা হায়বিবা রাফম অদু যানিংবা লৈজববসু লৈকায অদুগী মমাংদা ইকাযজবকই।

দুকান ফাওবা যেংশিবীদবনা কিন্থবা হৌবক্লে। পোৎ চৈ লৈবম্বা অদুসু অশুম লৌথোক্লুনা চাবদা ইহাং হাংখবে। মতম অসিদা মবুংগীদমক কবম্না পীক্লবা খাংপোকশং অমুক শাগৎলুগনি। পুম্নমক খাংবা তাই অৱাবা চৈথেং।

কবি খলক্লবনো নোংমদি বানিবালা মমান্নবী রুপাগী মযুমদা লাক্লমই। রুপা ইংলিস স্কুলদা ওজা ওইবিবী পীশক পীক্লিঙৈদগী কলেজ ফাওবা তমমিন্নবকখিবী নুপীনি। মহাক লুহোংখ্রে মচা অমা লৈখ্রে। বানিবালা

থোঙ্গালদগী মথন্তা চংলকপা উবদা ইঙক ঙকখিবমই মবমদি বানিবালা কৈদৌঙৈদা মহাক্কী মনাক্তা লাক্কনি হায়বা থাজবা লৈবদে।

অঙাং ওইবিঙৈদা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লবা মহাক্লা কযাবক হাযজখি অদুবু নোংমতা লাকখিবা লৈখিদে। ঙসিদি থাজদ্রবা মহাক্লা মঙলানচাগুম ইখঙ খঙহৌদনা মনাক্তা লাকখিবা অদুদদি হবাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। চেং খৈগে হাযদুনা পুথোক্লম্বা পোৎ চৈ পুম্নমক মাঙ্গোলদা থনম্লগা চেম্থোক্লক্লুনা মতাবু ওক্লখি।

রুপানা হবাওনা কৌবকই - "কদোমদগীনো ইবেম্মা ?"

বানিবালানা নোক্লদুনা পাউখুম পিবকই - "ইবেম্মা ! ঐদি থোঙ্গাল অনি শুবশিদা কঙাওনদুনা যেংলম্লীবনি।"

রুপানা পুবক্লিবা খাউদুদা যেংলগা হাযবকই- "কবি কবিনো পুবকলিবা পোৎ চৈশিং অসিনা ? অতৈ কদায কদাযদা চৎলুখিগদবা লৈবিগে ?"

বানিবালা - "(নোক্লগা) লৈতেদা ইবেম্মা! অদুঙৈ নহাক্লা পামজনা চাখিবা ইঙ্খ্রাং পালগা থাংজিংগনি, লৈবকপা নত্তে। নখোযদা চৎকনি হাযবদুদা ইমানা পুম্নমক থৌবাং তৌবগা হাপ্পীবকপনি। অঙাংশিংদি ?"

রুপা - "স্কুল চৎখি।"

বানিবালা - "তামেদি ?"

রুপা - " অঙাং অতোপ্পীদু লৌবিকখিগে হাযদুনা চৎখিবদা ঙাইবি। ব্রাবী শামিন্না মাঙ্গোল কাখৎলি। মখোযনি ড্রোইং কমদা লেংশিল্লি।" রুপানা হাযবকই "ইতা লেংশিনববিম্মু । ঐ থক্লবা খবা হোৎনকগে।"

বানিবালা - য়াবেকো, চাক চাবকপদা ঙাইবিকো।

রুপা ইমুংদা চংখবে । বানিবালা শাংনা থাবিবা সোফা অমদা ফমই। বানিবালা মতাগী নুংঙাইববা মওং নিংথীজববা যুমশা- কৈশা, যেংখি যেংখিবদা ডেকোবেসনগী পোৎশিংনা পবেং পবেং ফক্লাংদা অমসুং ইমুং অদুগী কাচিন কোয়াদা য়ান্দুনা নত্রগা খিন্দুনা থম্লীবশিং উরুবদা ব্রাদুনা লাকখিবা পূক্লীং খবা মখৈদি পোথাবা ফংখি।

মথোল অনি অহুমগী দল্লানমক শাজদ্রবসু চাওবপ তৌববা থোং থোংনাও মবাং কায়না পাল্লবা যুমদা ঙাইহাক পোথাবদা ব্রাখল লৌশিং

থোক্লীংঙাইনি। থোংনাও মযাদা মখল কয়াগী লৈশিংগী লৈনম্মা ইমুংদা পোত্থাদুনা লেংশিনলিবশিংগী পুক্নীংবু তনৌ তনৌহল্লী।

ঙসিদি মতাবোয় কপাগী মনাক্তা কোইবক্লীবী বানিবালাগী পুক্লিংসু ইনৌ নৌথোকহল্লে। তাইওন্নববা শংশাব অসিদা লাইববগী ৱাখলনা মিৎকুপ অমা লৈতানা পোত্থাজবা ফংজদ্রবী ববানিবালাগী পূক্নীংদা ৱাহং অমতংগী পাউখুম নুংশিববা লৈনম অদুনা পীবক্লী পূক্নীংদা তপ্না।

লৈবাং ওইবীশিংগী পূক্নীংদি তনৌ তনৌই ইচমতা চমই। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা খোইমু, কুবাক, পোম্বী চেক্লা, তিন কাং ফাওবনা কাযদোংদুনা লৈবাংশিং অদুগী লৈহি মপুক্নীং পেন্না চুপ্পি। মসি মহৌশাগীনি।

"কবিগুম্বা ঐহাক্কী ইখোং অসিনা শোইনাইববা ওইবমদ্রবা ঐহাক্কীসু ঙহান্না লৈজবমগদবনিকো লেংদ্রবা পুন্সিগী খোংবুবোই অমা। পুক্নীংনা খোইদাজবা খোইমু অমতা পাইবক্তি ঙসি ফাওবগী মনুংদা !

লক্লগে নৌজবিবী লৈবাংগী লৈনাবু নৈহৎপীগে হাযবা খোইমু কযাদি পাইবকখি ইনাক্তা মশীং লাকঙমদনা। ঙংলখি তৎতনা লমহেনবা খোইমু কযা কযা। অমবু ওইববসু নুংশিবদা কৎথোকপা থাজবা থন্বীবা ঐগীদমক্লী হাযদুনা লেপ্পীগদবা লাযবজববসু পুকচেল শেংবা অমতা চংজবক্তি ঙসি ফাওবা ইনাক্তা।"

অদুঙৈ ৱানা হৌজবকপদো ঙসিদি লাইবক ফবনা ঈশ্বরগুম্বা খোংবুবোই অমা ফংজদুনা কযাদা ঈংনা চন্নবা পুন্সিদা পূক্নীং লৈতানা হিংলম্লীবা। যাইফবা ওইযুকো ইতাবোই নহাক্কী পুন্সিদা !

সাইত টেবল মথক্তা এলবম অমা ইচাও চাওনা লৈবম্বা উবকই। তপ্না লৌখৎলী। মতম্বাক্তা থম্লগা অম্মমতা ওইনা হাযদোক্লুনা য়েংবা হৌবকই।

কযাদা নান্না থন্নীবা ফোটোশিং। অহানবা মক্তদা ইমুং মনুংগী পুন্না কাপমিন্নবা ফোটোনি । মথংদা মহাক্লা লৈশাবিঙৈগী ফোটোশিং মথং মথং হাংদোক্লুনা যেংই। মখোযশিং অদুগী মবক্তা ইখঙ খংহৌদনা অদুঙৈ ক্লাস নাইন তন্নিঙৈ মখোয় পুম্বি মপান্দা কাপমিন্নখিবা নুংশিববা ফোটো অমা যাওবম্বা থেংনবকখি। মদু উকবদা,

- আ ! কযাদা নুংশিত্ত্রবা অঙাং ওইবিবঁগী ফোটোনো। নুমিৎতুগী থৌদোকশিং নীংশিংলকখি খংহৌদনা . । নুমিৎতো মমান্নবীশিং কেমেবা পুদুনা কোইবকনি কালেন ছুটি থাখিবগী নুংঙাইববা নুমিৎনি ছাত্র ওইবিঁঙে। মমানা মখোয় ইস্কোলদা পানবা থবী, হৈনৌ অমুনবা কযা হেকপীদুনা মখোয পুন্নমক হবাও হবাওনা চামিন্নবি। দুকান ফন্নিঁঙে ওইবনা মহাক্না চেন্দুনা অচাপোৎ কযা দুকান্দগী পুবক্তুনা চামিন্নবি। মতমদুদা কুপানা ফাগী তৌদুনা হাযবকই - ‘‘ইবেম্মা যাবে। নখোযগী দুকান্দো ঙসি হেক্তা লোইশিনবীবগেবো হযেংগীসু খবা থাকও কবিনো।’’

মযাম্না ব্রাহৈদুদা হৌনা নোকমিন্নখি বানিবালানা নোক্না নোক্না খুন্নকই - - ‘‘কবিনো হাযবিদুবো । নখোযনা চাদনা কযাম চাগদৌবিবা ?’’

মতমদুদা মঙাওথিবী কেমেবা পাইবী মমান্নবী অদুনা হৈনৌ চামিন্নবিঁঙে কাপশিল্লকখি।

ঙসিসু যাওবন্নী মযেকশেংনা ফোটো কযা হৈনৌ মখোং, শনাবৈ মবক পুখ্রিদা ইরুজবিঁঙে লেঙ্গোন্নদুনা কাপমিন্নখিবা ফোটোশিং ! নুংশিবকই মতমদো! হলক্লবোয অমুক ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিগী নুংঙাইবা তাঙ্কক ! শিন্থবকখিবা খংহৌদে লেপ্পা নাইদ্রবা পিবাং বানিবালাগী মিৎলুগী নাপোম অনিমক্তগী তপ তপ্ ! পীবাংদো কনা খংহন্নীংদবনা তৈথোকই মহাক্না পাইবিবা কমাল অদুনা তপ্পা তপ্পা ! গাডি মখোল অমা তাখি। পীক্লিবা অঙাং অমা থোংজিন্দগী মমা ওইববোই নিংদুনা চেনশিল্লকই বানিবালাগী মনাক্তা -
- ‘‘মমি ! ঐ লাক্লে।’’

অদুবু মনাক নকশিল্লক্লগা মমা ওইবমদবা অদুদা ইকায নুংশি যান্নদুনা মবুক্লীং নুংশিনা কপলগা মপান্দা থোকখি।
- ‘‘পাপা ঐখোয মামিদি ?’’ মপানা পম্নদুনা হাযবকই -
- ‘‘হৈমা নখোয মমা লৈবমদ্রববো ? ও সোবি! পাপা লৈবিসিদি । লাকও লৈবমগনি কিচন কমদা !’’

ফম্নমবদগী হৌগৎলদুনা বানিবালানা হাযবকই
- ‘‘তামো অঙাং লৌবিরুববা ?’’

ইঙক ঙক্লা থোকই অনিল। বানিবালানা ইথা থাজদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবম্বা অদুদা। ঙক্লবসু ঙক্লা খুন্নকই "হায বানিবালা ! লাক্লম্মী! কপাদি ?"

- "কিচন্দা চংখিবদা ঙাইবিবনি।"

- "ও! অদুননিদনা বোযনা কপ্তুনা চেম্থোক্লীবা !"

বানিবালা নোক্লদূনা হাযবকই - "অহোয তামো ! মমা ওইববোয নিংদুনা ইনাক ফাওবা লাক্লম্লবনি।"

অনিলনা হৌনা নোক্লগা মচাগী মখুৎ পাইবদুনা হাযবকই-

-"বোয ! মসি নখোয মমাগী মমান্নবীনি, অন্তি হাযনা কৌগদবনি । শে ওম্থোক্লকউনে।"

ইকাযজবা খংলবা মচানি মথানুংদা যোংনাও মচানা নপ্তুনা লৈবগুম লৈবি। মচাগী মতৌ অদুদা অনিলসু তৌফম খংদ্রদুনা নুংশিনা মনঙ্গলদা পোপ পোপ ফুবদুনা হাযবকই,

- "মসি অঙাংসিদি ইকাযবা কাসু খংলে নে।"

বানিবালা চংশিন্দুনা ক্রেজেক পীকেট অমা পুথোক্তুনা পীবকই। মপানা লৌনবা হাযবকই-

- "যেংউসে অন্তীনা অচাপোৎ হাওবী অমা পীবে।"

মমাযদি লৈথোক্লক্তে মখুৎতি তপ্না তিংথোক্লক্তু না অচাপোৎতু লৌই। মপানা লক্লে -

- "ইকাযদবসিদি। শে অন্তিনা পীবকপা অচাপোৎ লৌববনিনা নমষ্টে গুড মোবনিং অন্তি হাযবো মদু নত্রগা ঐনা নঙগী অচাপোৎশি অমুক পীথোকত্রগনি।"

অঙাংদু মপাগী ব্রাহৈদু তাবদা মীপাইবদুনা অচাপোৎ অদু পাইবগা "নমষ্টে অন্তি গুড মোবনিং হাযবকই।"

মপা অমদি বানিবালা অঙাংগী নুংশিবা মওং মতৌ অমদি হাযদোক্লিবা খোঞ্জেল অদু তাবদা পেনখিদুনা মচাবু নুংশিনা চুপ্লীবকই।

বানিবালানা - "নোক্লদূনা নমষ্টে গুড মোবনিং ।"

কিচন্দা লৈবিবী মমা কপা মতমদুদা চান্না থক্লবা হাপ্লবা ট্রে অদু পাইবদুনা

মখোয়গী মনাক্তা থোক্লকই। মাগী মপুবোইবনা লৈবম্বা উবদা যাম্না ঙক্লা যানিংদনা হায়বকই -

- "হৈমা কবিনো ফমদ্রবো বালা।"

মপুবোইবানা নোক্লদুনা খুম্লকই- "ফম্লম্বনি অদুবু নচাগী মওংদুদা হৌগৎলবা।"

ঙাইহাক নোকউবগা মচাদু মমাগী মনাক্তা থম্লগা হাযবকই - "তমলোদনা নমাদা ব্রাীশিংদো ইকাইদবা?"

মমা মচা কাযনরুবগী হঞ্জিলকপদা কনাগী ব্রাবি লৈবগে ? অচাপোৎতুগা মমাগী ইনফি হাযদোক্লুনা অমৃত খোল্লাং থক্লবা হোৎনবি। মমানা ফনা থেমদুনা হোৎনৈ অদুবু যাখিদবে । মচানা ঙমদুনা মমাগী খোল্লাং অমৃত থকখি। ঙাইহাক তুমিন্না কাদুদা লৈরুবগা অনিলনা বানিবালানা মখোযদা লাকপগী মবম হংলকই -

- "কবি হাযনিংবা লৈবগে লাকথোকতনা লাকপদি ? মতম কুইবে উনখিদবসু কবম পাল্লি নুংঙাইবিববা ?"

- "তামো নুংঙাইবি হায়বা তাই।"

- "ইমা পাবুংদি অনা অয়েক য়াওদবা নৎত্রা?"

- "পাবুংদি লৈখিদবা চহি অমা ফাবক্লদৌবে।"

ইঙক ঙক্লা রুপা মতৈ মনাও অনিনা হাযবকই-

- "কবি ওইনা ঙমদদুনা?"

- "কেন্সবনা নাবকপদগী কনবা ঙমখিদবে।"

- "অদুগা ঐখোযদদি কবিগী ঈ- পাউ অমত্তা খংহনবীবকখিদবা ?"

- "মতমদুদা ইমাসু নাদুনা লৈবি ঐহাক ইথম্তা চেম্ছোক চেনশিন তৌবদা নখোয়দা নত্তে ইমান্নবী অমতা পাউ হাযবা ঙমখিদে।"

- "নুংঙাইতেদা তাবদা, অদুদি ফিবোযনা কবি থাদা তাবিবা ?"

- "মথং থাগী পুর্নিমাদা তাবে।"

- "অদুদি কুইদবেদনা।"

- "উম কুইদবে। ইমানা মমিংতা ওইনা যুমগী লাইনিংথৌদা শিধা ওইনা ঙমজবা খবা কৎলগা তোক্লশি হায়।"

- "ঐসু ইমুংগী ফিভম্না নাতৈ চাবক্তবনে মদুম্না তৌবগা ধর্ম্ম কর্ম্ম খবা শমজিনশি, শমজিনখিবনা ফবগদবা খল্লী।"

"মদু যাববুদি যাই। লৈতবগী যেংউবগা অদুবু ইতা ঐখোয় লৈবিঙৈ ইতাগী কবি ব্রাৎলুগনি। ইতাগী পাবুং ঐখোযগীসু পাবুংনি। য়াম্নমক চাউদ্রবসু মযামগী চৎনবী চাংদাদা পাবুংগী অত্মা শান্তীগীদমক ঙমজবা খবদং কৎথোকখিশি।"

- "মদু থৌ চাওথোকপা থবক্লীদা ইতা! লাইওইখ্রবা পাবুংনা খঙবী উবীবক্কদবা নত্তে ইতা হোযদা অযেৎপা ওইগনি মসিগী ব্রাফমসি তেনশিনলশিদা।"

- "কবিগী তেনশিল্লুগদগে নঙনা বার্তন খক্তং তৌবীবো। অতৈদি ঐখোযনা লোযনা শিঞ্জবককে।"

"ইতা ঐহাক্না লাকচবিবশি হিবম অদুগীদা ডিপেন্দ তৌদুনা লাকচখিবা নত্তে। হিবম তোংঙানবগীনি।"

- "ফিবোয অমদি অদোমগী অতৈ ব্রাফম খন্নবদা অকাযবা লৈতে। ঐখোয নীওইবা সমাজনি! অমনা ব্রাবকপদা অমনা তেংবাঙনবা হাযবসি তঙাযমক ফদনা দবকাব ওই অমসুং ওইখিগনি।"

ইকাযবনা খুমফম হাযফম খঙদ্রবী বানিবালা মমাযদা কাবক্লীবা হুমাংশিং নপথোক্লগা তুমিন লৈখিবমই। মবক্তুদা অনিলনা মহাক্কী অব্রাবদু উবদুনা যাম্না চিংলেম্না হাযবকই -

- "কবি তান্নশি হাযবগে লাকথোক্তনা লাকপদি?"

- "অতৈগী নৎচদে তামো! পাবুং লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐখোয ইমুংগী ফিভম মওং চাদনা লৈবকপা চহি অমা হেঞ্জিলক্লে।"

- "অদু ওইববদি থবক অমা তান্নবা তৌবশিদনা?"

"তামো কবপসনগী যুকশিদা নচলগীদি সার্টিফিকেট খক্তনি লৈজবিবা!"

কৃপানা মমিৎনা মপুবোইবদা যেংলগা হাযবকই নখোয ওফিসকী এল. ডি. সি. গী ফম অমা হাংলি হাযবদুদি কমদৌখবে?

অনিলনা নোক্লদুনা পাউখুম্লকই - "ঐখোয় ওফিসাবনা কদাযদগী কুম পুবী নুপী অমা পুশিল্লক্তনা ঙবাংদগী থবক কাবা লাকখবে। কুম্মেনি মাগী মতৌসি লাকপদা ঙাইবিঙৈ জগৎ পুম্নমক শুপচিনখ্রগদবগুম ব্রা ঙাংই। ঐদি ওফিসতা

মহাক কাবক্লমগনি খনবদা ইতনবু তম্ভখবে।"

রুপানা মতাদা মুন্না যেংলগা হাযবকই - "অদু ওইববদি ঐখোয স্কুলদা ওজা অমা ব্রাৎলিবদু ওইনা ঙাংনবীবশিবা?"

বানিবালা রুপাগী ব্রাফমদু তাবদা হবাওনা খুন্নকই - "ইতা, যাইযে যুমদা অশুম মতম লেম্ফোকপদু পামদদুনা তৌবনি।"

- "ফবে অদুদি হযেং মাই তামোনা ঙস্তানা থবক চৎত্রিঙৈ লৌবিকবো অদুগা ঐখোযদা চাক চাবা অমা হাও হাওতবা চামিন্নবগা ঐহাক্কা চঙমিন্নদুনা হেক্তা ঙাংনকবশি।"

- "যাম্না নুংঙাজবে ইতা ! অদোমগী তৌবিমল মতম চুপ্পদা কাওজবোই।"

- "ইবেম্মা নরাইবক লৈববদি শোইদনা যাবিবক্কনি। তলপসু চাং নাইবনি। তৌবদবু নখোয অদুব্রাইদগী অঙাং ৪।৫ দি খোমদুনা পুবিবকউ হাযবক্কনি।"

- "অদুবুদি খোমজগে। ঐনা হাযজবদা যাবিবক্কদবা ছাত্র ৪।৫ দা নত্তে ৯।১০ দগী হেন্না যাবিবক্কদবা কয়া লৈ।"

- "যাম্না নুংঙাইজবা ব্রাফমনি ইতা! নহাক্কী থবক হযেং শোযদনা মঙ্গোল ওইগনি হাযবা ঐগী পুক্নীংনা চেৎনা থাজৈ।"

- "অদুদি ঐসু অমুক যৌশিঞ্জগে তামো।"

- "নঙবু চা নত্তনা অতৈ চাদ্রমালে।"

- "যাজবে তামো।"

- "কবিদা লাকপগে নঙবো ?"

- "তামো বসতা।"

- "অদু ওইববদি, রুপা হৌগৎলো কবি কবিনো হাপ্পীখিনবা যেংউ।"

- "নখোয নচানুপাশে মফিকা হোংদোক্তদনা তুমখবে। শে অমুক্তা পমখৎপীযু হৌগৎকে ফৈবাক কাশে পুংশি শিথবে।" ব্রাফমদু মপুবোইবদা হাযজবগা মচাবু তপ্না কোনখৎপীবগা মপাদা শিন্নবকই। মপানা মচাবু মমাদগী লৌখৎলগা মাগী কাদা চংদুনা শুপ্নীনবা হোৎনখি। রুপ্পানা মতা বানিবালাদা যেংলগা হাযবকই।

- "ইবেম্মা ঐখোয়সু মতম অমদা যাম্না ৱাবমই। অদুবু হন্দক চহি ২।৩ অসিদা ষ্টাব চুন্নক্কুনা খবা মাইওন চুন্নকপগী ৱানি। ৱাবমখবেদা মতমদো। ইতা খল্লুবদা তুজুংই। "

"ইবেম্মা পূক্লিংশে লৈতাদবে। ইমাসু ঙমহৌদবনি তামোনা হোয লাওদুনা লৈহৌবনি। হ্যেং থবক্তা ফংলবা মতমদা পূক্লীং লৈতানা শান্নবশিকো।"

- "ঙাইখোদা! অনাবা ইমানা চান্নবা ঙসায লৈবকপা ব্রেটশিং অসি পুবিখো। অনাবা যাওবকপা হাযবসি পোথাফম খংদবনি।" খান্নদুনা রুপানা হাযবকই

- "যাবেদা ইতা! চাক্তী খবা খবা চাবিপোৎনি।"

"ইবেম্মা কুইবক্লোয পাখৎকনু। নংবু তোইনা লাকপা মীবো? রুপা চংখিবগা চেখাউদা হাপ্লদুনা পুথোক্লকই।" অদুগা হাযবকই -

"অতৈ হাপনিংঙাইদি লৈতেকো।" নোক্লদুনা হাযবকই।

- "থেঙ্ক যু, লাকও লেংথোক্লশি" হাযদুনা বানিবালা রুপাগী মমাং থাদুনা মপান থোক্লকই। মতমদুদা অঙাং মমিৎ শিংলদুনা হৌনা কপ্লকই মপানা হাযবকই-

"যাদবে হায ! ইবুংঙোশে অমুক্ত চংলকখো মসি অঙাংশিদি মমিৎ শিংথ্রপোৎনি। রুপা মতাদা যেংলগা হাযবকই মসি অঙাংসি মমিৎ যাম্না শিংবনে। হো যাদ্রবদি পুথোকপীবকলো।"

অনিল কপ্লীবা মচাবু পন্নদুনা মমাগী মনাক্তা চংশিল্লকই। রুপা মচাবু মপা অনিলদগী লৌবগা কপ্লা থেমজৈ-

- "তু যেংউ ! অন্তিনা নোক্লখিবা তাবে।"

অতৈ ৱাবী শান্নদুনা বস ঙাইফম যৌবকই। বসতু মতাং চানা লাকপা তাঞ্জা থোকউদুনা বানিবালা তপ্লা বসতা কাখৎলি। চৎলমদাইদা রুপাগী মচাবু কৌবদুনা লক্লবকই-

- "বোই অন্তি হ্যেং অমুক লাক্লগেকো বাই!"

রুপানা কপ্লা ফববা মচাগী মখুৎ তিংথোকহলগা মখোযবু থাদোক্কুনা চৎথ্রবী অন্তি বানিবালাদা বাই বাই তৌহল্লি। যাম্না তন্না মচানা মঙোন্দগী থাপ্লা হেন্দোক্কুনা চৎথ্রবী অন্তি বানিবালাগী মফমদা নুংশিববা খোঞ্জেলদা হাযবকই "বাই বাই মাম্মী।"

মমা রুপানা মম্মী হাইহন্নিংদবনা মচাদা চৈহৎলদুনা মম্মী হাযগনু অন্তি হাযয়ুনে। মখোয় মমা মচাগী মতৌদা কবি নিংশিংলক্লবনো অনিল সাহেব মথন্তা হৌনা নোকথোকউবগা হাযবকই "হা! হা! হা! বোই নঙশিদি।"

মচে অনিসু স্কুল ছুটি থাবক্তুনা সাইকলদা হলকই। রুপা অনিল অমসুং মচানুপা বোই মখোয অহুম বসনা মিৎযেংগী ৱাংবদা হেন্দোক্তুনা চৎস্রবদা মযুম মাযকৈ পাংলকখি।

*****

# তবেৎশুবা পন্দূপ

ঙসিদি বানিবালা তলব যাম্না যামদবা থবক অমা তৌখিবদগী পুক্নীংদা সান্নী ফংজবে। অদুবু অনাবা লৈবা ইমুংদা অকনবা কনাসু যাওবমদবে। বানিবালা থেংনা হলকপদা ফমুংদা নাদুনা লৈবা ঙমদ্রবী মমা চৈশু পাইদুনা যুমগী থবক ইঙ্খাং মানা ঙমজবা মখৈ হোৎনদুনা লোইশিল্লমই। থবক খবা শুকবদা শ্বোব চনিং তানা হোম্বা ব্রাববা মমানি। মদু খংদবনা ফমুংদা লৈবিবা বিশ্ববজিৎনা মচনবু হৌনা হৌনা কৌবকই- বা ! বা !

যুমদা লৈতবনিনা কনানা খুন্নীবক্কনি। অতোপ্পা ফমুংদা হিপ্পীবা মমা শুববালানা নাহেবা তোক্লগা খুন্নকই - "কৈদৌবগে বিশ্ববজিৎ !" নচলদো থবক অমা চৎথোকখি। মনা তাদবা মমিৎ উদবা ঙাংনবা ব্রায তাইবংদা অশোনবা অনাবী মমা যাম্না ব্রানা মনাক্তা চংশিন্দুনা মচানুপাদা খংনবী ঈঙ্গিৎতা তাকই। বিশ্ববজিৎ শাউবনা ঙসিদি মৈ হৌখবে। মখুৎ অনি ব্রাংনা থাংগৎতুনা উপাককুম্ন ফমুং অদুদা কযাবক হন্না থাজিন্দুন অশাউবা ফোংদোক্লমই।

"ঐ মহাক্কী অসিগুম্বা থবক মতৌশি পামদে। ঐবু হাৎতোকপীবো। থাং পীবো ইথন্তা থিন্দুনা শিজখবগে কৈদৌকগনি অশুক ব্রানা হিংলুদুনা ....।"

মমানা থেমজিঞ্জে মচাবু, অদুবু ঙসিদি অশাউবগী মৈবিনা হেনমনখিবনা অশোনবী মমাবু ইম্বোকপীবক্লে। মহাক্কী ব্রাহে ইঙ্গিৎ, শোইনাইববা বিশ্ববজিৎকী পুক্নীংবু ফাথবীবা ঙমখিদবে।

উপায লৈত্রবী মমানা মথন্তা হন্দোক্তুনা ফন্নগা কপচবি। খোইশাওনববা মচানুপা বিশ্ববজিৎনা লাওবি মযেক মশোয় খংদ্রবা মহাক্কী মবোলদা

"হা ! হা !

ব্রা ! না ! ফু· ফুই !

ই: শি: ।"

কনানা খংগনি মহাক্কী মবোল। তাবি লম্বী সবক্তা চৎপশিংদি। মখোযনা মযেক মশোয খঙদ্রবা বিশ্ববজিৎকী খোঞ্জেল ঙাংনদুনা চৎনবি মীযাম্না-

- "ঙসিদি বানিবালাখোযগী ইমুংশি কৈদৌববা যাওববনো খংদে মবুং বিশ্ববজিৎ অসি ওক যেন খোংদুনা লাওবগুম লাওনবেহে।"

- অমনা খুমই "ভাই ঐ নত্ত তৌবনি অশুক ৱানা তাইবংশিদা হিংদুনা লৈগদবগী শককপুদি হু কোক থক্কুনা শিজখ্রগনি ঙহান্না।"

- "ভাই ! মদুসু যাপোৎ নত্তেদা চৎপসু ঙমজদ্রবা মহাক্না কদাযদগী হু লৌকদুনা থক্কদৌবিবা ? ওইবা যাদ্রবা ৱাফমনি মদু । মদুগী শকক খোঞ্জেলসি তাদনবা খোংকাপতো খজিক্তং লাওনা থাংবীবকউ। ঐদি তাবদা হৈনখিদবে।"

- "অঙকপা মীনিকো মকপ নংসিশু।"

নুমিৎ তাশিনখ্রে। অতিযাদা নোংনা মচি মচিদা পাইবম্বদু কুংশিল্লক্কুনা মাযকৈ মবিমক মমশিনখবে। হৈথবক্লগে মতাগুম খাক্লী লাওবি মাযকৈ অশোমদা লাক্লি অকনবা নুংশিৎকা ইবোইননা !

অশোনবা মমানা থোং থোংনাও লোনশিন্দুনা মুৎশি মুৎশিববা পোদোন অদু চাকশংদা থানলশ্লগা মাগী ফমুংদা চঙদুনা পোখাজখি। পুং ৮।৯ তাশিল্লক্লবা ফাওবা মচানুপী লৈশাবীনা যুমদা হঞ্জিলক্তবা অদুদা অৱাবগী মথক্তা অৱাবা হাযবদু হাপকৎতুনা পুবি পোৎলুম মমা ওইবী শুববালা মশাগী অনাবা চৈনাখোল ফাওবা কাওথোক্কুনা- ।

কনাদা হংলুগদৌবি অশোনবী মমানা ? কদাযদা থীকুগদৌবি মচানুপীবু। হন্দক্তা মমান্নবী কুপানা ওজা ওইবগী থবক মচা অমা প্রাইভেট স্কুল অমদা হাপ্পীবনি। তলব যামদ্রবসু মতম চানা থবক কাদবা যাদে। হলকপসু অফংবা বসতা লাকপনিনা কবিগুম্বা মতমদা থেংলকপসু যাওবকই।

"ঙসিদি স্কুল ছুটিনি। অদুগা কদাযদা চৎলিবা ঐনা পুকশে খজিক্তং চানিং থক্লিংবা পোকপা মতমদা কদাযদনোবা লমহেনবী মহাক্লা যুম থাদোক্কুনা চৎলিবা? মহাক মবুংবু নুংশিদবনে। লৈশাবী ওইবনিনা পাখঙনা খোইমুগুম ঙংলদবা নত্তে খুইথববা লৈবাংগী লৈকা মনাক্তা গুন্ গুন্।

মীপায চাওবী লৈবাংনি । থাজদ্রবা মতমশিগী ঈচেলশিদা থম্মোয মচা অমদি জগৎপু শেম্বীবিবা ঈশ্ববনা ইবেম্মা বানিবালাগী পূক্লীংদা নপশিনবীবমই।

নুংশিবা কৌবা হাযবশিমক্তবু বসন্তা ঋতুনা লাকপগা কনানসু হাযনকবা তৌকদনা মথন্তা কাইহৌজবকই। তানফম খংদ্রবী মীমান্দ্রবী কেতুকী লৈবাংনা লৈনমতমক পংয়েন্দা যেম্লোকই। লৈহৌদবে লৈকাদা মবিক ফাওবা ! হুমদুনা পুবিখবে মীনুংশি খংবীদ্রবা মালংবনা।

পুং ৯।১০ তাশিনলক্লবা অদুদদি মচানুপা বিশ্ববজিৎকীদমক খল্লগা ফুনাক্তা শীং মতেক মতা খবা তুবোয ঙাবোয পুশিন্দুনা চাক মৈদি থাগৎপীবা হৌবে তপ্না তপ্না। পুক্লীংদা খল্লি মওন মওন চৎথোকখ্রিবী মচানুপী বানিবালাগী মবমদা - মাগীসিবু বস যাদ্রদুনা থেংঙক্লীববা ? অদু ওইবসু গাউীদি চেল্লিদনা অতৈ অতোপ্পা কযা অমা। মদুদা যাওবপা যাই। হন্দক মবকসি মওং অমসু তৌই। মহৌশাগা ইমান মান্নদে। ফমুংদা চংখবে মুকম মুকম শোল্লী।

"হৌজিকপু চেনখবে হাযদুনা তৌববদি কমদৌবা ? মপা লৈদুনা শেগা মাইগা অফ-ফত্তা তান্নগনি হাযবসু লৈতে। অঙাও অফৈ ওইজববসু মৌপ্পাদু লৈজববদি খবসু ফগদবা! কনাদনো অশোনবী ঐনা তান্নকগদবা লুখবেদা হে ঈশ্বর! তোল্লবী ননাইনা তৌগদবসি।"

"মহাক লৈবগী খবা শাফবিবনি। মহাক্লা চৎখ্রবা মতুংদা কনাননো অশোনবী ইমা ইচাবু যেংশিনবীগদবা ? নীংঙোল ওইবীশিংদি মপুবোইবগী এখাদা লৈখিগনি। মবুং অসিনা মশা মউ ফদুনা শোইনাইদবা নুপা হাযবদু ওইবল্লবদি মমা ঐনা থেংনবিবা অৱাবা কযাশে খবা মখৈদি শাফবমগদবনি। হে বাম! নহাক্কী লিলা অসি অঙকপনি। অৱাবা অমগী মথক্তা অৱাবা অমা লৈতে অবেপ্পা ঙসি ফাওবদা লাইবকথীববি শুববালা ঐগী পুন্সিদা। কবি তৌকগনি হিংলুদুনা, অশুকৱাবা মৈশা কযাগী মৈবকশিদা মৈৱাইদুনা লৌশিনবীবো প্রভু। তোল্লবী ননাইবু ৱাববা তাইবং ঈপাক অসিদগী নখুযা থম্বালনুংদা।"

চিল্লবা অহিংদা থা থৱানমীচাক লিশিং লিশিং কযা থোক্লবসু ঈংই থম্মোযদা শান্তী ফংই। অদুবু অযুক নুংথিলদা কোইবৌ অমতং থোক্লকপদা মালেম পৃথিবীদা লৈবিবা লেংলি পাল্লিবা থৱায পানবা জীবা খুদিংমক্কী অত্মা থক থক নিক্লা খাংই। সমাজগী চৎনবী অউনপোৎ কদাযদগীনো অশোনবী ঐনা লাংঙুগদবা ? পঙইদকো ইবেম্মা তুংগী ৱাখল তৌদে।

পঙবগী মসিতা থোক্লবা শিঞ্জবনি। ঙবাংতা থবক মচা অমা ফংলগা ঙসিনা থা কান্নবা হোৎনৈ। কবম্বা ইমুংনো নখোং শেকপী নঙবু অউনপোৎ য়াওদনা লৌশিনবীগদবা ? চন্নবীবোইনে অপঙবী !

নোংনা পুংলুপ লুপ্না চোৎলবা শাবিনি মখুৎতা বেক মচা অমা পাই মপান্দা খংহৌদনা কৌবকই।

- "ইমা থোং হাংঙো।"

- "মমা ইঙক ঙকই। মচানুপীগী মখোল তাবদা। মুৎশি মুৎশি থাল্লিবা লালতেন অদু মৈবি খবা লৈখৎলগা থোং হাংদোকই।"

মচানা ইচোৎ চোৎনা লাকপদু উবদা হংলকই,

- "কৈদৌবে অশুক থেংঙক্লীবদি ?"

- "গাড়ী লমখাংদা য়াবক্তবা অদুদগী অমুক নোংলৈ নুংশিৎ মাযোক্লদুনা অনকপা ইমান্নবীগী মযুম চংলুবদগী হন্দোক্লকপদা থেংখিবনি।"

- "হৌজিক্লা কবম্না লাক্লীবা ?"

- "মখোয মনাও নুপানা ঐখোয কোম্পোং ফাওবা থীনববিকপনি। মখোয ইমানদি লেকথোকখ্রো নোংশি হাংগদবা মান্দে হাযদুনা যাম্না হাযহৌবনি অদুবু ঐনা যাদদুনা লাক্লবা। গাডি মচানিনা লোযনা চোৎখবে।"

- "ইবেম্মা নঙনা খঙগদবা অমনা নহাক নুপীনি অদুগা লৈশাবী। মতুং মনাওদি নোংচিংগী ফিভম যেংলগা থবক চৎথোক্লদবনি। থেংঙক্লগা যুমদা লৈহৌবা ঐখোয় লৈফম চাফম খংদে।"

- "লম্বীদা অশুম্না তৌবক্লনি হাযবদি কনানা খঙগনি।"

- "চাকশে থোংঙোলাও।"

মমা শাওবে খংবদা পাউখুম পীদনা মফি মবোল অচোৎপশিংদু হোংদোক্লগা চংশিলক্লনা মানা লৈবকপা ঙাদু তাওদুনা চাবা যানবা হোৎনখি।

য়াম্না শাউনা চাক চাববোইশিবা হায়দুনা লৈক্লববা মমা অমদি মবুং অনিমক হৌজিক্তি ঙা ঙৌবা থোংবা তাউবগী নুংশিববা মনম মালংবগী শাহুমদা তপ্না থাদোকলকপদা শাউবম্বসু ঈংথখবে চানিংঙমদবা চাকসু খংলাম লামখৎলক্লে।

থবক অমা তৌবদা পূক্লীং চংবী বানিবালানি। পীশক পীক্লিডৈদগী মমাগী অৱাবদা মতেং পাংদুনতা লাকখিবা ওইবনা যুমগী অৱাবা ফিভম লোইনা খঙই অমসুং উই। চাক ইঙ্খাং থোং থাকপদা লৈকাযশিদা বানিবালাগী মমিং ফজনা চৎপী লক্ষমী চেনবী নুপীমচানি। চামফুৎ মক্তা ফুৎলবসু মবৈ মুন্না মওং তানা ওইনম্মা থোংবা হৈ। মীকৌ মীবমদা থকশি খাকশিদা মঙোন্দগী তমজনিংঙাই ঙাক্তা ওই।

চাক থোংনা থোংনা মমাদা হংলকই,

- "ইমা ঙসিদী অঙাংশিং নুংথিলদা লাকঅমদ্রববা ?"

- "ঙসিদি কদাযদগী লাক্কদৌবিবনো ঙায়হাক্তংগী অকনবা নোংলৈ নুংশিং অদুনা ঐখোয যুম কাশি ফুক্তুনা পুগে তৌবম্লবনি।"

তাঞ্জাদুদা নবুংনা নহাক হলক্তবগী শাউবিবা। "চাক্তো লোযববদি মহাক গন্না খাযদোক্তুনা অমুক্তা পীজনবা তৌখো।"

- "ও! অসিদসু নোং নুংশিৎকী অকনবা শাহুম লাকপোযবে।"

- "হো ৱাবীদো হুবেল তৌবশি চৎলো মনাক্তা চংশিল্লগা নহাক্কী নশক্তু উৎলুচো।"

মচল অমা ওইবনিনা মবুংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মহাক্লা থেংনা হলকপগী মবম মখুৎ মশানা ঈঙ্গিৎ তৌনা হাযবমই মমৈথংদা মবুংদো হৌজিক্কী ঙা থোংবগী মনম মনাতোন মযাদা পাইদুনা লৈবিবনিনা শাউবা হস্থবম্লে।মচলনা হাযজবা তাবিবে। মচলনা মতেং পাংদুনা ফুনাক্তা ফমহল্লগা মমা মচা মখোয অহুম পুন্না চাক চামিন্নবে।

মমানা মচানুপীদা যেংলগা তপ্পা হাযবকই- "ইবেম্মা নহাক স্কুলদা চৎপা অকুবা থবক চৎপবু ওইববসু ঐবুদি যাবে অশোনবা মীমান্নদ্রবা অমা যুমদা লৈহৌবি হাযদুনা কৈদৌঙৈদা ঙসিগী মতৌগুম্মা থেংনা মতম চাদনা হঞ্জিল্লক্তবা তৌগনু। ঙসিগী অসিনা অবোইবা ওইহনশিকো নমা মবুং শেন্নবা যাম্মা ৱাই। ঙসায মক্তদা মখুৎ মশাশে তেক্কদবা মখৈ কাংথোলগী উপাক মথক অসিদা মথন্তা থাজিনবদা ঈহিং নাহিং শাখ্রবনি। মমাগী ৱা তাবদা বানিবালা মঙোন্দা খবা চিংনবা লৈখবে খঙলদুনা যাম্মা তপ্পা পাউখুম পীবকই-

"ইমা! নচাসু খঙইদা তুমিন্না লৈবশি। ঐ মতুংদা অমুক ঙসিগী অসিগুম্না থেংনা হঞ্জিল্লক্তনবা য়াবিবা মখৈ হোৎনগনি। মতাংনা যাদদুনা থেংখিবনি।"

মমানা খোন খবা কনখৎলপ্লা অমূক হাযবকই- "মতাংদো যান্নবা মতুং মনাও নখুংদাংদা শিবিবা ঘবিদু যেংলগা থবক্তো চৎথবকউ। নহাক নুপী মচা অমনি। নহাকপু ঙাকপী শেনবীনবা নথক্তা নত্রগা নখাদা চং চং লাওবা মীশক অমত্তা লৈতে মসিদং কাওগনু।"

মমাবু থেমজিন্দুনা বানিবালানা খুল্লকই- "হোযবা ইমা ! মতুংদা অমুক তৌজববোই।"

- "নপাদু লৈবল্লবদি খবাসু কিনা চৎকদবা। লৈকায অসিনা মীগী কদাযদা অশোয়বা অহোবা লৈকবম্না বদনাম তৌশিগে ! কবম্না নোক্লশিগে হাযদুনতা যেংশ্লবনি । ঙবাং মক্তদা ঐখোয থোঙ্গালসিদা মথিবোং খবা থকচিল্লগা চাববা ময়ামসি অঙকপনি। নৌপ্পা লোম্বোক্তদু লৈববসু মাদি নিপানি খবা ফগদবা ঐদিনে যুমশে কদাযদনো অমা হোংনিংলবনি।"

মচানা খঙনিংনা হংলকই- "কবম্বা মতমদনো ঐদি উহৌদেনা?"

- "নঙদি নিংথৌ মনাই চুমদ্রিংনি নতুংদগী বোম লংশিলক্লবসু খঙলোযযে।"

- "কবম্বা মতমদনোনে ঐখোয ইমানা হাযবিবশিবু। ঐনা ট্যুসন হলকপদি লৈবমদে।"

- "হো নহাক্না অঙাং টিযুসন চৎশ্লিঙৈদা, ঐখোযদকা চংঙক্লদনা ঈশিংবু নিববনে নমিংবু কৌববনে। নমাদি থাং শোবি পাইদুনা ফমুংদা হিপ্লবনে ইবেম্মা। খবা খংঙো।"

- "অঙকপা লৈকাযগী ইবুং ইপ্পৌৰা হাযবদুনি। ঐখোযনা জাটি অমা ওইখিবশিদা উশিৎতদুনা তৌবক্লীবনি। মসিনিকো মীবমদা যুম হোংদুনা লৈক্লবগী অৰাবা দশা।"

অদুদি ঐসু খবা মখৈ চেকশিন্না লৈবা তাই। মখোযগী মবক্তা মতম খবা লৈবিঙৈ অসিদি। হযেং শেলথুমগী ফিভম্না খবা শাফবকপা মতমদা অতোপ্পা খুদোংচাগদবা মফম অমা হোংখিনবা অমুক !

অচুম্বা ওইগদৌবিববা ইপা ইপুশিংনা হাযনবা পাউবৌ - "যুমহোং তোইবগা লাইব তাল্লি। অৰাবা কযা নংগল্লি"।

ঙসি বানিবালাগী মফমদা থোক্লবে। ঙাথোংবা চাজববসু পূক্লীংদা শান্তি ফংদবে। অৱাবগী তেংথাখোলতনা নাকোং ৱাই চিন্না নিন্নবে। মসিনি লৈশাবী মপুং ফাবকপগী অৱাবা! মসিনি অহল লৈতবগী অৱাবা! মসিনি মবুং মৌপ্পা লৈজববসু শোইনাইবা ওইনা লৈবগী অৱাবা!

অদুবু নুংশিবদা খেৎনবা কবিসু লৈতে। পূক্লিং অমনা পূক্লীং অমবু জয তৌখিবগী ৱানি। থাজবা, কৎথোকপা নুংশিবগী চাউববা খুদম্নি।

*****

# নিপালশুবা পন্দুপ

শাববা কালেনগী নুংশানি। হাপ তাবগী কাংশি যৈবকপদা অঙাংশিং হবাওজবনা লোযখি।ওজাশিংসু ক্লাস চংঙুবগা উপান মখা থিনবকই ঙাযহাক পোথানবা মখুৎনা লাইবিক অমা পাযবগা হুমায হুম্ন হুম্নদুনা। বিক্রম পাল পিক্লিবা অঙাংশিংগী কুম্মৈ যেংবা থোক্লকই। ফমলম্বা অঙাংশিং হৌগৎলগা মখুৎ লোন্নবদুনা নমষ্টে, গুড মোবনিং হাযদুনা মহাক লাকপদা ইকায খুম্নবা উৎতুনা নোল্লুকচৈ। মহাকসু অঙাংশিংদা হবাওনা পাউখুম পীবদুনা লাকই,

- "গুড মোবনিং।"

- "নমষ্টে।"

- "সিট ডাউন, প্লিজ।"

- "শান্নবোযশিংদনা - সবস! খেল্লো বেটা! লেকিন বহাব মট জানা।"

বানিবালা, মমান্নবী কপা অমসুং বেনুবালা মখোয অহুমশু বেঞ্চ অমত্তদা ফমদুনা লৈবি। মতম অদুদা প্রিন্সিপাল মখোযনা ফল্লিবা মাযকৈ অদোমদা লাকপা অদুদা হৌগৎলদুনা ইকাইখুম্নবা উৎলি।

- "গুড মোবনিং সাব।"

- "গুড মোবনিং, থেঙ্ক ওল, হাও আব য়ু?"

- "মযাম্মা খুম্লকই নোক্লদুনা - ফাইন সাব।"

- "ও কে, হোনা চাহিযে।"

মহাক্লা অঙাংশিংবু নুংশা মবক্তা চেন্দুনা শান্নদনবা হাযবম্লগা মাগী কমদা চঙখবে। বানিবালা নোক্লদুনা ঙবাং থোকখিবা থৌদোক্কী মবমদা ফম্মীন্নবিবা মমান্নবীশিংদা ব্রাবী নুংঙাইনবা লিদুনা তাহল্লি।

- "ইবেম্মা ঙবাংদি ঐদি পোগ্রাম মহি চেল্লগা হালকখি। ইমানসু ঙাংবদা অহিং চুপ্পা তুমফম চাফম খংখিদে। হৌজিক্তা কন্না তুম্মিংলক্লি।"

- "লন্নানবদুবু কনানো ঐখোয়সু খবা খঙজবা যাবোইদবো ?"

- "ইবেম্মা খঙনবগা কুইদ্রি পোৎনি। নোংমা নখোযদগী হনখিবদা বস মনুংদা থেংনদুনা কাবোক কাবোক খঙনখিবনি। মতুংদা নোংমা ঐগী টলপ অহানবা ফংবা নুমিৎতা বজাবদা ইমানা ঐখোয লৈকাযগী অঙাং অমগা বজাবদা ইমানা লিৎনবা ফুবিৎ অমা লৈকবগা হন্দোক্লকপদা মহাক্না অমুক থেংনখি। ঐদি উববসু খংশিন্নদা নাথৈদুনা চৎচববনি। অদুবু ইন্নবক্তুনা ইমাংদা লেপ্লগা হাযকই।"

- "কবি হাযবকইবা ?"

- "কবিনো অদুক ফিংনা লেংবীবিবদুবো কনা কৈদৌবা যাওববগে ? ঐসু অঙম্বা মতেং খবদং ওইবসু পাংবা যাবা পাংজগে। যাবোইদবো?"

- "ঐসু খুমফম খংদনা ঙৈহাক লৈবমই।"

মবক্তুদা অমুকসু মখাতানা হাযবকখি- "অচছা সোবি, ঙাকপীগনি অদোম্বু ঐনা ডিষ্ট্রব তৌখিবগীদমক। অমুক যৌজবে।"

"ঐহাক নুমিত্তুদি খুমফম খঙদনা যেংলগা লৈহৌবন্মী। পুক্লীংদা লৈতাফমদি খঙখিদে।"

- "অদুদগী কদাযদা অমুক উনবিবা ?"

- "অদুগী মতুং হপ্তা অমা অমুক লৈবগা ইমাবু হোসপিতাল পুবদা লম্বীদা অমুক থেংনদুনা কৌবকখি। ঐনা যাদ্রবসু ইমান্নবা অমগুম মতেঙ কযা পাঙবিবল্লগা মযুম হনখি।"

নুমিৎ অদুদগী ঐগী পুক্লীংশে লন্নানবা মহাক্কী মফমদা লোন্না কৎথোকপা হৌখি। কবিগী মহাকপু ঐগী পুক্লীংদা চংজফম পীবকখিবা ঐহাক ইথন্তসু হাযজবা ঙমখিদে। কয়াবক মহাক্কী শক্তমবু নীংশিংদনবা হোৎনৈ অদুবু পুম্নমক অবেম্না ওইখি।

- "অদুবু কৌবনে ইবেম্মা "জৱানি দিৱানি, যৌবনগী মতম" ঐখোযসু তৌবকখি। হৌজিক্তবু থুংনববনিনা নীংশিংঙুদবে"।

- "ইবেম্মা মখা তাথবীবকও মিনিট ১০ খক্তা ঙাইবে।"

- "অদুদগীদি ইবেম্মা কনানা ঐগী লৈফম এড্রেস তাকথোউববনো খঙদে।

নোংমা ঐনা ইথন্তা মমাং পুম্রিজৌবদা ঈশিং শোকউবগা কাবকপদা ঐখোয মমাংগী হৈনৌ মখোংদা অঙাং খবগা ঙাইদুনা লৈবমবা  অদুদা ঐহাক্তী মঙগুম্না থোকখি। কৌদবা যাদ্রদুনা ঐনা কৌবমই

- "তামো কদায যৌবীক্ববগে ?"

নোক্লদুনা মুন্না চাগদগুম য়েংলগা খুন্নকখি "থবক অমা চৎলুবনি। মতম শঙলবদি ঙাইহাক্তুং থোকপীবককেবা পূক্লীংগী অবোনবা ব্রাফম অমতং ফোংদোকচবমগে হাযদুনা কোযথী থীবগা লাকচবিবনি।"

ব্রাফমদু তাবদা নোক্লদুনা কপানা হাযবকই- "ব্রা! পাখঙ অবিবনিনা ডাইবেক্ট হেক্তা হযদোক্লবোইবে। যাই হৈ ইবেম্মা মঙ্গোল ওইদৌ মাল্লি।"

- "(নোক্লগা) অদুদগীদি ঐসু যুমদা ঈশিংদু থনন্নগা ঐগী ফমুংদা খোং যান্থদুনা খনবা য়াবা ব্রাখল কযা খন্থবে। মমৈথংদা মহাক্কী চন্নবা ব্রাখলদুনা জয তৌখিদুনা ইথন্তা তুমিন্না মনাক যৌখিবা খংহৌদে। পূক্লীংদি মিপাইজৈ তপথবা ঙমজদে। কবিনো ঐনা ঙসি তৌবিশিবসু চুল্লিববা নৎত্রগা লাল্লিববা হাযবসু মফম খংখিদে। মনাক যৌঙমদনা শনাবৈ মখোংদা ফল্লি। মহাকসু চংশিলক্কুনা ইনাক্তা লেপ্লগা তপ্লা হাযবকই।

- "ব্রাবৌবুগনুকো ! অদোমগী নফমদা মতম্না যাম্না খুযৌনখিবনা নাকোযনবা ব্রাহৈ ব্রাতা ইশিন শিজিন্নদবে। ঐ হযেং মীবমদা অমুক চৎখিবা তাবে। সুটি থা অনিগী থোক্লকপনি অদুবু ঐখোয কম্পনি শ্রীলঙ্কাদা চৎন্নবগী হুকুম লৈবনা কৌখৎপগী লেটব থুংলখবে। যাবগদি হযেং অসি ঙহান উনখিবা হোসপিতান মমাংদা নুংথিল পুং ২ দা অমুক্তং উনশি। কবিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু নুংশিবীবা লৈববদি ঐনা হযজবিবা মফম অসিদা শোইদনা উন্নবা লাকপীযু লন্নানবা অমনি খন্দোকপীবগনা হৌজিক্কী অসিনা অবোইবা ওইজবগে অমুক যৌজবগে। মবক্তা খুম্বগী তাঞ্জা পীবমদনা চৎখবে। ঐদি যেংদুনা লৈহৌবে। মমান্নবা অমা যাওমিনবকপদুনা নোক্লগা হাযবমই- "শোইবা যাদেকো হোনেব্রালে ভাবি বাই ! অমুক যৌজবে ।"

- "খল্লুবদা তুজুংই । শিফাযদা যুমপানবা খুদোং থিনিংঙাইনি। চৎতবগনা কমদৌবা? মবুকচেলদি যাম্না শেংনা উই। অমুক খল্লি শিফায খক্তা পংশিদা শিববনে? অতৈ খুঙ্গংদা লৈবশিংসু শিনবিবা কযাশিদি। পোক্লকপদা ঐগী শিগদবা নুমিৎসু তন্নকখ্রবনি নোংদম্বা মানা।

অহিংদু ব্রাহং কয়া কয়ানা তুমফম খংখিদে। নোংঙালমদাইদা ঙাইহাক্তং তুমথকই। ইমানা য়াহৌ থেংবগী চৈবকই ঐসু থবক শৎ শৎ তৌশিল্লি। সুটিগা ওইবনে পুংশিংনা নকশিনলকপনে ঙাইহাক্তংদুদি লৈতাফম হেক খংহন্দে।

মতমদুদা চৌকিদাবনা বেল তাবগী কাংশি যৈবকই - কাং, কাং, কাং, কাং, কাং, কাং ! মমান্নবীশিংনা নুংঙাইতনা শোল্লি,

- "ইবেম্মা বেল তাখবে কমদৌনি।"

- "ইবেম্মা লোইশিল্লকউ।"

- "অদুদগীদি মফমদু যৌবগা উনবে। বজাব কামিনবে মাগী গাডি মচাদা। শাডি অশঙবা অমা লৈবীবমই। ঐদি মদু লৈদনবা যাম্না হাযজবনি অদুবু মানা যাদদনা ঙমখি। হলকপদা নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা থেংনখি। ঐখোয থোঙ্গাল ফাওবা থীনবীবক্লম্মী।

"ইমা অমসুং তামোচৌনা শাউবদা লোইবমই। অদুবু ঐনা ঙা খবা বজাবদগী লৈবকপদু পীজবগা থেমদুনা তুমহনখি। ঐদি ব্রাখলদা অহিং তুম্না যাখিদে। ব্রাবী লোইজবে।"

- "ব্রা-ব্রা ' মতম হৌখিবা খঙহৌদে। শাববা নুংশাগী মৈশাবুসু খোইথুম্লববা নহাক্কী ব্রাবিনা মেংলবা ইংলবা শবতকী থাবলগুম পুক্লীংশে পোত্থাহনখি। মঙ্গোল ওইযু ইবেম্মা শিফায খক্তা শিবা নওেকো মী মীদুগী নবাযবক্তা নোংদম্না মহাক্লা ই ইদুনা থাবীবকস্লবনি। সিফায নৎতবা ঐখোযসু নোংমদি শোযদনা শিবগী লমন শিংগদৌবিবনিকো।"

- অতোপ্পা মমান্নবী অমনা ব্রাপাংলদুনা হাযবকই "ইবেম্মা নিপা থোকপদি শিফায খক্তনি। শিববসু ইমা লৈবাক্কীদমক্তা থব্রাযনা লৈবাংগুম কৎকদৌবিবনি। চহি ১৬ দা পেন্সিন লৌথোকপসু যাবনি। ইবেম্মা মিপাযকগনু।"

- "খংদ্রেদা ইবেম্মা নখোযনদি হাযবিবা। অশোনবী ইমা, তামোদি ঐনা হযেং লুহোংদুনা চৎগ্রবা মতুংদা কনানা যেংশিনবীহৌগনি।"

- "ইবেম্মা অদুগী খল্লুববদি তোক্লে। নপুন্সি চুপ্পা কুমাবি ওইদুনা লৈবা তাবনি।"

- "খুদোংচাবা হাযবশি তোইনা লাক্তবনি ইবেম্মা কনানা খংগনি নঙগী হল্লোবী অদুনা নুংশিবীবা লৈববদি পুম্নমক ইকোম কোমনা থোকই।

ক্লাস হৌন্নবা অমুক খিংলকই কাং! মখোয অহুম্মক হৌগৎতুনা মাগী মাগী শাডি শেম্মী। রূপানা মতাবোয বানিবালাদা মুন্না যেংলগা হায়বকই-

- "ইবেম্মা লাইবক ফবী ঈশ্বরবু খুবম্না লেপকনু। নতা ঐখোযসু লৈবি কবিনো। অৱা নুংঙায অনিনা পুল্লগা শেল্লকপা তাইবংপানবনি। ৱাদুনতা ঙাক্ত লৈবা যাববো ? লাকখিনি নুংশাথিকনু নহাক্কীসু পুর্নিমা। লাকও চংনবশি ক্লাসতা ৱাবীসু লোযশিল্লবনিনা।"

*****

# মাপলশুবা পন্দুপ

অরাং নোংপোক লমদমদা ত্রিপুবাসু নুমিৎকা খাইদগী নক্লনা লৈবা ষ্টেটশিংগী মনুংদা মমিং লৈবিবা মফম অমনি হায়বা য়াই। অদুবু মফম খবদদি ঈংই। আগবটালা অমসুং উদ্দোযপুব অশাবা মফমনি অদুগা লমদম অসিগী মমিং লৈবিবা সহবনি। উদ্দোযপুবদা ত্রিপুবীশ্বোবী ইমাগী চাওববা মমিং লৈববা মন্দিব অমা লৈ। থাজনবা লৈ মন্দিব অসিদা পুকচেল শেংনা ঙমজবা খবা কৎচববদি মদুগী মহৈ অদুমক লাইবেম্বী ইমানা ফংহনবী। মন্দিব অসি চীংদোং মচা অমগী মথক্তা চাওনা শাদুনা লৈ। মখোংদা পুখ্রি অচৌবা অমসু লৈ। পুখ্রি অদুদা চহি যাম্লা যম্লবা থেঙ্গু ঙাশিং ফাবিনবা লৈতবনা মনিং তম্লা লৈজবি। অবাকপা ভক্তাশিংনা অকোযবদা ফন্নিবা দুকানশিং অদুদগী কবোক লৈদুনা মখোযগী শকখঙ মাযখঙন্নবা হোৎনৈ। মফম অসি যেংবদা পুক্লীং হুনিংঙাইগী মশক্তি। ডিষ্ট্রিক অসিগী মতাইদা শ্রীলঙ্কা চৎন্নবগীদমক শেম শাবিবা অখন্নবা শিফায কযা ট্রেনিং পীবি। চীংমায অমদা ৩´´ মোটব কাংলুপ, চীংমায় অমদা এম এম জি কাংলুপ, চীংমায অমদা আব: এল গ্রুপ গ্রুপ। খুলাযশিং লানফম অদুদা শিজিন্নবনি। মফম অদুদা থা অহুম অতৈ ট্রেনিং কয়াসু পুন্না তৌকুববা মতুংদা ফাইয়াবিংগীদম মনিপুব থোক্লকপা তাখি। মেজব অমনা লুচিংদুনা লৈমখোংদা হপ্তা অমা ফয়াবিং তৌকুববা মতুংদা ডিমাপুব তম্লা থোক্লকখি। মতমদো বটালিযনদি চান্দছুবিদা ঙাইদুনা লৈবমখি। শাংলবা ট্রেন অমদা বটালিয়ন অমগী খুৎশু খুৎলায, গাডী অতৈ পোৎলম কয়া হাপকৎতুনা শ্রীলঙ্কাগীদমক্তা খোংশানবা হৌখি।

নুংঙাইববা পীকনিক নত্তে চৎলিবা। আই. পি. কে এফ কী মিংদা লমদম অমদগী লমদম অমদা মতেংগীদমক শিফাযশিংবু থাবিবনি। মখুৎতা শিববসু খংবা ঙম্লবা মাগী নম্বব মমিং, কম্পনি মমিং, কম্পনি পল্টুন থাবা এলুমিনিয়ম মচেৎ অমা পুল্লি। ছুটি চৎপা চহি অমগী ওইনা থিংলি। হবাওবা

লৈনদে চৎলিবা পুম্নমক পুক্লীংদা অযাওবা বমগী বোটল হুইস্কি বোটল থক্তুনা পীকশল্লবা পুক্লীংবু চাওথোক্লবা হোৎনবি। নুমিৎ তককনি শুবদা পাটাবিবম লম্পাক য়ৌবে।

মফম অসি অঙকপা ফংনা চাউববা টামিন নাড়ুগী লম্পাক অমনি। মদ্রাজ সহবদগী কি মি ১২।১৩ বোম তমক ভাবতকী খোংমি লান্মী পুম্নমক্কী লমথুংফমনি। টেঙ্ক, তোপ, গাডি কযা লম্পাক অসিগী মচি মচিদা চৎকদবগী শেম শাদুনা লৈনবি। চৎখিনবা জহাজ হেক ফংবগা অহিং খংদে নুংথিল খংদে অযুক খংদে চৎনবি।

কোকনসেবক অমসুং টিপুসুলটান জহাজ অনি লাক্তুনা থুংলবে তাবদা খুদক্তা কমান্দেন্না বটালিযন মুভ তৌদুনা হিথাংফম যৌবে। চাউববা জহাজনি, মথোল অহুমগী গাডি, তেঙ্ক, তোপ, মখৈদি অতোপ্পা জহাজ অমদা হাপখ্রগা খবা পীকথবা নোংমৈ কংলুপশিং অমদি মকশিং পুন্না বটালিযন অনি জহাজ অনিদুদা চন্দুনা অযুক পুং ৯ ৩০ তাবদগী শ্রীলঙ্কাগীদমক্তা খোংশানবা হৌখবে।

শিফায পুম্নমক পাক্লবা সাগবগী ঈপাক উবদা কযাদা হবাওনা যেংনবিবা। তাম্না লৈহৌবে মবমদম থাদোক্লে লানফম অমগীদমক "ঐখোয আই·পি·কে এফ. ও' নুংশিদবা মকপ ' ঐখোযবু লমদম অদুদগী অমুক ঙসিগী তাইবং অসিগুম হলকখিগদবা নুংশিববা হকচাংশে পুদুনা।"

ফজববা পাক্লবা শংবান্নববা ঈপাক ঈথক ঈপোম্না থেক্লা নৌনা জগোয শাবদুনা চাউববা ঙা কয়ানা জহাজবু উবগা লেপ্তুনা যেংহৌবি। খবা পীকপা কযানা মমাংদা নৎত্রগা মতুংদা ইন্দুনা তান্নবক্লী। তপ্না তপ্না লৈহৌবেদো ইবমদম' পুম্নমক মখোযনা ঙানি ঐখোয়গীনা জহাজ।

পুং ১১।১২ তাবকপগী কাখৎলকই ঈথক ঈপোম স্তাব ভাতা ব্রাংনা ব্রাংনা চীংদুম মচা মচা অস্মগুম ' চেনবদা ব্রাববা জহাজনা হাযবং তুবং চেল্লি তপ্না পাক্লবা ঈপাক মথক্তা '

ঙসায মখৈ নুংঙাইনা অঈংবা নুংশিৎ ফজববা ঈথক ঈপোম যেংদুনা লৈবস্বা সিফায়শিং মকোক ঙাওবা ওনীংবা কযা যাওবক্লে। মতমদুনা জহাজ মনুংদগী এনাওন্স তৌবকই মাযেপ্তা - সাইবান ' খানা খাও, খানা তৈযাবি হৈ।

পোত্থাদুনা লৈবম্বা শিফায়শিংসু হৌদোকপীদুনা মশা মশাগী গীলাস প্লেট পাইদুনা পবেং লেপ্পা হৌবকই। খবানা কমগী দুকান্দা, চাক ফংলবশিংনা কমগী গীলাস মমাংদা, লেম্না থন্নগা ঈংনা সান্তীদা চাক চাবি। মসিসু কুম্মৈ মখল অমনি। অহেনবা পাম্বশিংনা ফুবিৎ খাউদগী পৈশা লৌথোক্লগা পবেংদা অমুক লেপ্পদুনা থক্লবা হোৎনবি। যেকম শা ঙা লোয়না ফংলি মফম অসিদা অৱাৎপা লৈতে অচৌবা দুকান অমগুম্বনি। চাবা থকপা লোইববা মতুংদা খবানা পোত্থানবি। খবানা চৎলি, কোইনা যেংলি, সমুদ্রগী ফজববা ঈথক ঈপোমশিং মখল মখলনি। ওফিসাবশিংনা মাগী কাদা শিফাযনা শিফাযশিংগী কাদা ৱাবি শান্নদুনা ৱাব শান্নদুনা মতম লেন্নবা হোৎনবি খোংচৎ অদুমগী।

লেপ্পা লৈতনা লাকপদা লশ্মী তঙ্খায যৌশিল্লকই। অহিংগী চাক অমুক পোত্থাবিবশিং হৌদোক্লুনা চাবা হৌই। চাক তোক্লবদা ঙাইবি। খঙহৌদনা মঙশিলকপা নোংগী মপৈনা মাযকৈ শিনবা থুংনা কুপশিনখবে। অকনবা নুংশিৎ শিৎলপা হৌবকখবে। জহাজ মনুংদগী মাযেপ্তা লাওথোক্লকই- "মহিবান সাবধানশে বহিযে ! তুফান ১৬০।১৭০ গী বপতাবমে আ বহিহৈ।"

জহাজ লেপ্তুনা হিবোইশিংনা চেকশিন থৌবাং খুদক্তা লৌখৎলি। জহাজ হাযবসি অতাউবা সহব অমগুম্বনি। মসিগী মনুংদা লাইফ বোট অদুগা তোংলিবা মীশিং (পেশেঞ্জব) অদুগীদমক কবিগুম্বা মৈপোক লালহৌ, নোংলৈ- নুংশিৎনচিংবদগী কন্নবা ফিজোল ইক্যুপমেন্ট কয়া পুদুনা চৎলি। নোংলৈ নুংশিৎ যৌবক্তিঙৈ মিনিট ২০।৩০ গী মমাংদা খংবা ঙমম্লবা যন্ত্রশিং যাওই। তোংলিবা মীওইশিং অদুগীদমক চান্নবা পোৎলম কয়াসু দুকান্দাব অমনা শেন্নদুনা ফমই। পৈশাবু লৈববদি পুম্নমক ফংই। জহাজগী অবোইবা মতোন্দা (ফ্লোবদা) বেস্টুবেন্ট অমসু শেম শাবদুনা নিংথিজববা চৌকি টেবল কয়া থাদুনা লৈবি পুম্নমক মীওইবগী পুক্লীং পেলহন্নবা শিনবা থৌবাং ঙাক্তনি।

পুং অনিবোম লেপ্তুনা লৈক্ববা মতুংদা নোংলৈ নুংশিৎকী শাহুম তপ্না তপ্না নেমথখবে। সমুদ্রগী ঈমায় মহৌশাগী ফিভমদা হঞ্জিল্লকখবে। জহাজ তপ্না তপ্না হোনবা অমুক হৌবে। মনুংদা তোংলিবা সিফায় পুম্নমক নোংঙাল্লমদায় মালংবনা লিবি হুন্নকপদা নুংঙাযনা তুমখুল তান্দুনা পোত্থানবি।

অযুক্কী পুং ৬ ৩০ তাখবে। কোইবৌগী মঙাল উদবি। তাল্লবদা শ্রীলঙ্কাগী সুমুদ্র তোবর্বানগী নিংথিজববা দৃশ্য উবা হৌবক্লে। অঙৌবা পোম্বী চেক্লা কয়া পাক্লবা সমুদ্রগী ঈমায়থক্তা ঈবোইদুনা শান্নবা উবা হৌবক্লে।

প্রকাসনা মিকপ থেল্লকপদা মহাক্না তোংলকপা জহাজ অদু হিথাংফমদা চংশিনফম মফম লৈতবনা অয়ুক্কী পুং ৭.৩০ দগী ৮ ০০ ফাওবা লেপ্তুনা ঙাইবমই। ঙন্তানা হুকুম প্লটুন কমান্দবদগী তাবা ফংলকই-

- "কনাগুম্বা সিফায় অমত্তা ঐগী হুকুম য়াওদনা মপান্দা থোকখিবা য়াবোই।"

- "হৌজিক ফংবা পাউ অমনা ঐখোয় অহানবদা ত্রিনালিদা হান্না লৈবল্লবা ওফিসাবশিংগা উনগনি। অদুগা যামদ্রবদা হপ্তা অনি মফম অদুদা লৈদুনা তোংঙানবা লানওং তমখিগনি। ট্রেনিং মনুংদা কনানসু ছুটিগী বির্পোট তৌবকপা যাবোই। মফমদু যৌবগা ট্রেস তৌদুনা ইশা ইশাগী ডিফেন্স শেমজগনি। মেস্ট চাবগী মতম মহৌশাগুম্না থল্লবোয। মবম অদুনা সেক্সন কমান্দবশিংনা মাগী সেক্সনগী ডিয়ুটি তাদবা শিফায় অনি অনি থাবক্তুনা মতেঙ পাঙশিনগদবনি। মফম অদুদা শিটি (হুইশেল) গী ভেল্যু যাম্না লৈগনি। এনি তাইম হুইশেল খোংলকপদা হাজিব ওইনবা হোৎনগদবনি হব হাল্ট তা।"

মসিনি উপব ব্রালাগী হুকুম। মবক্তা ঐগীসু ব্রাহৈ অমা অনিদং তাশিল্লু।

- "ফোলিনদা শেন্দল তোংদুনা থোল্লকপা যাবোই ব্রিট প্রোপব ড্রেস ওইগদবনি। নুমিদাংব্রাইবম অমসুং অয়ুক্কী স্টেন্টু নত্তবদা সপবাস চেক্কীংসু তৌগনি। নখোয মতম পুম্নমক্তা মিৎশিং নাশিংনা এলার্টতা লৈগদবনি। চাবা থকপা মতমদা ইন্ডিভিজুযেল চৎতুনা চান্নগদবনি। কনা অমত্তনা বম দে নত্তবদা লৈবগা থকপসু যাবোই জপ টক হমাবা বটালিযন সেটল ন হো জাই তপ তক্কী হুকুম ঐশে বহেগা, কোই শক হে তো অভি বোলো মৈং তুমহাবী শিকায়ট অগে ফবোব্রাট কবডে তা হুং।

ময়াম্না অমত্তা ওইনা খুমই- "শক নহিং হৈ সাহেপ।"

SHM - OK! অদুদি নশা নশাগী সমান পুনশিন্দুনা শেম শাবো। লোইশিল্লকপদা প্রকাসপু কৌবদুনা হায়বকই -

- "প্রকাস শে নহাক্কী লেটব অমা কম্পনিগী ওফিসতা লৈবমই।"

প্রকাসনা হবাওনা চিঠি (এস এম এস) সাহেপতগী লৌবগা হায়বকই-

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

প্রকাস পুনশিন্দুনা থম্লবা বেডিং মথক্তা ফমই। জহাজগী য়ুম্বীদা ঙাথবদুনা থৌশাবীদনা তাদুনা লৈবম্লবা চিঠি অদু তপ্না হাংদোক্তুনা য়েংউবদা অতৈ কনাগী ওইবমদবে, লমদম তাম্না লৈহৌববী মেবাগী থাজগুম তথোৎলবী শোইনাইববী চান্নবী বানিবালাগী ওইবমই।

হবাওজবগী ব্রাখলনা পুক্নীংদা পুক্নীংনা থম্মোয়নুংদা খংহৌদনা মাংদা শঙশঙ লাক্তুনা লেপ্লবগুম তৌবি। নুংশিনা চিঠিবু চুপ্লগা পাথবা হৌবকই -

লমদিং

তাং ২২।৭।২০০৫

তামো,

নচলবু তৌবা ঙম্বীনি খনবীগনুকো। চৎলমদাযগী মতমদা উন্নবসু নংহৌদবে। পুক্লিংনদি খুদোল মচা অমত্তং ইখুৎ মক্না শাজবা খুদৈ অবাংবা ওইববসু তমজনিংবনি অদুবু মতম্না খুয়ৌনখবে। মথংগী ছুটি লাকপদা ওইনা খুৎশিঞ্জবগে। চিঠি অসি অদোম্না শ্রীলঙ্কাগী ব্রাফম হায়ফেৎ হৌদোক্লম্বা অদুদা ইজখিবনি। অদোমগী এদ্রেসকীদমক ইমান্নবী কযাগী মফমদগী মতেং নিজবা তাখি।

হৌজিক ঐখোয স্কুলগী পবিক্ষা তৌদুনা চে যেংবগী থবক খবা চিল্লি। মথং থাদগীদি খবা কোম্লবা য়াবে। খংদে তামো হায়জনিংবা ব্রাফম পুক্নীংনা ফোংদোক্তুনা ইথোকচবা ঙমজদবশিনা ননাওদি অব্রাবা হাযবদু ওইবে।

ননাওগী পুন্সিদা তামোনা অহানবনি। অবোযবসু অদুমক ওইজগে। খংদে তামো ননাওদি শোইনাইববা পুন্সি ওইক্বনা কবিনো পুক্নীংশে পংনুংদা নুংশি। মীনা কবিগুম্বা অমতং হায়বকপদা ঐঙোন্দা ওইববোইদা নিংই। শোল্লবী ইমা, শোইনাববা ইবুং মখোযবু থাক্লবা হোৎনবদা লৈকায মমাংদা লৈশাবী মীঙম্বীসু তাববনি। নুম্বিদাং ব্রাইবম অঙাং খবা ট্যুসন তৌবা চৎলম্বদুসু ঐখোয তামোনা যাদবদগী থাফাদনা তোক্লে। অদুদা ননাওসু যাবা হাযদুনা শেন্দান লম্বীসু ওইবা যাবা হাযদুনা ইমান্নবী অমগা তান্নদুনা কোন অমনবা অমা লৈবগা ফি শাবা কন্না হোৎনবি। অহানবা শিন্দম্বা খুদৈনি মদু তামোগী নফমদা অহানবা অমসুং অবোইবসু ওইজগে হায়দুনা শাবগা চেকশিন্না উপুদা থমজবি।

হয়েং মীবম যৌববা মতমদা নচলখোয় ইমাখোয় লৈহৌবি হাযবা নীংশিংবিবকউ। মতম পুন্নদা ঈশ্বববু চেৎনা থাগোন্নদুনা পুক্নীংদা থাজবা থম্মীযু।

God bless you

Thank you

Your Ranıbala

Let me stop my pen

প্রকাসনা মখা পাথনিংই অদুবু অতৈ ইবমদবনা চেনাদু মথক মখা ওন ওন্দুনা য়েংলগা তোকচবে। তাঞ্জা অদুদা মযাম হিথাংফম যৌবগী চবাংনৈ। মশা মশাগী পোৎ চৈ নোংমৈ পুথনবা লোইশিন্নবি। জহাজ হেক খামখিবগা হুইশেল খোংলকই। মনুংদা তোংলক্লীবা সিফায পুম্নমক খুদক্তা মপান্দা থোক্লক্কুনা ফোলিন তৌই। বির্পোট মথং মথং তৌই। কমান্দবনা লেকচব খবা পীববা মতুংদা কমান্দবনা গুকপ খাইদোক্কুনা থবক শিন্দোকই। নোংমৈনা নোংমৈ, মকনা মক পুবকপা অতৈ পোৎ শিংনা তোঙান্না হৌজিক মখোযনা তোংলকপা জহাজ অদু ইহাং হাংহৌবে।

মতম অদুদা ই, এম, ই গী গাডী কযানা অনৌবা লাক্লীবশিংবু লৌবা থোক্লকই। পোৎ চৈ গাডীদা হাপকৎতুনা মফম অদুদগী খোংশানবা হৌবে। মফম অসি আর্মিশিংগী বিলিপ কেম্প অমনি। চাউববা সাইন বোর্ট অমদা ইদুনা থল্লি কে.কে এস মখাদা চাউববা মযেক্লা ইদুনা লৈবি ।

WELCOME

I

P

K

F

I HANK YOU

যুবী পাম্বী মবক্তা মবাং মবাংলবা ডম্মুব কযা পবেং পবেং খন্দুনা লৈবি। কম্বাইন ড্রেস শেৎলবা আই. পি কে. এফ শিংনা শাববা নুংশা মবক ওইজববসু মশাগী দ্যুটি তৌদুনা মফম অদুদা শান্তিগীদমক লেপ্পুনা লৈবম্নী। নাকল অমবোমদা পাক্লবা সমুদ্রগী শংবান্নবা ঈপাক যেংখিবদা পূক্নীং তনৌ তনৌইপ্রকাসকী। লৈহৌবে ইবমদম হে ভাবত জন্মা ভুমি।

পূক্লীং খঞ্জবি য়েংউ ঐখোয়না লাকখিবদো আদা ঙৌকনবা লৈচিলগী মপৈনা পবেং অমা কাখৎলক্লীবা অশোমদনি । নুংশিবকই তান্না তান্নাগা হবমদম কাওথোকপা ঙমদে পোক্লফম! মসিনা ওইবতাই ইবৈবাক্লীদমক থৱায পান্মুনদ্রিবা!

কোইবৌগী মৈশাদি কনখৎলক্লী তপ্পা তপ্পা অদুবু লাইবক ফবনা শিৎলি মালংবদি অবেপ্পা লৈতনা শম! শম! শম!

তাবি, নাবিযেল অতৈ মশক মমিং খংদ্রবা উবি ৱাবী কযানা মফম অসিগী লৈতেংনি। লৈবল্লীবা মীওই খুদিংমক অমত্তা মান্নদে। লম্বী শবক্লী চীদাইদা অতেকপা গাড়ি কযাগী মচাক্লা মশীং খংদনা লৈবি। খল্লুবদা তুজুংনিংঙাইনি। ঐখোয ভাবত্তদি য়োৎ মতেক অমফাওবা তাবদা খুঞ্জন্নবি অদুবু মফম অসিদদি অবেম্বদা সবক্লী নালাদা মশীং খংদনা মখল কযাগী গাডীশিংগী মচাকশিং তাদুনা মচোই মচোই লৈবি।

থৌবি গাডীদি ৬০গী চাংদগী তাদনা দুব দুব . । চহি মঙা তবাদগী শেমজিন্দনা লৈবক্লবা লম্বীশিং ওইবনা অচৌবা কোংগুৎশিং কযা মশিং খংদনা লৈবে। গাডীদা তোংদুনা লাক্লীবা শিফাযশিংদি নুংঙাইজবে মহৌশা অঙাং ওইবিঙৈ চোখৎলিবা নোম্লীবা মখৈ হবাওজবা মশান্না অমগুম গ্রোং গ্রাং নোংমৈবু শেন্নগদবা মশাবু শেন্নগদববা গ্রেনেটপু শেন্নগদ্রা লম্বীসিদা!

পীক্লবা অশানি। ঐখোয় প্রাইম মিনিষ্টব বজিব গান্ধিগী নোংগাখ্রবী পলেম মমা ইন্দিবাজিগুম হিন্দুষ্টান্না ফত্তবা পকিষ্টানগী মখুত্তগী চমজববা বঙ্গলাদেশ সবকাববু কনবীখিবগুম কনবীগে এল. টি টি. ঈ. গী মখুত্তগী শ্রীলঙ্কা সবকাব৷ শংদাইনবীবমগে মচিন মনাওগী মবক্তা নুংঙাইনদ্রিবা কযা অদুবু পুম্নমক অবাইবা ওইবমদবে থবক ওইনা ওম্মোক্লকপদা পুম্নমক তাইওনবগুম থোক্লকখি মহাক্লী মথক্তা . । ঈশিংগা থাউগা যানশিন্নবদা পুনশিন্নবা য়াদবগুম মশিং খংদনা অশোক অপন নংখবে আই. পি. কে এফ কয়া অমনা থৱায মালংদা তিনখবে মসিগী হিংসাপ কনানা তৌবিবি। তাবি শকগী পোল্লাং কযা চমজববা প্রজা কয়াগী লোইশিনবীনবা লৈত্রবা কনানা মকোক্কা মখুৎকা শম্ম দ্রবা হকচাংগী শব্দ পোলাং কযা সবকাবগী ওফিস লোইশং কয়া কয়া যুমথক যাওনা কিন্থবকপা ফল্লাং কযানা মমিংতা ওইনা লেপ্পী তুমিন্না। হাংলবা লৌবুক

লমহাং কযা নোংজু থানা লাক্লবসু য়েংশিল্পীনবা কনা লৈত্রবনা পাক্লবা লমহাং ওইদুনা লৈবি। মচি মচিদা চবোৎ হাবুং তমথিববা শাইতিংখং পাম্বীশিংনা হৌবি মনিং তম্না' পুম্নমক কনাদা তেংথাকগনি হে মীওইবা ' নহাক্লা থাকচবা নথস্তা থুজবা লাংনি তাইবঙগী।

জাৎতি ধর্ম্মগী খেৎনবা

ইবৈবাক মীবৈবাক্কী খাইদোক্নুনা

অচান মীবায নাইক্কবগী

ফংলিবনি লৈবাক অসিদা অৱাবা

চৈথেং অদুমক খম থেংনা - ।

চাক্লী ফীনিবা ওইববা প্রজাশিং ৱানা লেল্লি মফম অসিদা .' যুমথোং অমদা মীশিং শুনা লৈতবে। নুপী মশীংনা য়াম্লে। ৱানা লেল্লি শিবা ঙাইনা ঙম্নমক লাল্লক্তা ' অমবোমদা ট্রেনিং সেন্টব য়ৌবক্লবদা গাডিদগী কুমথদুনা কম্পনিশিং লৈন্নবা মফম শিল্লি। খুদক্তা টম্বুব খল্লি। চাকশং খন্দুনা চাক থোংবা হৌখি। খবানা ট্রেঙ্কশিং (মুংচাশিং) তৌদুনা ইশা ঙাকথোকচনবগীদমক থৌবাং তৌই। লৈফম পুম্নমক ওমদুনা লৈবদা নুংঙাইনবা থৌবাং তৌখি। পুম্নমক শাববা নুংশাগী মৈশা মবক্তনি হোৎনবিবা।

নুপা ঙাক্তনি। অখন্নবা শিফায় কাংলুপ্পী। থৱায যাওনা হোৎনবনিনা থবক পুম্নমক চাক চা মাংদা লোইশিনলি। মহে মহে ফমুং থাংজিন্নদুনা বেদিং তিংথোক্লগা পোত্থানৈ। চাকচাবগী মতম নাইদ্রবনা শিফাযশি হাযনবা তৌদনা মচোয মচোয ফন্নদুনা চাক চান্নৈ। প্রকাস চাক তোক্লদুনা ঙাইহাক ফন্নগা লৈবিঙৈ নীংশিংলকই লমদম তাম্না লৈহৌবিবী মপা, মতৈমা, মযাম্বা নুংশিববা মবি- মতা, মকুপ- মপাং কযা অম্মমতা ওইনা। শাবনা পোত্থাফম খংদ্রবা লমদম অসিদা কনাবু নীংশিংলগা মতম লেনগনি ? মমৈথংদা নীংশিংলকই নোংমা বস মনুংদা থেংনদুনা শকখংনখিবী .. চৎলমদাইগী মতমদা মখুৎ মক্লা শাডি লৈদুনা খুৎশিনবম্বী থৱায়গী মবেম্মা বানিবালা।

চন্নবী খুঙ্গংগী লৈবাং' খুৎশেমগী যাওদনা মহৌশানা ফজবা খিবিক্লা পুনশিন্দুনা শেম্নক্লবা বানিবালা চিৎথহৌবিবা হাযববু ওইথংবা মখোং খক্তং ৱাৎহনবীবম্লবনি। তপ্পা চৎলবদি খংঙোয মদুসু কনানা। মহাক্লা থাবকপা চিঠি অদু ফুবিৎ খাউদগী অমুক লৌথোক্নুনা অমুকসু পাবি তপ্পা তপ্পা।

"কযাবক হন্না পাখিগনি হল্লো। থংনবদা হিপ্লিবা মকপ অমনা নোক্লদুনা ফাগী তৌবকই।"

প্রকাস নোক্লগা খুন্নকই-"ভাই সাহেপ তাইম পাসনি।"

অচুম্বনি সিফাযগী ব্রাখলদা অব্রাবা কাওখিনবগী অমত্তা ঙাইববা পাম্বেদি অবিবা চিঠি লৌথোক্তুনা পাবনি। নৎত্রগা জ্বাব শান্নবা অতে কবি তৌগনি মতম অশংবদা পাবা নত্তনা। পুক্নীংনা কবি খল্লুববনো চে কলম পুথোক্তুনা মহাক্কী পাউখুম ইন্নবা লুকথবদা ঙাইবি। কমান্দবনা হুইশেল খোংলকই। ফোলিন তৌদুনা কমান্দেন্টগা চৎন্নবা খোংবু খবা শেন্নকই। লৈহৌবশিংনা ট্রেনিং কেম্পতা ব্রিগেডিযাব শাহেপকী দববাব য়াওকনবা হুকুম তৌবকই। লৈহৌবা মযাম চে কলম পুথোঅক্লে দববাব যাওকনবা ফবা ফিবোল শেৎচিন্দুনা দববাব হোল য়ৌনখি।

দববাবদা অতে থোইদোকপা হাযবমদে। হৌজিক থেংনবিবা অব্রাবা খুদোংথিবশিং লোযননা মতুংদা থোকলক্তনবা হোৎনবা হাযবসিনি। পুম্নমক ট্রেনিং ব্রাৎপদগী থোকপনি। চেকশিন্না মখোযনা শিজিন্নবিবা টেকনিকশিং থংদোক্তুনা মিৎশিং নাশিংনা লৈবা তঙাইফদে হাযবমই। হিন্দুষ্টান ফৌজিশিংগী অশোযবদা লম্বীদা নৎত্রগা যুমদা ট্রেপ বেকোডব অমা খোংদুনা লৈবল্লবদি মযাম চংশিন্দুনা যেংনবা হোৎনৈ। কবিগীনো কনানা থনম্বনো কৈদৌবকপা যাই মসিনা হাযদুদি খন্থবা তৌদে। মদুনা মবম ওইদুনা শিখিবা মশিং ১০% হেনখবে। মদুতা নত্তে লম্বীদা, গেট মমাংদা সাইকল নৎত্রগা লুনাগী মনিংদা অচৌবা ঙা হাপ্পগা মনুংদা বম ফুমদুনা থমই। মদু শন্ট্রী অদুনা উবদুনা অতে শিফায়শিংদা তাক্লুবদা সিফাযশিংনা মথক খোংবা কমান্দবদা তাক্তুনা খন্নবগী মহুৎতা অবৈবা মখোয ৫।৬ না চৎলো অচ্ছা মাল গেটতা থনম্লগা চৎখবে। মপুসু কুইবে লাক্তবা। ঐখোয় মেস্টকী ওইবশি হায়দুনা থাঙ্গৎলুবদা তাইম বোম্ব ওইবমদুনা মবি শিবে, অনি মখুৎ যাওদবে। থাজদ্রগা যেংবা যাগনি ঐখোয়গী বিলিফ হোসপিতালদা লৈবিবা শোইনাইববা শিফায কযা। মসিনি ঐখোয়গী অশোইবা চেকশিল্লু। চেকশিনবনা শ্বাইদগী ফবনি। মফম অসিদা থন্নিবা নখোযগী ট্রেনিং ইন্সট্রক্টবশিং অসি অদুগুম্বা থৌদোক্তা হিংহৌদুনা লাক্লবা অখনবা ওজাশিংনি। মফম অসিদা ঐখোয়না লাক্লীবসি কুম্মে যেংবা

লাকপা নত্তে। মতেং পাংন্নবা লাকপনি। হিংনা তেক্তা কাইদনা অশোক অপন যাওদনা হনখিনবা হোৎনশি ঐখোয আই পি কে এফ কী বদনাম তৌবোইশি। ফত্তবা থবক তৌবমগনু হপ্তা অনিগুম্বদি মফমসিদা লৈখিগদবনি শিয়ামদ্রবদা। থেঙ্ক য়ু, জয় হিন্দ'

ভাসন পীবা লোইবদুনা ময়াম হৌগৎলি। ওফিসাব মশেল ব্রাবী শান্নহৌই। শিফাযশিং কাংলুপ কাংলুপ নাইনা খাইদোক্তুনা ট্রেনিং তৌবা হৌখি। অহানবদা লালহৌবশিংনা শিজিন্নবীবা আর্মি এমুনিসন মথংদা ট্রেকটিসশিং মথং মথং তম্নীবমই পুং ৪ তাবকপদা নুমিৎতুগী ওইনা সুটি ওইখবে। ইকজবা, মেসকী থবক লোইবগা হুইশেল অমুক খোংলক্তুনা মযাম মশা মশাগী নোংমৈগা কোন্ননা ঙসায তৌখিবা কোমশিংদা চোংশিন্দুনা মমাংদা লৈবিবা পোৎ চৈ উপাল ব্রাপাল মশক খংদোক্লবা কমান্দবনা কোইনা চৎতুনা হংলি অমসুং তাক্লি খংলমবদশিংসু মবিক চুম্না খংননবা হোৎনদুনা তাক্লি।

পুং ২ চুপ্পা লৈকুববা মতুংদা সটেন্টু ডাওন্দ তৌদুনা মশা মশাগী নোংমৈ অমদি মকশিং মাংহৌদে হাযবগী বির্পোট মথং মথং সেক্সন কমান্দবদা পীখি। লঙ্গবদা চাক লোযবে চানিংবা চাববা যাবগনি হাযদুনা চাক তাক পাউ থুংলবদা চানিংবা কাংবুনা চৎতুনা চানখি। চানিংদ্রিবা কাংবুনা মমান্নবা ফমুং থংনবশিংদা চংশিন্দুনা অতৈ ব্রাবী শান্নবি। কনা অমনা সুটি ফংদবগী কনা অমনা মখোযনা লৈকুবা মফমদুগী থেংনবকপা অব্রা নুংঙাই ব্রাবিশিং। কনা অমনা মখোযনা নহা ওইবিঙৈগী থেংনখিবা থৌদোকশিং, কনা অমনা নুংশি ব্রাবি, কনা অমনা মচা মশুশিংগী ব্রাবি, কনা অমনা মখোয় লৈকাযগী ব্রাবি, কনা অমনা বাজনিটিগী মবমদা অফ ফত্ত, কনা অমনা অচান মীবায নাইবিবা কমান্দবশিংগী মবমদা, কনা অমনা শান্না খোৎনবগী ব্রাবি, কনা অমনা ধর্ম কর্ম্মগী ব্রাবিশিং মখল মখল কয়ানি শান্নবিবা জাতি কযা পুনশিন্দুনা শেল্লকপা ভাবতকী শিফাযশিং ওইবনা ব্রাবিসু মখল মখানি। মত অমত্তা মান্নদে জাতি ধর্ম তোংঙান তোঙানবদগীনি। ট্রেনিং ফিজোল চাকচা য়ুথক খক্তং শিফাযগী কল্লবা ডিশিপ্লিন অমনা পুনশিন্দুনা থল্লীবা হিন্দুষ্টান ফৌজ। কনাসু য়াওদে হবাওবগী শান্নবিবশিং অসি অব্রাবগীনা অয়াম্বনি।

মতম খোংচৎ লেপ্পা লৈতে । পুং ৯।১০ তাশিনখ্রে। খবা খবা খাইদোক্তুনা চাবা চৎনকৃবনা লঙ্গবদা চাক চাবীনবা শিফায অমত্তা লৈতবে। চাকথোংবা নুপা অদুসু হুমাং হন্দোক্তুনা হয়েং থোংগদবা পোৎ চৈ ফাওবা লাংশিনবা লোইবগা পোত্থাবা মহাক্কী কাদা চৎখবে। কেম্প মনুংদা তাবিবা শিফাযশিং মাগী মাগী দ্যুটি পীফমদা মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈনবি।

পুং ১১ বোম তাবকপা মতমনী অনকপা আই. পি কে এফ কী কেম্প অমদা খংহৌদনা অচৌবা শক্তী লৈববা বম অমা পোখাযখিবগী মখোল তাবকই। মদুগী মতুং তাবকপদা একে ৪৭ অমসুং এল.এম জি. লোযননা গ্রেনেট ৩।৪ পোকখায়খিবগী মখোল কেম্পতা তাবমই। লেপ্পা লৈত্রবা নোংমৈ কাপ্লবগী খোঞ্জেল মবক্তুদা কম্পনি টু আই সি না হুইশেল খোংলদুনা খুদক্তা হিপ্লম্বা শিফায খুদিংমক মশা মশাগী মুর্চ্চাশিংদা পোজিসন লৌনদুনা লৈনখি। হুকুমদি "কনাগুম্বা সিফায অমত্তনা যেক্লবা দুসমন্না মাংদা শংশংনা উদুনা চংশিলক্ত্রীফাওবা নোংমৈ মরু অমা ফাওবা কাপ্পা যাবোই।" মযাম পুম্নমক চেকশিন্না লৈনবি। কম্পনি কমান্দব, কম্পনি টুআইসি, কম্পনি এস আইচ এল মখোয অহুম চেক তৌবা কোইবক্লি। সন্ট্রিশিংনা হাযবকই "ভাইযো চেকশিন্না লৈবীযু ঐখোয থংনবা পোষ্ট অমদা এল তি তি ঈ না এতেক্ট তৌদুনা মতেং নিবক্লী। যেংউ বেট লাইটকী ফাযাবিং।"

মতমদুদা গাডি মখোল তাবকই। সিগনেল সেন্তবদগী সিফায অমনা চেলক্তুনা কম্পনী কমান্দবদা হাযবকই সাব, ঐখোয কম্পনিগী মী ১০ কমান্দব অমা যাওনা হৌজিকমক বেটালিযনন আইচ ক্যুদা বিপোর্ট তৌবনবা খংহনল্লক্লী। কম্পনি কমান্দব না কম্পনি তুআইসিদা হাযবকই "চৎলো উপায লৈতে মীওই তবা সেক্সন অম্মদগী খনগৎলগা থাখিনবা তৌবো।"

ফগনি সাব। চিন্দদি হাযদোকখবে অদুবু লানফমদা কনাবু খন্দুনা নঙ চৎলু যাওকচো হাযবশিগে। ঙাইহাক্তং কোক শাই। মহাক্লা এস আইচ এম দা মুন্না যেংলগা হায়বকই চৎলো হৌজিক ওন ডিয়ুতি তাবিবা অমসুং মথংদা তাবক্কদবশিং নত্তবশিদগী নংনা থোকপা খল্লগা কমান্দব যাওনা মীওই তবা থাখবো। চৎলো হোলডাব মেজব থিল্লবনি।

মথং মথং য়েংলকপদা সেক্সন কমান্দবসু মথা শাবা যাওবকই। সেক্সন অমদগী মীওই অমমম অদুগা কম্পনী ঐচ ক্যুদগী মীওই অনি, অহুম ডিটেন

তৌদুনা খুদক্তা মীওইশিং অদুগী মমিং মথা নোটবুক্তা ইশিল্লগা বটালিয়ন হেড ক্বাটবদা বিপোর্ট তৌকনবা থাখিবন্মী।

মবক্তুদা প্রাকাসসু য়াওবমই। মশাগী আব এল অদুগা লোয়নবা বাউন পুবদুনা গাড়িদা কাখৎলি। হান্নদগী ঙাইদুনা লৈবন্নবশিংগা হায়নবা তৌদনা বিপোর্ট লৌবগা গাডি খোংশানবা হৌখবে।

লাইত থান্দনা থৌবা গীডিনি শিগনেল সেৎতা পাউ ফাওদোক্লবগা মাযকৈ অহুমদগী চংশিন্নবকই। মফম অদু এল তি তি ঈ না খুদুম চন্দুনা লৈবন্বনা খুদক্তা চংশিন্দুনা মতেং পীবা হাযবসি যাম্না খুদোং থিনিংঙাইনি।

লেপ্তুনা কাপ্পবিবা নোংমৈ মকুতনা কুমগী নোং লাকপদা অখাক অবাওগা লোয়ননা হৈথবকপা লেনগুম্বনি। মবক্তা এম. এম জি মোটবগী ফায়াব য়াওবনা। তশেংনমক মফম অসিদা যাওশং থাবল চোংবগী মৈঙান্দগী হেনখবে ঙাল্লিবা।

অনকপদা লৈবা কেম্পশিংদগী মতেং ফংখবে খংলবদা এল তি তি ঈ খুদক্তা মখোয়গী হিংনবা লম্বী যেংলকখি। অহাংবা মায়গৈ যেংদুনা অফংবা অশোকপা ভাবতকী শিফায়শিংদগী আর্মি এমুনিসন মুন্দুনা পুদুনা চেনখিনবা হোৎনবক্লমই। মতম অদুদা মখোয়গী কমান্দবনা উবক্লদুনা প্রকাসতা হুকুম তৌবকই। প্রাকাস য়েক্লবা মাংদা হটিযাব এমুনেসন পুবদুনা ঐখোয়গী ইমাংদগী চেনখিগদৌবে মখোয়গী গাডি অসি কাপখাযবো। প্রকাস কমান্দবগী হুকুম ফংলবদা ঐচ. ঈ. বাউন্দ হাপচিন্দুনা য়েক্লবগী গীড়ি অদুদা এইম তৌবগা কাপশিনলমই।

খুৎ চুম্লবা প্রকাসনি খুদক্তা মহাক্লা কাপখিবা ঐচ. ঈ বাউন্দ অদুনা ময়ায় চানা পানখিবদগী উৎ তানা মচেৎ মচেৎ কাইদুনা তাহনখবে। শিহৌদ্রবা য়েক্লবশিংনা প্রকাসকী কাংলুপ্তা লৈবিবা অদোমদা ওনশিন্দুনা এম. এম. জি.গী বাউন্দ মশীং লাকঙম্‌দনা কাপশিলকপা হৌবকখি। ট্রেনিং ফজনা তৌববা শিফায় ঙাক্তা ওইবনা মদু থোক্লক্কনি খংবদগী পোজিসন লৌবগা মফম মবাং খংদনা কাপশিলক্লিবা এল তি. তি ঈ.গী কেদবশিংগী মথক্তা মদুগী পাউখুম আই. পি. কে. এফ. কী মাযকৈদগী এল. এম. জি. অমসুং এম এম. জি না হন্দুনা কাপশিনখিবদা এল তি তি ঈশিংগী হকচাং লৌবা য়াদনা খবায শাদুনা

লৈমায়দা তাবকখি। লাল লোইশিনখবে। নোংঙানলমদায় থৱানমীচাকশিংনা থৌদোক অদুবু তনিক তনিক য়েংলম্মি। অম্মবা অকিবা অহীংনা হৌম্ভবদা অঙনবা অযুক্কী কোবৌ মঙান্না থম্মোযদা অনৌবা থৌনা অমুক হাপ্পলবে

হৌজিক্তি কবম্বনা এল তি তি ঈ. কবম্বনা আই পি কে এফ কী সিফাযনো হাযবা ময়েক শেংনা উবা ফংলে। মতমদুদা বিগ্রেডিযাব শাহেপসু থুংলদুনা লানফম মচা অদুগী ফিভম অকুপ্পা ঈ পাউ বিপোর্ট লৌবম্মী। অশোকপশিং হোসপিতাল যৌনা পুহনখবে। শোক্তবশিং ফোলিন তৌদুনা শকখং মাযখংননবা হোৎনবম্মী। কমান্দেন্টনা থৌনা ফববা শিফাইশিংগী নম্বব মমিং ইশিন্দুনা বিৱাট কীদমক মহাক্কী নোটবুক্তা ইশিল্লমই।

প্রকাসবু ব্রিগেডিযাব সাহেপ্পা খুৎ শোক্লদুনা যাম্না থাগৎলমই। অদুগা হাযবকই ভেবি গুড মিষ্টব প্রকাস সিংহ, অদোম্না এল. তি. তি ঈ. গী গাডি কাপ্পুনা মাংহন্দ্রবদি মখোয পুম্নমক অবোনবা লম্বীদা থৌদুনা চেনখিবমগদবনি। যাম্না থাগৎচবি অদোমগী মিং ঐগী নোটবুক্তা ইশিল্লবনি। মযাম পুম্নমক মাগী মাগী কমান্দবশিংদা হথিযাব এমুনেসন (নোংমৈ নোংমৈ মক) অশোকপা শোক্তবা পুম্নমক বিপোর্ট পিদুনা মাগী মাগী যুনিটশিংদা হনখিনবা শেম শান্নখবে।

মকোক থোংবা সেনিযাব ও ফিসাবনা ওর্ডব পীবদুনা মযাম মাগী মাগী যুনিটশিংদা হন্নখবে।

*****

## তবাশুবা পন্দুপ

গুজবাট, গান্ধিগী পোক্লফম ষ্টেট অমনি। কাববাব কযাগী মাবকেটিং সেন্টব অমনি। চাউববা ফেক্তবি কয়ানা মশিং যাম্না লৈববা ষ্টেটশিংগী মবক্তা অমনি। অশুক চাউববা ষ্টেট অসিদা মণিপুব, আসাম, নাগালেন্দ অমসুং ত্রিপুবাদা থমলিবা আর্মিগী মশীংদগী যাম্না লিক্লা লৈ।

কযাদা নুংঙাইবিবা মফম্লো ইবাং লৈতে। মীপুম খুদিং মশাগী থবক্তা ৱাবেম শুন্নবগী মতম মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈতে। চৎনবি ফেক্তবিশিংদা মচা মচা পুদুনা মপা মচা মমা মচা ইমুং মনুং থবক্তা ।

কুলিগী থবক ফাওবা নুপীশিংনা তৌই। সদাব মাবকেট মনুংদা । তনবু তন্দ্রবদি থবক্কী থবক ঙাক্তনি। তশেংনা লনগী ইমা ইবেম্মা লক্ষ্মীদি ষ্টেট অসিদা ঙাম্থোইদুনা লৈবি।

শুধিবসু বিহাবি অমগা গাডি থৌদুনা লৈবি। মবক মবক্তা নিংশিংলকই ময়াম্বা বিশ্ববজিৎ মচে বানিবালা মপা তোমচৌ অমসুং মমা ইবেম্মা মমতা (শুববালা) বু । মহৌশাগী খুৎশেমদা নিংবা কাযনা পোক্লবা শুধিবগী মপোক্লী। কবিগুম্বা তাইবং মপুনা চানবীদুনা মীওইবগী পূক্লীংগী যাৱা মপাও মীওই অতৈগুম্লা তশেংনা ঙাংথোকপা ঙম্লক্লবা অদু ওইববদি মহাক ড্রাইভবগী ফমদি কাজবগদবনি। গাডী থৌবা হৈবতা নত্তনা শেম শাবসু হৈ। পুকচেল শেংনা থবক তৌবগীদমক গাডী মহাজন্না অমসুং মাগা লোযনবিবা ড্রাইভবশিংনা লুনা তৌবি। মহাক তুমিন্না ফমদুনা মতম লেম্থোকপা হৈনদে। মতম খজিক্তং শংবদা গাডীগী থবক্তা মায ওনশিল্লি। তক তনান্না শিজিন্নবা মহাক্কী হৈনবীনি। অমোৎপা পোৎ অমত্তা লৈহনদনবা হোৎন্নজে। গাডি শেংদোক্লীঙৈ মতমনি। অঙনবা অযুক্লী গাডী মহাজন্না মহাকপু কৌশিন্দুনা হাযবকই।

- "হলো ! নহাকপু চহি অনী হেঞ্জিলক্লে যুমদা চৎনিংবকা লৈত্রববা নঙবো? মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা খুম্নকই- ভাই সাহেপ! ঐনা যুমদা চৎপ্পবদি গাডি কনানা যেংশিনবীগনি।"

মহাজন্না নোক্লদুনা হায়বকই - "অঙকপা মী হাযবদুনি। নহাকপু ইমা পাবা ইচল ইযাম্বা মখোয়বু নুংশিদ্রববা?"

শুধিবনা নোক্লদুনা ঈঙ্গিৎনা কুম্নকই - "সাহেপ ! ঐনা যুমদা চৎলুবগা হনলকপদা গাডি অসিদি অমুক হন্না থৌবা ফংলবোই মবম অদুগীনি ঐনা যুমদা চৎত্রিবসি। ঐদি লাইবিকসু হৈতে যুমদসু চান্নবা লৈতে। লাইববা ইমুংনি পৈশা য়াম্না তাল্লগা যুমদা চৎপা পামই।

মহাক্কী থম্মোয শোক্লবা পাউখুম মহাজন্না খংলবদা মনাক্তা চংশিন্দুনা নুংশিনা মনঙ্গলদা পোপ পোপ থাবমই অদুগা হায়বকই - "হুবেল ওফিসতা নহাক্কী ড্রাইভবগা লোযন্না লাকউ। নহাক্কী অৱাবা প্রোব্লেম অদু ঐনা শোযদনা সোল্ব তৌবিগনি কো ! থৱায ৱাকপগনু নহাক্লা যুমদা থা অমা অনি লৈকপবগা অমুক মফম অসিদা হলক্লবদি নহাক্কীদমক্তী মফম চাউনা থোং হাংদুনা থম্মীবমগনি। সবস থেঙ্ক যু। চলতা হুং।

গাডিগী মপু চৎখ্রে। শুধিব যেংদুনা লৈহৌই ঙাইহাক য়েংঙুববা মতুংদা গাডি শেংদোকপা অমুক হৌবম্মী। গাডী ড্রাইভব ক্লা চাকবগী মচিন পুমঙাং ঙাংলদুনা গাবি মনাক্তা হঞ্জিলকই। গাডী চাল্লিবা শুধিবগী মনঙ্গলদা খুপাক্লা থাবদুনা খংহনলকই -

- "ভাই নঙনা অদুক ৱানা শেংদোক্লীবা অদো কবিশু কান্নবোই । অতিয়াদা নোং যাম্না লৈবি। পোত্থাবো।"

শুধিবনা মখুৎ মশানা হায়বদুনা হাযবকই

- "চুবকসনু কবিশু অকায়বা লৈতে। মসিদি ঐহাক্কী ইথৌনি।"

নোক্লদুনা ড্রাইভবনা হায়বকই- "হোই ভাই তৌবীযু ঐবা দায় লৈতে। ফুবিৎ খাউদগী লুপা ৫০০ চৎপী নোৎ অমা লৌথোক্লগা পীবদুনা হাযবকই শে! ঙবাং ঐনা নঙোন্দগী লুপা ৫০০ চৎপী নোট অমা লৌবদো হাপচিল্লু।"

শুধিবনা পৈশাদু লৌশিল্লি। অদুগা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই -

"ঙসি ঐখোয় অনী মহাজন্না (মালিক্লা) ওফিসতা লাকউ পৈশা পীগে অদুগা ছুটি থা অমা যুমদা লৈকচো হাযবমই।"

ড্রাইভবনা ঙক্লা হংলকই - "কৈদৌঙে ননাক্তা লাক্লমদুনা হায়বন্নীবা?"

- "হৌজিক নহাক্লা দুকান্দা ক্বা চাবা চৎপ্লিঙৈ মতমদা ঐগী ইনাক্তা লাক্লুনা হায়বম্বনি। (খংনবা ঈঙ্গিৎতা ব্রাবি শান্নবমই)"

ড্রাইভব মথন্তা শোঙ্গে - "ইশ ! মহাক চৎখ্রবদি ঐগী ইথক্তা লোযনা লাক্কদৌবি। অদুদি হুবেল ইখুৎচাবা অঙাং অমা খুঙংদা চংশিনলগা থিহৌক্বা তাই।" ফবে ভাই চৎলো ছুটি ঐ হন্দমুক্তী অথিংবা পীবিববোই। কভি হমকো য়াৎতো কবেগা হা' মখাতানা হংলকই - "অতৈদি কবি কবি হাযবমই?"

শুধিব মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হাযবকই অতৈদি হাযবমদে।

ড্রাইভব - "মাগী পৈশাদি অমুক্তা লৌদবনিনা ফনা যাম্নদি লৈবন্নগনি। অদুদি ঐনা মতৌ কবম্লা মঙোন্দগী পৈশা খবা খগুনা লৌহৌশিগে ?" ব্রাখল মওন মওন খলক্লবদা থোক্লকই মমৈ থংদা ফত্তবা ফল। ড্রাইভব চৌধুবি ফুবিৎ ফিবোল গাডিগী সিট মথক্তা থন্নগা ইকুজনবা গমশা হোংদোক্লবা লোংগ্রি লেংবান্দা যানশিল্লি। অহাংবা বাল্টিন অমদা সাপন হাপচিন্দুনা ইকুজনবা বার্টকমদা চঙখবে।

শুদিবসু গাডি চাম্বা শেংদোকপা লোইখবে। মহাকসু ইকুজনবা পোৎ চৈ পাইবদুনা থংনবা বার্টকমদা চঙখি। মখোয় অনিমক ইকুজখবে। মফি মবোল অনানবা শেৎলদুনা ওফিস মাযকৈ তমখ্রে। ওফিসতা গাডি মহাজন্না কৌশিন্দুনা শুধিবগী ফংফম থোকপা চহি অনিগী শেনফম পিখি। পৈশা পাইবদুনা মবানি মপান থোক্লকই।

চৌধুবি ব্রেষ্ট বেঙ্গলদা লৈবা মীশক অমনি। মহাক নুপী থিদ্রি অদুবু চহিদি নিম্ফু মঙা শুজিনখবে। অফংবা পৈশা অদু জুব্রাব শান্নে যু থকই ফত্তবা লম্বীদা শিজিন্দুনা লোইশিল্লি। মযুমগী মমা অমদি মচলশিংগীনা পৈশা থাবক্লবা হায়বা পৈশা থানিংঙাই লৈতদুনা মমান্নবশিংদগী পুদুনা থাই। মহাজনগী পোৎ পুবকপদা অতৈ হাপতোক হাপচিন তৌদুনা মশাগী ফুবিৎ খাউ থন্নবা হোৎনৈ।

ঙসি কবিশু চাজদ্রবা শুধিবগী শেনফম পুন্না ফংলকপদু উবদা কলকপা মিহৌবনা পীক থনখি। মহাক্লা শুধিববু হোটেল অচৌবা অমদা পুশিল্লগা

ফম্মিন্নবম্মী। হোটেল বোয় চংশিল্লকই। কার্ড পুথোক্তুনা কবি কবি পাম্বগে হাযদুনা হংলকই।

চৌধুবিনা মহাক্লা চানিংবা পুন্না ডিমান তৌখিবমই। চান্না থক্লবা কযা মখল শুনা মাংদা লৈবে। মখোয অনিনা অপাম্বা মখৈ চাবমই। চাবা তোক্লে। মখোযগী চাখিবা বিল থিবমদাইদা মেনেলজবনা হাযবকই:- "লুপা চনি তাবে। বিল অসিদা লৈবে।"

চৌধুবিনা শাওশিন্নদুনা মেনেজবদা হাযবকই - "হাইট! কবিগী পৈশা অশুক যাম্না তাববা পৈশা খবা তাউ।"

মেনেজবনা যাম্না ঈংবা পূক্লীং ওইবনা "চংলো লুপা ৫।৫ তাজবগে" হাযবক্লে। চৌধুবিনা লুপা ৫০০ চংপী নোট অমা পুথোক্লমই। মতম অদুদা শুধিবনা হাযবকই - "ঐগী পৈশা অচোইবা যাওবি পৈশা কযানো পীগদবা হাযদুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা হাংলকই।"

চৌধুবিনা লুপা চনি খক্তং লৌথোবকউ হাযদুনা ঈঙ্গিৎ তৌবমই।

শুধিবনা চাবগী পৈশা মেনেজবদা পীখবে। লুপা তবা হন্দোক্লকপা অদু চৌধুবিনা ফুবিৎখাউদা হাপচিল্লগা হুবেল পৈশা অচোইবা কাইথোক্লগা অমুক হঞ্জিনবীবক্লগে হাযবদুনা হোটেলদগী মপান থোক্লকই। চৌধুবিনা শুধিবদা হাযবমই - "হায় নহাক চহি অনিগী মতুংদা য়ুমদা হনবনি। নখোযগী নয়াম্বা, নচে, নমাগী কবিগুম্বা বস্টু অমত্তা লৈদুনা পুবিবোইদ্রা?"

শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বমই- "পৈশা অসি য়ুমদা পুবগা ইমাদা পীগে অদুদগী মখোয়না অপাম্বা পোৎ চৈ লৈজবগনি। মদুদি ঐ কবি খঙদে।"

চৌধুবিনা লাউহৎলুনা হাযবমই "হাইট! নঙবু কবম্বা মীনো? অতৈগী নৎত্রবসু নচে অমসুং নমাগী সাড়ী অম্মমদি লৈবিখো অঙাওবসিদি।"

শুধিবনা উপায় লৈত্রদুনা নোক্লগা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা হাযবকই - "ঐদি পোৎ লৈবা হৈতে। মখোয়দি শাড়িসু পামলোয় মণিপুরীনি কবিসু কান্নদে।"

চৌধুবিনা নোক্লদুনা হায়বকই - "মসিগী অঙাংসিদি শিংখবেদা। মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবগা হায়বকই। হয়েং ঐখোয়গী গাড়ী অদুগা মাল পুবা গাডী পুন্না গাডী তবা খোংবু ওইবগা গৌহাটিগীদমক খোংশানগনি। মদুদা নহাক গৌহাটিদা

কুমহৌবা য়াবে। ঐনা বসকী টিকেট ককপীগনি। অদুদগী নয়ুম নুংশিবদো তেক্তা কায়দনা যৌখিবা য়াগনি।"

ঙাংথোকপা য়াদ্রবসু মীগী অফ ফত্ত ঈঙ্গিৎ ফজনা খঙলবা শুধিবনি। পৈশা অদু য়াম্না চকেশিন্না মহাক্না খংজবা মফমদা লোৎতুনা থমখি। ড্রাইভব চৌধুবি মমান্নবা ড্রাইভবশিং পুনশিন্দুনা ঙসায খবা ফংবা লুপা অদু ফুবিৎ খাউদা হাপচিন্দুনা উখা অমদা চংশিন্দুনা ফমখবে। জুব্রাব শান্নবা হৌখবে।

শুধিবনা ঙাইহাক পোত্থাকবে। মিৎকপ থোক্লকপদা পুং ২.৩০।৩ তাবন্লে। ঙায়হাক ব্রাখল তৌকবগা কবি খলক্লবনো মহাক্না লুনা তিন্নবা মমান্নবা অমগা হৌন্দুনা বজাবদা পোৎ চৈ লৈবা চৎখবে। বজাব হেক য়ৌবগা শাড়িগী দুকান্দা চংই। দুকান অদুদগী মচে বানিবালাগীদমক শাড়ি ফি অমা অদুগা চান্নবা ব্লাউজ অমা লৈবীবমই। মমা মপা অনিগীদি অহন্নীনা কবিসু লৈববোয খন্লে। মযাম্বগীদমক ফুবিৎ অমা অদুগা খোঙ্গ্রাও অমা লৈবিবে। মতম্না খুৎযৌনখিবনা মখোযনা অতৈ পোৎ চৈ লৈনিংবা কয়া লৈজববসু লৈদবে। চাগী দুকান অমদা চংলগা শঙ্গোম গীলাস অচৌবা অম্মম থক্লগা হলকখ্রে।

মখোয়না হলকপদা গাড়িদি গোদাউন্দা থৌজিন্দুনা লৈবন্লে। কুল্লিশিংনা গাড়িদা পোৎ চৈশিং হাপকৎতুনা লৈবমই। ড্রাইভব চৌধুবি গাড়িগী মালিক্কী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবমই। শুধিবনা খাউ পুদুনা হলকপদা ড্রাইভবনা মনাক্তা কৌশিন্দুনা হায়বকই -

- "সাহেপ য়েংবীয়ু শুধিবগী মওং । ঙসায ঐগা চৎমিন্নবদদি পৈশা কবিশু কায়থোক্লবোয় য়ুমদা লোইনা পুগনি হায়দুনা কবিশু লৈদনা হনজিল্লকবনি। অদুবু য়েংবীয়ু অতৈ পোৎ চৈ লৈদুনা লাক্লিবসে। মসিগুম্বা মবোল মবি থোক্তবা অঙাং লোয়নবসি সাহেপ য়াম্না ব্রাখ্রবা জাৎনি। ঐগী মোৎতদি মখোযগুম্বসি ছুটি থাদোকখ্রগা অমুক চংহনবীদবা মুন্না খনবিবা ফগনি। লম্বী লমশাং চৎলকপদা গাড়ি চেক পোইনশিং য়ৌবকপদা ঐ অদুম লোন ফাওন্দবনা গাড়িদগী কুমথববনি। হন্দক্কী মতাংশি তান য়াম্না চাববনি।

গাড়ীগী মপুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়বকই - "ঐসু খল্লিবনি। অদুদা মাগুম্বা মবুকচেল শেংবা গাডীবু লুনা চেকশিন্না হোন্নবা মীওই অমা ফংবা হায়বসিদি খবা লুনা থোক্কনি।"

চৌধুবি - "এ! সাহেপ পৈশাগী জমান্ননি। শিল তম্নীংবা ওপাবদা লৈ। হয়েংমক পুজবক্কে। এ: গুজবাট ষ্টেটনি সাহেপ, মহাত্মা গান্ধিজীগী জন্ম ভূমি। অব ৷ংপা লৈবোই।"

গাডি মপু হাযফম খংদনা মকোক্তা নাম্বুবগা হায়বকই - "হোয় অদুবুদি কবিগী লৈতদনেগে। মতম খবা চংগদবদো অদুখক্কী ব্রানি।"

- "মতম কবিসু চংলোয সাহেপ ! লাইবিক লাইশু ময়েক খবা চৎপা অঙাং ওইববদি হপ্তা অমগী মনুংদা হৈজখিগনি।"

- "হোয নহাক্কা ফন্নবা শিল্লো। মীদি অফবা পামই।"

- "সাহেপ ননায চৌধুবিনা হযেং হেক্তা কাক কাক লাওবা খঞ্জগে।"

য়াম্মা কিনা পোৎ চৈশিং পায়দুনা লেপ্লিবা শুধিববু উবগা গাডী মপুনা উবগা নুংঙাইত্রমানে ওনশিন্দুনা হায়বকই - "চৎলো শুধিব পোৎ চৈশিংদু থম্মুবোদনা হযেং মখৈ নঙগী ড্রাইভব ওজা তাক্লমদনা নখোয নহাবোলগী হৌনবী চৎথোকপদু তৌগনু।"

শুধিব মঙক হায়বদুনা মখুৎনা মনা অনি পাইবগা মতুংদা অমুক হন্না তৌজববোয হাযদুনা ঙাকপীনবা হাযবকই। মতাং চানা ঙাংনিংদুনা লৈবন্নবা চৌধুবি মমিৎ অনিনা চাগদবগুম মুন্না যেংলগা হাযবকই - "চৎলো নশক্কু যেংনিংদে। ঙসিগীদি ঐনা সাহেপ্তা হাযজদুনা ঙাকপীববনি মতুং মনাও অশুম্না তৌববদি গাডিদগী তাম্লোক্কনি। শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হাযবকই "মতুং মনাও তৌজববোই মাফ তৌবীবো।" চৌধুবিনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হাযবকই - "হুবেলদগী নঙগী মহুৎ অমা সাহেপ্রা হাপ্লগনি হাযবনি।"

শুধিবশু নোক্লদুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই - "যাই।"

মহাক্কী চমজবা মতৌ অদুদা গাড়ি মহাজন্না নোক্লগা চৌধুবিদা হাযবকই-

- "মথৎ থাদা ঐগী বস অমা চনখৎপা লোযবক্লগনি মদুদা ওইনা য়াওহলগে।"

- "সাহেপ মহাক্রা কবম্নবু হনলকনেগে ? ইবসু হৈতবা ঙাংবসু ঙমদবা ঈঙ্গিৎ অদুনদি গৌহাতি ফাওবা য়ৌবক্লোইদপোৎনিদা।"

গাডি মপুনা মহাক্কী নুংঙাইতবা ব্রাফম অদু তাবদা অব্রাবগী শাংলবা শ্বোব অমা চনিং তানা হোম্বুবগা হায়বকই - "খংদবে হলক্লগদি ঐনা মাবু তাম্লোকপীবোই।" মতমদুদা কুলি অমনা লাউবদুনা ড্রাইভবদা হায়জবকই-

"ড্রাইভব সাহেপ! গাডিসি মমাংদা খজিক্তং থৌগৎপীয়ু।"

মহাজন্না হায়বকই - "চৎলো গাডিসি খজিক্তং মমাংদা থৌগৎপীকবো পুন্নমক লেপ্তুনা লৈবে।"

চৌধুবি - "গাডি মনুংদা লৈবিবা মীদুদা হাযযো।"

কুলি - "হো মাগা ঐখোযগদি লোন ফাওনদে সাহেপ খবা থুবীবকও।"

চৌধুবি - "নখোযসু অঙকপা মীওই ঙাক্তনি। ঈঙ্গিৎতা গাডিসি খবা থৌগৎপিযু হায়বা ফাওবা হেক হৈতে।"

*****

# তবামাথোযশুবা পন্দুপ

"অচৌবী ফমেন্দা ফন্নদুনা লৈবি।বিলাসিনি কোন ফেংলুবগী কোল মযাম অমা পুবদুনা পুখ্রিদগী কাবকই মাঙ্গোল দাবি হেক যৌশিল্লকপদা মকুবোক্লা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ব্রা অমত্তা হংগে অমক্তা থোক্লকউ।"

অহোয পাবুং হাযবক্লগা ইমুংদা চংখিবমই । মপুক্লিংদদি খল্লি। কবি ব্রাবীবু ওইবিগবা মাগী তামোগা ওইনা তান্নববদি ফগদবা.. অদুবু অহন্না হাযবকপনি। কোল লীক থম্মুবগা মখুৎ ফদিনা তৈথোক্লগা থোক্লকই। থোংজিন্দা লেপ্লগা হংলকই -

- "পাবুং কবি ব্রা ওইবিববনো ?"

- "থোংজিন্দা লেপ্লগা ব্রাবী শান্নগদবা নত্তে ইবেম্মা, থোক্লকউ মাঙ্গোলসিদা ফম্মু লাও।"

মকুবোক্কী ব্রাফমদুদা ইকায়য়জববী বিলাসিনি মপান্দা থোক্লক্তুনা ফক্তা ফমই মকু অচৌবী মমৌনা ফমখবে খংলবদা ব্রা মখা তাথনা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ঙসি ঐনা হংগদৌবিবা ব্রাফম অসি নবুক্লিংদা মুন্না খন্থবগা লৌকুপ লুকোয় থমদনা তশেং তশেংনা পাউখুম পিবক্কদবনিকো।"

- "পাবুং ঙসি ফাওবা নমৌনা অবোনবা লৌথুপ লুকোয়গী বনাইগী ওইববসু তৌজবক্তি তৌগে হায়নসু খঞ্জবা লৈজদ্রি।"

- "ইহে নহাক্লা ব্রাখল অমদা লান্না খনখবে। ঐগী ব্রাশি হান্না তাখোনে। ঐনা খংনিংঙিবদি লংফৈদা লৈখ্রিবা ননাও প্রকাশকী অকুপ্পা ব্রাবী ব্রাখোংনি। হৌজিক মহাক্কী চহি কুনমঙা কুনতরুক শুজিনখ্রবনি। থবকসু মচা অমা তৌজবে। অদুনা নহাক্কী মতৈমানি মমাশকপীনি নখোযগদি কোইনদে। মহাক্কী পুক্লীংগী ব্রা কবি কবি লৈবা উবগে মদু খংনিংবগী হংবনি। নঙসু খন্দুনা য়েংউ ইবাং কনখ্রবা

মফমদুদা মখোয়না লৈখিবশি চহি অনি মখায় ফাজিলক্কদৌবে। পৈশাসু থাবকপা লৈতবে। চিঠিসু খঙহলকপা লৈতবে। ঐদি শেবান্নবা ব্রাখলবু মওন মওন খনবা হৌবক্লবনি। মসিদা নখোযবু কবি খল্লিবগে। অব্রাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্বুবগা বিলাসিনি মকুগী পাউখুম পীবকই -

- "পাবুং! ব্রাফম অসিদি নমৌসু খংজদে। অদুবু নোংমা মহাক্কী মমান্নবা কুমাবগা চাকশংদা চাক চামিন্নবিঙৈদা শান্নখিবা ব্রাবী অমদি হাযফেৎ তাহৌবদা বানিবালা কৌবী মখোঙ নাবা শোইনাইববী অমগা খংনবা লৈবা মাল্লি। নুমিৎতুদা ঐসু কুমাববু কৌশিল্লগা মহাক্কুগী মবমদা হংহৌশিবা খল্লগা মাগী তামোনা মাগী ফি ইষ্ট্রি তক্লমদে কৈদৌবে হায়দুনা ঙাংলকপদগী অদুম কাউখবে।"

- "ইম্বোকপা অঙাং হায়বদুনি। মহাকপু মখোং শোইনাইববী অদু নত্রবদি অশুক চাওববা শংসাব অসিদা নুপী অতৈ লৈত্রবা জাৎলা। পঙখ্রেদকো মসিগী অঙাংশি। মখা তানা হংলকই নুপী মচাদুগী লৈফমদি নহাক খঙববা?"

- "মদুদি খংজদবে পাবুং ! ঐঙোন্দসু মহাক্কী যাম্না ইকায হঙ্গোযনা লোযনৈদা' ঙসি ফাওবদা ব্রাফম অদুগী মবমদা কাংথোকলকপা লৈতে। ঐসু হংলুবা তৌদে।"

- "ফবে ফবে নঙনা খংদ্রবদি মমমান্নবা কুমাববু কৌবগা হংলগে।"

- "পাবুং অতৈ ব্রাফম ?"

- "য়াবে মদুগী মবমদা খংনিংদুনা তৌবনি। চৎলো চৎলো ইমুংগী থবক তৌজকবো অঙাংশিংদো ঙবাংদৌনা স্কুল এসেমব্লী যাওবা নংদে হাযদুনা হলক্কনি। চাকতো খবা ঙন্না হোৎনৌ।"

মতম অদুদা মচানুপা প্রমোট থবক অমা চৎলুবগী হঞ্জিল্লকই । মহাক্কী নুপীদা হংলকই - "অঙাংশিংদি হলক্লিববা ?"

ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা মপুবোইবগী মতুং ইন্নবগা খুন্নকই - "কবিনো পুং ৭.৩০ তাবদা ঙাইবিয়ে। মাগী কাদা চংদুনা মফি মবোল হোংনা হোংনা হংলকই- কবি হায়বিবনো পাবুংনা ?"

- "আ· ননাও প্রকাসকী মবমদা ঐবু খংবা লৈববা হায়দুনা হংলকইবা ?"

- "মদুদা নঙনা কবি খুমখি।"

- "মদুদি ঐসু খংদবনিনা খংদে হায়না খুমখি।"

- "প্রকাসনা চৎখিবদু ওক্তোবর তাং ১ দা নত্তবা ?"

- "উম মানি। চহি অনি মখায়দি শুজিল্লকলে।"

- "কৈদৌবববনো খংদে চিঠিসু থাবকপা তৌখিদবে। পৈশাসু থাবকপা তৌখিদবে। ঐসু হন্দক্কী চেনবা যাবা চেন্দুনা পৈশা পুফম থিবনি। ফংদ্রে। লৌ কাংবা তাবেবো মথাশি ইস্থোক্লা শাখবে।"

- "উপায় লৈত্রগা ঐগী স্নাদো পুবোদনা।"

- "মদুসু ঐনা থম্মীংদ্রিবা। য়াবিবা মখৈ মদুদি শোক্তনবা হোৎনসিদা ঐখোয়গীনি হাযবা তাংদাংনা খংদ্রিবা ফাওবা।"

- "হন্দক্তী পাবুংসু ব্রাখল অমা তৌবগুম উই। যাবগদি প্রকাসকী চহি মতাং অসিদা পাবুংগা তান্নবগা মানা পুজবকপা শেনফমদুগা ইনাও নুপী অমা পুশিনবীনবা হোৎনহৌবনা ফবোইদ্রা ?"

অব্রাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোন্থবগা হাযবকপা -

- "ইবেম্মা নঙগা পাবুংগশিদিনে চপ মান্নবনি চৎলো শিল্লো নখোযনা ফন্নবা। হৈবাংলিঙৈ যুবাংক্লদনা ? পুম্নমক্কী ভাব পোৎলুমদো তাংলবা প্রমোদ ঐগী ইকোক থকসিদা নল্লগদৌবিবনি। নঙসু খন্থদুনা যেংউ নঙগী লুহোংবা ফাওবা লৌ বনধোব থমখিবদো হনবা ঙমদদুনা লৈবি। নকোক মচাদো পাবুংনা অহন ওইদুনা শান্নদ্রবসু নহাক্তী নহানি খবা শান্নবা তমশিকো।

হৌগৎতুনা বিলাসিনি ফেনগী সুইচ ওন তৌই। পংখানা মনিংতম্মা উংলদুনা ঈংলবা নুংশিৎ মপান্দগী পুশিলকই। বিলাসিনি চাকশঙদা চংদুনা চাক থোংনবা হোৎনখি। মচাশিং ট্র্যাসন চৎলুবা মথং মথং হল্লকই। মপান্দা ফল্লম্বা মপুনা হংলকই - "ইবুংঙো কযাম হৈবক্লে নচেদি ?"

- "পুপু যাম্না হৈবক্লে।"

- "নখুৎ তম্মু কযাম্নো হা ?"

- "মখুৎনা তম্নদুনা হাযবকই - অশুক যাম্না।"

- "ইস ! য়ামপ্রেদা।"

- "পুপু ইমাদি ?"

- "নমাদি চাকশংদা লৈবমগনি।"

ইমুংদা মমাবু কৌদুনা চংখি।

- "ইমা ! হো ইমা চাক লোইববো ঙবাংগী অদুগুম্না তৌগনিকো।"
- "তৌববোই ঙসিদি মমানা চাক ঙস্তানা থোংলে।"
- "ইচাতোম্বনা খ্বাইদগী চানিংবা ইঙ্খাংদো ?"
- "অদো কবিনো হায়বোবা ঐদি খংদেযে।"
- "এ: নশানা চানিংবা ইঙ্খাং ফাওবা মশক খংদ্রিবা ? চৎলো চৎলো নঙগী পাবা কাদা লৈবনি মঙোন্দা হংলুচো অদুগা লাকউ।"
- "পাবাদি ঙসায থবক চৎখ্রিবদুদি ?"
- "হলক্লবদি নফি নবোল ফিদুসু লৌথোকপীযু হাযকচো।"
- "তল্লি।"
- মমানা লাউহৎলদুনা হাযবকই - "নপা তাক্লগে।"

মাগী কাদগী লাউবদুনা মচানুপাবু কৌশিনখি।

- "ইবুংঙো হলক্লববো লাকও নফি নবোল হোংদোকপীগে।"

যানিংদা যানিংদা কাদা চংলক্লুনা মচাগী মফি মবোল হোংদোপীখি। মচাদা হংলকই।

- "নচেদি ?"
- "ছুটি থাবকহৌদবি য়াম্না খুম্নিংদনা তন্না খুম্নকই।"
- "ও! নঙদি অঙাংনিনা ঙস্তানা থাদোকপীবক্লবা।"
- "নত্তে। পবা তাক্লগা হোম ব্রাক্কা য়েংলগা থাবকপনি।"
- "ও ! অদুদি নখোয়গী ওজাশিং ভেবি গুদনি।"

নফি হোংদোকপীবদুনা মচাবু মতম্বাক্তা পম্বীবগা অতৈ ব্রাবী শান্নদুনা লৈবিঙৈ মপান্দা মচে ট্র্যাসন হলকপগী সাইকল মখোল তাখিবমই। মদুদা ফম্মিনবম্বা মচানুপা খংহৌদনা হৌগৎলদুনা চেম্ব্লোকখ্রগা মচেগী মনাক য়ৌখিবমই।

মচেনা মৌপ্পা বটনগী মখুৎ পাইবদুনা মাঙ্গোল কাখৎলকই। ঙাইহাক লেপ্পগা মাগী অঙ্কল প্রকাসনা মপুগী মমিংদা থাবকপা চিঠি মপুগী মখুত্তা পীবদুনা হায়বকই -

- "পু শে ঐখোয় অঙ্কলনা থাবকপা চিঠিনি।"

মপুদি লাইবিক হৈতবা ওইবনা মশুনুপাদা হায়বকই- ইবুংঙো নপাদু মপান্দা অমুক্তা চিঠি পান্নবা থোক্লকউ হায়যু। মশুনুপাদি হবাওনা চোংলদুনা চংলক্লকলগা মপাদা হায়বকই - "পা পা ! পুপু না অঙ্কলনা থাবকপা চিঠি খবা পাবীয়ু হায়বকপনি।"

মপানা নোক্লগা মচানুপাদা হাযবকই-

- "নং ওইনা পাবীবস্না যাদবো।"

- "চিঠিদু মখুম চেৎনা খুমদুনা লাকপনি।"

মপানা নোক্লগা মচাগী মনঙ্গলদা পোপ পোপ থাবস্লগা হাযবকই।

- "মদু হাংদোক্লগা পাগদবনে" মচাবু মমানা কৌশিন্দুনা হংখি মপা প্রমোট মপান্দা চিঠি পাবা থোক্লকই মপান্দা থাবস্না ফক্তু চিংশিন্দুনা ফম্লমই। মপা অচৌবীনা মচানুপাদা চিঠিদু পীবক্তুনা মথক্কী চেখুম হাংদোকই। চিঠি পাবা হৌবকই।

ঐগী নুংশিববা পাবুং,

তোল্লবা নচানা লমদম তাল্লবদগী নোল্লুক্লা খুকমজবি। মফম অসিদগী চিঠি থাদোক থাজিন তৌবদা খুদোংচাদবা খবা ওইনা লৈখিবনা নচানা চিঠি থাবকখিদবনি নচাবু শাওবীগনু।

পাবুংগী হকচাং কমদৌবিবিবগে অনা অযেক য়াওদবা নত্তববা? য়াওবিদবা হায়নসু নচানা নুমিৎখুদিংগী ঈশ্বরগী মফমদগী থৌনিজবি।

তামো ইতৈমা কমলা অমসুং বটনদি কমদৌবিবগে ? মখোয়সু অনা অযেক য়াওদবা নত্তবা ? ঐহাকসু পাবুংখোয়গী অশিবর্বাদতগী ঙসি ফাওবা অনা অয়েক য়াওদনা লৈজবি।

পৈশা অমদি ছুটিগী খুদোংচাদবা লৈ। অদুবু অব্রাবা অসি ঐখোয় বটালিযন্না ভাবত্তা থোক্লক্লবা মতুংদা কোক্কনি হায়না ঐখোয় কমান্দেন্টনা হাযবি।

কুইববোয় মথং থা ফাওবনি অতৈদি থোইদোকপা হায়জনিঙাই লৈজদে। অমুক্তা হন্না পাবুংবু খুকমজবি।

অদোমগী নচানুপা

প্রকাস সিংহ

মপানা হংলকই- "ছুটিনা কবম্বা মতমদা থোক্লক্কদৌবিবা ?"

মাগীদি তম্বা ঙম্বা জাৎ নত্রিদা। মখোয় বটালিয়ন ভাবত্তা হনলক্লবা মতুংদা অকোন অহান কয়া ইন্টর্ভিয়ু লৌবগা কমান্দেন্টনা থাবক্কদৌবিবনি। ঐগী হিংসাপ্তা লুপা লিশিং ৪০।৫০ বোমদি মাগী পে বুক্তা লৈবমলগনি।

মবক থৎলদুনা মচানুপাদা হায়বকই, "অদু ওইববদি ইবুংঙো নপানা কল্লিঙৈ ননাওনা ছুটি থোক্লকপদা মপা চান্না মাগী লুহোংনবা থৌবাং তৌদুনা থম্বীবশিবা নঙগী কবি মোৎ লৈ।"

- "ঐদি পাবুংগী অপাম্বদুনা ঐগী মোৎনি। অকাযবা লৈতে।"

- "অদুদি নঙনা থবক চৎপদা মহাক্কী মকুপ কুমাবদু ঐনা অকবা ব্রা অমতা তান্নীংই হায়দুনা পাউ পীবস্মু। কাউবা যাদেকো।"

- "উম ! হুবেল পীবমগে। হযেং লাকচনি।"

ব্রাফমদু হাযবল্লগা মচানুপা হৌগৎতুনা ইমুং চঙখ্রে। অদুবু মপাদি মচানুপা অতোনবগী মবমদা ব্রাখল মওল মওল খন্দুনা লৈহৌই।

*****

# তবানিথোই শুবা পন্দুপ

অশোনবী মমানা খবা কনখৎলক্লুনা যুমগী থবক ইন্খাং তৌবদা মতেং পাঙবা যাওবকপদা বানিবালা মশা খবা কোমজবে।

বানিবালা মাঙ্গোলদা ফক অমা থাবদুনা স্কুলগী চে খবা য়েংলি। ইখং খংহৌদনা মখোয় হুই অবাংবীনা হৌনা হৌনা খোংদুনা চেম্থোকখিবদা চে য়েংলম্বা লেপ্লমই। কনা লাক্লবনো হাযদুনা হৌগৎতুনা খোঙ্গাললোমদা য়েংলুবদা মৌপ্পা শুধিবনা বেক অচৌবা অমগা মখোযগী হুই অবাংবীগা লক্লা লক্লদুনা চংলকপা উবে। চহি অমা মখায় যুমদা হলকখিদ্রবা মৌপ্পানা মযুমদা চলকপদা মচেগী পুক্লীং হবাওজবনা ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

মৌপ্পানা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌনদুনা ব্রাবী শান্নবগা মমাগী মনাক্তা চংলকই। মা শুববালা মচানা হলকপা অদুদা হবাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। চেম্থোক্লুনা চক থাগৎতুনা মচাবু মৈ ওকপীবমই। মৈদু শুধিবনা কাল্লগা মাঙ্গোল কাখৎলকই বেক থমই। অদুগা বেক হাংদোকই মচেগী শাডি লৌথোক্লুনা পী। মাঙ্গোল মচিদা তুমিন্না ফমলিবা ময়াম্বগী মখুত্তা মহাক্কীদমক লৈবিবকপা খোঙ্গ্রাও ফুবিৎ চাববা য়েংনবা পীবীবকই।

মমাদা অযাওবা শেনফমশিং পীশিল্লি। মৌপ্পানা মখূত্তা থুংলববদা শুববালা মপাঙ্গল অমুক্কা হাপকৎখি হবাওজবনা লোইজখি।

শুববালা মচাগী চাক অমুক থোংগৎখি। মচেনা পুখ্রিদা চৎতুনা ঙা ফান্নবা হোৎনখি। মচেনা ময়াম্বা বিশ্ববজিৎতা মনাওনা লৈবীবকপা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও অদু য়াম্না ব্রানা শেৎচিনলদুনা হবাওনা ফম্লদুনা লৈখি। কবিগুম্বা মচু অদুদগা উদুনা খংজবমলবদি হবাওবনা ঙমখৈ লৈবমলোয়। বিশ্ববজিৎকী তাইবংদা তাইবঙগা মঙলানগা খেৎনদ্রবা সংসাবদা মনাও শুধিবনা মযাম্বগীদমক্কী হাযদুনা লৈবিবক্লীবা খোঙ্গ্রোওগা ফুবিৎকা পাইশিনবা ঙমজদ্রবা শোইনাইববা খুৎশাশিংনা হন্না হন্না নাঞ্জবি। খংহৌদনা হৌবকপা মিৎলুগী

পীবাংসু শিন্থবক্লী। অবেপ্পা লৈতনা তপ তপ ! পিবাং অসিদি মহৌশানি মহাক্কীদি পেন্দবানা থল্লবা ঈপাক্লী ইবাক্লদুনা হিংলিবা পুন্সি ঙসিগী পীবাংদি হবাওজবগীনি। মমাবু মনাক্তা কৌশিল্লদুনা খঙনবী ইঙ্গিৎতা অতেনবা ৱাহৈদা হাযবকই মা এ· এ আ:।

- "ইমা য়েংঙুনে ঐগী ফুবিৎকা খোঙ্গ্রাওগা অনিসে ফজেকো?"

মমানা খুমদবা যাদবগী মহৌশা গুম্না খুন্নকই, "হোয ফজেযে।"

- "বিশ্ববজিৎ ম, ম, এ, এ !"

- "মচুদি কবি কবিনো মাগীসিবো ?"

- "খুস্মুবদা ৱাবগা খঙবদসু ঙন্নবোইদবা ৱাহং ওইনা থোকখিবনা পাউখুম অদুমদি পীবমদনা হাযবকই - "ইবুংঙো ফুবিৎনা অবাংবনি খোঙ্গ্রাওনা অমুবা যাবেকো। নমা চফু শৌহৌববনি পাথদুনা লোইবম্বা তাবে চৎলেকো।" পাউ ফাওনদবে মমা মচা মমৈথংদা বিশ্ববজিৎ মথন্তা হৌগৎতুনা চৎত্রবা মমাদা হংদুনা লৈহৌই মহাক্কী ঈঙ্গিৎ অমসুং অতেনবা ৱাহৈনা। "ইমা মচু অবাংবা হায়বশিনা কমদৌগে? ঐখোয ইমাশিদি ঐগী ইনাক্তা ঙাইহাক্তা ফমদুনা লৈনিংদবনি। ঐসু খংঙে নখোযনা ঐবু নুংশিবীদ্রে হাৎতোক্লীংই। হো ঐবু হাৎতোকপীবো হিংনিংদবে অম্মমবা সংসাব অসিদা কৈদৌকগদৌবিবনো শোইনাইববা মীওৎপা ঐনা হিংলগা নখোযগী ৱাই চিন্নবা!" মথন্তা লাউবা যাবা লাউকবে তাবিনবা কনা লৈতবনা কপ্পী মথন্তা বিশ্ববজিৎ হিক্ল হিক্ল !

শাববা কালেনগী নুংশাশু
মেংলবা মেবাগী থাবলনি
মৈশাদনি ফংলিবা হকচাংদা
নুংশিববা পোম্বী চেক্লাগী খোঞ্জেল
তাবা ঙমদবে পানবীবক্লবসু মমিংতনি
অকনবা খোঞ্জেল মশাগী খংজবী ঈঙ্গিৎও
চৎনবি তাইবং মহাক্কীদমক শিবা ঙাইনা !
মহাও মনম তংদি খংহন্দুনা ঈশ্ববনা!
মদুনা হিংলিবনি ঙসিসু বিশ্ববজিৎ !

অরাবা নুংঙাইবা অনিনা খুৎশম্না
চেম্থবিবা মতমগী লেপত্রবা ঈচেন্দা
নঙ, ঐ, মা, মখোয পুম্নমক
তিনখিগনি ঈপাক্তুদা নোংমদি শোইদনা
লৈহৌগদৌবিশি মালেম পৃথিবী মহাক্তনি
সংসাবদা !

পুখ্রিদা কুমদুনা মচিন মৌপ্পা অযোকপা ঙা অচৌবা অনি ফ্রিং ফ্রিং চোংনা ফাবক্লগা যুমদা পুশিল্লকই। মচন বানিবালা মবুং বিশ্ববজিৎশু ঙসিদি ঙাথোংবা চাগদৌবি হাযবা খংহননিংবদগী মহাক্কী মমাংদা ঙাদু খুদেংদা হৈদোক্লগা পুশিন্দুনা থনমই।

মহাক্কী খংজবা রাহে ঈঙ্গিৎতা মচন্না হাযবি তাচৌ পাইদুনা যেংউ ঙানি কমল কাপ মপী। শুধিব লাকপগী ইমানা হৌজিক থোংদুনা চাগদৌবিবা?

মবুক্লীং নুংশিনা লৈকববা বিশ্ববজিৎ ঙা থোংবা চাগদৌবি হাযবা খংজববদা হবাওজবনা পীক্লীবা অঙাংগুম নোকচবি। হবাওনা মঙক হায়দুনা মযেক শেংদ্রবা মচিন্দা থোক্লকপা খোঞ্জেলদা ঈশৈ ঙংদুনা তান থাদুনা লৈহৌই। মনাও শুধিবনা ঙাদু ইমুংদা পুশিন্দুনা শেমখি।

কনানা হবাওবিবা চাগনি হায়দুনা কনানা
কপচবিবা খুদেং মনুং চোংদুনা
ঐবু থাদোকপীযু হে মীওইবা।
ঐহাক মতম খবদং ওইববসু হিংজখিগে
অদুবু কনানা খঙবীগনি মবোল ঙাগী
কৌদুনা তেংথাবি ময়া কাথোক্তুনা
কপ কপ !
ঐখোয়না হবাওবি মতৌদু উবগা
হাওবগনিদা ঙসিদি ঙা থোংগদৌবে ইমানা!

ঙাথোংবদা থাক্লবা মচানুপী বানিবালা মক মবাং, চনমনচিংবা চাকখুম মমাংদা তোকশুদা হাপুনা কন্না শুবি। মমানা চক মৈ য়াংনা মচানুপীদা হায়বকই - "ইবেম্মা ননাওনা পুবক্লিবা শেনফম অসি কবিদা শিজিন্নশিগে?"

- "ইমা ঐদি ঐখোয়গী য়ুমসি নোং চুবকপদা ইমুংদা লোইনা য়ুই মবম অদুনা মনা শিন্দোকপা পামই।"

- "অতৈদি ?"

- "অতৈনা ঐখোয় থোঙ্গাল মনাক্তা য়াম্লদি চাউদনা ইমানা মনা মশিং অতৈ য়োনবদা য়ান্নবা পোৎফম মচা অমা শাহন্নিংই। অবেন্বদুনা ইমাগী কাববাবদা থাদবা।"

মচানুপীগী খন্নবদা য়াববা ব্রাখল অদু মমানা হ্বাওনা য়াখি।

মথন্তা খনবা হৌবকই- "উম ! ঐনা বডা বজাবদগী অযুক অঙনবদা ইম্ফাং নাপী লৈকবগা পোৎফম শঙ অসিদা ফমদুনা যোল্লবদি ঐখোয় ইমা ইচা মবিগী ঙাবিদা ওইববসু লৈদনা চাবা ঙমগনি। ইসা নান্নসু লৈবা"

ঙাইহাক খল্লুববা মতুংদা মচানুপী বানিবালাদা হায়বকই-

- "ইচাগী থৌবাংনি য়াম্লা ফখবে। হুবেল নখোয খুবা বিনোট মজুমদাবগী মনাক্তা চৎতুনা থবকশি হযেং হেক্তা হৌবীবো হায়দুনা পৈশাসি খুৎশিন্নকবা তাবে।"

- "অচুম্বনি ইমা অফবা থবক্তী পন্থদনা হুবেল হযেং যৈথদুনা কৈদৌঙৈ থন্নোদবনি। ফত্তবা থবক খক্তং হুবেল তৌগে হযেং পাংথোক্কে হায়দুনা য়েথোক্লগা কাওখিনবা তৌদনবা হোৎনগদবনি হায়নবা লৈবনি।"

- "ব্রাফমদু নমাসু য়ানিংই। ফবেদা ইচানা মতাং চানা হেক থোক্লকই নমানা নাবা ফবকপগা মপা হেক চাই।"

মপান্দা হুই য়াম্লা খোংবগী মখোল তাবকই গৌ গৌ গৌ ! মমানা মচানুপী বানিবালাদা হায়বকই - "ইবেম্মা হুইশে মীঙোন্দা চিকউবা তাবে চৎলো অমুক্তা খামদোকউচো। মসিগী হুইশি খোংখবেদা।" শেমলম্বা, শুবম্বা পোং চৈশিং মমাগী মনাক্তা লোইবদুনা খুৎশিন্নবল্লগা হৌগৎতুনা মপান্দা থোক্লকই থোঙ্গালদগী হুইনা চংবা ঙমদ্রদুনা লেপ্তুনা লৈবল্লীবা পোষ্টমেন্ট বাজু উবকপদা ঙক্লদুনা বানিবালানা হায়বকই - "বাজু নঙদি থোঙ্গালদা কৈদৌবল্লিবা চংলকও লাও কদায় চৎলুবনো ?"

নোক্লদুনা বাজুনা হায়বকই য়াবেদা ইচে ফম্লবোইগে (মখুৎতা চিঠি হাপ্লা ইনভেলপ খাউ অমা পীবগা) শে ! ইচেগী মমিংদা শ্রীলঙ্কাদগী মীওই

*অমনা বেজিষ্ট্রাব তৌবদুনা থাবকপনি। চে অসিদা ফংলে হায়দুনা শাইন তৌবীয়ু।*
"শ্রীলঙ্কাগী মমিং হেক তাবদা হান্না মৌপ্পা লাকপগী হবাওদুনা লৈবিঙে অমুক চান্নবা পাম্মুবা মহাক্কী চিঠি নৎত্রগা কবিনো অক্ষবা চেশিং য়াওববা বেজিষ্ট্রাব ব্রা' হবাওজবনা মপা লৈখিদ্রে। মোমোন নোক্লদুনা হায়বকই কদাযদনো ইবুংঙো ?

- "অসিদনি।"
- "য়াবববা ?"
- "য়াবে ইচে । অদুদি অমুক য়ৌজবগে।"
- "অশুম লৈহৌবেকো ইবুংঙো।"
- "হোয় ইচে থেঙ্ক য়ু।"

গাডি তোংদুনা চৎখবে পোষ্ট মেন ! বানিবালা চেখাউ অদু তপ্পা হাংদোক্লুনা যেংলকই- গ্রেতিং কার্ডনি। মবক্তুদা লুপা চামঙা চৎপী নোট মহনবা অমা য়াওবম্মী। পুক্লীংগী লৈকোন্দা খোয়মুনা গুব গুব ঙংলকই। অমুক কবি যাওবিবগে য়েংলুবদা কুপ্লব ময়েকম্না ইববা নুংশিবা ব্রাহে কয়ানা থন্না ইববা চিঠিনি। অতৈদু খাউদা হাপচিল্লগা চিঠিদু পাইবদুনা মাগী কাদা তপ্পা চংলকই। মমানা খংনিংদুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা কনা ওইবল্লে ?"
- "বাজু পোষ্টমেন্টনি।"
- "মাদি কবিগী ?"
- "ইমান্নবী অমনা গ্রেতিং কার্ড থাবকপা মদু পীবা লাকপনি।"
- "কবিনো গ্রিতিং কার্ড হায়বদি ?"
- "হো ইমা নখোয়না খংলোয়।"

চিঠিদু লোৎশিনলগা ফজববা গ্রিতিং কার্ড অদু শৎতোক্লুনা পুখোলকপদা লুপা ৫০০ চৎপি নোটসু খংহৌদনা তাবক্লে। মচানা খংহন্নীংদবা ৫০০ চৎপী নোট তাবকপদুদা মমানা চিংনবদুনা হংলকই -

- "পৈশা সিনা কনানা থাবক্লিবা ?"

পাউখুম লৈথোক্লদুনা শেন্নগা খুন্নকই -

- "ঐগী ইমান্নবীনা পুখিবদু মবকশিদা হাপচিল্লগা থাবকপনি।"

মমা বা মখা তাদবে গ্রিতিং কার্ডতসু য়েংখিদবে চাকথোংলিবা অদুদা ওনশিনখবে। মচানুপী কার্ড অদু পাইবদুনা মাগী কাদা চংদুনা চিঠি পুক্লিং লৈতানা ফমুংদা ফল্লগা পাবস্বদগী মমৈ থংদা হিপ্লদুনা পাবা হৌখি।

My dear, how are you, fine ?

অদোমগী লেতব ফংখিবদি কুইবে অদুবু মফম মতম্না যাদবদগী পাউখুম খুদক্তা পীবা ঙমখিদবগী অদোম্না ঙাকপীযু।

ঐদি থাজকদবনি ঙহান যানিংদা য়ানিংদ খুম্নীংদা লোহৌবগা মতৌ ইমান মানদনা থম্মোয়গী মপাও অশুম্না তম্বীবক্কনি হাযবসিমক ! মসিমক ঐহাক্কী লাইবক ফবনি। নহাক ঐহাক্কী পুন্সিগী অহানবনি অদুগা অবোইবসু ওইজগে হায়না ঈশ্বরগী মফমদগী ঙসিসু থৌনিজবি।

যেংউ বানিবালা, মীওইবগী পুন্সি হাযবসি অঙকপা নত্তবা ঐহাক্না মাতৌ কবম্না নহাক্না উনকবিবা অদুগা খংনখিবা পুম্নমকঐদি মঙলানগুম্বনি । বাখল পীকথবীগনু হিমালয চিংজাওগুম ননাক্তা লেপ্লখিগনি হন্দক ছুটি থোক্লকপদা হন্দক তাঞ্জা ফংদুনা কমান্দেন্ট এস্কোট ওইকবদা ঙহান জপানা টাউন য়ৌশিল্লকখি। মফম অসিদা ফংলিবা পোৎ খুদিংমক মপান লমগী ফোবেইন্দ ঙাক্তনি। ঐনা নঙগীদমক ছাটিন অমগা সনাগী খুদোপ অমগা ঐগী চোইসতা লৈবকখি। নখোয় তামোগী মযেক থোক্লবা প্লাষ্টিক্কী ফক (চটাই) অমা ময়াম মবক্তা হেন্না লৈশিলকখি। ইমাগী ওইনদি খনফম খংদদনা নহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না লৈবগে হায়দুনা পৈশা খাক্নুনা থমজবি। খংদেদা বানিবালা? ঐদি নঙবু য়াম্না নুংশিজে। ঐগী অপাম্বা খুদিংগী নহাক্কী নফমদা লৈবে। হৌজিক্তি নহাক য়াওদনা হিংবদা য়াম্না বাবগনি খল্লক্রে। নহাক্কী চমজবী নতৌ গঙ্গাগী ঈচেলগুম লুববা পুক্নীংগী থোংলবা বাহৈশিং তাবগা ঐহাক মফম অসিদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পম্বদুনা লৈনিংদ্রবনি অদুবু কমদৌশিগে মফম অসিদা ইবাং যাম্না কল্লী । হয়েং ছুটি থোবক্লগা ননাক্তা ফল্লগা পুক্নীংগী অবাবা মপাওশে অমত্তা চিংথদনা তল্লগে।

ফবে অশুবাইদা লেপ্লগে বাবৌবীগনু।

Let me stop my pen
God Bless you
Thank you

Your
Prakash Singh
IPKF (Sri Lanka)

চিঠি পাবা লোইৰকপদা, হৰাওজবগী পীবাং খংহৌদনা তাবকখি। তনৌববী মখুৎনা ইলম্বা ফিজিনা তপ্লা নপথোকচৈ। মখুৎতা শিবিবা ঘড়িদা যেংলকই পুং ৯ তাগে তৌবমলে। স্কুল বস লাকপা মতম ওইবমলে। পুখ্রিদা তহা তহা চৎতুনা ঈকজবুবগা মমানা থিদোক্লবা চাক খবা পুক্লীং লৈতাদনা চাবগা মফি মবোল শেৎচিল্লি ।

থোঙ্গালদা গাডি খামখিবগী মখোল তাবকই গাডি ড্রাইভবনা হোবোন হন্না হন্না পীবকই ট্রে ট্রেট·

বানিবালানা মপুক্লিংদা নুংঙাইত্রববা খংদবে তফিং তফিং কমান মচা অদু বেক্তা হাপচিল্লগা থোক্লকুনা বসতা কাখৎখি। বসতু থৌদুনা চৎখিবা মৌপ্পানা তঙক তঙক যেংদুনা লৈহৌই।

মমানা মচাগী মতৌ অদুদা হায়বকই-

- "হো নচেশে স্কুল ওজা ওইববনে থা অমদা লুপা লিশিং ২৫০০ ফংই। যেংঙুবনু চাক্তো নবুক থন্না চাও। নযাম্বদি ঐগা ঈংনা চামিন্নবগে।"

শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হাযবকই -

- "ইমা ইচেগী থবকশিদি ফত্তে। চাক ফাওবা পুক থন্না চাবা নংদে।"

মমানা নোক্লগা হায়বকই -

- "ঙসি খক্তনি নঙ লাকপগী ঙা থোংবদা থেংদোকখবে। হবেল হলক্লগা চান্নবা হেক থম্বীবগা লোয়বে নঙদুম নবুক থন্নবা চাউ শে শে চাক কাদো হাপথবীবক্কে। নচেনা চাবম্বা ইঙ্কাং কাদোশু লৌশিল্লগা চাথোকউ।"

শুদিবনা মবুক্লীংদা নুংঙাইত্রববা খংদবে চাক খবা চাবগা শুধিবনা হৌগৎখবে। বিশ্ববজিৎতি মমানা ইনবীদুনা মহৌশাগুম্না চাহৌবি।

পীশক পীক্লিঙৈদগী মমানা ইনবীদুনা চাবগা লাকপা বিশ্ববজিৎকী পুন্সিনী। শোইনাইববসু ঙসিদি হকচাংগী ফিভম পাখণ্ড অবিবা হায়বদু ওইববনি। নোংমতং মমানা ইনবীহৌদবদা মবুক থন্না পুক্লীং লৈতানা চাক চখোম অমত্তং মবুক্তা তাদে। মসিসু অকবা থবক অমনি।

*****

## তবাহুম্মদোইশুবা পন্দুপ

প্রকাসকী কম্পনিনা অফবা থবক তৌবগীদমক মখোয় বটালিযনগী কমান্দেন্টনা য়াম্না থাগৎলমই।

ঈশ্বরগী নোংদম্না শ্রীলঙ্কাদগী আই. পি কে এফ. ভারত্তা অমুক হলক্লবা হুমকুম থুংলবে। আই. পি. কে এফ.না ফাজিন্দুনা থনম্বা এল তি তি ঈ গী কেডরশিবু তপ্না তপ্না জেনদগী থাদোক্লুনা ময়ুম ময়ুমদা মহৌশাগী পুক্নিদা হিংজক্লবা থা ১।২ গী মনুংদা কন্না হোৎনবি। প্রকাসনা জেল অসিগী অনিশুবা বোলোক এল এম জি. পোষ্ট নম্বর ৩ দা অয়ুকী দ্যুটি তাবি। উপাল অমগী মথক্তা খবা ব্রাংলপ্না শাবা পোষ্টনি। জেল অসিগী অকোযবা পুম্বা লোযনা উবা ফংই। মদুতা নত্তনা অবাপ্পা সমুদ্রগী হিথাংফম ওইরিবা মফম অদু ফাওবা মযেক শেংনা উবা ফংই। শংবান্নববা অতিয়াগা তনিক তক্লিনা ঈথক হৌরিবা শংবান্নবা সমুদ্রগী ঈমাযগা অমত্তা ওইনা শম্নখিবগুম উবি। অঙনবা অয়ুকী মতমদা সমুদ্রবেবামদগী শিৎচল্লকপা অঈংবা নুংশিৎনা লিবি লিবি হুন্নকপদা লেংলি পাল্লিবা জীবা থব্রায় পানবশিংগী পুক্সি হাপকৎপীবা লাকপগুমই। অবাপ্পা নোংমদোন অতিযাদা অঙৌবা লশিং মফোনগুল্লবা লৈচিননা মওং মওংগী শক্তম হোংদুনা পাইরিবি মনিংতম্না আ· কয়াদা য়েংবদা পুক্লিং হুবিবা! কবিগুম্বা প্রকাসনা চেক্লা ওনবা ঙল্লবদি তপ্না তপ্না মশা পাইখিদুনা "চানবী" লমদম তান্নবদা লৈহৌবা বানিবালাগী মনাক্তা মিকুপ অমত্তং ওইববসু পাইদুনা যৌকগদবা, তমজবগদবনি ঈপাউশে নাপদা নহাক্কীদমক মিৎকুপ পুংজা কয়া চান্নবী নহাক্কী মিংলেনতবু শোঞ্জবগা অৱাবা কয়াশে নোক্লা নোক্লা খাংলি। লৈবিবম্মুকো নুংশিবা শমায লৈবীবমগনু। লম্লানবা শকহেনবা কনা উকবগা।

শর্ন্ট্রি মীওই অনি শুবনি। দ্যুতি তামিন্নবদা মোৎ চান্নদবা অনি পুল্লুববদি মতম ঙায়বদা যাম্না ব্রানিঙাইনি। মিনিট অমা পুং অমগা ঙাযবগা পাঙ্খক্লি। তুমিন তুমিন ব্রাশু ঙাংনদনা লৈনৈ। অদুবু পুক্লীং মান্নবা মরুপ অনি পুল্লুববদি পুং অনি মিনিট অনিগুম্বনি ব্রাবি লোইশিনবা নংহৌদে।

*অতৈ মতমদা নীংশিংঙুদ্রবা ৱাবীশিং নিংশিংলকই মাঙদা উবিবা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী মথক্তা তাংবোন নাইনা কাদুনা তোববন্দি তম্না কাবক্লীবা*

জ্বাবশিং উবগা প্রকাসকী পুক্লীংদা ঙসিদি.......।

মাঙদা মুৎশিববা পোদোন্না মুৎশি মুৎশি ঙাল্লি। মমানা চাঙখুমদা চাক থোংলি। প্রকাসপু ময়াম্বা প্রমোটনা মখুৎ পাইবিবগা লাইবিক ময়েক ইবা তম্বীবি।

অ আ ই ঈ

. .. .....

পবেং অমা মথক্তা ইবা হৈবকপদা মচিন মনাও হবাওদুনা নোকমিন্নে।

- "হা: হা: হা: ইবা হৈবে।"

মমানা হাইবকই - "ইবুংঙো চাক লোইবক্নে। নোক্তুনা লৈবনু নমাংদা থাল্লিবা থাউমৈদু যেংউ। থাউ যাওদ্রবনি। নচিন ননাও চংদুনা ঈশিং পুন্দগী চাইশেলদু পুদুনা তপ্না কল্লগা পুবকউ। ঐ চাক থীবক্লগে।"

মমানা পুখম তেংথোকই। চাক থীবা হৌবকই। মচাশিং ঈশিং কন্দুনা চাক্লুক মমাংদা তপ্না থমই। মমানা অমুক মখা তানা পাখোন শিবকই প্রমোট নঙ নপাগী চাকশি শমূক্তা থাংগৎলু।

- "ইনাও নঙনা ঈশিং চাইশেলসি থাংজিল্লগা পুখম মচা অসিনা মখুম কুপশিল্লম্মু।"

মমানা হাযবা থবক খুদিং মখোয মচিন মনাও অনিনা হবাও হবাও তৌজে। পাক্লবা পুখম অদুদা মী অমগী শকক। য়াম্না পানা ইংগ্রসনু হায়বগুম থিদোক্তুনা থল্লী।

চাউববা পীগ্রাইগী তেঙ্গোৎ অদুদা শৌগ্রী মহিনা মপংদি মনিংদা লৈখ্রগা ইবং লংনা উবদুনা চাকলুক অদুগী মনাক্তা থল্লী। মমানা মচাশিংবু কৌশিলকই।

- "ইবুংঙো লাকও নখুৎ শেংনা শেংনা হামদোক্লকউ। থাউমৈশে মুৎলমদায়গীবা কবিনো খবা ঙানখৎলক্লীঙৈ চাহৌবশি।"

মচানুপা অনিমক মনাক্তা লৈবা বাল্টিনদা মখুৎ চুপ চুপ লুপ্লগা নংহৌববোই মতাগুম্না পুখমদুগী অকোয়বদা ইকোয় কোযনা ফন্নগা চাক চাবা হৌই। মমাদি চখোম ১।২ খক্তনি হুক্লিবা অদুগা চাউববা তেঙ্গোৎতা যাওবিবা শৌগ্রি মহিদু মবুক থন্নবা থক্লগা হৌগৎখবে।

মচানুপা অতোনবনা মমাদা হংলকই -

"ইমা চাক লৈহৌদ্রববা ?"

মমানা তপ্পা হাযবকই - "ইবুংঙো লৈহৌদবে। নমাসু চখোম অনিখক চাবগা শৌগ্রি মহি অবাংবসি থক্লবসিনি। শাওবনু হয়েং ঙন্না থোংবীগে। ইচাতোম্বদি মবম ওকপনি। ইমানা হাযবদা হেক্তা যাবনি।" প্রকাস মবুক চাওবা অঙাংনি লৈত্রবসু অঙম তাল্লদুনা কপলগা নিংঙাই তৌবদুনা হাযবকই-

"যাবোই পুক থন্দবা যাবোই। ঙাসায অযুকসু চখোম মঙা খক্তা নত্তবা হুকহল্লিবা।"

মমানা থেমজিন্দুনা হাযবকই, কদায়দগী লৌকগদৌবিবনো ইবুংঙো লৈকায অসিদা শিকি পুফম লৈতে। নমানা পেকুক কেঙোয মবোয খবা বজাবদা যোল্লুবগা শিৎলকপদুনা চেং ঙাবি থুন্নী শুনা লৈবকপনি। নহাক্কী দদাগুম্না ঙাংনবদা তুমিন্না লৈযুবা।

"নিঙাই ফত্তবা অঙাংনি।" মখোং অনি তিংথোক্লুনা কাওবও চোংবও তৌদুনা কপ্লগা হাযবকই - "চাক পুক থন্দবি পাবাদগী ওইববসু হাপ্লকউ।"

মমানা থেমজিন্দুনা হাযবকই- "ইবুংঙো নপাগী চাকসু যামদবনি ঙসাযদগী চাবা হেন্দুনা মীগী লৌবাং শুবা চৎখিবনি। নখোয়বু উবিবা নত্তবা। পৈশা ফংলক্লবদি হযেং ঙন্তানা চেং ব্রাল্লুবগা থোংবীবগেমি।"

- "ইমা যাবোয। ঐ চাক চাগনি। নুমিৎ কযানি শুববগে চাক পুক থন্না চাবক্তবা অমুক্তা হাযযু!"

- "ইন্থোকপা অঙাংনি।" মবৈ ফৎখিদবে। চৎলু ইবুংঙো মসি মনম চৈ থাদ্রিবমখৈ তোকউ যাববোই। ইবুংঙো ইবেম্মা হাযদুনা থেন্নিঙৈ যাদে। প্রমোটনা মমাগী যাথং ইন্দুনা চৈ মচা অমা পুবক্লুনা পী।

মমানা মদু পাইবগা হায়বকই,

- "তোকত্রিববা ? ঐনা চাক চাবিঙৈ নিংঙাই তৌদুনা কপকনু হাযদবা? ফুদ্রিঙৈ তোকহৌ।"

মমাগী চৈফু খংলবা প্রকাসনি মমাগী চৈদু কিবদগী তুমিন্না লৈখবে। মমানা চৈদু লৈমায়দা থাদবগা মখুৎ মখোংদা পক্লীবা চকশিংদু ঈশিংনা চামথোকপীবগা মখুৎ পাইদুনা ফুনাক্তা থাবিবা ফক্তা ফমহল্লি। মখোযনা চাবা

লুখাকশিং লোইশিন্নবা কন্না হোৎনবি মতমদুদা থাউ লোইববা পোদোনগী মৈঙান অদুনা কা থাদোক্লুনা থম্বীবল্লগা চৎপ্রে। ইন্মম মমখবে ইমুং। মচানুপা অহল প্রমোটনা খুদক্তা মৈখেৎ খেৎতুনা চক খবা থিকব্বগা ফুনাক্তা পুশিল্লকই। মৈ থাদুনা মৈঙাল উহল্লি। মমানা চকুগী মৈঙাল অদুদা থবক খুদিংমক লোইশিন্নবা হোৎনৈ। মৈশা খবা ফংলবদা মুনথবক্লবা মনাও প্রকাস চক মবক্তা উইবদগী খংতু তুথবকই। ময়াম্বনা কোনখৎলগা হায়বকই -

- "ইমা ইনাওসে উইবে। কমাইনা তৌদোইনো ?"

মমানা হায়বকই - "ইবুংঙো ফম অমুক্তা থাহৌকখিগে ঙাইখো।" মনাও শেন্নবদা য়াদ্রবা ময়াম্বনা পেবি পেবি হায়বকই- "ইমা চক মৈ যাংবা য়াদবে কমায়না তৌদোইনো।"

মমা ফম খবা কম্থোক্লগা মচানুপা অতোম্বা প্রকাসকী মনাক্তা চেনশিনলকই। খোইশাওনববা মমানা মচাগী মনমদা খুৎপাক্লা খবা কলপ থাবগা হায়বকই - "মসি মবৈশে চাক হেক তোকপগা মমিৎ পুবা ঙমদবনি। মচিংনা ফত্রিবা"। মমানা ফুবা নাববা প্রকাশনা চৈফমদুদা মখুৎ মচানা নাল্লদুনা মমাদ হায়বকই -

- "ইমা হিংচাবী! পুকফত্তবী মচা পীজনিংদবী"।

মমানা শাউনা হাযবকই "আ! নচিনদো থিবকউ মপান্দা লৈনিংলবদি ঙবাং অমুবীগী মপু শিখিবদো খঙলেদনা !"

অশিবগী ব্রা তাবদা তুমনিংলম্বা প্রকাস মমিৎ খংশিং শিংলকই মমাদা চেৎনা কোনশিন্দুনা হাযবকই "ইমা! .. "

চাগদবা কযা চাবা ফংদনা মতমদো হৌখি অদুম খংহৌদনা। লাইববী মমানা নিশা শিজিন্নবা পাবুংগা তত্তনা খৎনদুনা মপামদা কয়াবক চৎখিবা। মচা ঐখোয লৈহৌবনিনা ইবোক অশোনবীনা তৎতনা থীনবীবকখি।

ইমানা ইবোকখোয়দা লৈপ্রিটৈ দাদাগা ইবান্নিনা পাবুংগা লোয়নখিবদো। য়ুগী ফত্তবা মনম্না হাববা পাবুংনা নুমিৎচুপ্পা লবুক্তা লৌহোন ফোয়দুনা লৈকব্বগা হনলকপদা ঐখোযবু উবগা শাওখিবদু। চুঙাক চাবগা স্কুল কাকব্বগী হনলকপদা লাম্লবা পুক্লা পাবুং লাকপা ঙাইখিবদো অদুগা পাবুংদি কবিসু পুবক্তনা থকপা য়াবা থকচিন্দুনা হনলকপদো । কয়াদা ব্রানা ইয়াম্বগা ঐগা মেট্রিক পাস

তৌবকখিবা। উবি ঈথক ঈপোম মবক্তুদা তপ্না তপ্না মমি শামী। চাবা হেনবদা মশীং খংলক্কবী ইমানা মমিং পনবদা তুজুংলবা কেন্সব লাযনা নাবক্তুনা কযাদা ব্রানা ঙৌনা ঙৌনা শিখিবা। অদুবু মখোয়দো হৌখবেকো। তামোনা হোৎনবা কনবদগী সবকাবগী থবক মচা অমা ফংখি। লাইবক ফবদগী মবুক ফবী লাইগুল্লবী ইতৈমা অমা ফংদুনা পুশিনলকপদগী পাবুংগী পুকচেল হোংখিবনি। প্রকাস নুংশিবগী ঈথক ইপোম মবক্তা ইবাক্লবে। কবিগী ফুবিৎ খাউদা মহাক্কী চিঠিদু হাপ্তুনা কোইপু পুদুনা চৎলি। ঙম্লগদবা শোইনাইববী মহাকপু নখোয়গী ইমুংদুদা পুশিনবা যুমগী মৌ অমা ওইনা। নোক্লবোইদবা লৈকায়না নহাকপু প্রকাস ! থবক অকনবসু শুবা ঙম্লবোইদবী মহাক্কী মফমদা পুক্লীংনা খোইদাকবিবা ? ফববসু ফত্তবসু নহাক ফৌজি অমনি। নহাক্লা ছুটি থোক্লকপদা মকপ কুমাবখোযদা কোইনা চৎতুনা মশক মতৌ চংখোনবী মযুম মকৈশু লীংবী অউনপোৎ যাম্না উলক্কদবী মহৈ মতিক চানা হৈবী স্না লৈবাক মনিপুবদা ব্রাৎপবনে। নৎত্রগা লাক্লো হোজাইদা নৎত্রগা শিলচবদা নৎত্রগা অগবতালাদা । নুংশিবদা খোংতেক মিৎতাং লৈতবা লাইববা, লৈতে খেৎনবা, থব্রাযনবু খোইদাববদি অকি অখং শিবা নাবা থোক্লবসু মায়োক্লবা ঙমই নুংশিবা প্রন্মী অমনা মহাক্কী প্রেন্মী অদুগীদমক ! ইকাযবগী ব্রাফমদি হৌজিক্কী মতমদা মমিংতা ঙাইশিল্লকখবে।

মমৈথংদা খন্থবকই মপুক্লীং লৈতানা - ঐনা মহাকপু থাক্কনি। অশোনবী মমা মবুং লোইনমক যেংশিনবীগনি। মসিদা লৈকায়না কবিগী মিৎয়েং চংফম থোকই। মসিদি ধর্ম্মনি। লৈকায়না, সমাজনা লৈবাকসিনা ঐবু থাগৎপিফম থোকই। ঐখোয়গুম্বা লেভেল অমদা লৈবা মীওইনা মীনুংশি উৎফম থোকই। মখোযসু মীওইবনি কানানা শোইনাইদুনা তাইবংসিদা হিংবা পাম্বগে পুম্নমক হিংমিন্নবা তাবনি ঐখোয় মীওইবা সমাজলক্তা খেৎনবা থমদনা ...'

*****

# তবামবিশুবা পন্দুপ

নুমিৎ তাবমদাইগী নুংঙাইববা মতম্লী লম্বী শবক্তা লৈশাবীশিংনা মমান্নবী কযাগা নোক নোক্তুনা মাগী মাগী নুংঙাইববা ৱাবী কযা শাবদুনা হন্নবল্লী।

অচৌবী মখোযগী থোঙ্গালদা ফমদুনা অঙাংশিংনা শান্নবিবদু থৱায তানা য়েংলি। কয়াদা খেৎনবা মশান্ননো। অতৈগী মতমদা চৈতেককোৎপী, উবাওবী, শেবোতি কাওনবী, মকম কোনবী, মুক্লা, কৈ -যেন, ষণ ৱাইনবা, কবাদি শান্নবা, শগোল কাংজৈ শান্নবা মখল কযাগী মশান্নশিং হৌজিক্কী মতমদা চনিখিদবে। হোংলকলিবা যাওলদা ফুটবোল, বাসকেটবোল, ক্রিকেট, কোম্ফু, তাইকুনদোগী মশান্নশিদা থৱায থাগদৌবগুম থৱায যাওনা শান্নবক্লি।

পীক্লীবা মশুনা বেট পাইদুনা ময়াম্বশিংনা বোল লংঙকপদু ওক্তুনা থোম্নবা হোৎনবগী মতৌ উবগা মপুনা পেঞ্জবমই।

বাইক অমা তোংলদুনা কুমাব মনাক্তা থৌজিল্লকই। গাডি খাম্লগা চংশিন্দুনা হাংলকই-

- "পাবুং ঙবাংদি থবক অমা চৎলুবদা চংশিল্লকপা ঙমখিদবে।"

- "ইবুংঙো ফম্মু। ইচাদা অকুপ্পা ৱাবি অমত্তা শান্ননিংদুনা কৌবনিদা।"

- "কবি ৱাবী ওইবীববনো ?"

- "লৈকায অসিদা নঙগী মকুপ প্রকাস নত্তনা অতৈদি লোইনা শঙ্গোয লুকোয তেক্লখবে। মবম অদুনা ঐসু মিৎ- না শিংলিঙৈ নঙগী মকপকী পোৎলুম অসিমত্তংদি কোকহননিংই।"

- "অচুম্বনি পাবুং ইমান্নবা পুম্নমক প্রমোসন কানখ্রবনি। ঐখোয় ১।২ লৈকায অসিদা মকপনি। ঐখোয লৈকায অদুদনা ঐহাক ইথন্তা ঙাইহৌবে পাবুং। যাবে পাবুং মহাক্লা ছুটি থোক্লকপগা মপা চান্নবা শিনবীনবা তৌবিবো।"

- "তো, তো ! অদুদনি নঙ পাবুংদা খুবৌ অমা ইথাং হেক থাংলিবসে।"

- "খুবৌ হায়বদি পাবুং ?"

- "ইবুংঙো মতমসে অহল লমন্না হায়না শিংনদুনা মীগী মচাদু ঙাংনকুবগী চৎনবীদু যাম্না তামখবেনে। দাইবেক্ট যুম যেংবগী চৎনবী অমা হৌজিক্কী মতমশিদা মতমগী ইবৈনা পুশিনলক্রেদো। মবম অদুনা নঙগী মকুপকী অতৈ কনা কনা কযাম ছুটি থোক্লকপদা থনমই হয়বদু খঙনিংদুনা ইচাবু কৌবনি। মসিদা কবিসু ইকাযনিংঙাই লৈতে মতমসিগী চৎনবীনি ঐখোযসু য়াওগদবনি। লৈববদি নঙগী পাবুংসু অফ ফত্তা নুপী মচাদুগী মচৎ ব্যব্যাব, মপা মপুনা কবম তৌই। হৌবকপা, ইনাক খুনববা লাইববনচিংবা কযা অমা থবক থোক্লিঙৈ নঙগী তামোখোযগা তান্নহৌগনি মোৎ চান্নবোইদবা ইমুং ওইববদি ইনাক কৈবাক খুন্দুনা কবোব পতি ওইজববসু কৈদৌকগনি ঐনা পোকচবা ইচা মীগী ওইখিনি ইমুং মনুং কাংখোং চাইনগনিদো।

অচৌবীগী ইচম চম্বা ৱাফম্লি অদুবু পাউখুম পীবমদাই হুমাং কাংলকই, খুমফম খংদে খুমদবসু যাদ্রি খুন্নুবগনা কবি হাযবক্কদবা । লুখবেদা মতাংসিদা হে ইবেম্মা বানিবালা নহাক্কী নবাইবক্তা কবি থোক্লগবা ? কপ্না কপ্না পীবোইন্না হৌজবকপা পুন্সিদা অদুম লৈহৌগদৌবববা? মসিনি শোইনাইববা পুন্সি অমগী অৱাবা খোংথাং খুদিং পীবাংনা চাম চামদুনা পাপ্পী শংশাব অসিদা খাংজবা তাই। পুক্নীং লৈতাহন্দে মিৎকুপ অমতা মপুগী তাইবঙ অসিদা মঙলান অমগুম . !

খুমদবদি য়াদ্রবনিনা অৱাবগী শাংলবা শ্বোব অমা হোন্থবগা খবা নাথৈবগা খুন্নকই- "পাবুং নচাদি মহাক্কা য়াম্না নকশিন্দুনা অদুগুম্বগী ৱাবী শানকুদবনা তশেংবা তাংদাংবা খংজদে। মহাক্কী পুক্নীংনা খোইদাবদু হাযজবা ঙমজদবে।"

- "ইহে, ইবুংঙোনা লান্না খনখবে। ঐনা হাযবদি নখোযনা খবা তোইনা য়ৌশিনমিনকুবা মহাক্সু চৎমিন্নববনিনা খবা তোইনা ঈশ্বরগুম্না শোনবী মহাক্কুনি।"

- উম ! অমদি লৈ য়াম্না থাপ্পী।

- মফমদু কদাযদনো ইপা ইচা নোংমা চৎলগা হায়ফেৎ চাওবাকপা ইমুং মনুংগী

ফিভম য়েংথোকউশিবো ? নুমিৎ থাবাল য়েংদুনা তৈয়াবিদা থমগদবনিনা ঐসু পুক্নীংশে লৈতাদবে। ছুটিনদি খংহৌদনা হেক থোক্লকপা কুঠি য়েংউবগনা হেক য়াবমদা শিফায়গী ছুটিদি অকক্লবীনি নোংমা থেংথবা য়াবা নত্তেদো।

- "পাবুং মদু চৎলুদবনা ফৈদা, মবমদি নুপীমচাদু মশকপুদি ফজৈ হাযববু মখোং নামা খবা পৈববা নৎত্রগা শাংবা খবা ব্রাৎপবা কবিনো শেক শেক্তুনা চৎলি। মখোয ইমুংসু নাতৈ চাদে। মমাগা মবুং শোইনাইববা হৌগৎ কাংখৎ তৌবদা ব্রাজববা মমিৎসু উদবা মনাসু তাদবা অমগা লৈবনি। হা ! মৌপ্বা অমদি মখাদা লৈ হায় মহাকসু মবোল থোক্তে হায়না মখোয অদুব্রাইগী অঙাংশিংনা হায়বকই ঐখোয়নদি উবক্তে।"

- "ইশ ! অদুদি শোইবেদনা ! ঙাইখো ইবুংঙো নুপী মচাদুগা নহাক্কী মকপকা উনবদি কয়াবক শুবন্নগনি।"

- "পাবুং মদু হান্না উনখিবদি খংজদবে ঐগা চৎমিন্নদুনা উনবদি অহুন্লক ফাওবা শুখবে। মহাক্না চৎলমদাইদা শাডী অমদি লৈবীবমগনি হাযদুনা শোম্বাংননা হাযবদা তাজহৌই। মখা তাবদি ঐগী থবক্না যাদদুনা চৎমিন্নখিদবে।"

- "ও ! থাক অদু ফাওবা য়ৌশিনশ্রবোয়বে। অদুদি ইবুংঙো ইপা ইচা নোংমতং মফমদুদা যৌশিনমিন্নকদবা যাদবে মদুদা চাবোল শুবোল যাম্না অকাযবা লাক্কদৌবি। মবুংসু শোইনাইবা, মহাকসু শোইনাইবা, মৌপ্বাসু লোম্বোক্তবা, অব্রাবনি। নত্তে মহাকপু শোইনাইবীদু নৎত্রবদি অতৈ লৈত্রবা জাৎলা ? খংদে পাবুং নচানসু ফনা যাম্না থেমজবনি মহাক্না যাদে। ঐনা শুম খঞ্জবদা মখোয অনি চিঠিদা শোইদনা উনবমগনি।"

- "যাবে, য়াবে ! ইপা লোয়না খংলে ঐসু চিংনবকপা কুইববনি । অদুবু অবেপ্না অমা খংনিংদুনা ইচাগী নফমদগী অবোইবা নপাউদু লৌবনি। হৌজিক্তি তশেংলে ঐগী ইচাদি ঐনা শেমজবা তাবনি। ঐগী পবিবাব খান্দান্দা অদুগুম্বা শোইনাইববী মহাক্কী অচৌবী ঐগী ইমৌ ওইনবা শিল্লোই। ঐগী ইশুশু মখোয ইমুংদা থোক্লীবা অদুগুম্না থোক্লক্কনি।"

- "অদুদা পাবুং ব্রাফম অসি ঐনা হায়দোকপনি হায়দুনা মকপ প্রকাসনা খংশ্রবদি শোইবে, নচা যুমশিদা অমুক হন্না খোংদাবকপা ঙল্লোয়কো।"

- "এ! অদুগীদি ইপা লৈবিনা কবিনো! কবিশু খল্লুগনু। খোঙ থাংদ্রিঙৈদা

খোংদাফম য়েংবা হায়বসি খুদোংথিবা থোক্তিঙৈগী মমাংগী চেকশিন থৌবাং অমনি।"

অৱাবগী শাংলবা শ্নোব অমা চনিং তানা হোঙ্গবগা হাযবকই - "ফবে! ঙসি ইচানা ইপাগীদা লেংবিবকপা অসিমক ইপাগী য়াম্না লাইবক ফবনি। লাকও হোতেলদা চাবা শঙ্গোম্না গিলাস অম্মমদং থকমিনকখিসি।"

- "পাবুং য়াজবে। নচা চবা ৱানশিনলকপদা ঙাইজবিবনি, থৈন্যবাদ!"

- "ও! অদুদি কমদৌনি। কবি অমতা চামিন থকমিন্নদনা হনখিবা তাবে।"

- "এ· পাবুং মতুংদা যাম্না লৈবি।"

- "অদুদি ইপা অশুম লৈহৌবেকো।"

- "অহোয পাবুং নচা অমুক য়ৌশিঞ্জগ্রগে।"

- "য়ৌবো যৌবো।"

কুমাব চৎখ্রিবা মাযকৈদা ঙাযহাক য়েংউবগা হঞ্জিলকই - পুক্লীং চবাংনহল্লি, তৌফম খঙহন্দে। কবি উপায শিজিন্নদুনা ঐগী অপঙবা ইচাবু নুপীমচা অদুগী মফমদগী মতৌ কবম্না থাপতোকহনগনি।

খনবা য়াবা মখে খল্লুববা মতুংদা লৌশিং অমা লাক্লে, অচৌবীগী কোক্তা . !

হযেংমক চৎতুনা লুপা ৫০।১০০ খবচ তৌবগা খববদা হাপতোক্লে "কৈন্যা পামজৈ"। অফবা থবক্তি পম্থবা তৌহৈদে। মসি নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈববোয।

মবুধি থেনবা মপানি। ঐনা পোকচবা ইচানি মপা ঐনা হাযবদা হে তোংফদে যাগদবনি। মদুগী ৱাফম চাউখৎলবা ঙসিগী সমাজ অসিদদি চৎনবদা খবা ৱাগনি মবমদি হান্না মচাশিংবু কদাযদা শোয়খিগদগে হায়দুনা মহৈ মশিং, শেৎপা চাবা, মমান্নবশিংগা মীমান্নবগী হিবমদা য়েংশিনবা অদুগী চাউববা দাযত লৈ।

চাক্লিবনি ঙসিসু মচাশিংগী পুক্লীংদা - ঙসি ঐহাক্লা বিএ ফাওবদং তমথবা ঙমজবন্নবদি ঐগী পুন্সি অশুম্না ওইবম্লোই ..।

*****

## তবামঙা শুবা পন্দুপ

প্রমোট শুমাং থেলোং, যেৎনখা লুকখাগী অমোৎ অকায পুম্নমক লোইশিল্লুববা মতুংদা মখোং মখুৎ হাম্লগা মাঙ্গোল কাখৎলকপদা মচানুপী কমলানা হাযবকই-

- "পাপা ঙসিগী খববদা ঐখোয কাকাগী মমিং কৈন্য পামজৈ হাযবা কলমদুগী মকোক্তা যাওবকই।"

প্রমোট মচাগী ৱাফমদু মপুক্লীংদা চিংনৈ। মচানা হাযবিবদু থাজদে নোক্লগা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নঙবু অতৈ কলমদি পাবা যাদ্রববো, মমিং মান্নবা ওইবমগনি। চৎলো নশাগী নথৌ তৌকচো।"

মচানুপী মপাবু কিনা খনবনা খুদক্তা চংখবে। লাইবিক ঔবাইখবে। প্রমোট টেবল মথক্তা তাদুনা লৈবম্লবা কৈন্য পামজৈ হাযবা কলম অদু থিদুনা যেংলকই।

মচানুপীনা হাযবম্বা ৱাফমদু অচুম্বা ওইবমলে। মখোয ইমুংগী ফোন নম্বব ফাওবা লৈফম অদুগী মখাদা মযেক শেংনা ইবমই।

ইঙক ঙকই। মহাক্কী নুপী বিলাশিনিবু তান্নবা ইমুংদা ওনশিন্দুনা কৌবকই- "তাবিব্রা! নঙ অমুক্তা থোক্লকউ হায।"

মপুবোইবগী মখোল তাবদা বিলাশিনি চাক মৈ থাদোক্লম্লগা থোক্লকই, মনাক্তা লেপ্লগা,

- "কবি হায়গে ?"

- "নহাক ঙসিগী খবব পাববা?"

- "পাদবি। কবি যাওবম্লবগে থৱায় লাকপীদৌবগুম কৌবিবকইবদুবু।"

- "যেংউ, বব কৈন্য পামজৈ হায়বা কলম অদুদা তু ...!"

খববদু বিলাশিনিদা পাননবা থাংজিন্দুনা উহল্লি। লাইবিক হৈবী নুপী ওইবনা যেংখিবদা লোযনা উবা ফংই। নোক্লগা হংলকই -

- "মসিগীবো থৱায লাকপীদৌনা কৌবক্লিবদো। মসিদি যাম্নবু ফৈনে। ঐসু হান্নদগী পামজদুনা লাক্লীবনি, নত্তে পৈশাবু খবচ কযাম তৌখ্রবগে কনাগা তান্নদুনা তৌকবিবনো ববদি ছুটিসু থোক্লক্লিভৈঙে।"

- "নোক্কনু বিলাশিনি। ঐ অশেংবা খঙবা পামই। ঐখোযগী ইমুংগী মী যাওদনা খববগী কলমদা কৈদৌঙৈদা হাপ্লীবক্লোয। নহাক্লা নহাক্লী খববগী কলম অসিদা ঐহাক অমদি পাবুং অমা ইচাও চাওনা লৈবিঙৈ কবিশু তান্নবমদনা যুমসিগী ৮জৎ খোঙ্গোযনদুনা হাপ্লুবীবনো। চৎলু হৌজিকমক মিং অসি ককথৎলুচো। নঙগী চাক থোংবা লাযবি।"

চংশিন্দুনা মখুৎ পাইবগা থোংজিন্দগী চিংথোক্কুনা মপান্দা ইন্থোক্লমই। মমা শোক্লপদা লাইবিক ঔবাইবম্বা কমলা চেন্থোক্কুনা কপ্লগা মমাগী ফিজি থাল্লি। মমানা মপুবোইবগী মফমদা হাযজবকই -

- "কবিনো নঙনা তৌবিবশিবু চফু শৌহৌবিবনে। ঐদি মসিগী মবমদা কবিশু হংদে।"

বিলাসিনিগী অবোযবা ৱাফমদুদা শাউবম্বা ৱাখল খংহন হন্থে। মখা তানা হংলকই-

- "অদুদি লাইনা চৎতুনা ঐখোযগী Address তা ফোন নম্বর কা চান্না হাপ্লুবা তাবিনে হা ?"

- "তশেংনা ঐ খংজদে।"

বিলাসিনিনা হাপ্লুবা নত্তে খংলবদা মপুবোইবা প্রমোট চফু শৌহৌবি হাযখিবা ৱাফমদু খংনিং নিংশিংলজ্জুনা খোন খৱাং ৱাংলপ্লা হাযবকই -

- "খংদ্রবদি চংঙো। None Sence"

মমা মচা কিনা চঙসিনখি। প্রমোট শাউবনা টেবলগী মথক্তা মখুৎ অচৌবদুনা শাওনা থাজিলদুনা খবব অদুবু শুপতেক নাতেক পাইশিল্লগা টেবল মথক্তা থমই অদুগা ইমুংদা চংলকই। ঙাযহাক সোফা মথক্তা ফমথৈ। মথন্তা মীশক্কু থিবা হৌবকই ৱাখলনা তপ্লা তপ্লা . !

ঐখোয় ইবাযনদি ঐহাক্তা তান্নদনা কৈদৌঙৈদা হাপ্পীবোয়। অদুদি কনানা হাপ্পুবিবা ?

খল্লুবদা খংনিং নীংশিংলকই হৌখিবা হপ্তাদা মপানা মচানুপা প্রকাসকী ছুটিগী মতাংদা ৱাবী শান্নখি। মহাক্তা হায়বা মতুং ইন্দুনা প্রকাসকী মমান্নবদা ঐনা চৎতুনা উন্নবা পামই হায়দুনা পাউ চেল্লুবনি। অদুদি পাবুংনা ঐখোয় তান্নবমদনা কুমাবগা চৎতুনা খববদা হাপ্পুবনি।

আ! পাবুং! নহাক্কী ৱাখল অসি অঙকপনি। নচা অমা ফববসু ফত্তবসু ইমুং অসিদা লৈবিবনি অদুবু মীতোপ অমগুম্না থম্বীবগা লৈকায অসিগী মমাংদা শাগৈ অসিগী ঈজৎ হেক খোংঙ্গোইনবীদা!

ছুটি থোক্লকপা থোক্লক্তবা মফম খংদ্রিবনি। কনানা খংগনি মহাকসু তাইবঙ মীওইবনিনা পুক্লীংনা খোইদাজবা কনাগুম্বী অমতং ওইববসু লৈজবমগনি মদুনা কমদৌবা!

ৱাফম অসিগী মতাংদা হযেংদি ঐখোয ওফিসতা মীৱা ঙাংজবগা পেঞ্জবা মীওইশিংনা নুমিৎ কযানি চুপ্পা কবেম কথাযনা নোক্কুনা লক্লবক্কদৌবি। নত্তে ঐখোয ইমুংবু কনদিসন মযাম লীংলবগে ? কন্না হোৎনজবগী ঈশ্বরনা খজিক্কং চানবীদুনা মীবক তিনবা ঙমজবকপা অসিদা শেঞ্জাও পাযবা কবোব পতি শাদুনা খবব থোংদা হাপ্তুনা শাগৈগী ঈজৎ খোঙ্গোযনকবি। তৌশনু মানা অপাম্ব ঐহাক্কী মীতোপ অমা ওইনা ইম্বোকপীববনিনা তুমিন্না ভাবোক্তুম যেংলগে কুম্মৈ।

তুমিন্না ফমদুনা অশাওবা ৱাখল মথন্তা ফাথবা ঙল্লক্লবদা মহাক্কী নুপী বিলাশিনিবু নুংশিবকখি। কবিশু খংজদ্রবী মহাকপু কবিগী ঐনা লান্না খল্লুবি। ইম্বোক্লা ইকায়জখ্রবা থবক্তি ঐহাক্লা মঙোন্দা অশাওবা উৎলুবিবা অসিমক মহাক্লা ঐবু শোয়দনা ৱাবৌবমগনি। অদুদি ঐহাক কবি তৌবা তাই ?

পূক্লীংনা চিংদুনা প্রমোট চাকশঙদা য়ৌখিবা খঙহৌদে। চাকশঙদা কনাসু লৈবমদবে থিদোক্লবা চাকশিং মখুম কুপশিন্দুনা লৈবি মফম মফমদা। পূক্লীংদ চীংনবা ফাওবকই কোইনা থীবা হৌবকই। মহাক্কী কাদা চংদুনা য়েংঙুবদা মম মচা হিক্লা হিক্লা কপমিন্নদুনা লৈবমই। চংশিন্দুনা মনাক্তা লেপ্লগা হায়বকই-
- "ইবেম্মা নঙ স্কুল চৎলোযদববা ? চাকশি চাথোকমীন্নক্ববা যাদবো।"

- "কপ্না কপ্না মপি তৈথোক্লদুনা মচানুপীদা হায়বকই - "চৎলো ইবেম্মা, নঙগী ঙসি পবিক্ষা হৌবা নুমিৎ নত্তবা।"

- "উম ! মানি।"

- "চৎলো ইমা লাক্লগে নপাগা চাবা হৌবম্মো।"

- "ইমা য়াওদ্রদি তল্লী।" মচানুপীনা কপ্লি কপ্লি খুন্নকই।

মমা হৌগৎলি। চাকশঙদা বিলাশিনি চংখিদুনা চাক চাফম ব্রাই তৈথোক্লগা মপুবোইবা প্রমোটকী চাক চালুক থাংথদুনা থমই। মখোয মমা মচাসু শমুক্তগী চাক চালুক থাংথদুনা চাবা হৌই। ঙহান মখৈ হবাও হবাও ফাগী জুগাযদা চাক চামিন্নবা ইমুংনি অদুবু ঙসিদি কনাগী মীনোক, কনাগী খোঞ্জেল তাখিদবে ইচিক হুল্লবা পুর্নিমাগী অহিংগুম তুমিন তুমিন চালুক্তগী হেন্দোক্লদনা যেংনবগা চানবি চাক।

মপুবোইবা প্রমোট ঙাবৌ মচেৎ অমা নুংশিনা যাওবন্বা শকক্তু মহাক্লা লানখিবগী মহাকপু ঙাকপিযু হাযবা ফোংদোক্লীংবা ওইনা মহাক্কী নুপী বিলাসিনিগী চাকলুক্তা "শে ঙা হাপ্লীবক্কে নখোয নমা নচা যেন্নদুনা চামিনৌ হাযজনিংই" অদুবু ঙহান মখৈগুম মিৎচান্নদুনা চামিন্নবা নত্তবনা পুক্নিংদা খক্তা খন্দুনা লৈবে ব্রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদবে চিনবাম্থোংদা ! মচানুপী খবা চাবগা হৌগৎতুনা স্কুল চৎনবা শেম শাখি।

তাঞ্জা যেংদুনা লৈবিবা প্রমোটনি ঙসায মখৈ নান্দুনা চাদবা মখৈ খাকচবা ঙাদু চংশিন্দুনা নুংশিনা যেংলগা হাযবকই-

- "শাওবিববো I am sorry শে ঙা হাপ্লীবক্কে।"

মপুবোইবগী পুক্লীংদা পাপ লৈতে খঙই। অদুবু মতাং চানা ওইনদুনা হায়বকই-

- "যাজবে।"

প্রমোট তপ্লবা ব্রাহৈনা থেন্নদুনা হাযবকই -

- "ইবানশে ঙাকপীববোই হাযবিবো? ঐসু তশেংনা খঙনা খঙনা হাযখিবদি নত্তে।"

বিলাশিনি ব্রাবৌনা মক লুকথ খুন্নকই -

- "খংজবে ঐবু কযাম নুংশিবী হাযবা লাওববা নমিৎতুনা চাগদবগুম, ঙংলদুনা ইখুৎসিদা পাইশিল্লকপদো। নাবিযে হৌজিকসু। খুৎ হল্লকলবোই খঙনা ঙমই ঐদি নুপানি হায়দুনা পাঙ্গল উৎথোপীবা হৌজিক্তী কবিগী নেমথবীবক্কী শাওখো ও যাম্না লেমজৈ।"

- "নঙসু খন্দুনা যেংউ ইমুংসিদা ঐখোযনা শিন্দুনা লৈবগা মহাক্কী অঙাওবা ৱাখলদুনা অদুঙৈগী মিহুন্দু কাংলগা লুহোংসু লুহোংদ্রিঙৈ তোংঙান পীজনিংবগী থৌওং তৌবকইশি ঐসু পুক্লীং নুংশি।"

মখা তাথবকই হা ! ঐখোযনা কবোব পতি ওইববা নৎত্রগা ওফিসাব কেপটেন কমান্দেন্ট মদুসু ওইবা নত্তবা। শিফায মচা অমা ওইনা থবক তৌবগা কৈন্যা পামজৈ । খল্লুবগা নোকপু নোক্লীংলকই। মীৱা ঙাংনবগা নুংঙাইজবা কযানা ঐখোয ইতুংদা ঙাংনবমগনি। হুবেল ওফিস কাবদগী কবেম্নদুনা নোক্লবা হৌবক্লগনি।

ঙসায মখৈ নোক্লিংবা খাংদুনা লৈবম্বা বিলাশিনি ফাজিনবা ঙল্লক্ত্রদুনা হৌনা নোক্লগা মনিংথোংলোমদা চেঙ্খোকখিবমই। প্রমোটতি ইঙক ঙক্লা যেংদুনা ৱা মখা তাথবা ঙমদা লৈহৌই। মাসু খন্থুকবগা নোক্লিংঙক্তুনা মথন্ত্র নোকহৌই - " হাঃ হাঃ ঐখোয পাবুংশিবু কবম হাযনা শেন্নগদৌবিবনো, অঙাং মচাসু নত্তনা লুখবেদা।"

*****

# তবাতকক শুবা পন্দুপ

বানিবালা চে যেংদুনা কমন কমদা ফম্লী। বেনুবালা ঙসিদি চে খবা যেংগে হাযদুনা মহাক্কী বেক্তা হাপচিল্লগা পুবদুনা কাদা চংলকই কমন কমদা মতাবোয় বানিবালা মথন্তা ফমদুনা চে যেংলম্বা অদুদা হবাওবদুনা ঙকপগা হাযবকই-

- Good Morning – ইতা!

ঙসিদি ঙলমই কো।

নোক্লদুনা খুন্নকই – Good Morning – ইবেম্মা, যুমদা ঙম্লক্রুবা খবা হৌজিক লোইশিল্লগা পীশিনখবগে হাযদুনা কন্না হোৎনজবি। কবি মথেল হাৎনবীবকপগে?

ইতা ইবেম্মা, মতমগী ইঙ্খাংদুনি অহোংবা লৈত্রি।

চৌকিদাব থোংজিন্দা লেপ্লগা হাযবকই-

- "ইবেম্মা শে ঙসিগী খববনি হুবেল যেংবা লোযবগা প্রিন্সিপালগী কাদা থন্নীযু।"

- "যাগনি থমজগে পীবীবম্মু।" খববদু লৌশিল্লি শ্বোব শাংনা হোন্থবগা বেনুবালানা মথন্তা শোলকই -

- "ব্রা লৈবাক ইবাং অসিদি নেমলোযদৌবি। কাপ্পবা লেপ্ত্রী, ইকনোমী ব্লোকেট হনবা লৈত্রি। শিবনি কংদুনা প্রজাশিং হিংবা ঙম্লবোয।"

- "ইবেম্মা পল্লুদুনা কবি কান্নগনি মথা শান্নবনি। তুমিন্না য়েংবীযু পাউ অহাওবা যাওবক্লবা মতমদা পোইন্টেদ তৌবীবকউ। ও কে।"

- "সোবি, পাউ নুংঙাইবসি যাওবমগবদি মানদে। যাওবম্লবদি শোইদনা হাযজবক্কে।"

বেনুবালা খবব পাবি। বানিবালানা অঙাংশিংগী পবিক্ষাগী চে যেংলি। মখোয় অনি তুমিন তুমিন চাওববা কা অদুদা ফম্লী।

বেনুবালানা খববগী কলমদা বব পামজৈ। কৈন্যা পামজৈ হাযবদু যেংনিংদুনা পাকুবদা প্রকাস কৌবা অমগী মমিং থেংনবকপদুদা খংহৌদনা মচিন্দগী হায়দোক্লকই -

- ইবেম্মা, যাওবে হায। নহাক্লা হাওগদবা পাউ হাযবদো শে, শে, পুক্লীংনা খোইদানা চে যেংবদু লেপ্পীবগা ব্রেং ব্রেং অমুক্তা পাথবিবকউ।

- "বানিবালাদি মতৌ অসুম্না ইথা থাজদনা মহাক্কী চান্নবা প্রকাসকী মমিং যাওবমগনি খংদবনা হবাওনা মতাবোয বেনুবালানা হায়বা মতাংদু খংযেং যেংশিল্লমই। অঙকপা মতৌনি। কপ্পিংবা ৱানি। প্রকাসকী মমিং লৈফম ফোন নম্ববগা কোন্ননা যাওবম্বা খংউ উবকপদা বানিবালাগী পুক্লীং হকচাংদা খংহৌদনা মথন্তা পেঞ্জদবা অমা ফাওবকখি। অতৈ মখা যেংথকুবা তৌদনা চেনাদু খুমজিল্লগা মক লুকথনা টেবলদা মকোক্লা ঙাথদুনা লৈখিবমই।

বেনুবালাদি খংদবনিনা ফাগী তৌবদুনা কবেম্লদুনা লক্লবকই হায কৈদৌবগে নহাক্কীদু ওইবমদুনা পাল্লববো থম্মোযদা তিং ! যাম্না ঙকপা ৱানি। শাউগনু ইতা ইবেম্মা I am very sorry খংজদবা অশেংবনিকো।

লুকথখিবা মাযথোং অমুক হঙ্গৎলকখিদবে। শিন্থবি পিবাং অতৎ অখম নাইদনা তপ তপ! শিন্থবি ৱাখলদা মওল মওল খঞ্জবি - , মহাক্লা ছুটি থোক্লক্লগসু নোংমতা চৎথোক্লক্তবা! থাজবা থম্লুবা যাদে নিপা ওইবা জাৎ খুদিংমক।

নোংমতংদি লাক্কুনা পুক্লীংগী অৱা নুংঙায হংলগদবা হাযবগা খববদা কৈন্যা পামজৈ।

অহেনবা পাম্বগী হাপ্পক্লীবনি। ইখোং শোযবী ঐবুদি কনানা কবম্বা ইমুংনা যুম অমগী মৌ ওইবদা মতিক চাই হাযদুনা লৌশিনবীগনি।

মসিতা থোক্লবনি লমহেনবী ঐগী পূক্লীংনা লন্নানবা মাগী শুমহৎলবা ৱাহৈশিংদুদা থাজবা থম্লুবিবা।

বেনুবালা মথন্তা ইকাযজবক্লে - "ইম্থোকপা ঐসু ফাগি তৌদুনা হেক লক্লকুবে। মসিদি মতুং মনাও তৌকুবা যাবা নত্তেকো। হে বাম। হে ইমা সন্তোশি' না পাযজবি।"

মপান্দগী খৌদেম্নদুনা নুপা ওজাশিং হৌনবদুনা তপ্লা তপ্লা চংলকই। হৌজিক্তী বানিবালাসু মযামদি খঙহন্নিংদবনা খববদু পায়বগা মপান থোকখবে।

বেনুবালা য়েংদুনা লৈহৌই। প্রিন্সিপাল মতমচানা স্কুল কাবকই। মাগী কাদা খবব লৈবমদবা অদুদা চৌকিদাববু কৌবদুনা খববগী মবম হংলকই-

ইপল ! ঙসিগী খববদি ?

- বেনুবালানা খুল্লকই - "সাব পুজবক্লগে।"

মপান্দা থোক্লগা মমানবী বানিবালাবু থীবকই। বানিবালা স্কুলগী নাকল মী পোং কনা উদ্রবা মফমদা খববদু পাইদুনা লৈবমই। মীৎলু পীবাং ইবা হৌনা লৈবম্বদু উবকপদা বেনুবালা মনাক্তা পাক হেক চংশিনবা ঙমখিদে অদুবু প্রিন্সিপালনা খববদু ঙাইহৌবনিনা তপ্না চংশিল্লক্কুনা মতাগী মনাক যৌশিলকই। অদুগা থেল্লদুনা হাযজবকই -

চংশিনলকপগা হাযবকই - I am sorry বালা তশেংনা খং খংনা লক্লখিবা নত্তে। Please ব্রাখল পীকথগনু। নহাক্কী থম্মোযনা তশেংনা নুংশিজবা ঙইববদি কনানা খংগনি। ঈশ্বরগী নোংদমখোল ঙসিমক ননাক্তা লাকপসু। মখোযগী ইমুংগী মীগা যান্নদুবসু প্রকাস মহাক্লা নুংশিববদি যাবে। ব্রাখল চাউথোকউ পুক্নীং ফাথৌ নহাক্কীদমক ঐ বেনুনি। হিমালোয চীংজাওগুম লপ্পুনা লৈবিশে। Don't mine please Bala Life is joke Ok Why did you sad? come on My Freind - I help you sure

নহাক্কী পীবাং উবগা মীনা নোক্লখিগনি। স্কুল অসিদা মী অতৈ কনাসু খঙবা যাওদে। মখোযনা ঙাংনববসু তাশিন্দনা লৈযু চিনবু মেনবা কনানা ঙম্বগে। খববদু পীবকউ প্রিন্সিপালনা হংহৌববনি চংলশি। নপিদু তৈথোকউ মীনা উখ্রগা কৈদৌববনো হাইদুনা হংলকপদা খুমফম খঙলোই। মখোয় অতৈদা খংহনগনুশি। Come on please my dear

মপি শেংনা তৈথোকই কমান্না খববদু মমানবী বেনুবালাদা পী। তপ্না তপ্না ষ্টাফ কমদা চংমিনবকই। বেনুবালা মতাবু ফান্দা ফমথহল্লগা খববদু প্রিন্সিপালগী মনাক্তা থিনবা লাকই।

- "May I come in sir?"

- "Yes, Come on"

"Sir খবব হায়বদু অসিদা লৈবে। Please take it

- "Oh sorry নখোযবু পাহৌবববো ঐদি চৌকিদাবনা মাগী কাদা হৌজিক ফাওবা থন্নীববা হায়দুনা লাওকবিবনি।"

- "পাজহৌবে সাব।"

- "ও ফবে ফবে। লোইহৌদ্রবসু হুবেল ঙাযহাক লৈবগা অমুক লৌদুনা পাবা যাগনি। ঐদি কলম অমা ঐনা এডমীসনগী হাপ্পন্দ্বনি মদু থক অচুম অবান মিষ্টেক যেংনিবগী তৌবনি থেঙ্ক যু।"

- "অহোয সাব।"

- "ও কে।"

বেনুবালা কমদা হলক্নুনা মতাগী মনাক্তা ফমই। অতৈ ৱাবী শান্নবা হৌবকই।

- "হৌজিক ফাওবদা চিঠি কযা থাবকখ্রবগে ?"

- "অমত্তং !"

- "মদুদা নহাক্কী কবি চিংনবা লৈবগে ?"

- "চিঠি অদুদদি মহাক্কী পুক্নীংগী তশেংবা ৱাহৈ ঙাক্তা ইবকই।"

- "অদু ওইববদি ঙসিগী খববদা হাপ্পক্লীবশি মখোযগী ইমুং মনুংনা নহাক্কা অচেৎপা মবি লৈনখবে খংবদগী লংলা অদু থদৎনবা শিনবা থৌবাং ওইবমগনি। অঙকপা তাইবঙগী চৎনবীনি। কনানা হৌদোক্লীবনো সংসাব অসিদা ইকায ইকি ৱাংমা লান্দুনা ববনা কৈন্যা, কৈন্যানা বব থিনবে। চিংনকগনু ইতা তুমিন্না যেংশি মখোয ইমুংগী মওং মতৌ। অদুগা নহাক্কী অশোনবা মতৌদো মীযাম মমাংদা কৈদৌঙৈ উৎথোক্কনু। কবিগুম্বা বাই চান্স মতাং যাদদুনা কাইনবা তাখ্রবসু অশোনবী ইমা শোইনাইববা তামোগীদমক খন্দুনা হিংখিগদবনি নহাক ও কে। কপা নোক্লদুনা চংলকই মযামদা হাযবকই,

- "Good morning মযাম পুম্নমক।"

- মযাম্না নোক্লগা পাউখুম্লকই -

- "Good morning Medam, welcome "

- "Thank you

থাবিবা ফান্দা থোংনাও মনাক্তা তুমিন্না পোম্বী চেক্লা কাইদোং থিন্নদুনা ফৈবা অমত্তদা তোংমিনববগুম তুমিন্না মপান্দা ওহ্লোক্তুনা ফম্নবা অদুদা রুপা চংশিল্লক্তুনা মাগী বেক নাকলদা থম্লগা ফমথবকই। ফমথবকপগা বেনুবালানা হংলকই -

- "ঙসি কবি ওইনা হাবিবকপগে।"

- "ইবেম্মা তো, ঐখোযদি মহাজন্নিনা কো শাগৎলকপশিদা পুক্লীং কাশে ঈংথনবা হায়দুনা যেন্দেম চমফুৎ হাযবা অচম্বা ইঙ্গাংদা ওইনজবকই। ইতাখোযদি কবি মথেলদা বাওশিং ওবাইবিবকপগে ?"

- নোক্লগা খুন্নকই - "মতমগী ইঙ্গাং হঙ্গাম থোংবদা কিক অমা, অনি তৌশিঞ্জবকই।"

- "ইতা নঙগীদি ?"

"ঐগীদি ইমানা ইখোলদা থাবা মুখি পান্দুম ওইনা ফুজিঞ্জবকই।"

"মদুসু যাবনি শিৎ শিৎ।"

"লৈহৌদ্রবো ?"

"লৈহৌই।"

"চাকশিবো ?"

বেনুবালানা নোক্লদুনা হাযবকই "বস বস ইঙ্গাংদুগী মমিং পল্লকপদা শনাওশে মবেং মবেং লেংবা হৌবক্লববা খংদবে। তুমিন্না লৈবীবো।"

রুপা মতা বানিবালাদা মুন্না যেংলগা হায়বকই - "ইবেম্মা লাইবক ফবী পাউ নুংঙাইবা থেংনবকইকো।"

বেনুবালানা মখুৎনা মচিন্দা থম্লগা ব্রাদু মখা তাদনবা ইঙ্গিৎ তৌবকই।

রুপা ঈঙ্গিৎতু খংবগা লৈবদুনা হাযবকই "জামানা খবাপ হে ইবেম্মা, খুউ শেনবীযু।"

মপান্দা চৌকিদাবনা এসেমব্লী তৌন্নবা পুং তাবকপগী কাংশি য়েবকই - কাং - কাং। কাং - কাং - কাং।

এসেমব্লী পেবেট - যাওননবা ওজা পুম্নমক মপান্দা থোক্লতুনা হেড মাষ্টবগী মতেং পাঙশিল্লি।

*****

## তবা তবেৎশুবা পন্দুপ

মমিং লৈববা লমদম অসিগী থিকাদাবনী বামচবন সিংহ। মহাক্কী থোইদোকপা মগুণ খবা লৈজে। অদুদি (১) মী লাই কিদে। (২) মহাক্ক নিংখিবা থবক পাংথোক্তনা কৈদৌঙেদা তোক্তে। (৩) আশা যাম্না চাউই। (৪) মশাগী ওইজবা থীদে। (৫) মহাক্কী মমিং মহাক্কী থবক্তু মশক নাইন পাংথোক্লগা মীয়াম্না শোন্নবদু পামজে।

লৈকায়গী মীনা মহাক্কী মমিংতা তাবদা লাপ্না থৈদোক্লে। লৈকায অসিগী খৎনা চৈনবকপা মতমদা মহাক্না ব্রাতেমই মহাক্না ব্রাবোইশিন ওই। বাজনিটিক যাম্না হৈবা মীওইনি।

নুপী অনি লোল্লী। অহন্দি মচা পোক্তে। অতোনবী মচা নুপী অ পোকই। মমিং প্রীয়া কৌই। প্রীযা মপানা কেথোক মৌথোক্লা যোক্লকপ মীনুংশিগী ব্রাখল থোইনা চেন্দে। মনিং তম্না হিংবা পামজবী নুপী মচানি। মপা ডোক্তব, ইনজিনিযাব ওইহন্নীংই অদুবু লাইবিক ফনা হৌবক্তবনা মেট্রি ফেল কয়া পিযুদা ফেল কযা ওইবকখি। যাম্না ব্রানা হোৎন্দুনা বি এ পাস তৌখবে।

মহাক্লা চানিংবা চাই। থক্লীংবা থকই। কোযনিংবা জগাদা কোই চৎলি। মপাগী গাডি মহাক্লা মনিং তম্না শিজিন্নে।

নোংমা মহাক্কী পুক্লিংনা কবি খলক্লবনো খংদে খববদা ববনা কৈনা পামজে হাযবা কলম মতেক অদু পাদুনা যেংলমই। অহৌবদা মহাক্কী পুক্লিংনা খোইদাজবা মমিং প্রকাস হাযবা বব অদুগী লৈফম ফোন নম্বব ইদুনা যাওবম্ব থেংনবমই। মীশক অসি কবম্বনো মশক্লা কবম তৌবগে হাযবা যেংনিলমই মফি শেৎচিল্লি কন্টেক মফম যৌবকই। ওফিসতা মীওই খবা ফমদুনা লৈবম্ব থেংনবমই । মহাক্লা থোংজিন্দা লেপ্লগা হাযবকই-

- May I coming Sir

- "Yes coming, welcome"

- "Please take the chair."

- "Thank you, sir"

- "Yes, তাকপীশি।"

- "ঐহাক্কী ইমিং প্রিযা কৌজে। ইপা থিকাদাবনি। বি. এ. পাস তৌজবে। ইথন্তা পোকচবনি।"

- "য়েস।"

- "যাবগদি কৈন্যা পামজৈ হায়বিবা ঙসিগী খববগী অহানবা নীপা মমিং প্রকাস হাযবদু ওইববদি কবিগুম্না খবদা হংজগে য়াগদ্রা?"

- "Yes, Yes, তাকপীশি কবি পাম্বীবা? মহাক হৌজিক ময়ুমদা ছুটি থোক্লক্লি আই পি কে এফ. নি। মথৌনা ফববা ভাবতকী নৌ জব্বান। ময়ুম মকৈ থোইদোক্লা নোপতে। মাশক মতৌ ফজৈ। মবুক তপ্পী পুলৈ কুচুনি ফুট মঙামখায় বাংই। নোংশা শাবান্নি লমচৎ ফজৈ, তৌবদবু মমা লৈতে। মপা, ময়াম্বা, মতৈম্মা লৈ মথংদা মহাক্কী কৈন্যা অথুবা মতমদা থিজবি। চহি ২৭।২৮ শুবে।

"অদো মহাক্কী ফোতোকদি লৈতেকো?"

- "লৈ, লৈ। Please waite two minutes only

Files হাংদোক্লুনা যেংই। মহাক্কী তোংঙানবা এলবম মচা অমা পীবম্বদু চিংনবা লৈতনা মনিং তম্না প্রিযাগী মফমদা যেংহল্লী।

পীক্লিঙৈদগী হৌনা, পাখঙ ফাবকপা, শান্নবোয ওইনা কাপ্পা ফোটো কযা, শিফায চংখ্রবা মতুংগী ফোটো, কযা নোংমৈ মখল শুনা পাইদুনা কাপ্পা ফোটোশিং পুম্নমক উববদা প্রিযাগী পুক্লীং যৌবনগী ঈথক ইপোম্না যৈববে ঙসিদি খংহৌদনা থম্মোয়দা ঝাই, ঝাই!

ঙাংলৈনবা মচুগী এসপেক অমা উপ্পগা কাপ্পা পাসপোর্ট সাইজগী ফোটো অদুনা খংহৌদনা মমাংদা লাক্লগা লেপ্পবগুম প্রিযা তৌফম খংখিদবে। কয়াব্রক থাঙ্ঘৎতুনা অমুক থম, যেংউবগা মতুংদা মমাং ফন্নীবা সাব অদুদা হায়বকই-

- "সাব, মহাক্কী তাংলবা ফোটো অসিমত্তং পুজখিগে হাযববু য়াবোইদবা লৈববা?"

- "Why ? কবিগী য়াদনি। Please take it "

- "Thank you, মুবাবক হো।"

বেক্তগী লুপা ১০০/- তেবলদা থন্নগা হায়বকই চা থক্রুবা লৌশিনবীনযু।

- "Thank you sister, god bless you, Good luck You are great "

- "Thank you অদুদি অমুক য়ৌজখ্রগে।"

মপান্দা থোক্লগা গাড়ি মনুং চংলমদাযদা অমুক্তা য়েংনীংদুনা চাগদবগুম য়েংজবমই। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা পামুবা মাগী ফোটোনি। নুংশিনা চুপ্পগা বেক্তা অমুক হাপচনলে। গাড়ি মনিংতম্না থৌবদুনা মকালাম্না মযুমদা হলকই। লশ্বীদা মমান্নবী কয়ানা কৌবকই অদুবু ঙসিদি পুন্নমক নাথৈদুনা থশ্বীবল্লে।

মহাক্কী মপা থবক চৎকদবগী ঙাইদুনা লৈবমই। মচা হনলকপা উবদ শুমাংদা খান্নদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা গাড়িদু মমায় লৈথোক্লো। ইপানা পুবগদবনি। গাড়ি মম' লৈথোক্লগা খামই।" গাড়িদগী কুমথবগা মপাদা হংলকই -

- "ঙসিদি গাড়িসি থশ্বীবম্মো ডেদী।" চঙক্লনা লেপ্পগা মপানা মবম হংলকই-

- "নঙবু কদাযদা চৎলুগে হাযবনো ?"

- "ডেদী ব্রা মখা তাথবীবক্লগনু, ঐগী গাডীশি ওইনা ঙসিদি পুবীখবো প্লি ডেদী।"

- "তৌবক্লগনি নখোয় নমা নচাগী হৌনবী নখোয খবদি হেনমনলবনি। চৎ অদুদি থৌদোক্লকউ থাউনা কযাম যাওবিবা?"

- "থেঙ্ক যু মাই ডিযব ডেদী থাউকা ঙবাং থন্না থন্না হাপ্পুনা থমজববনি।

দ্রাইভব চন্দ্র থোঙ্গান্দগী চংলকই চংলকপগা থৌদাবদুনা হাযবকই।

- "চন্দ্র নঙ লাক্লববা? চৎলো ঙসিদি নচলগী গাড়িদু ওইনা পুবা তাবে। ঐগীশি মা কদাযদনো অমা পুকগনেযে।"

- "ও. কে. সাব।"

মপাদা চংশিন্দুনা চুপ্পন্নগা থেঙ্ক যু ডেদী. আই লভ দেট ইমুংদা চংখবে মপা মথক্তা শোন্দুনা লৈহৌই।

- "মসি অঙাংশিদি তশেংনা মপানি। নিংথ্রবদি হোংদবা চৎকনিদি চৎকনি, পুগনি হাযবদি পুগনি। মবৈদা মপী। নুপাদং ওইজবম্লবদি পুক্লীংসে পেঙ্ঙবমগদবনি।"

ফনদি লুগদৌবিবো ঐগী ইচানুপীশিগী মচিনশি। মবায়বক ফদনা মাগী ওইগদৌবিবা অদুনা পঙতক শুদক ওইবা নীপা ওইববদি ফৈ। মদুগুম্বদি নত্তদুনা ঐগুম্বা মচিং মপীদা থোকউববদি শোইদবে, নোংঙানবগা অউনপোৎ লৌকনবা গাডি তৈযাবিদা থমদবা যাবোই।

মমাতোনগা মমা অহলগসু হৌনদুনা মশা নান্না শাবি শেৎলদুনা কেনা থোক্লকই।

লিনি - "ইনাও লাকও গাডি থৌদোক্লো।"

অকনা - "লাকচবে ইচে।"

বামচন্দ্রনা থোক্লক্লিবী মখোয অনিদা মুন্না যেংলগা হাযবকই - "নখোয অচিন ননাওদি কদায যৌগদৌবিবা ?"

লনি - "বজাব ফাওবদনে। কবিনো মমিৎ অনিসিবু নোংমতা নুংশিবা মৎযেংদা যেংবীবক্কেমি।"

রামচন্দ্র - "ইবেম্মা নবুক্তি ফত্তে অদুনা ফত্তনতা উবা। মাগী ব্রাঙাং খুদিংগী কোৎচিদা থাংগদবগী তৌবা মসিনি ঐনা খ্বাইদগী পামজদবা।"

লনি - "হো পামজদদনবু মখা তাথবীখ্রিবা নত্তবো ?"

রামচন্দ্র - "ঙাইখো নখোয় অনিনা থোক্লক্লীবশি ঐগা খৎননবগীবা নত্রগা বজাব চৎনবগীবা? শেংনা খুম্মু।"

অকনা - মচে খুমগে তৌবদা খামথবগা, "ইচে মান্নক্ববনুবা।"

মপুবোইবদা ওনশিল্লগা হাযবকই - "হো মায় পাবুং! থৌজেংদা মিহুন নবাও! ননায ঐখোয় বজাব ফাওবদং অদোমগী গাডি নুংঙাইবসিদা নুংঙাইনা তোংখাইবগা কেথবদুনা মাবকেটিং তৌবা পামজৈ মসিদা অযাবা অমত্তং পীবীবক্লবা বিক্কেস তৌজবি, মথং মথং। ইচেগা ইবানিনা ঙসিদংনি।"

- "য়াবোয়য়ে।

- "কবিগী ?"

- "মঙ্গোল ওইবোইদবা অদুনা।"

- "কবিনোনে মায় পবুংনা তাকপীবিসিবু, নমাংদা কেনা শাডি শেৎতুনা লেপচবিবা ঐখোযবু লন্নানবদা মঙ্গোল ওইদবা অমদু ওইনা উকববনো?"

- "অদুদগীবু হেল্লে।" ফুবিৎ খাউদগী লুপা লিশিং চৎপী অনি পাইবগা অমুক ব্রা মখা তাথবকই - "ভাবা ওইনৌ ঐ থেংখবে।"

মপুবোইবনা হুন্দোক্নুনা চৎশ্রবদা উপায লৈত্রবী মচিন মনাও মুন্না যেংনৈ। লুপাদু মচেদা অমা পী মানা অমা হাপচিল্লী ব্রাবী শান্নদুনা থোঙ্গাল তম্না চৎখি।

- "ইচে ঐখোয অনিগী লাইবকশি ইম্থোক্লা থীশ্রবা জাৎনিকো। নোংমতা মী খ্বাইদৌনা মমাংগী শিত্তা ফম নোক্লা নোক্লা চৎমিন্নবা কাদো ফংদনা পুন্সিশি অশুম লোমখিদৌবমালে।"

- "হাযক্দনা কান্নদে ইবেম্মা শেন্দ্রাং মথিদো অদুদা শিকিনি অনানি হাযদুনা খুলম্বা লিকশ্রবা বাধাবিনোট হাযবদুগী অমতা পোকচবা অতাংবা বামচন্দ হাযবদুনি। পুন্সিশিদা ফংলবোইদবা। ঐগা মাগা পান্নবক্লীবা চহিশি ফনা যান্নবনি অদুবু নোংমতা পুক্লীং হবাওনা ঙা থোংবা মথেল অমত্তা চাবা ফংজবত্রি। নোং ঙানবগা মীব্রা তাবা খক্তনি ঐনা ফংজবন্নীবশি। লাইবক ফবদগী নহাক পুশিলক্লে। মদুদগী ইমুংশে শান্তিগী মপাও খবা লাকপা হৌবক্লে। হৌজিক্তি মহৌশাগী বামচবন্দ নত্তবে। ইচা তোম্বীনা লোইনা লাকথখবে।"

মপান্দা ওক্তো গাডি অমা লাকখিবগী মখোল তাই। কৌবকই ড্রাইভব-

- "কনা কনানো বজাব চৎকদবা লেংথোকপীবক্লো বজাব বজাব !"

- "ইচে ওক্তো ওইবমালে থোঙ্গালদা খান্নীবশে লাকও মশিদা চৎহৌবশি।'

- "চৎলো তান যাম্না চাখবে। কবম্বা ঈশ্বরনবু শিনবীবকপনো মতাং চানা হেক থাবীবকই, থাগৎচবি ঈশ্বর।"

- "বজাব ! বজাব !" ওক্তো ড্রাইভবনা অমুক লাউবকই।

লুপা কযা লৌগনি মীওই অনিদা মচে নলিনিনা হংই।

- "ইমা লুপা ৫/৫, ১০ দংনি" ওক্তো ড্রইভবনা খুন্নকই।

মাগীশি ঐখোযনা অমুক্তা মফম অসিদগী বজাব চৎতবদৌনা মমল হেন্ন হায়জিলকই।

"হন্দক থাউগী মমল হেঙ্গৎখিবদো অদুনা তৌবনি।"

- "যাবে ইচে চৎলশিবা থেংখিনবনি।" ওক্তোদা তোংখৎতুনা ফমই। ড্রইভবনা গাডি থৌদুনা মখোয় মচিন মনাওদু বজাব যৌহনখি।

প্রিয়া ঈশৈ ঙংলদুনা ইকুজবা লোইশিল্লি মমান্নবী অনী অহুম কোইরুশি হাযদুনা ফোন্দা হৎই। অদুবু থবক শংন্নদবা অমদি টিযুসন চৎনগদবা লৈবনা যাবীবক্তবে। মমৈথংদা মহাক্না মখোয়গী মালিবু কৌশিন্দুনা থেন্নমই-

- "তাতোম্বা !"

- 'কবি তাকপীগদবনো ইবেম্মা।"

- "শে ঙসিদি লুপা ৫০ শি হাপচিল্লু।"

- "কবিগীনো ইবেম্মা শেনফমশিবু নঙগী তাদদি খংজদবে।"

"হো অরুবা থবক অমতা চমিন্নরুশে অদুগীনি।"

মালিনা পাখৎনা খুন্নকই- "ইবেম্মা অঙাং নুবী পীকই মাগী জেল চংবা লোকপতা লৈবা কাদো কিজ্জে পামজদে।"

"তাতোম্বা নঙশি নুপানিকো?"ঐনবু অতৈ ফত্তবা চংগদবা তৌগদবো?"

- "ইবেম্মা নুপাদি নুপানি অদুবু মতাংদুনা ব্রাহৈদুনা মীহুনশে ফাথবা শুমজখিদ্রবদো।"

প্রিযানা নোক্লগা হাযবকই - "অতৈদা নত্তেদা শে ফোটোশে যেংউ মখোযদা মযুম যেংবা চৎলুশি হাযবনি।"

মালিনা ফোটো যেংলগা নুংশিনা ফোটোদুদা চুপ্পদুনা হাযবকই "হায! মসিদি ঐগী নুংশিববা ইনাওনিনে। ঐনা মশক মুন্না খঙই।"

- "অচুম্বগীবো তাতোম্বা ?"

- "অচুম্বনিনে। মাদি ফুটবোল শান্নবা হৈবনি। ঐখোয ইনাও অমগা শিফায চংমিন্নখিবনি।"

- "ছুটি থোক্লকপা খুদিংগী ঐগী ফুবিৎনি খংদে খোঙ্গ্রাওনি খংদে লৈবীবক্লীবা যাম্না ব্রানা হৌজবকপা ইমুংনি। মযাম্বা মতৈমা হোৎনবা যাম্না কনবনি। হৌজিক্কী মবৌ মচেং হাপ্পুনা খবা কোমজববনি। নঙদি মাগী ফোটোসি কদাযদগী লাকউবিবা? খংনবনা কয়াম কুইববা? ঐঙোন্দা কবিগী হাযদোক্লক্ত্রিবা ?"

- "ঙসি খববদা যাওবকএ কৈন্যা পামজৈ হাযদুনা মদুদা খংজবগী ব্রানি অশেংবা মশক্কা উনবা জাৎ নৎত্রিদা। মতম শঙলিঙৈ ঙসি ময়ুম য়েংবা চৎনিংই।"

- "ঐসু চৎনিংই।"

- "অদুদি লোইশিলুবোদনা চৎলুবশি।"

- "হোয অদুদি ঙাইহাক ঙাইবমখো ইংখোং লৈখোম তৈবশি চামথোক্লুখিগেকো।"

- "হোয কুইজবক্কনু ঐনা তন্থখ্রবদি তোক্লে।"

- "হায তন্থবক্কনু। কুইবক্লোয।"

প্রিয়া ফোটোদু য়েংদুনা ব্রাখল মওন মওন খনবা হৌবকই।

মমাংদা থোক্লক্তুনা হংলকই - "হাই প্রিযা ! ঐনা ছুটি থোক্লকপদা নহাক্কীনি হাযদুনা কবম্বা খুদোলপোৎ লৈদুনা পুজবকউ হাযবগে?"

- "অমত্তা লৈবীবক্কনু নহাকতং ছুটি থোকপীবক্লগা ইনাক্তা ফমদুনা ঐগী পুক্লীংগী ইপাওশে তাবীযু।

- "হযেং ঐনা নখোয থোঙ্গালদা লাকপদা নহাক্লা গুবানবনি হাযদুনা হুই থৌজিনবীবক্লবদি কমদৌবা ঐদি হুই যাম্না কিঁজে কো !"

- "হো নঙনা লাকপদা হুইকা অমত্তা থেংনবোয তাতোম্বা থেংনগনি মহাক্কী মপান্ননি ইবানি শকখঙনগদৌবিবশিগু।"

তোম্বা মফি হোংদোক্লগা প্রিয়া মনাক্তা যৌবকই - "ইবেম্মা লাকও থেংখিনি মখোয যুমশি খবা থাপ্লনি।"

ব্রাহৈদু তাবদা মঙলানদু মাংখ্রে। ফমুংদগী হৌগৎলি। গাডি মনাক য়ৌবকই তোম্ববু মমাংদা ফমহনলগা গাডি থৌদোক্লকই।

তোম্বনা লম্বী তাক্তুনা অশুম থৌবকপনা পুং ২ খবা হেনলকপদা মখোয থোঙ্গাল যৌবে। গেট পালমলে ময়ুম মকৈ শাগৎলমলে। কোম্থোংদা অঙাংশিং শান্নদুনা লৈবমই। তোম্বনা মখোয়শিং অদুগী মবক্তগী অমা কৌশিল্লি।

- "ইবেম্মা অমুক্তা লাওবা ব্রা অমত্তা হংগে? কোম্থোং অসিবু শিফায খনবা প্রকাসখোয়গী নত্তববা?"

- "মানি কাকা।"

- "মশা লৈববা?"

- "মশা ছুটি থোক্লত্রি।"

- "ইবেম্মা গাডিদু মমায লৈথোক্লগা সাইট তৌদুনা খাল্লশি।" প্রিযাদা তোম্বনা হাযবম্মী।

- "অঙাং মযাম শান্নবা লেপ্তুনা মুন্না যেংই।" তোম্বনা অঙাংশিং অদুদা হংলকই -

- "ইবেম্মা প্রকাসখোযগী ইমুং যাওবিববা নখোযগী মবক্তা।"

অঙাংশিংদুনা মখুৎনা থিন্দুনা কমলাদা তাক্লকই - "মহাক মখোযগী ইমংগী মীনি।"

- "ও! ইবেম্মা নমিং কবি কৌই?"

- "কমলা।"

- "ইবেম্মা কমলা নঙদি যাম্না চাউবল্লে হায! নশকপু খংঙুদবে। লাওনে ঐ শেক খংববা যেংউ।"

- "খংদে কাকা?"

"নহাক্লা নশবী ক্লাস তল্লীঙৈদা নখোযদা লাক্লম্বনি। ঐহাক নখোয কাকাগা তিন্নবা মকুপকী মযাম্বনি।"

- "ও! সোবি কাকা! অদুদি যুমদা চংলশে? নযুমসু অশোমদা হোংদোক্লুনা লৈবল্লে। নখোয পাবা মামাদি থবক্তগী হলক্লববা।"

- "মখোযদি হলক্ত্রী। অদুবু পুপুদি ইস্কোলগী থবক তৌদুনা লৈ কৌরুগে।"

প্রিযাদা যেংলদুনা হংলকই,

- "চংলুখিশিবা?"

- "ইবেম্মা চংলবোয ঙসিদি কো। হযেংমুক লাকপদা ওইনা চংলক্লগে। শে অচাপোৎ অশি মযাম যেন্নদুনা চামিন্নবো। নঙগী কাকা অমুক যৌবেকো।"

- "থেঙ্ক যু কাকা। বাই!"

- "বাই! বাই!" মখুৎ হাযদুনা কমলা গাডিনা চৎখিবা মাযকৈদাযেংদুনা লৈহৌই।

গাড়ি চৎখবে। অঙাংশিসু মখুৎ হায়দুনা বাই বাই তৌহৌই। অঙাং মযাম কোইনা ফম্মিন্নবগা কমলানা ক্রেজেক পীকেট অচৌবদু কায়হলগা য়েল্লী। মাগী খবা লৌহৌবগা মৌপ্পা বটনদা পীবীবমই। বটন খবা লৌদুনা চাবগা শান্নবি চেন চোংদুনা।

নুমিৎ লৈথখবে। পুং ৪ ৫০ তাশিনলক্লে। মখোযগী কোম্হোংদা জিপ খামই। মমা গাড়িদগী কুমথবকই। মমা লাকপদা হবাওজববা কমলা বটন মমাগী মনাক্তা কবোক পিকেটতু পাইদুনা চেনশিল্লকই। মমানা মচানুপা বটননা ক্রেজেক পিকেট অচৌবা অমা পাইদুনা চাবম্বা উবদুদা হংলকই -

- "ইবেম্মা ঙসি ঐখোযদা কনা লাক্লমই?"

- "আঃ ঐখোয কাকা তোম্বা লাক্লম্মী।"

- "কনানোনে কাকা তোম্বা হাযববো?"

- "হো ! ঐখোয কাকাগী মমান্নবগী মযাম্বনি হায। ঐবু মশক মুন্না খঙই।"

- "কনানোনে কাকা তোম্বা ?" মথন্তা খন্থদুনা লৈকৃবগা হাযবকই -

- "আঃ ঐনা নশবি তন্নীঙৈ ঐখোযদা তোযনা লাক্লম্বা কাকা তোম্বদো।"

- "ও! নিংশিংলক্লে মাদি কনাগা লাক্লমইবা?"

- "মশক যাম্না ফজবী এসপেক থানবী অমগা লাক্লম্বনি। যুমদা চংলুসি হাযবদ্‌ যাদে। হযেংমুক ঐখোয কাকানা ছুটি থোক্লক্লবা মতমদা ওইনা অমুক কোইবক্লুগে হাযবমই।"

মমানা বেক্তগী ব্রাটিন পীকেট অমা লৌথোক্লগা মযাম চামিন্নবা পীবমই। কমলানা ব্রাটিন ২।৩ পাইদুনা অঙাংশিংদা যেল্লী। মমানা ব্রা মখা খংনিংবনা মচানুপীবু মখুৎ খৎলদুনা মযুমদা কৌশিনখি।

- "কমলা, শান্নবা তোক্লে! হাযবল্লগা মমাগা মযুমদা চংখ্রে।"

*****

# তবানিপালশুবা পন্দুপ

প্রকাসকী কৈন্যা ইন্টুভিয়ু লৌবা নুমিৎ ঙসিনি। মপান্দা খবানা লেপ্তুনা খবানা ফমদুনা তুমিন তুমিন্না ঈশ্বব খুকম্মদুনা লৈনবি। ইন্টুভিয়ু মতম অযুক পুং ৯ দগী হৌগদবনি। ওফিস মনুংদা ক্লাক্লা চে চাং লোইশিন্দুনা লৈবি। প্রকাসকী মমান্নবা কুমাবনা শাংলবা লিষ্ট অমা ফাইলদা হাপচিন্দুনা মতম ঙাইদুনা লৈবি। মকু ওইগদৌবিবা অচৌবী ঙসিদি মখুৎচাবা মমৌ অমা খন্নবগী তাঞ্জা ফংজবে, লেংবীবক্লিবী- লক্ষ্মীগী শক্তম মাল্লবী অপশাবাগী শক্তম মাল্লবী মোইবাংগী থাইবীগী শক্তম মাল্লবী সহাজহানগী মমতাজগী মাযথোং মাল্লবী, বোমীওগী জুলেট মাল্লবী, শ্রীদেবী মাল্লবী, হেমা মালিনিগুম নিংথিববী, বেখাগুম নিংথিজববী, সবনা আজমীগুম চংখোল্লবী, বিনা বোযগুম নিংথিজববী, অনুবধা পবব্রানগুম চংখোল্লবী মন্দাকিনিগুম নিংথীজববি,

> "লৈখল শুবে তিল্লবিবা ঙসিদি
> লৈহাউ, থম্বাল, গুলাপ, কবোক্লৈ
> মালিকা, জুবাকুশুম, শমজিবৈ, খোঙ্গুল মেল্লৈ
> চিনি চমপ্রা, লৈবাক্লৈ, শানাবৈ, থাবল্লৈ

পুম্নমক মকে শেমদুনা লাক্লবা ঙাক্তনি কনানা কনাবুসু হেন্নবা লৈতে ফজবদা পুম্নমক যুম অমা পুবা ঙন্নবী চহিদা খবা লৈথখ্রবী ঙক্তনি। নুংশিবগী লম্বীদা মবম অমা নৎত্রগা অমদা লিৎথদুনা লৈহৌববী শকহেনবী। ঙসিদি ইকাযবগী পবদা হাযদোক্তুনা লেংথোক্লিবী চংখোল্লবী ইবেম্মা ঙাক্তনি। পামুবা কনানা তাৎ তৌদুনা থম্বীবন্নবী নীংবা কাযববী কনাগুম্বীশু নুংশি বসন্তা লৈকোন্দা পামুবা অমতং ফংজববদি লেন্নদুনা হিংজগে হাযদুনা লাকপা কয়াসু যাওবি। মশাগী চহি য়ামদবা শাদুনা খুইথববী উনশাবু পাল্লব চংদুনা মেকপ ফজনা তৌবগা মোমোন নোক্তুনা ঙায়নবি ঐনা খ্বাইদগী হেন্না ফজববীনি থবকসু মচা অমা তৌজববীনি। নুংশিবদা অমুকবক খুৎথিজখিবা তাইবং কনানা খংবা

নৎপোৎতে অওং অউন যাম্না উনহলগনি হন্দক্কী মতাংশি নাম্থোকহনবা যাবা নত্তে খন্দুনা ফমজবিবী কযাসু যাওজবি। মখোয কযা অদুগী মমাংদা চোপ্পা যাবা পোৎ নত্তে হাযদুনা লৈজবা ফিবোল শেৎ চাদুনা ফন্নী নাল্লবা কা অদুদা। মী যাম্নবদি ৱা যাম্লবনি হাযদুনা ইন্টৃভিযু অদুগীদমক অতোপ্পা ওফিসাবশিং থমদে। মহাক্না পুম্নমক্কী ৱাবোইশিননি। মতেং পাংনবা কুমাবদং কা অদুগী অতোপ্পা চৌকি অমদা মনিং তম্না ফমহনদুনা থন্নী।

পুং তাখবে। কাংশি খিংলকই পিযোন অমা লিষ্ট পাযবগা থোংজিন্দা যমখবে। ইন্টৃভিযু হাযবসি অঙকপনি। ইন্টৃভিযু যাওবা লাক্লীবশিংগী পূক্নীংবু খংহৌদনা লাংতক্লবা মিপাযবা হেক্তা পোকহল্লি। পুম্নমক মানা মানা থাজবা ঈশ্বরশিং খুকমজে। ফিংগৎলবা মিহুন ফাথদুনা ঙাযনবি মমিং কৌবকপা চাউববা পাক্লবা বোর্ডতা মযেক লানা থাদুনা থেৎতুনা থমলি। ঙসিগী ইন্টৃভি যু অসি অঙকপা ইন্টৃভি যুনি হাযবা যাই মবমদি ঃ-

১) জাৎ বিজাতি লৈতে। যাওনিংবা হিন্দু, মুসমান, খৃষ্টান, বৌদ্ধ জৈন, মীতৈ ব্রহ্মন হবিজন যাওবা যাই। অদোমগী লাইবক যেংবীযু ঐখোয নুংশি চান্না লৈমিন্নশি । ঐখোয মীওইবনি খেৎন্নবা লৈতে। খেৎনবা ৱাহৌল থমজবোয।

২) লৈত লাইববা পুম্নমক যাওবা যাই। মমৌ ওইগদবী অদুদং মতিক লৈবী ওইগদবনি। লন- থুম, মান- চাংদি ঐখোয তাল্লগা ফংই।

৩) শোযনাইববী কনাগুম্বীসু যাওবিবা যাগনি তৌবতবু মহাক্না যুম অমা পুবদা ঙম্বী ওইগদবনি।

৪) শক কুচুগী ইশাগী ফিভমগী খেৎনবা লৈতে। লমচৎ ফজবী, সবকাবগী থবক তৌবী অমা ওইববদি যাবে।

৫) মহৈগী মতাংদা অহৌবা অবোযবা লৈতে। ইমুং পুবা ঙম্নী, হৈশিংবী ওইগদবনি।

মীওই খবনা মদু পাবগা লাক্লবিবনি। মীওই খবনা ইচম চম্না মাগী ইন্টৃভিযুশি কবম তৌবা জাৎনো তাঞ্জা ফংলিঙৈ যাওহৌগে লোন্না তৌবা ইন্টৃভিযুবু মানা কবিসু খংলোয কলিদা থোইবী ওইকবা যাদে খঞ্জদুনা ঙাযবি।

কৌশিল্লকই পিওন্না হৌনা সেঃ নম্বর ১। ৱাই প্রেমিলা দেবী লাকপবো? লাক্লবদি লেংশিম্বীবকশি।

ব্রাই প্রেমিলা য়াম্না ইং তম্নী সবকাবগী ইমপ্লোয অমনি। মশক্তী ঙবাং পাল্লবদা চংলুবদা ঙায়বিবনিনা অদুম ফজবে। অহানবগী প্রেম্মিনা নমথাক তৌদুনা ওৎপীবম্লগা নুংশি শমায় লৈবীব্রবী মতম কুইনা নুপা হাযবা জাৎশি য়েংবা ফাওবা য়েংজখববোইকো হায়দুনা লৈজকববী ইবেম্মনি। অদুবু মামান্নবী কযানা শঙ্গোয় লুকোয় তেক্লদুনা মচা মশু পম্মবদু উকবগা থম্মোযদা য়শিন্দুনা থমলুববা উযুংদু কোম্লক্তুনা শৎতোকখ্রগা ঙসিদি নুংশি যৌবন্দা কনাগুম্বা জেন্টলমেন অমগী তাংজবী উবি ওইজকবগে ইমা হায়দুনা শ্বব য়েংলগা লেংঙক্লীবা ব্রাই প্রেমীলা দেবীনি। চহি নৌবিঙে খোইমু কযানা মশিং খংদনা ঙংলম্বী লৈবাংনি। হৌজিক্তবু চহিনা লৈশিনখি সবকাবি ইম্পলোয অমা ওইখি, কনাসু হংঙ্গৎনা হাযজবা ঙমজদবগী ব্রানি। মতিন য়োৎনবা খোইমু খ্বাংজেংবা কযাদি লোন্না য়েংজবিবা জাৎনি।

লাইবক কৎচৈ থোংজিন্দা নমসকাব তৌদুনা চংশিল্লকই। নাকন্দা ফল্লীবা কুমাবনা হাযবকই -

- "লেংশিনবীযু চিযাবদা।"

- "থেঙ্ক যু সাব।"

- "অদোমগী মিংশি ব্রাই প্রেমিলা দেবী চুম্লেকো।"

- "অহোয । অচুম্বনি । ইমানদি নুংশিনা ইবেম্মা প্রেমী হাযনা মীংগৌবী।"

- "ধৈন্যাবাদ।"

- "অদোমগী ওফিস অসিবু ?"

- "চীংমৈবোং ফোবেষ্ট ডিপার্টমেন্ট, মতম কুইনা কেজুয়েন্টদা লৈজবমই। অদুবু ঈশ্ববগী নোংদম্লা হন্দক্তা বেগুলাব তাদুনা থাদা লুপা লিশিং ১০,০০০/- বোমগী মযাদা পুশিঞ্জবে।'

- "য়াম্মা নুংঙাইজে। সার্ভিস অসি নত্তবা অতৈ খুৎশা হৈবগী থবক্তী ?"

- "আ' হৈজে।"

- "কবি কবি ওইবীববনো খবদং তাকপীযু।"

- টেলবিং, খুৎ মোজা লোনবা, ইনফিদা মযেক থোকহন্দুনা লোনবা, পীক্লীবা অঙাংশিংগী খোং মোজা নিংথমথাদা তোংনবদো, টেবল ফিদানচিংবা লোনবগী থবকশি ঐগী হৈনবীনি।

- "থেঙ্ক য়ু। মখা তাবা পাবুংগী মফমদগী .....!"

- "থেঙ্ক য়ু।" নোক্লদুনা খুমই।

- হন্দক্কী অসিদি চহিখবা লৈশিনখিবদগী হৌনা লোনচৎতি কুপ্লা খংবগুম উবম্মী। মবম অদুনা মকু ওইগদৌবিবা অদুবু ইকায খুম্নবা ওইনা শাবি মচি অদুনা মকোক্তা খজিক্তং কুপশিন্দুনা দাইবেক্ট মিৎযেংগী ৱাংমদা নাথৈনা য়েংলগা ব্যোবাব তৌনা হায়বকই -

- "পাবুং নমসকাব।"

- "যাবে ইবেম্মা, ইচাগী ব্যোবাব যাম্না ফজে।"

- "থাগৎচবি ঙমখে লৈতনা।"

- "ঐবু কবি হংশিগে ঙসায়দগী খন্দুনা লৈবম্বদুসু চবাংনবদা পুংকাও কাওখবে৷"

- "পাবুং লৈফম্নচিংবা হংবীবকও। নচা অদুম খুমজবক্কে।"

- "লৈফমবুদি খংলেদা। ও! নিংশিলক্লে। নঙবু নকু ননেম সেবা হৌন লোনচৎ ফজনা খংলবী নত্তবো?"

- "অহোয পাবুং! অদুবুদি চহী অঙাং নৎশিলক্তবনিনা অদুম তাক্লদ্রবসু মমুৎ তানা খংজবে। ইতৈদা ইকুদা কোক খুমগনি। অহন লমনবু ঈশ্বরগুম্না লুনা খনগনি। ইখা থাবশিংবুনা ঐগা পোকমীন্নবা ইচিন ইনাওগুম্না লুনা চান্না লৈমিন্নগনি পুন্সি চুপ্পা।"

- "অহল লমন্দী শুনা লৈবিববা কমদৌবি?"

- "পাবুংদি লৈখিদবা কুইবে। ইমাদি লৈবী মহাক থবক অৱাবা শুহন্দবনিনা লৈশাবী মচাদৌনা ৱাখল কোম্না মনিং তম্না হৈঞ্জবি পাবুং।"

ৱাই প্রেমিলা দেবীগী ৱাঙাংদা মপা লৈতবে মমা কল্লী লৈশাবী মচাগুম্না পনলকপদা অহল থম্মোয খংহৌদনা যৌবন পুন্সিগী মনিল অমা থম্মোযদা ফাওবকখি। মখা তানা হাযবকই,

- "চহীবু কযা শুববগে ইবেম্ম ইমাদি?"

প্রেমীলানা মশাগী চহী হম্থিবগী মবম্না মমাগীসু চহি নৌনা হায়জিল্লকই।

- "পাবুং চহী ৫০ গা থা ৬ বোম শুবন্নগনি।"

- "নচিন নৌপ্পা অতৈদি লৈববা?"

- "পাবুং ইচে অমা লৈ ইথক্তা।"

- "মাসু লৈশাবিববা কবি থবক তৌবি?"

- "পাবুং মযুম পান্দুনা মচা নাওবোল ২ কাখবে। মাসু ঐখোয ওফিসতা থবক তৌমিন্নবিবনি।"

- "ও! অদুদি হৌজিক নখোয নমা নচাদা যাম্না কোম্না লৈবি।"

- "অহোয় পাবুং লৈজবি।"

- "যাম্না নুংঙাই ইবেম্মগী ব্রাশিং অসি তাবদা, মঙ্গোল ওইবসু ওইসনু।"

- "থেঙ্ক য়ু পাবুং।"

কুমাবদা ওনশিল্লগা হাযবকই - "ইবুংঙো টিক মার্ক তৌশিল্লু হুবেল থঙ্গৎলকপদা নুংঙাইনবা।"

- "ফনি পাবুং থমজগে।" কুমাবনা তপ্না পাউখুম্লকই।

- "মথং কৌশিনবীবকও।" কা মনুংদগী কুমাবনা হাযবকই।

পিওন্না হৌগৎতুনা কৌবকই - "সেঃ নম্বব ২ এম বিবি চনু যাওবিববো?"

"হোই যাওজবি। সাব।"

- "লেংশিনবীবকশি।"

ইল্লিবা মফি শেন্নদুনা চংশিল্লকই। মীতৈগী জাতিগী নাটকী ওইবা ফিজেৎনি। কোক্তা কজেংলৈ উপকই। পাববা ইনফি অমা ইল্লি। ফনেক মপান নাইবা শেৎলি। বেশনগী ফুবিৎ অশংবা অমা লিৎলি। ম্নাগী খুজিনা পবেং ওক্তা ম্নাগী লিকফাং পবেং মখল মখল নাদা নানপ্পী ম্নাগী চবোং য়াম্থবি। থম্মৌ মতা মাল্লবা পাম্বোমদা ম্নাগী মবিনা পাম্বোম ফাবি ওইনা লৈতেংলি। খোংদা ম্নাগী পবেংনা খুমিৎ য়ৌনা খুজেংদগী মবি মবি ফাবি খোংজিগুম্না। তনৌববী খুৎশাশিংদা ম্নাগী খুদোপ্না খুবীদং থাদনা শিবি। কেজবা মৌজবা পামজবী, এম বিবি চনুনি। জগোয শাবদা মপা লৈতনা হৈববী খুঙ্গং চনুবানি। মমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি মপা জজ ওইবম্বনা মবল মথুমগী অব্রাৎপা লৈতে। মহাকসু পাম্মুবা কনানা নমথাক তৌবীবম্লগা মমৈথংদা ব্রাখল হোংলক্তুনা মতিক চাবা

বব অমত্তং থীজবক্লীবনি। মতাং চাকদুনা ঙসি প্রকাসকী কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ু যাওশিনবা লাক্লীবনি। খনবা খনদবা চাংয়েংদা।

মহাক্না য়াম্না চিংলেম্না হংলকই -

- "সাব লেংশিঞ্জবা য়াবগদবো?"

- "অহোয। লেংশিনবিশি।"

জগোয শাবীগী হৌনবা তনৌববা শাথেক্লী হাযবিবা লেংলিবা লাইবক কৎতুনা চংবদসু শাথেক্লী নিংথিজববা মপান্দা লৈহৌবিবশিংনা মতৌদো উবগা মখোল থোকপদি য়াদবনা মচিন্দা কমান্না খুম থিক থিক নোক্লহৌই। মদু উবগা লোইনবকপী মমানা পৈবি শাওবদুনা মপান্দা। চংখিবগা মখুৎ লোন্নজৈ নোল্লুক্লা খুকমজৈ। কুমাব বিবিগী মতৌ হেক উবগা তঙক তঙক যেংদুনা লৈবি।

- "ননায ঐহাক লাকচবে।"

- "লেংশিনবীবকশি।"

- "কদোমদা ওইবীববনো?"

- "মাংদা থাবিবা চিযাব অসিদা।"

- "থাগৎচবি অদোম্নু।"

- "ব্রাবৌবীগনু ইন্ট্রভিয়ু হৌদ্রিঙৈদা ব্রাহং অমত্তং।"

- "হংবিশি অমত্ত নত্তনা তবেৎ তবা থোক্লা।"

- "থেঙ্ক য়ু।"

- "থেঙ্ক যু।"

- "ইন্টভিয়ু অসি লোযবগা লায থৌগল লেংবীকুগদবগদি লৈতেকো?"

- "লৈজদে। ঐনা ঙসি কজেংলৈ হাপ্তুনা নান্না লাকচবিবসি পামু মাগী মমাংদা অদুঙৈ ইনাৎকী ওইবা ফিজেৎ হাযবদি চবৈ নমথাং লিক কোন পুলপনা শিজিন্দুনা লাকচবিবসি ঐসে মৈতৈ নুপী অশেংবীনি হাযবা খংজনবনি। কবিগুম্বা হলোবীদুনা জগোয পামজবা ওইবগশু নাৎকী ওইবা লাইহবাওবগী জগোয হৈজৈ মদু মতেক অমা থেকথজবমগে হাযদুনা শেৎ চাজবকপনি। কবিগুম্বা লাইবক ফদুনা ইন্ট্রভিয়ুকাশে পাস হেক তৌবীবক্তুনা মনাক্তা লৈবা ফংজববদি

পান্মুবা মাবুসু মীতৈ জগোয় তম্বীগনি অদুগা লৈকায অদুগী লৈশা পাখঙশিংবুসু হৈজনবা জগোযগী টিয়ুসন সেন্টব অমা তান্নবগা হাংনবা হোৎনজগে হাযনা আশা চাউনা থমজবিপোৎনি সাব।"

- "ও। অদুদি যাম্না ফবা ৱাফম্নি।"

- "সাবসু অমুক্তা তিন যোৎথবীদুনা খন্থবগা যেংবীয়ু। ঙসিগী সমাজদা ইশানা ইশাবু মশক তাকচবা যাম্না দবকাব ওইবক্লে। মীতৌ তম্বগী হৈনবীনা লাযচুববা লৈবাক অসিনা ঐগুম্না ইনাৎকী ফিজেৎ চাকচা, জগোয ধর্ম্মবু নুংশিজবা অমবু যাম্না ওৎ তাবী খুনুংগী নুপী ওইনা মযাম্না উবীবমগনি। মদু মখোযগী অবানবা ৱাখলনি। খোঙ্গ্রাও মতৎ ফুবিৎ তপ নক্তুনা শেৎ চাগদবগী শকক ইনাৎকী ওইবা ফনেক ফিবোল কেথোক মৌথোক্লা ঙসি ননাই ঐনা শেৎ চাজবক্লীবা অসিগুম্না লাক্লববদি ওফিস কাবদা ফনেক মথক্তা মীগী ফিজেৎ নপতুনা চৎপীশিংনা কৈদৌঙৈদা যেংনবোয়। মখোয মথন্তা ইকাযজখিগদবনি। মৈতৈবা মৈতৈ নত্তা হিন্দুবা হিন্দু নত্তা, খৃষ্টানলা খৃষ্টান নত্তা মিকচব ওইবদি হৈনজদবদো সাব।"

- "থেঙ্ক যু। অদোমগী মবিক চুন্নবা থম্মোয শোক্লবা পাউখুম তাবদা ঙসিগী ইন্টরভিয়ু অসি মতাং অসিৱাইদা তেনশিনহৌবনা ফবগদবা মানশিনলক্লে।

- "নত্তে ঐনা হাযজবিবশি লাল্লববো সাব। মনেমদা ইমা, মকুদা পাবুং মসিদি পাপ পুগদবা মীংগৌনি নৎত্রনে সাব?"

- "কবম্না পাপ পুগদৌবিবা ?"

- "তাবীযু সাব ননায মযেক শেংনা হাযজবমগে।"

- "তাকপীশি মবিক চুম্না।"

- "ইনেমবু ইমা ইকুবু পাবুং কৌববদি অপোকপা পলেম পম্থৌ ওইখবে মিংগৌনা। মসিনা কবি কাযথবকই হাযবদা মবুংদা মচলনা লৈবা তাবে। মসিবু পাপ নত্তববো?"

- "কবন্সা লোগী লমাযদা নত্রগা কবন্সা ধর্ম্মগী লাইবিক্তা মযেক অসিমক ইদুনা যাওনবগে?" নো, যাওদে মসি ৱাখল খন্থবা ঙবদবা শা উচেক্লা তৌগদবা থবক্লী। পোম্বী চেক্লা হাযবসি মমানা মকম ওইনা কোক্তুনা জুবা ওইনা শেম্বীবকপনি মখোয়গীদি ঈশ্বরনা তোংঙানবা সংসাব অমনি।"

- "ৱাবীশি নুংঙাই অদুবু ঙসিগী ওইনা তেনশিল্লগা অদোমগী লাইবক লেপ্লীগদৌবিবা ঐগী যেৎ থংবদা ঙাম্মোইবিবা ঐগী মকপকী পাবুংগা অমুক উনবীবশি। মহাক্না অদোমগী ৱাবোইশিননি।"

- "ইকোক নোঞ্জবি হোনেৱালে ইকু ইবুংঙো।"

- "যাবে য়াবে হোনেৱালী ইমৌ ইবেম্মা অদোম্বু তবাম্না ওকচবগা লোযননা ৱাহং খবা হংজবি। মসিনা অদোমগী লাইবক লেপ্পা ওইশনু।"

- "হংবিশি হোনে ৱালে ইকু ইবুংঙো।"

- "হৌজিক্কী মতমদা যুমগী মৌ অমা ওইগে হায়ববদি তঙাইফদনা কবি কবি গুণ চেনবা তঙাইফদবা ওইবগে ?"

- "অহানবদা মহে মতিক চানা হৈৰা তাই। অনিশুবদা - হৌন লোনচং খঙবী নুপী অমা ওইবা তাই। অহুমশুবদা থকশি- খাশি ঙাক্না ইমুংদা লৈবিক মীওইশিং অদুগা লোয়ননা হৈবকপা তাই। মবিশুবদা চান্ন থক্লবা থোংবদা মচুতাবা লোযননা মশা নানবগী হৈনবী। মঙাশুবদা ধর্ম্ম খঙবী ঈশ্বরবু থাজবা নুপী অমা ওইবকপা তাই। তরুকশুবকপদা অৱাবা কযা তাবক্লবসু নোকনা নোক্না খাংদুনা লেপ্তোকপা হৈবী নুপী ওইবকপা তাই। তবেৎ শুবকপদা মচা মনাও নাওযোক হৈবী ওইবকপা তাই। নিপালশুবদা পুকচেল চাওবী অমসুং অখাঙ কনবী ওইবকপা তাই। মাপলশুবকপদা ইমুং মনুংগীদা নত্তনা লৈকায অদুগী সমাজ অদুগী মবমদা চাউখৎ খোংথাং পাম্বী নুপী ওইবকপা তাই। তবাশুবকপদা মতমগী মমল খংবী ওইবকপা তাই।"

- "যাবে, যাবে। মথংগী ৱাহংনা অদোমগী হৈনবী শিনফমশি কবি কবিনো?"

- "হোনেৱালে ইকু ইবুংঙো! (নোক্লগা মখুৎ নোইবদুনা হায়বকই) জগোয শাবা, ঈশৈ শকপা, ধা গীন গীন, তেং তা, ধা ধা লোযননা ইয়োং ফি শাবনি।"

- "যাম্না নুংঙাইজৈ অদোম্বু নপুবোইবা অদুনা নিশা শিজিন্নবগা ওৎপী নৈবীবা হৌবক্লবদি অদোম্না কবি থবক তৌবীগদগে ?"

- "ঐনা যাবিবা মখৈ ঞ্জান তানবা নিশা শিজিন্নবনা হকচাংতা মাঙবতা নত্তনা ইশাগী ঈজৎ সনমান অদুগা শাগৈ জাৎ লৈখা তাই হায়বগী মবমদা খংহন্নবা কন্না হোৎনগনি। মহাক্না নিশা চাদুনা লাকই হায়দুনা মহৌশাগুম ইপুবোইবা অমদা থম্বা ঈজৎ অদুমক উৎতুনা সেবা তৌবীগনি থেমজিনবীগনি।"

- "অবোইবা ওইনা, নপুবোইবা অদুনা জাৎ মান্নদবা কযা মকপ মপাং ওইদুনা য়ুমদা চংমিন্নবক্লবদি নহাক্লা লাক্লীবা অতিথি অদুদা কবম্বা ব্যেবহাব উৎকনি।"

- "সাব ! ঐহাক্কী ইফমদা জাৎতি ধর্ম্মগী খেৎনবা ব্রাখল লৈজদবনা/থমজদবনা চপমান্নবা ব্রাখলদা অতিথি অমদা তৌফম থোকপা সেবাদু তৌজগনি। নুপী ওইবীগীদি মপুবোইবনা মহাক্কী লেংদ্রবা ধর্ম্মনি।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে মঙ্গোল ওইজৌ ইবেম্মা।"

- "থাগৎচবি।"

কুমাব অমসুং অচৌবী যেংনৈ অদুগা হাযবকই, পাবুং মীশি মখল মথেলনি। ইন্ট্রভিয়ু লাকপদবু লাইহবাওবা কাবদৌ লেংশিনলই।

ওনশিন্দুনা নোকমিন্নৈ মথং পিযোন্না কৌশিলকই - "সেঃ নম্বব ৩ আইযো সাইজা উখ্রুলদগীনি। লাকপবো?"

নোক্লদুনা খুম্লকই, "প্রজেন্ট সাব, লাকচবে।"

- "লেংশিনবীশি।"

"থেঙ্ক য়ু, সাব।"

- কুমাব তবাম্না ওক্লদুনা হাযবকই "ৱেল কম, প্লিজ টেক ইযোব সিট।"

- "থেঙ্ক য়ু, সাব।"

"আইযো শৈজা চুমইকো।"

- "যেস সাব, ঐগী মমা পাবনা থোনবীবা নুংশিবা মিংনি।"

- "নখোযগী ববদো কৈন্যা ওইগদবা ঐনা ঙসি লাক্লিঙৈদা মশক ইশক খংনবা অমুক্তা উন্নজগে যাগদবা?"

- "সোবি মিস, মহাক হৌজিক লিভ ফংদদুনা লৈবি। ইন্ট্রভিয়ু অসি হেক লোইবগা মেন তাবগনি। টেলিফোন তৌদুনা কৌথোক্লগনি।"

- "ঐদিকো, ইন্ট্রভিয়ুদা মহাক উন্নজবা ফংগদবা হাযদুনা পুক্লীংনা অশুম খঞ্জদুনা ঐখোয দেভীগা লাকমিন্নবা।"

- "ফোটো অসিদা লৈবে, প্লিজ টেক ইট।"

- "থেঙ্ক য়ু, সাব।"

- "ওহ! অদু ওইববসু য়াই। থেঙ্ক য়ু।"

- "কমদৌবীবগে ?"

- "এঃ ফোটোদদি ভেবী বিউটিফুল ওই ঐগী মকপ্পী 'হি ইজ মাই ফ্রেন্দ জস লাইক যু'। নাকন্দা ফল্লিবা সাব অসিনা হোনেৱালা ফাদব ইন লো।"

- "গুদ মোবনিং সাব।"

- "ইবেম্মা ইপাদি লাইবিক তমহৌদবনা মখোয ইংগ্রাজিদো খংদে। ইচম চম্না মৈতৈলোন্দা লোইশিনগে।"

- "সোবী সাব।"

যাববোই খঙলবা অচৌবীনা থংনবদা ফল্লিবা কুমাবদা ওনশিন্দুনা হায়বকই-

- "ইবুংঙো হৌবশি থেংখিনবনি। মী অতৈসু মপান্দা ঙাযনবমগনি।"

মতৌদু খংলবা কুমাবনা আইযো সাইজাদা ওনশিন্দুনা হংলকই-

- "অদোমগী ইচিন ইনাও কযা শুবীবগে?"

- "নুপী ঙাক্তা অনি। ঐনা অহননি।"

- "ইশাগী চহি কযা ওইরবনো ?"

- "ঐগী দেত ওফ বার্দ ১৯৮৫ নি। চহি ২০ দা ঙাইজবিবী তনৌ তনৌগী লৈবাংগুম্বীনি সাব।"

- "অহোয।"

- "কবিগুম্বা অদোম্বু ইন্টুভিযু অসিদা খনবীবক্লবদি কমদৌনি।"

- শৈজানা নোক্লগা খুম্লকই- "অদুদি ঐগী লাইবক যাম্না ফবনি, খনবীবক্লবা হাযদুনা ঙবাং সনদেদা ঐখোয দেডীগা চর্চ কাদুনা ফনা কুইনা প্রেযব তৌদুনা লৈরুবিবনি। প্রেযব তৌবা লোইবগা থোক্লপদা ঐখোযগী পাষ্টব যেংদুনা কেসন অমখক হংবিবকপদা ঐদি খুম্বা ঙমদ্রদুনা মঙলানগুম অদুম লেপ্তুনা লৈরুববনি। মহাকসু ঐগী ইতৌ অদুদা অদুম নোক্তুনা লৈহৌবে। ঐখোয দেডীনা ফাগী তৌদুনা ঐগী ইহৎনা খুমখি। "চীংদা তাবা ৱাকোন্না তমদা তাগে মহাযবে। তমদা তাবা ৱাকোন্না চীংদা তাগে মহাযবে পাষ্টব। ঐখোয দেডীগীৱাহৈদুদা ঐসু নোক্লে, মাসু নোক্লে, ঐখোয দেডীসু নোক্লা নোক্লা অদুম যুমদা হলক্লে।"

- "থেঙ্ক যু, অনিশুবা কেসনদা অদোম্না মৈতৈলোন খংলিবসি মতৌ কবম্না খংল্লিবনো ?"

- "সাব, ঐদিকো পীশক পীক্লীঔেদগী ইম্ফালদা লৈদুনা লাইবিক তন্নকই। ঐগী ইমান্নবীশিং মৈতৈ নুপী ঙাক্তনি। মবম অদুনা ঐদি নখোয় মৈতৈগী চৎনবী লোইনা খংঙে। মতৈগা মকুগা উববদি ইকোক্তা ফিনা কুপ্তুনা লৈপনি। অযুক্তা মৌ অনৌবীনা মকোক্তা কমান ফি ফজবা কুপ্তুনা ঙস্তা হৌগৎলগা ব্রাই তৈবদো উবগা ঐনা যাম্না নুংঙায, পামজেয়ে সাব। নখোযগী চাক চাবা মতমদা নিপাগা শন্নদবা তোংঙানপা মসিনা নপুবোইবগী, মসিনা নকুগী হাযবা ডিশিপ্লিনশিং লৈবা উবগা ঐসু থম্মোযনা যাম্না পামজবা অদুনা ঙসিগী ইন্টুভিযু অসিদা লাইবক যেংবা লাকচবনি। ঐখোয দেডী পুলিস ইন্সপেক্টবনি। পৈশা যাম্না পাইপনি। মানা ঐবু লুনা তৌপি কবিগুম্বা ঐবু ইন্টুভিযুদা খনবীবক্লবদিনে নখোযগী মৈতৈগী লুহোংবদা উনবা অউনপোৎ মযামদো অদুগুম্না মাসু উনবীগে হাযদুনা হৌজিকসু প্রোমিজ তৌদুনা লৈবনি। অদুবু লাইবক থীদুনা ইন্টুভিযুদা সেলেক্সন তৌবক্তবদি খংদে।"

- "ও! থেঙ্ক যু, সেলেক্সন তৌবা ওইবসনু। অদোমগী অপাম্বা থুংননবা। অবোইবদা ক্বেসন অমতং মেবে টবপসে।"

- "হংবীযু ঐ হৌজিকসু বেডিনি। জেনবেল নোলেজগী মবমদসু।"

- "অহোয হংজবক্কে। তাবিবশি অদোম হৌজিক মপুং মবৈ ফাবক্লবী লৈশাবী হাযবদি মেড গার্ল অমনি।"

- "যেস, সাব।"

- "মবম অদুনা নহাক্লা লৈশাবী ফাবকপদগী মীগী মৌ অমা হাযবদি কৈন্যা অমা ওইদুনা চৎত্রিঔেগী মবকশিদা কবি কবি থবকশিং তৌবগা নহাকপু মতিক চাবী শাগৈদুগী লেমজনিংঙাই ওইববা মৌ অমা ওইহনগদগে? মসিগী মবমদা পোইন্ট খবদং পীবীযু।"

- "থেঙ্ক য়ু, পীজগে। ঐ হৌজিক গার্ল ওইবি অদুবু মেবিযেজ তৌববা মতুংদা মৌ ওইখিগনি।"

- "য়েস মবক্কী মতমদুদা।"

- "অহানবদা এদুকেতেদ ওইবা তাই। সেকেন্দলী ক্বালিতি ব্রাইত (কৈন্যা ওইহন্নবা হাযবদি টু নিড ষ্টদি ডিসিপ্লিন, কেবেক্টব, হাও টু মেনেজমেন্ট টু মাই ফেমিলি চাক য়েঙ্খাং ফজনা থোংবা হৈজিনবা তাই। হয়েং অঙাং পোক্লগা

অঙাং অদু ফজনা য়োকপীনবা ৱাখল লৈবা তাই। পৈশা শিজিন্নবা হৈবা তাই। ইপুবোইবা অমদি ইমুং মনুং ৱিড য়ুম্লোন্নবশিং তোঙান তোঙান্না মাগী মাগী থাক্তা লোইনবা হৈবগী হেবিটশিং তমশিনবা তাই। অদু নত্রবদি ঐবু কনানসু নুংশিবীবোয়, ইথন্তা সমাজ অদুদা য়াম্না ৱানা কপ কপ্তুনা পি তাদুনা হিংগনি। কযাবক ইপামদা লাক্কনি। কযাবক কৌবা লাক্লগনি, সাব।"

- "ভেৰী গুদ পোইন্ট, থেঙ্ক য়ু, মথংদি পাবুংগী মফমদগী ও. কে."

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

- "ইবেম্মা নহাক যেংবদা যাম্না অঙাং ওইনা উই কবি কবি চিঞ্জাক চাবননো? মকুওইবা অদোম্না হাওনা পামজনা চাবা চিঞ্জাক খবা অদু মমিং পল্লু তাশি।"

- "পাবুং ঐদিনে কো, উখুলদা পোকচবা নাগা ওইজববসুনে চিঞ্জাক্কী পাবুংখোযনা চাবা উৎতি, চমফুৎ, ইবোম্বা, শিংজু, ঙা- থোংবা, অচম্বা ভিজিটেবলস, উহৈ শঙ্গোমনচিংবনি। মিট, য়ু যেকম অঙাং ওইবিঙৈদগী ঐগী থৱাযনা পামদে অদুনা চাদে। ঐখোয খুন্দা অচৌবা সম্লক্কী শা, হওোয, লিন হাৎতুনা চাবদা ঐনা চৎলগা ঙাংলুবগী পাখঙ কযানা ঐবু শাওবীপনি। মখোযনা ঐগী ইশক উবগা হৌজিকসু মতিন শিৎপীবনি অদুনা ঐনা ঐগী জাৎতিগী নুপা পুম্নমকপু হেক উবদা অদুম শাওনিংবা ফাওই। মখোযনা নাওবি, নোংমৈ পাইদুনা উচেক কযা কযা হাৎতুনা শা কযা তান্নদুনা নুংঙাইনা হাৎতোক্তুনা চাথোকপীবদগী ঙসিদি ঐখোয চীংগী লমদা নুংশিববা উচেক কযাগী মখোল তাবা ফংদ্রবনি। তাম্না, নোংইন, কোককিল, তেনৱা, উবোক, কাক, চোংঙা, বুদু তেতু, মকু ঐনা মমিং খংদবা উচেক কযাগী মচা মকম মখোযনা উবক্তা চংদুনা থিবগা লৌথোকপীবনি। হৌজিক্তি অহিংগুম্না নুংথিলদসু ইচিক চিক্লবনি। মসি পুম্নমক দি. সিনা থোকহনবনি।"

- "এঃ কবম্না ওফিসাবদুনদি থোকহনলিবা ইবেম্মা।"

- "থোকহনবনি পাবুং।"

- "হায়য়ুনে তাশি।"

- "মহাক্না ঐখোয় চীংমীশিংদা নোংমৈ পাইবা যাবগী লাইসেন্স ইবায লাইনা পীথোকই। মবম অদুনা পৈশা পাইবশিংনা নোংমৈ মখল মখল লৈদুনা থমজল্লগা শা তানবদা শিজিন্নবদগীনি।"

"অচুম্বনি ইবেম্মা, তৌবম্বা য়াই। ঐখোয তম্পাক্কী লমদদি তৌদে। মথংগী রাহংনা অদোম্বু ঐনা ইন্টুভিয়ু অসিদা খল্লবদি নহাক্লা ঐখোয ইমুংবু কবম্বা ফিভমদা থম্বীগে হায়না খনবগে?"

- "অহানবদা কো, পাবুং ঐবু নখোযগী শাগৈদা তিনবীগনি হাযববদি হৌজিক্তগী হৌনা পাবুংগা তান্নবগা ঐখোয ইমুংগী অৱাৎপশিং কবি কবি লৈববা, লৈববদি মদু মেনখৎনবা এবেঞ্জ তৌগনি। অনিশুবদা ঐখোয় শাগৈগী ওইবা অচৌবা মীটিং অমা তৌদুনা নুংশিন্নবা য়াইফ থৌবাং কযা পাইখৎতুনা ঐখোযগী শাগৈগী মনুংদা অফবা অঙাং যাওবক্লবদি মদুদা শৌগৎপীদুনা তেংবাংবীনবা হোৎনবীগনি।"

- "যাম্না নুংঙাইজখবে ইবেম্মগী থৌবাংশিং অসি তাবদা যাবে যাবে অতৈ মখা হংলবোয মঙ্গোল ওইবীয়ু।"

- "থেঙ্ক যু। মথংগী মমিং লিষ্টতা য়েংলগা কৌশিল্লকই - সেঃ নম্বব ৪ এম দি বঞ্জিতা লাকপবো।"

এম.দি বঞ্জিতা অনকপদগী হৌগৎলগা খুম্লকই -

- "লাকএ সাব।"

- "লেংশিনবীশি।"

- "থেঙ্ক যু সাব।"

বঞ্জিতা তফিং তফিং চংঙক্লগা থোংজিন্দা লেপ্লগা কা মনুংদা ফল্লীবা অনীদুদা ইকায খুম্নবা উৎতুনা মখুৎ লোন্নবগা হায়বকই -

- "নমষ্টে সাহেপ। চংজবকপা যাগদবা?"

- "লেংশিনবীবকউ, ইন্টুভিয়ু অদোমগীনি।"

- "টেক যুওব চেযব প্লিজ।"

- "থেঙ্ক যু সাব।"

- "অদোম ঙসি ইন্টুভিয়ু লৈ হাযবসিদা পুক্লীংদা কবি ফাওবীবগে?"

- "সাব মদুবু?"

- "হাযদোকপীয়ু হেক্তা অদোমগী পোইন্টতা কাউন্ট তৌজগনি।"

- "সাব ঙসি কোইবৌ নুংজা অসিদা পামু মাগা কৈন্য ওইগদবী ঐহাক্লা

উন্নদুনা পুন্সিগী ওইবা পুক্লীংগী অথুপ্পা ব্ৰাবী কযা শান্নজবা ফংগনি হাযবা খম্থুজকুবদা নুংঙাইজবগী হবাওজবগী ইথিল অমা পীবাংলক্তা ফাওজবকই। মবমদি ঐহাক লাইববা মুসলিম ইমুংদা পোকচৈ ঐবু পোকপগা ইমাদি নোঙ্গাখবে হায়না তাজৈ।"

- "মখা তাথবীবকশি অদুদগী!"

- "য়াম্না ব্ৰানা দেডীনা পোৎলুম কযা হোন্দুনা ঐবু চাওনবা যোকপীবকখি।"

- "লাইবিক্তি ক্লাস কযা ফাওবা তম্বীবকপগে?"

- "যাম্না ব্ৰানা ক্লাস তেন (১০) ফাওবা তমজবকই। মেট্রিক থাবমদাই মযাদা পাবুংদু যাম্না কন্না নাবকপদগী পবিক্ষা থাবা ঙমখিদে। পাবুংসু অলা মহাক্কী মনাক্তা খোংদোয হুনখবে।"

- "হৌজিক্তী?"

- "হৌজিক ঐহাক ইমাপোকপা ইবোক্কী মযুমদা লৈ। অশোনবী ইবোক্কা হিংন্নবগীদমক্তা হোতেল হাংদুনা মযাই কাবা যু মবক মবক্তা বম যোল্লী। পুন্ন মক ঐদি পামজদবনি অদুবু হিংদবদি যাদবনা যোনমিন্নবা তাখি। লৈকাযদগী ফত্তবা নহাবোল কযা লাক্কুনা মফম অদুদা যাকাযফম পুনফম ওই ঐবু মখোযগী শান্নপোৎ ওইহন্নবা পৈশা চবুল লংশিন্দুনা কবেম্নবকই। ঐহাক মফমদুদা মিৎকুপ ফানা লেপ্পুনা পোৎ চৈ যোন্নিংদে সাহেপ ঐগী পুন্সিবু কনবীযু চন্নবী খুঙ্গংগী চনুবানি। জাৎ তোঙাল্লী হাযদুনা ইবল লৈতে হাযদুনা ইন্থোকপীগনু। ঐগী শেংলবা থৱাযনা অদোমগী ববু সেবা মতোন লোম্না তৌজগে। ইশাগী চহি ১৬ তা ঙাইজবিবিনি। ঐবু খনবীযু অদোমগী তৌবিমল পুন্সিগী কাউজবোই তনৌ তনৌনা পোমজবিবা লৈবাংবু ফত্তবা নবক্কী লম্বীদা লৈবাংগী লৈনা খাংভুথক্তা মচোয মচোয চন্নফম খংদনা কেনহলবীগনু।"

কুমাব মকপকী কৈন্য ইন্ট্রভিযুদা মতেং পাংলুবা হাযববু অৱাবা কযাগী তেংথাখোল তাফম ওইখবে। মহাক্কী পুন্সিদা অতৈ নুংশিবী কযা লৈজৈ। অদুবু ঙসি তনৌববী মশক মতৌ চংখোল্লবী ফিভম মুর্ত্তিদা তুজুংনিংঙাই ওইনা নিংথিজববী খোংফম অমা শোযবদা সমাজনা খোঙনেৎনদুনা মাংহনলগদবী চন্নবী খুঙ্গংগী চনুবা অমা মমাংদা ঈশ্বব অমনা ইনশিন্দুনা চংজবক্লবা অসিদদি পাখঙ মপুং ফাববা কুমাব অতৈ নুংশিবী কযাবু নাথৈদুনা থনম্লগে অদুগা চন্নবী

লৈবাং মহাকপু পাখণ্ড নাপ্পদা চিন্দুনা কেৎনা পুন্সি লেলগে খনবা হৌবকলে। মহাক ইন্ট্রভিয়ুলৌবিবা মীশকনি হাযবা ফাওবা কাওবক্লে। মহাকসু খঙই মহাক্কী মরুপ প্রকাসনা নুপী অসিবু খোইদাবোয লন থুমদা অহেনবা থীবিবা অচৌবীনসু মমৌ ওইনা লৌশিনবীবোয। মবম অদুনা খুদোংচাবা অসি লৌহৌবা পাল্লকখি।

অতৈ ৱাহং হংদনা ইন্ট্রভিযুগী মওংদি হাযবকই - ফবে অদোমগী বাফমসি কোন্না খন্নবসি মথংগী ৱাহং অদোমগী ইকু ওইগদৌবিবা পাবুংগী মফমদগী লৌবীবো। গুদ লক।

বঞ্জিতা হৌগৎলগা চংশিন্দুনা খুকমজে,

- "তোল্লবী ননাইনা পাবুংগী চবন্দা খুকমজবি।"

- "ইবেম্মা হৌগৎলু। নহাক্কী ৱাবী পুম্বা ঐসু লোইনা তাবিবনি। শাওবা দদে। পুন্সি হাযবসি অৱাবা কযা খাংবা তাবনি। নশা নহানি নপাঙ্গল ফবি। নশক ফজৈ যেংবদা পেনবা নাইদে। তৌবদবু ঙসি ইপানা পান্নীবা কৈন্য হাযবদুদি ওইদবে। অদোম লাইববীনি ঐসু লাইববনি লাইববা মশেল পাববদি পুৎথদুনা অৱাবা তাগনি। অদোম মতম মাংহনবীবগনু লেংথোকপীবো।"

মমিৎতা পীবাং ইবা হৌ উপায লৈজদ্রবী বঞ্জনা হৌগৎতুনা লুপ্লবা খোংহ... া থাংদুনা মপান থোকখিবমই। কুমাব মদু উবগা নুংঙাইতনা যেংদুনা লৈহৌ...। ৱাখল খলকই হুবেল ঐহাক মহাক্কী এদ্রেস অসি পুদুনা অশেংবা মহাক্কী লৈফম খংদোক্লগনি। পুক্লীংনা কৌহৌবি মখোল থোক্তনা -

"হে লৈবাং কেতুকি!
খোইমুদি লৈবাংগী লৈনম ফংজবদা
সংসাব অসি মঙলানগুম্না
লৈহৌবে।
ঙাইবম্মু লোৎতুনা লৈনাবক্তা
কনা খংহন্দ তুমিন্না!
নশাবী কুমাব হুবেল
শোয়দনা থুংলগনি
পুবিখিগনু চম্লবা থম্মোয়বু হুদুনা
তনৌববী লৈবাং নিংথিজববী"

পীওন মতৌদু ঙাইহাক যেংঙুবগা মথংগী সেঃ নম্বর ৫ কৌশিল্লকই। সেঃ নম্বর ৫ অকনা বোয় লাক্লবদি লেংশিনবীবকউ।

- "ও. কে সাব।"

- "মনাক্তা লৈবন্নবা হৌগৎতুনা কাদা চংলকই অনীমকপু মখুৎ লোন্নদুনা হাযবকই। খুকমজবি, চংজবকপা যাগদবা?"

- "খুকমজবি রেল কম, অকনা। প্লিজ টেক যুবোব সিট।"

- "থেঙ্ক য়ু, সাব।"

- "থেঙ্ক যু মিস অকনা বোয় অদোম ইম্ফালদা লৈবকপা কয়াম কুইববগে মৈতৈলোন মযেক শেংনা ঙাংবা ঙমই।"

- "সাব, ঐদি ইম্ফালদা লৈববা মতমদা পোকপনি ঐগী ইপাদি অচৌবা মহাজন অমা ওইবকই। মহাক্লা মণিপুরদা লৈবকপসি চহী ৩০ গী মথক্তা ওইবন্নগনি হায।"

- "হৌজিক ঐখোযগী ইপানা লৈখিদ্রবা মতুংদা কাববাব খুদিং ফেল ওইখ্রে। ঐগী পীক্লীবা ইনাওশিংনা মহুৎশিনবা ঙমদবে। পাবুংগা তিন্নবন্না মকুপশিংসু লোযনা শিথ্রবনিনা ঐখোযবু কনানসু শকখঙবীবা ওইদবে। অৱাবা হাযবদু ওইবে। ঐদি নুপিমচানি কববাব কবম্লা সমভাল তৌগনি। ইমাসু নাদুনা লৈবনা পৈশা যাম্লা খবচ তৌখবে। পাবুংনা থনম্না অবাপ্পদা লৈবা দুকানশিং মখোয মখোয়গী ওইন্নবা কন্না হোৎনদুনা লৈখবে। ঐদি নুপী মচানি কবি উপায তৌগনি পুম্নমক মাংলে হৌজিক ঐহাক মতিক চাবা বব অমা পামজৈ কববাব অমুক হিংগৎহনবা পামজৈ সাব।"

- "যাম্লা নুংঙাইজবা ৱাফম্নি। অহুমশুবা ক্লেসনদা অদোম্নু ঙসি কৈন্যা অমা ওইনা সেলেক্ট তৌবা তাববদি অদোম্লা বব অদুবু কবম্না ফিভমদা থম্নীবা পাম্বগে?"

- "(নোক্লগা খুন্নকই) সাব ঐহাকপু সেলেক্সন তৌবীববদি যাম্লা লাইবক ফবনি লৌজগনি। লোযননা ঐগী বব অদু চৎনবী মতুং ইন্না লুহোংলবা মতুংদা যাম্লা চন্নবা পুঙ্গি অমদা হিংমিন্নবা হোৎনজগনি। মহাকপু কবোব পটি ওইহন্নবা কববাবদা তপ্না পুশিনগনি অদুগা পাবুংগী নীংজবম্না আশা ইবানি চংদুনা মপুং ফাহন্নবা হোৎনগনি।"

"অদোমগী পাবুংনা কবি আশা থম্বীবম্বগে ঐখোযসু খবা খংজবা যাবোইদবা?"

- "সাব। কবিগী য়াদগনি। পাবুংগী আশাদি পৃথিবী পুম্বা মহাক্কী ব্যুজিনেসনা জয় তৌবনি।"

- "মতৌ কবম্না তৌগদৌবিবা?"

- মহাক্না পৃথিবীগী মকওইবা সহর খুদিংগী মহাক্কী দুকাল হাংবা পামই। দুকানশিং অদু লৈববদি লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা পোৎ চৈগী মমল অহোং অচাও, অপাম পামদা পুম্নমক খংবা ঙম্লগনি। অহোংবা অফবা পোৎতি য়ীযাম্না পাল্লবনিনা পোৎশিৎ ফগনি। পোৎশিৎ ফববদি কববাব চাউখৎলগনি। অচৌবা কম্পনি কয়ানগু ঐখোয়বু শকখঙবীবগনি। মসিনি সাব ব্যুজিনেসনা জয় তৌবা হাযবসি।"

- "থেঙ্ক যু, গুদ লক। মথংগী ৱাহং পাবুংদগী তাবীবশি। ও কে!"

- "ও কে, সাব।"

অকুনা বোযনা চঙশিল্লক্লুনা হাযবকই,

- "পাবুং নচানা খুকমজবি।"

- "যাবে ইবেম্মা, নপাদি নহাক্কী ৱাবি নুংঙাইবদু তাবদা ঙাইহাক উইথোক্লুবেদনা।"

- "পাবুং কববাবগী ৱাবী অসিদি মহাভবতকী ৱাবিদগী হেন্না নুংঙাইবনি।"

- "অচুম্বনি ইবেম্মা, মণিপুবগুম্না ইকনোমিক ব্লোকেট যাম্না তৌগনবা ষ্টেটতদি কববাব মচা মগু পুংমুৎ মুৎখিগে তৌবা য়াওনবে। নাকথেংবা লাকপা কাংবুনদি মদু খংবীবা নত্তেদো।"

- "অচুম্বনি পাবুং। ঐখোয়গীসু থা খুদিংগী পাবুং লৈবিঙৈ হুলম্বা ১০% অদুম কাইদনা হুল্লিবনি। মদু হুল্লদ্রবদি ঐগী পীক্লীবা ইনাওশিংগী পুক্সি অবেম্বদা মাংখিগদৌবিবনি।"

- "ৱাবী মবকশিদা ইন্ট্রভিয়ু মওং মান্নবা ৱাহং অমা অনি হংলক্লে পুকচেল শেংনা খুমলমউকো।"

- "খুমজবক্লে পাবুং।"

- "ইবেম্মানা মণিপুরদা পোক্লবনিনা মৈতৈলোন ফজনা খংলে। নমান্নবীসু ফজনা লৈবন্নগনি লৈতববা ইবেম্মা শেংনা খুম্মু।"

- "লৈজৈ পাবুং।"

- "মমিং খরা পনলকউ ইপা তাগে।"

- "পাবুং উবিপোক বামোল লৌকাযদগী কমলা দেবী, লম্ফেল অৱাং লৈকাযদগী ৱাই জমুনা দেবী, নম্বোল ফোইজিং মমাংদগী এল সুভাসিনি দেবী, বামোল লৈকাযদগী এম মিনা চনু, মৈনো লৈবক্তগী কে কুমারী দেবী, লিলোংদগী মমতা বেগম, ।"

- "যাবে যাবে ইপা খংলে । মখোযশিং অদু নত্তবা নমান্নবা খংনবদি লৈজদবো ?"

- "নোক্লগা পাবুংশিদি ইম্নোকপা ৱাহং হংজিনবীবকই।"

- "হংদবা যাদবনিনে মতাংনা ? ইবেম্মদি নশক নতৌশু চংখোল্লী যিভ মুর্ত্তিসু অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। লন থুমসু পলেম পন্থৌনা হিমালোযগুগ্ন পৈশিন্দুনা থন্বীবন্নগনি। কববাব তৌদ্রবসু নখোযগী নচিল ননাওশিংনা থবক তৌদনা চাবদা ঙন্নবোইদবনিবা ! লৈবাং অমা শাৎলবদি থীগেবা ফজগেব' খোইমু খবদি শোইদনা ঙংবা লাক্লমগনি।"

- "উম ! পাবুং মদুবুদি মতম অমদা লাক্লমই। অদুবু নচানা ইহৈদা পুক্লীং লুপ্লিঙৈদনা অমদা তাবগা অতোপ্পা না অমদা থাদোকখিবা। ইমানসু ইবেম্মা যাদ্রিকো নহৈদা থৱায় লুপ্তুনা এম এ ফাওবদি লোইশিন্দবা যাদে নপাগী কববাব শিহনখিবগী মবম মহৈ মতিক চানা হৈতবননি। মমান্নবা কোক লৈবশিংনা ইবায লাইনা মুন্দুনা লৌবিখি । নমাসু ইহৈ হৈতে মাগী চে চাং অকুপ্পদি খংদবনি। মীঙোন্দা তান্নজকই অদুবু পুকচেল শেংবা অমতা লৈবমবদনা মখোয মশেল অমতা ওইখি। পুন্নমক মুন্দুনা মীগী ওইখবে। নহাক্লা নহৈ হৈববদি ইমুং অসি কনবা ঙমগদৌবিবনি। পীক্লিবা নচিল ননাওশিংবু য়েংশিনবীবা ঙমগদৌবিবনি হাযদুনা য়াদবদগী পাইবক্লম্বা খোইমু খুদিংমক শঙ্গোয লুকোয তেক্লখবে। ইখা থাবা অঙাং চোইহাশিংদদি লেঙ্গা চান্নদবনিনা যৌবন পুন্সি লিৎথহৌবনি পাবুং।"

- "ইচাগী ৱাফম অচুম্বনি। ঐখোয়গী ইচানুপা অসিসু শান্নবোয়নি হায়দুনা পঙঙাও ঙাওবিঙৈ ফৌজি পুন্সিদা থোংদাখিবনি। লৈকায়দুদা মহাক খক্তা ঙাইববনি য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাদ্রিবাশি। তান যাম্না চাবে ইচাগা থেংনজবা। মঙ্গোল ওইয়ু ইবেম্মা।"

- "মঙ্গোল ওইহনবীকো পাবুং।"

পীওন্না লিষ্ট থাংগৎলি। সেঃ নম্বব যেংলগা লাওবদুনা হাযবকই - সেঃ নম্বব ৬ - ওইনাম কেথ চনু লাকপবো ?

কেনা শাডি মতোন্দা পাইবগা খুন্নকই -

- "হো য়াওজবিযে।"

- "যাওববদি লেংশিনবীবো।"

থবাক্তা মিহুল হুলদুনা মচিন্দা লাইনিংথৌ মিংলেন তপ্পা শোন চংশিল্লকই। লাইবক কৎলদুনা হায়বকই,

- "মে আই কম ইন সাব ?

- "লেঙশিনবীবকশি।"

- "কদোমদনো" কেথবদুনা হংলকই।

"চৌকি অদুদা" কুমাবনা খুন্নকই।

"থেঙ্ক য়ু।"

মহাক্কী কেজবা মতৌ অদুদা কবেম্নবদুনা হংজিল্লকই,

- "অদোমগী মিংলেনশি অদোমগী মতৌ অসিগা যাম্না চান্না কৌব্রা খঞ্জে।"

- "অদুবুদি সাব ! ঐখোয় ইমানা ঐনা কেজবা মৌজবা যাম্না পামজবা অদুদা থোনবীখিবনি। ঐগী অশেংবা কুঠিগী মমিংদি সবা চাওবী চনু কৌবনি। পাবুংনা মিং অসি পামদে হাযদুনা ইমানা থোনবীবা কেথবীদা অদুম চৎখবে।"

- "থেঙ্ক য়ু। মথংগী কেসনদি হৌজিক হৌজিক অদোম কবি থবক তৌদুনা লেনবীবিবগে ? অদোমগী হৈনবী শিনফম্না কবিনো তাকপীশি।"

- "সাব ঐহাক হৌজিক হৌজিক ইশানা কেজবা মৌজবগী থবকশি পামজবনিনা বজাবদা য়াম্না চাউনমক নৎত্রবসু পাল্লবগী দুকান অমা হাংদুনা মদুদা মায় ওনশিঞ্জবি। পুনেদা ঐহাক্কী ট্রেনিং সেন্টবনি।"

- "থেঙ্ক য়ু। অদুদি নোংমদা ইশাগী ইনকম কয়া লৈবগে ?"

- "মসি চাওবাক্লা থাগী ওইনা লুপা লিশিং ৪।৫ বোমদি অদুম কাযদনা তানবা ঙমজৈ।"

- "য়াম্লা কান্নবা ব্রাফমনি। থেঙ্ক য়ু, পৈশা তানবগী মহাওদি ফজনা খংবীবন্নগদবা মাল্লি।"

- "য়েস সাব, লাইফ ইজ ব্রার্ক হায়বদুনি। শুম ফমদুনা মতম মাংহন্দুনা লৈথোকপগী মহুৎতা হিবম অশোমদা পুক্লীং চংশিঞ্জদুনা ঐগী নুংশিজববা ইচল ইচে কয়াগী সেবাদা থব্রায় লুপচবি।"

- "য়াম্লা নুংঙাইজৈ। অবোইবা ওইনা ব্রাহং অমতংগা - পুন্সি হাযবসিদি লেপ্পা লৈতনা চেন্থবিবা ঈচেলনি হাযজবিবা।"

- "অহোয অচুম্বনি পুন্সিগী ঈচেল কনানসু থীংঙ্গবা ঙম্লোয।"

- "মবম অদুনা ঙসিদি অদোমবু মফম অসিদা লেংবীবক্লী।"

- "য়েস, অচুম্বা ব্রাফমনি।"

- "য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদাজবকপা তাবগদি হিবম অশোমদদি কমদৌগনি। তুংগী আশানা কবি থম্বীবিবা আফটব মেবিযেজ।"

- "সাব, ঐগী মোৎতা হিবম অসিদি তাইম পাসকী ওইনা ট্রেনিং তৌজক্বা নত্তবনিনা পাক হেক থাদোকচবদি ঙমজখিবোয অদুবু মফম মতমনা অহোংবা অমদি শোইদনা লাক্কনি হায়না খঞ্জে। ঐগী ইনাওশিং ট্রেনিং তৌবি। মখোযবু হলক্কবা মতুংদা মখোয়গা তান্নজবা তাবে।"

- "থেঙ্ক য়ু, মথংগী কেসন- ঐখোয়গী পাবুংগী মফমদগী তাবীবশি।"

- "ইবেন্মা নখোয অহল লমনদি শুনা লৈজবিববা?"

- "পাবুং লৈজবি।"

- "নচিন ননাওনা কয়া শুবগে ?"

- "পাবুং ইবুং অহন্দী অমেবিকাদা অমেবিকান নিঙোল অমা লৌদুনা লৈখবে। মবক মবক্তা ইনন্মদুনা লমকোইবা ইমা পাবুংগী মনাক্তা লাকই। মহাক ডাক্তবনি। ইনন্মদুসু ডাক্তবনি।"

- "ও ! অতৈদি।"

- "ইনাওনুপী অমা লৈবদুনা ঙসায় ঐনা হায়জখিবা পাল্লবগী ট্রেনিং মচা অমা তৌনবা পুনেদা লৈশ্রি। অদুগা ইপ্পা অদুদি কুমশি মেট্রিক থাখিবতা ঙাইহি। পুন্না মবিদংনি পাবুং।"

- "অদুদি নহাক য়ুমগী মৌ অমা ওইবগী মথৌদি খংলববা ?"

- "পাবুং ইমাদগী খবা মখৈদি খংজবা ঙমজবে।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে। মঙ্গোল ওইশনু।"

- "থাগৎচবি পাবুং।"

মহাক হেক থোকখিবগা মথং কৌশিল্লকই পিওন্না - সেঃ নম্বর ৭ এন. প্রীয়া দেবী লাকপবো ? লাক্লবদি লেঙশিনবীবকশি। প্রিয়া খোঙ্গাও জিন অমা শেৎলি ফুবিৎ স্তাইলগী অমা লিৎলি। নাদা মবি মচা অমা যাম্ববগা হাপ্পা ডাইমন্না মবক্তা অউবশিংগী মমিৎ থকহল্লী। ঙৌবোক ঙৌববা শাংতক তৌববা ঙকশমদা নিংথিজব্রবা ডাইমন অহুম্না লৈতেং ওইবা লিকফাং অমা খংজশনু মতাগুম শিবি। ওইথংবা খুৎকী খুৎনিংথৌ খুদোম্বীদা লংলবা ডাইমনগী নুংনা লৈতেংলবা খুদোপ অস্মম শিবি। খোংউপ মপান্দা থনমই। থোংজিন্দা লাইবক কৎলগা লেংশিনলকই। মনুংদা মীওই অনি ফমদুনা লৈবম্বা উবদা মখুৎ লোন্নবগা ইকাযখুম্নবা উৎলদুনা হাযবকই -

- "খুকজবি পাবুং খুকমজবি সাহেপ্প, চংজবকপা যাবগদবা ?"

- "য়েস, কম ওন। অদোম্বু খৌবাংনা ঙাইজবন্নীবনি। টেক ইযোব চেয়ব।"

- "থেঙ্ক য়ু, সাব।"

- "ফমথবতা ঙাইহি। মাযকৈ অনিদগী ব্রাহং মথং মথং হংবা হৌবকই।"

কুমাব - "অদোমগী এইজ কযা শুবিববগে ?"

প্রিযা - "২২ ইযবস, লাস মে।"

অচৌবী - "অপোকপা অপোকপী শুনা লৈবিবা নত্তবা ?"

প্রিযা - "অহোয় শুনা লৈজবি।"

কুমাব - "কবি আশাদগী অদোম্না ইন্টুভিযু অসি য়াওবা লাকপীবিবনো?"

প্রিযা - "সাব তিঞ্জং লাইচঙদবা অফবা থব্রাযগী চান্নবা অমতং খোংবুবোই ওইজবা ফংগদবা হায়দুনা থিজবা লাকচবনি।"

অচৌবী - "কবিগীদমক অদোম্না ইন্টরভিয়ুদা আজ কালগী ফিজোল শেৎ চাদুনা লাক্লীবনো ?"

প্রিয়া - "সাব মসি মতমগী চৎনবীনি। লৈশাবিঙৈ মতমদা অদুক ঙাওজবনি। হযেং মীখুৎ চনম্বরদি যাববোয় অদুগা অদোমগী ইন্টরভিয়ুগী নোটিসতা ফিজোলগী মবমদা হাপ্লীবমদবা অদুনা খবা কোমজবা দ্রেসতা শেৎচবকপনি।"

কুমাব - "অদোমগী ইচিল ইনাও কয়া লৈবগে ?"

প্রিয়া - "ইথন্তনি।"

অচৌবী - "লাইবক ফবি অমা ওইববা মতুংদা নপুবোইববু কবম্বা ফিভমদা লোয়নবীগনি ?"

প্রিয়া - "ঈশ্বর অমগুম্না সেবা তৌজগনি।"

কুমাব - "পীবা যাওদে ইবেম্মা ঐখোযদা ইবুংঙোদু থেন্নগা পুবকও হায়বক্লবদি কমদৌবা ?"

প্রিয়া - সাব, ঐখোয়গী দেউী অদুগুম্বা মীশক নত্তে, ঐসু পামদে। হোয বাই চান্স ইমুংদুদা মোৎ মান্নবক্তুদুনা নাখৈ শেংনবগী হিংশাপ লাক্লবদি মতম অদুদা যুম্মুবেল অহল অদুগা তান্নজবগা মথংগী থৌবাং চৎথজগনি।"

অচৌবী - "থাগৎচবি ইবেম্মাবু।"

প্রিয়া - "থেঙ্ক য়ু সাব।"

কুমাব - "মথং থাজিনবীবক্লো কযা লৈবিবগে ?

পিয়োন - "সাব লাক্তবশিং থাবগা মীওই তবাবোম ব্রাৎলি।"

কুমাব - "খবা থুনা কৌশিনলকউ।"

পিয়োন - "ফগনি সাব।"

পিযোন - মখাগী সেঃ নম্বব যেংলগা কৌশিল্লকই- "এ অনুবধা দেবী লাকপবো ?"

মমা ইবেম্মা থৌবানি চন্দ্রমুখিনা খুল্লকই - ইবুংঙো নচন্দো দুকান ফাওবদং পোৎ অমা লৈকুনবা থাখ্রি ঙাইহাক্তং ঙাইবীখো।

পিযোন্না হৌনা লাওবদুনা হায়বকই, থৌবানী নচানুপীদুবু কবি লৈকুনবা দুকান্দা থাদোকখ্রিবনো খবা থুনা কৌবকও।

লাকপা উবদা মমানা খুল্লকই,

- "হো লাকএ লাকএ, ইবুংঙো।"

মমানা মচাদগী পোৎ লৌই অদুগা হায়বকই - "চৎলো চৎলো নঙ পাবুং অচৌবীদো ইমানা ঙবাং ময়ুম চৎতুনা ইচাগী ৱাবী পুন্না শাদুনা লিথোক্লম্বনি ঙসিদি নঙনা চৎলগা ফঙ্লুবা খক্তনি।"

মচা - "ইমা ঐ য়াম্না পাখৎলেবা লাকও ইনাক্তা ফল্লোও।"

মমা - "ইবেম্মা নঙসি ইস্কোক্লসূ কিগনখবেদকো। হো ওফিস মনুংদা ফমদুনা ইন্টরভিয়ু লৌগদৌবিবশিং অদো অতৈ কনা অমতা নত্তে নঙতাদা কুমাবগা নঙগী নকু ওইগদৌবিবা অচৌবদো অদুগা মখোয় অনি অহুম খক্তনি ফঙ্লগদৌবা।"

মচা - "অদু ওইবসু ইমা থোংজিন মপান্দা ফঙ্লু লাকও।"

মমা - "মসি অঙাংশিদি পুবা মীকিথিনি মপান থোক্তবা হেক অতাকনৈ লাকও ঐ মাঙ থাগে শক্তাশিদি।"

ওফিস মনুংদা ফম্লীবশিং হংনবকই - "কৈদৌববা জাৎনো মী লোযববো ?"

পিযোন - "সাব লাক্লে। মনুংদা ওনশিনলগা খুমই।"

মখোয় মমা মচাগী মতৌদুদা অমুক হাযবকই- "থৌবানী খোংথাংদু খবা যাংশিনবীবক্লবা মনুংদগী হাযবক্লে।"

থৌবানি - "হোয় ইবুংঙো। লাকইবশিনি। চংঙো মপান্দা ঐ লেপকেকো মচাবু ইনশিনলদুনা থাজিনলকই ইন্টরভিয়ু লৌনবা কাগী মনুংদুদা।"

অচৌবীনা অনুবাধা হেক উবা মক্তদা হাযবকই- "চংঙকউ ইবেম্মা ফম্মু। নঙবু কনাগা লাক্লমিবকপগে?"

যাম্না ইকাযজনা ফমথবগা খুল্লকই - "ঐখোয় ইমাগা।"

অচৌবী - "কদাযদা লৈহৌবগে ? কৌশিনলকউদনা।"

অনুবাধানা খুল্লকই- "থোংজিন্দা লেপফৌবনি।"

অচৌবী - "এঃ অদুদি কৌশিনবীবকউ।"

অনুবধানা মপান্দা ওস্থোক্লগা কৌবকই - "হো ইমা পাবুংনা অযাবা পীবে।"

মমানা মপান্দগী তাহৌদবনা হংলকই - "কবি তৌববগে ইবেম্মা নঙবো কা মনুংদগী বে বে মকৌবকই।"

অচৌবী - "হো থৌবানি লেংশিনবীবকশে।"

কুমাব হৌগৎলগা পিয়োনবু ঙাইহাক লেপহল্লগা চৌকি অদু লৌশিল্লক্লুনা ফিদা থাই মদুদা থৌবানি চংশিন্দুনা ফমথখি।

অচৌবী - "থৌবানী কৈদৌবগী মপান্দা থোংঙাকপা শাদৌবিবনো? নচাগী মতুংদা অদুম লেংশিনবীবকপা য়াদবো ঐখোয়বু মীতোপনেনা খনদোকপীবা মাল্লি।"

খংদবেদা ইবুংঙোখোয নখোয় ইন্দ্রভিযুগী নিয়মসে ঐখোয ইমানা লাক্লগা থুগায়বীবা তাবগনি হায়দুনা লৈহৌবনি। হংঙো হংঙোশে কবি কবিনো ঙবাংদগী লাইবিক্তা ইন্দ্রভিয়ু যাওকগনি হাযদুনা পাবদা অহিংগা তুমজদ্রবনি।

মচা - "ঐখোয় ইমাগী হৌনবী অওৎপা শাবা হৌবক্লে। ঐনা তলক্লুনা কোক হৌগৎতুনা মপান থোকচখিগনি। অদু ওইববদি ফগনি।"

মমা - "অসি হায়ববু কবি কাযবগে? চবো হায মসি অঙাংশিদি। নমাযদো ওনশিনলু ইন্দ্রভিয়ু লৌগদৌবা নকুশিদা।"

মচানুপী - "নঙ হেক খুম্মু ইন্দ্রভিযুদবু অশিগুম্বা ক্রেসন হংনববো? চীং, পাৎ, তুবেল, অফাওবা মীওই কযাগী মমিংদি হংগে হাযদ্রগা।"

অচৌবী - "ইকায় থীগদৌবিদা ইমৌদি। হয়েং লৈ কোইবদা খুদিথিদনা তুশিনগনিকো প্রেকতিষ্ট খবা তৌ নখোং মান্দোপ ময়াইদা।"

থৌবানি - "অদুবুদি ঙহান্দগী অহিং নোংযাইদা হৌগৎতুনা জগোয ও ঈশৈও তৌদুনা লৈবল্লবা পোৎনি।"

অচৌবী - "নোক্লগা ও! ও! তৌগদবনি চোপ্পা নঙগদবগী শকুক তানদি থাহনলু কনাননো?"

অনুবাধা শাওবদুনা হৌগৎলগা হায়বকই - নঙ হেক ইন্দ্রভিয়ু লৌহল্লো ঐবা চৎলে।

মমানা ফিজি য়ান্দুনা হায়বকই - "ইবেম্মা নঙ মতোয় নবা, মীমাংশিদা শাম্ববক্লগে। মসি মী মশক খঙদেনে।"

অচৌবী - "থেমজিনলদুনা হায়বকই থৌবানি ইকায়দুনা তৌবিনি। য়াবে যাবে ইন্টারভিয়্যু লোয়বে।"

মচা মপান থোকখবে থৌবানি চংশিনলক্লুনা ক্বা মতপ অচৌবা অম্মম টেবল মথক্তা থম্লগা হায়বকই-

- "ইবুংঙো অঙাংনি ব্রাবৌগনুকো। কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লপগী হৌনশা চোপ্পা নংলে। য়ৌবে য়ৌবে। শোইহনবীবকনুকো। হৌজিক হনখিবদা অউনপোৎকী দিমান্দ তৌবম্লগদবনি অনি অনিনা খুজিং ওইবগা ইবুংঙোদো হেক থোক্লপগা মানা অপান্বা গাড়ি অমা লৈননবা মপু দি.আই জি. গা ঙসি তান্নকগদবনি।"

য়ৌবে ইবুংঙো, য়ৌবে কুমাব।

- "অহোয় থৌবানি।"

- "অশুম লৈজহৌবে থৌবানি।"

- "তৌবিহৌখো মওংদি মান্নবা।"

ঙাইহাক লৈবগা মখোয অনি ক্বা মতপ য়েন্নদুনা চামিন্নে।

অচৌবীদা কুমাবনা হাযবকই- "ঐখোয় থৌবানিসিদি গট মতা অমনি।"

অচৌবী - "অদুবুদি কবিনো ইবুংঙো অউনপোৎ যেংলগা মচানুপী সেলেক্সন তৌগদৌবিনি।"

কুমাবনা ঘডি যেংলগা হাযবকই "পাবুং মতমসিদি আ যৌবল্লে। পুং ১১ ৩০ তাখবে।"

অচৌবীনা পিয়োনবু কৌশিল্লগা লিষ্ট য়েংই। "অদুগা হাযবকই মী অনী অহুমদা ঙাইশিল্লক্লে ইবুংঙো, ব্রাববসু ব্রানা মখোয অহুমশিদি মওংদা মান্নবা তৌবীবগা থাদোকখ্রশি।

কুমাবনা ফমদু তাবগা ফাগীতৌবদুনাহায়বকই "পাবুং ঐদি পুক যাওশিলক্লবা জাৎনি।"

অচৌবীনা কুমাবগী পাউখুমদু তাবদা নোক্লদুনা হাযবকই "ইবুংঙো খবা ব্রাবিবা তাবে। হুবেল পাবুংনা খঙনা হোটেলদা পুশিনবীগনিদা।"

কুমাবনা হায়বকই "খংদবে পাবুং, হয়েং ঐখোয়না অশুক ব্রানা

মাগীদমক হোৎনবিবগা মাগী অপাম্বগী মায়োক্তা ঐগা তান্নদনা থবক কয়া তৌবমই হাযদুনা ব্রাহে অমা অনি হায়বক্লবদি পাবুং নচাদি শিবনা ফৈকো।"

ব্রাহে অদুদা নোক্লদুনা অচৌবীনা হায়বকই, এ ইবুংঙো মদুগীদমক হৌজিক্তগী থব্রায় ব্রাক্তগনু নঙ পাবুং হিংলিকো। কবি অমত্তা চিন্তা তৌনিংঙাই লৈতে চিংনক্তগনু পুক্লীং। পিযোন্দা ওনশিল্লি- "ইবুংঙো কৌশিল্লকও মখা অমুক নঙগী চৌকিশি খবা পুথোকখ্রো। য়ামশিল্লক্তবে অব্রাবশি খবা খাংমিন্নবা তাবে ঙসিদি।"

পিয়োন - "অহোয পাবুং।"

অচৌবীনা ব্রা মখা শমথবকই "ঐসু থাজদবনি। মণিপুবগুম্বা পীক্লবা চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবা ষ্টেট অসিদা কৈন্যা পামজৈ হাযবা ব্রাহে খবা অসি হাপ্লবদা ইখৌ লাংবী ঙসিগী অসিগুম্বী চনুবা কয়া থোক্লক্কনি হাযবা। অদুবু অহোংবা লৈবন্নে।

মসি খঙদবা ঐগী ইচানুপা অহন্না ঐবু অঙাওবা অহলনি হাযদুনা পৈবিবনি। মসিদি নুংঙাইববা কববাব মখল অমা ওইবন্নে ইচম চম্না। অবেম্বদা অঙাং ওইবিঙে মতম মাংহন্দুনা নুংশিনবস্মীবা পৈশা খবচ তৌবন্নীবা অসিদি অপঙবা তাবন্নে। অহানবদা ইশা মতিক চাবা মীওই অমা ওইহনবা কঃ হোৎনবীবা তঙায় ফদে অদুগী মতুংদা ইমৌ পাম্বীববদি খববদা হাপ্পীযু। ইখুৎচাবা অফবা কাক কাক লাওবা মহে হৈবা পৈশা পাইবা মশক মতৌ ফজবী মগুণ লৈবী ইন্ট্রভিযু তৌদুনা ফ্রি স্টাইলদা খনবীযু জাৎতি পার্টি থম্বীক্তগনু হাযবা যুক্তিনি ইবুংঙো।

ব্রা পাঙশিন্দুনা কুমাবনা হাযবকই "অচুম্বনি পাবুং ঐগীসু পাবুংগা তান্নবগা খবব হাপ্পুনা ইমুংগী অব্রাবশি মেনখৎনবা হোৎনবগনি।"

অচৌবী -"হাপ্লু ইকাযক্তগনু মীগী মপোৎ হুবানগে হাযক্তবা নত্তে। মতমগী যাওলনি মান্নবা থাক্তা লাকচবনি।"

কুমাবসু নোক্লগা পিযোন্দা হাযবকই "মসিগী মথংদা ঐহাক্কী পালিনি ইনাও। পাবুংসে অদুমক ওফিসাব ওইনা অসিদা ফমহনগনি।"

মখোয় অহুমক পুন্না নোকমিন্নে - "হাঃ হাঃ হাঃ! ঙাহাকসু নোকমিন্নসিদা হাঃ হাঃ।"

ঙাইহাক নোকমিন্নক্বা মতুংসিদা পিয়োন মপান থোকখবে। সেঃ নম্বব যেংলগা কৌশিল্লকই। "সেঃ নম্বব ৯ দবল্লিউ বিনোদিনি চনু য়াওবিববো ?"

ঙাংবদা মবৈ লোম্বী ওইবন্নে। লাকমিন্নবা মবোক্পা খুন্নকই, "হোয ইবুংঙো যাওবিযে চংঙকপা য়াবগদবো ?"

পিয়োন্না হায়বকই -

"লেংশিনবীবকপা য়াবগনি।"

মশুনুপীদা হাযবকই - "ইবেম্মা চৎলো চৎলো যাবমালে। ঙাইবদা ইস্থোক্পা ব্রাখবে। হবাও কুম্মৈদা মপান খবা থোক্কুনা ফববা ফত্তববা অমা থমহৌগে হায়বদি ইকায়বিবনি লাইবিক্তা থব্রায় যাওবিবনি হাযদুনা কোম্থোং ফাওবা ব্রাংনা লান্না থোক্কেদো। হৌজিক্তি মদুনা কবি থোক্লে। ইন্টুভিযুমক্তা যাওবদা মশিং খংদবে। অশোনবী ঐবুসু খোংথাং খুদিংগী চেন্নবে। চৎলু খবা কন্না।"

বিনোদিনি মফি শেমজিনলদুনা হমাং তৈথোক্লগা ইন্টুভিয়ু কাদা মবোক্কা তুংথ মাংথা চংশিল্লি।

মবোক্পা মাং থাবকই ফন্নীবা অনিদা মখুৎ লোন্নবদুনা চৈশু মবংকমদা ঙা হাযবকই - "ইবুংঙো অনিমক লৈলোনবী ব্রা ঙাংবদা লৎ লৎ লাওবীগী মাযকৈদগী অশোনবী মবোক্পা নমস্কাব তৌজবি।"

কুমাব নোক্পী নোক্পী তৌবদুনা হাযবকই- "ইবোক, চৌকিদুদা লেংশিনবীশি।"

পিযোন্না মানা ফন্নম্বা চৌকি পুশিনলক্কুনা ফিদা থাই।

অচৌবীনা নুপীমচা অদুদা যেংলগা হাযবকই - "ইবেম্মা লেংশিনবীযু চৌকিদুদা।"

মখুৎ লোন্নবদুনা য়াম্না ব্রানা হায়বকই - "পা - পা - বুং - যা - যা - জ - জ - বে। আঃ আঃ শুম লেপ লেপ চবগে।"

পুক্পীংদা নোক্পীংবা ফাওবকই অদুবু নোকউবদি য়াদবা মতাংনা তপ্না হাযবকই - "ব্রাগনি ইবেম্মা ফম্মু।"

য়া - জ - জ - বে, - পা - পা - বুং।

উপায লৈত্রবা অচৌবী তুমিন্না লৈ। লাকমিন্নবা মবোক্লা মখুদাং পাইদুনা চিংথবগা ফমথহনলি। অদুবু ইকায়জবনা অমুক হৌগৎলি। মমৈথংদা হায়বকই

- "ইবুংঙো অনম কনবীনি লেপ্না শুম হংবীবো।"

অহন্দুদা ওইনা কুমাবনা হংলকই

- "ইবোক মহাক্কী ইমা-পাবুং শুনা লৈবীবিববা?"

- "লৈবি শুনবা।"

- "অদুদি অশোনবী ইবোকপু কবিগী মহাক্কা থাদোকপীবক্লীবনো ?"

- "আঃ ইবুংঙো ব্রাহংদো যাম্না ফজে। নবোকসু যানিংই। অদুবুনে ইচানুপাদো থবক্তী যাম্না শুজবা মীবক্তী তিন্দবা কবি হায়কগনি, লুহোংবা, শোবাৎ ফাওবা অশোনবী ঐনা চৎলি। মমাদুনা অমুক অপংবী নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ঙাংনবদা নবোক্তী ব্রাববনি। মবম অদুনা শোল্লবসু শোন্না ইশুগীদমক্লি খন্দুনা কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ু অসি যাওবা লাকচবিবনি।"

- "মহৈদি কয়াম তমখ্রবগে ইশুগী ?"

- "মহৈদি ফনয়াম্না তম্লবনি। ইদুনা হংবীযু। ইংলিস, হিন্দি, আসাম্মি, বেঙ্গোলী লোইনা ইবা হৈবনি। ডিগ্রিনি।"

- ও ! অদুদি কুমাবনা চেদা ইবদুনা হংলকই, "অদোম কবম্না ইয়ুনিভর্সিটিদা ডিগ্রি লোইবিবকপগে ?"

পাউখুম ইদুনা হাযবকই - "গৌহাতি ইয়ুনিভবসিটি, ডিকবোয় দা ২০০৪ দা ওব কবতন কোলেজ, গৌহাতি।"

- "থেঙ্ক য়ু, গুদ লক।"

- "মখাদি পাবুংদগী ?"

অচৌবীদা মখুৎ লোন্নদুনা ইঙ্গিৎতা নমস্কাব তৌবকই।

- "হাঃ ইবেম্মা ! নঙগা ঙংনবদি ব্রাগদবনা ইন্দোন্দা হেক্তা হংজগে ব্রাবৌবীগনু।"

অহন এঃ হংগদবনি ইবুংঙো, হংবীবকউ খুমজগে মদুগীদমকইশুগী মতুং ইন্দুনা চংজবক্লিবনি। মবৈ লোম্বীগী ঙাংনবসে খবা লুবনি। হংবীবকও যাবে।

- "অচুম্বনি ইন্দোল । হংজবক্ললগেকো!"

- "অহোয়।"

- "অহানবা ব্রাহংদা কবিগুম্বা ইন্দোলগী মশুশি ঐগী ইমৌ ওইনা সেলেক্সন তৌশিনলক্লবদি নশুগীদমক্লী হায়দুনা কবি কবি মতেং পাংবীবা ঙমগনি।"

- "ইবুংঙো অদুবুদি অপোকপা অপোকপী লৈবি। মথন্তাগা পোকচবনিনা লুহোংবদা উল্লকদবা অউনপোৎশি আগাদা পৈদুনা লৈববনি। ইচাদো শেম শাবা যাম্না হৈ। মখুৎ মক্লা চঞ্জবা উপু কাংথোন মমায় মঙা লোংবী মথোল ৫ লৈবী, উপুমক্তদা মখল মখল শাদুনা থম্লবনি। অতৈ গ্যাস, ফ্রিজ, ফিল্টব, বেডীও, টি.ভি. সেট, মোডা, কোল লিক, অদুতা নত্তনা লৌ পবি অনী অহুম ফৌদা ফৌপোৎ ৪০।৫০ অঙকপদা উলক্তদৌবিপোৎনি ইবুংঙো অশোনবী মবোক ঐনা থাবদা ঙম্লবোয়।"

- "ও মবলদি যাম্না লৈখ্রবা জাৎনিনে।"

- "লৈ ইবুংঙো । মপাদো ভোট লেপম্মী, ব্রাংখেম শামু হায়বদুনি।"

- "ও ! অদুদি ঐগা পার্টি পুলম্মী। বিষ্ণু বিষ্ণু ঐদি কাওথোক্লুবে।" বিনোদিনিদা ওনশিন্দুনা হায়বকই "ইবেম্মা ব্রাবৌগনুকো নঙ পাবুংদো ঐগা খংনবনি। যাবে য়াবে ইন্দোল ইন্টুভিয়ু পাস তৌবে। নখোয় পাবুংদো হযেংলা কবিনো মতম অশংবা অমদা অমুক্তং পাবুংগা উনশি হায়যু কাউগনুকো। চৎলো চৎলো! বিষ্ণু বিষ্ণু শোইবমগনিদা!" অহন্দা অমুক ওনশিন্দুনা হাযবকই ইন্দোল ব্রাবৌবীবা য়াদ্রেকো মবি মখোং থিগৎনকদবনা মতম মাংহনখবে। লেংথোকপীবো। নশুশে ইমৌ ওইবগদবনি।

হবাও হবাও নোক্লদুনা হায়বকই -"অদুদি ইবুংঙোখোয় য়ৌশিনশ্রগেকো। শোইদনা নচলশে খনবীবকউ। লাকও। লাকও। চংঙকপদা নঙনা মাং থংখিবা নত্তবা হৌজিক্তি নবোক্লা মাং থংবীবগে, নুংঙাইবে। ইশুগী মবাইবক লেপ্লে ফবেদা, খংনচান্নবা ওইবীবম্বা লাকও লাকও।

হবাও হবাও চৎখিবগা পিয়োন্না মানা ফম্লম্বা চৌকীদু মপান্দা অমুক পুথোক্লদুনা থম্লগা কৌবকই।

- "সেঃ নম্বব ১০ আব কে. শানামানবী যাওবিববো ?"

- "যাওজবিয়ে।"

- "অদুদি লেংনিবীবকশি।"

- "থেঙ্ক য়ু। ঙাইবদা খ্বাংকশে ইনা হেক নাশিনলকই।"

মথন্তা মচিন্দাশোঞ্জে হে ঈশ্বব তোল্লবী ননায় শনামানবীবু ঙসিগী ইন্টুভিয়ু অসিদা মায পাকহনবীদুনা ঐগী হাংলবা থম্মোয়শে থলহনবীয়ু। মথন্তা মচিন্দা শোল্লগা মমাযদা মকোক্তা নাম্থবগা হৌগৎতুনা চংশিনলকই জয় কৃষ্ণ। চংশিল্লকপদা লাইবক কৎলি। মখুৎ লোন্নজৈ মোমোন নোক্লগা চোইজাইনববা শন্নাং শেমজিনলি। অদুগা হাযবকই-

- "গুদ মোবনিং সাব, মে আই কম ইন?"

- "যেস, কম ইন। টেক ইয়োব চেযব।"

- "থেঙ্ক য়ু, সাব।"

ফমথবগা কুমাবনা ব্রাহং হংলকই-

- "অদোমগী লৈফম অসিবু কবি লৈকায হাযবগা খংনবগে ?"

- "থাংজম লৈকায় হাযবগা খংনগনি।"

- "থেঙ্ক য়ু। অদোমগী ইচিন ইনাও কযা লৈবীবগে ? লৈববদি অদোম্না কযা শুবা ওইবীববনো ?"

- সাব হাযদোকপগা ইকাযজবা জাৎনি। ঐবু অশেংবা হাযদোক্লশিবনে হোয়দ লোৎপসু য়াববোইদবা অসিবু সাব পুক্নীংদা খলম্বদগী মচিন্দসু শোল্লকই। মমৈথংদা হায়বকই- সাব ইমা মঙা শুবনিনা ইচিল- ইনাও মশিং অসি খবা হোংলে।

- "কযানো চিংনদনা হেক্তা হাযদোপীয়ু।"

- "সাব ১৫ খক্তনি।"

- "ও ! মীচংদি যাম্মে।"

- "অহোয় সাব । খবা যান্নে হাযবা তাবে। যেম্বোক্লখ্রববুদি যামদবা।"

- "অদোম্না কয়াশুবা ইমাগী কয়াশুবা মচলনো নত্রগা মচে ?"

- "ঐহাক অতোম্বীগী অতোম্বী মচননি। ইথক্তা ইবুং ঙাক্তনি অদুনা লুনা তৌবী।"

- "লাইবক ফবনি। ইথক্তা ইবুং ১৪ লৈবা হায়বশিমক লেমজনিংঙায়নী কবিগুম্বা অওং অউন মক্তা তন্নবসু য়ান্ননি হায়জবিবা।"

- "অহোয় সাব অদুবু।"

- "মখোয় কবি কবি থবক তৌবগে ? সবকাবগী ইমপ্লোয় ওইবা কযাদি য়াওদববা ?"

- "য়াওই সাব। তকক্তী সবকাবগী ইমপ্লোয়নি।"

- "তাকপীশি।"

- "অহনগী মচা অহন্দী রাজপুট বাইফলদা মেজব ওইনা লৈবি।"

- "অহোয়, অতৈদি।"

- "অতৈ অনিনা শিফায ঙাক্তনি। অনিশুবা ইমাগীনা মচানুপা য়াইমদু পুলিস ইন্সপেক্টবনি। মথক্কীদি থবক তৌদে লৌমীনি। অতোপ্পনা কাবপেন্তবনি। মথং ইমা মবি শুবগীনা অহনদু ফোবেষ্টকী বেঞ্জবনি। অতৈদি পুলিস ঙাক্তনি।"

- "থেঙ্ক যু। অবোইবা ওইনা অদোম্মা হৌজিক ফাওবদা মতিক চাবা মৌ অমা ওইন্নবা কবি কবি থবক থৌবম তমশিনবীবিবা য়াওববগে ? যাওববদি খবদং তাকপীয়ু।"

- "*(নোক্লগা) সাব ইস্থোকপা কেসনবু হংজিনবীবকই ঐদি ইচম চম্না পংঙাও* ঙাওদুনা লৈজবনে। কবি হাযকগনি চাকখুম কাশে ইচং চংদবনা চাক ইঙ্গাং থোংবা কাশে ইহৈ হৈজিন্দ্রি। হোয হযেং মতমদু য়ৌবক্কুনা তঙাযমক ফবক্কবা মতম অততাইদদি নমফুদা হৈননবা হোৎনজগনি।"

- "থেঙ্ক যু মথংদি পাবুংদগী ওইনা তাবীবশি ব্রাহং খবা।"

অচৌবীদা ওনশিন্দুনা খুকমজবি পাবুং! অক্বা কেসনদি হংবীবক্কনুকো লাইবিক্কা থাদোকপা যাম্না কুইববা জাৎনি।

- "হোযদা ইচাদবু কবি কবি হংগনেগে অদুবু ইন্টব্রভিয়ু অমনিনা নং পাবুংগীসু ব্রাহং ১।২ দং হংগে অশেংবদি খুম্বীবকউ।"

- "খুমজগনি পাবুং! কবিগী লোৎলুগদৌবিবনো মকু ওইগদৌবিবনা হংবদা অশেংবতা খুমজগনি।"

- "অহানবা ব্রাহংদা ইবেম্মবু ঐগী ইমৌ ওইনা ঙসি অসিমক সেলেকসন তৌবকপা তাববদি অদোমগী ইমুং মনুং হায়বদি ইচিল ইনাওশিং ইবুং

ইপ্পৌৱাশিং ময়াম্মা কদায় ফাওবা ইচলগীদমক্কী নৎত্রগা ইচেগদমক্কী হায়দুনা পাম্বোম তিংবিবক্কনি।"

- "অদুবুদি পাবুং নিংঙোল অমতং ওইবনিনা মবুং তবেৎকী থবাতোনগুম্মা মবুং ১৫ না পাম্বোম তিংবীবক্কনি। অদুগা ঐখোয় পাবুংসু অদুঙৈগী দি.আই.জি বিট্যাবনি।"

- "য়াম্মা নুংঙাইজে । হৌজিক কবি থবক্তি তৌবিবগে ?"

- নোক্লগা খুম্লকই "পাবুং হৌজিক হৌজিক্তি ইশা কোম্মা লৈজবি।"

- "যাম্মা নুংঙাইজে ইচাগী চল্লবা পুক্লিংগী ৱাহৈশিং অসি তাবদা মঙ্গোল ওইয়ু।"

- "পাবুং খলক্তবা যাবোয়কো।"

- "হোয ইবেম্মা।"

পিযোন্না মথংগী কৌশিলকই- "সেঃ নম্বব ১১ কে এইচ মোম্বী দেবি য়াওবিববো ?"

মখোয অতে হংনবগা হাযবকই (কনাগুম্বনা)- "সাব মহাক্তী ঙাই ৱাবে হাযদুনা হনখবে।"

- "অদুদি মথংগী সে ঃ নম্বব ১২ পি কমলা দেবী যাওবিববো ?"

মখোয অতৈনা হংনবগা খুম্লকই "সাব মাদি ঐঙোন্দা হাযবম্ল হোতেলদা চা থকপা চৎখ্রি। শোইদনা হলকখিগদবা মাল্লি।"

- "মথং সেঃ নম্বব ১২ এ শন্তী গাংমৈ য়াওবিববো ?"

মহাক্তি যাওবমদুনা খুম্লকই,

- "য়েস সাব।"

- "লেংশিনবীবকশি।"

- "থেঙ্ক যু সাব। পুলিশকী নাল্লবা ফিজোলনি। টুপি ফজনা উপ্পী পবদা হেক হায়দোকপগা শিফায়গী হৌনবী সাবধান, সেলুট কৎলগা হাযবকই-

- "মে আই কম ইন সাব ?"

কুমাব অমসুং আচৌবী পুলিসকী ফিজোল শেৎতুনা চৈ অমা পাইদুনা চংকপা অদুদা পাখৎলদুনা হৌগৎলি। য়াম্মা কিনা য়েংনবগা হংলকই-

- "মেডাম লেংশিনবীবকউ। কবি তান্নশি হায়বগে ঐখোয়?"

- মেডাম হায়না তাকপীগনু ঐহাক ঙসিগী ইন্টরভিয়ু অসিদা কৈন্যা ইন্টরভিয়ু অসিদা পার্টিসিপেট তৌবা লাকচবিবনি।

অচৌবী অমসুং কুমাবগী থব্রায় মপান থোক্কে তৌবম্বদু ইন্টরভিয়ু য়াওবা চংলকপী ওইবম্বা অদুদা হান্নগী মফমদা নে হেক তানা হম্বকই। শ্বোব শাংনা চনিং তানা হোম্বগা লোয়ননা অচৌবীনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা চৌক্রিদুদা লেংশিনলু। ননায় ঐখোয়দি ইচানুপাগা পাও ফাওনদনা ইন্টরভিয়ু তৌবশিদা ব্রাখল শেবান্না মচোয় মচোয থল্লুবে।"

- "পাবুং! 'ননায়' হাযবা ব্রাহৈশি শিজিন্নবীদবনা ফগদবা মানজে মবমদি অদোম্মা ঙসিগী ..!"

- "ও ! কাওথোক্লুবে ইবেম্মা। ঐনা ঙসিগীদি চাউবা হেল্লিকো। অদুদি কবি চাগনি। অচাপোৎ অমত্তা থৌবাং তৌজহৌদ্রে।"

- নোক্লগা অমুক হায়বকই, "পাবুং য়াজবে, ব্রাহৈদুনা পেঞ্জবে।"

মতমদুদা হোটেল বোযনা চা কপ মবি চান্নবা প্লেট মবি মথং মথং থন্বা হৌবকই। অমনা মপান্দা ফমহৌবিবা পিয়োন্দা অনীনা কুমাব অমসুং অচৌবীদা অহুমশুবনা মাংদা ফল্লীবা পুলিস হেট কন্সেতেবল সান্তি গাংমৈদা পীবকই। হেট কন্সতেবল সান্তি গাংমৈনা মখুৎ লোন্নবদুনা হাযবকই "ঐদি ঙসায থক্লবদুদি। যাবে চৎখবো।"

কুমাবনা হাযবকই "মিস চাদো পাইশিনবীযু পৈশা ঐখোযনা তৌজগে।"

হোটেল বোযনা হাযবকই - "পৈশাদি মিসনা পীবল্লবনি।"

কুমাব - "ও! সোবি। ঐদি ঐখোয পিয়োন্না কৌব্ববা হাযববু ?"

নোক্লগা সান্তি গাংমৈনা হাযবকই - "পাবুং নচাদিনে অবানবা তৌবা নিশা শিজিন্নবশিংশে ফাবগা ফুবা জাৎনি। ঐখোয লৈকায় যুয়োনবীশিংনা ঐ হেক উবগা লুপা ৫০/১০০ চৎপী ফুবিৎখাউদা হাপচিনবীবকপা জাৎনি। মবম অদুনা নচাদি মরূপ তেন্দব যাম্না যাওজে কোম্না হুনবা ঙমই।"

- "অদুবুদি পুলিস হায়বেদনা পৈশা কোম্না ফংবদা।"

- "তৌবদবু মীনা নুংশিদবা থবক্নি। সার্ভিস ময়ামগী মবক্তগী।"

- "ফবে ! ব্রাফম অসি থল্লসি। হৌজিক পাবুংনা হংবীনিংবা ব্রাহং হংবীবকপা য়াবগনি নচা তৈয়াবিদা লৈজবে।"

- "কবিবু হংগনি ইবেম্মা পুলিশ মীচম ঐখোয়না।"

- "পাবুং অচুম্বগীবো ? অদুদি ঐ ইন্টুভিয়ুদা পাস তৌবে ঐ য়াম্মা নুংঙাইবে। ঐগী বোব ফংলে। পাবুং অদুদি অউনপোৎ কয়াম থৌবাং তৌবকউ হায়বিনো? পাবুংগী অপাম্বা পোৎ চৈশিং লিস অমা শেল্লগা হৌজিকমক পীব্রিবকউ।"

তহাবীখিগনু ইবেম্মা ঐখোযনা ইন্টুভিয়ু লৌবিবসি ইচানুপা অদুনদি কবিশু খংবা নৎত্রী। ঐখোয়নতা মানা ছুটি থোক্লকপগা মতা চান্নবা শিনবথৌবাংনি। মেন তাবা জাৎ নত্রি।

কুমাব - "মবক থৎনা ব্রাহং অমতং।"

সান্তি - "য়ানি হংবীযু।"

- "অদুদি মিস অদোম্না হৌজিক ফাওবদা ইশাগী ওইনা কবি কবি লন তানশিনীববগে? লাক্কদৌবিবা তুংগী লম্বীগীদমক যেংলগা।"

- "সাব, মমাংগী লোটবিদা ঐঙোন্দা ফাউবক্তুনা লুপা লাক্ষ অমগী স্না লেপশিঞ্জবে। অদুগা মথংদা লুপা লাক্ষ অমা মখায তাগদবা অদুনা লৌবুক লৌফম অফবা অমা লৈশিনশিবা হাযদুনা লৌ মপুগা ঙাংনদুনা লৈজবি। মসিনা ইবনাযগী লন্নী। মফৎ লাল কম্পনিদগী ফংলকপা শেনফম অদুগা ইশাগী ওইবা মৌ অমা ওইবগী চেনবা য়াবা মগুণদি লাইবিক অমা য়েংজদুনা কন্না ষ্টদি তৌজবি।"

- "লাইবিক্তুন্দা কবি কবি মকওইবা গুণদি চেনবগে অদুদংগা খবা ফোংদোকপীবম্মু।"

- "অতৈ নত্তেদা সাব। হাও টু মেনেজমেন্ট ইন অ ফেমিলি হাযবদুনা অযাম্বা পোইন্টনি। অদুগা থোং থাকপা চাক ইঞ্জাংগী লোয়ননা মনেম মকু মপুবোইবা অমদি ইমুংদুদা লৈমিন্নবিবা মীওইশিং অদুগা মতৌ কবম্না নুংশি চান্না পুকচেল খোইজেল তিননা লৈগদবা হায়বসিনি।"

- "ও কে. থেঙ্ক যু। তাবদা য়াম্না নুংঙাইজে। পুলিসমক ওইজববসু মতম অশংবদা কান্নববা লাইবিক পাবগীদমক পাবুংনা সেলেক্সন তৌবীবা ওইশনু

হায়না পাবুংগী মফমদগী ঐগী সাইদতগী বিক্রেষ্ট মচা অমতং তৌজবি। গুদ লক।"

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

- "ইপাগীদি থোইদোকপা ব্রাহং হংনিংঙাই লৈজদবে। ঙসি ইচানা ইশাগী ডিয়ুতি লৈজববসু যাম্না মমল লৈনা খনবীদুনা ঐখোয়গী ইন্ট্রভিয়ু অসিদা শকক যাবীবিবা অসিমক ইপাখোয়গীদমক যাম্না লাইবক ফবনি হায়জনিংই। মতম ঙাইবীয়ু পুক্নীংদা নুংনাংবা তৌবীকগনু।"

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

কুমাব - "গুদ লক।"

পিযোন্না মথংগী সেঃ নম্বব যেংলগা কৌশিল্লকই "সেঃ নম্বব ১৩ নেসনেল ফুটবোল প্লেযব নামৈবাকপম চনু খম্বী যাওববদি লেংশিনবীবক্লো।"

ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা ফুটবোলদু মমান্নবী অমদা শিন্নবমই। ফুটবোল ট্রাইএল তৌবা কাংজৈবুংদা চৎলুবনিনা ফিজোল হোংদোক্না ট্রেক শুট অদুম শেৎতুনা খোংকাপ লাওনা থাং চংশিল্লকই। খোংজিন হেক য়ৌবদা শ্নোব হাযফেট যেংলগা লাইবক কৎচৈ। পবদা হাযদোকই মনুংদা ফম্নীবা অনিদা নোল্লুক্না খুকমজবগা হায়বকই -

- "মে আই কম-ইন সাব?"

- "লেংশিনবীবকউ।"

নোক্লগা হায়বকই- "পাবুং নচাবু ব্রাবৌবীগনুকো মতম খুৎযৌনখিবনা ট্রাইএল চৎলুবদগী অদুম ফিজোল হোংদোকপা নংদনা অদুম চংশিল্লক্লে। ইমান্নবীশিংসু মপান্দা লোয়না লৈহৌবি।"

- "কবিসু কাইদেদা লেংশিল্লু ফিদা অদুদা।"

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

কুমাবনা হংলকই - "হেল্লো মিস খম্বী অদোম্না নেসনেল প্লেযাব অমা ওইববা মতুংদা কবি কবি লমদি য়ৌবিকববগে?"

- "সাব, ঐনা নেসনেল প্লেয়াব অমা ওইববা মতুংদা ভাবতকী মফম অয়াম্বদা য়ৌজকবে হায়বা য়াবে।"

- "ইন্দিভিজন প্রাইজনা হৌজিক ফাওবগী মনুংদা কয়াবক লৌবীশ্রবগে ?"

- "সাব ইন্দিভিজন প্রাইজদি অনিবক লৌজবকখ্রে। অদুগা টিমগী ওইনদি মায় পাক্লকপা মঙাবক শুখবে।"

- "তাবদা নুংঙাইজে অদুগা হংজনিংবা অমনা কবিগুন্না ইন্টরভিয়ু অসিদা অদোম্মু পাবুংনা মমৌ অমা ওইনা খনবীবকপা তাবক্লবদি থব্বায়না পামজবা মশান্না অসি থাদোকপীগদবা নত্রগা অসুম শান্নজখিগে হায়দুনা ইপুবোইবা অমদি ইকুগী মফমদা বিক্কেট তৌদুনা শান্নখিগদবা ?"

- "সাব মদুদি হাযবা ঙমজদবে। ইপামদা লৈবিঙৈ নিংঙোল ওইবী ঐখোয়গী পুন্সি ফ্রিনি হায়বদি ফ্রিদম লাইফ ইনিংতৌবা য়াই। অদুবু মেবিযেজ তৌববা মতুংদগীদি ব্রাংলবা জেলগী চেকপল অমগী মকমদা থুগ্নুনা পুন্সি লেল্লুগদবনিনা জেলব ওইবীবিবা ইপুবোইবা অমদি ইকু ইনেমগী অনিংবা অপামবগী মখাদা লৈখবে।"

- "য়াম্না চুমখ্রবা ব্রাফমনি। নেস্ট কেসন অমতংগা হংজখিগে।"

- "হংবীয়ু সাব।"

- "পুন্সি হায়বসি হুবেল হয়েং মফম খংদে হাযজবিবা।"

- "অচুম্বনি সাব মফম খঙদে।"

- "অদুদি হিংলিঙৈ মতমসিদা মেবিয়েজ লাইফতা তুংগী লেমহৌবিবা পুন্সি অসি কবম্বা লাইফ ষ্টাইলদা হিংবীগে হায়না আশা থম্বীবগে ?"

- "সাব ঐগী মোৎতদি ফ্রিদম লাইফতা হিংমিন্নবা পামজে। কৈদৌকুগনি নিনিগী পুন্সি অসিদা পোনগী চেক্লা অমগুম্না খোংদা য়োৎলিং থাংদুনা হিংলুদুনা চানিংবা চাগনি, শেৎনিংবা শেৎকনি। ঈশ্বরবু ইনিং তম্না নিংগনি। তৌবদবু থকশি খাশি মীনুংশিগা ইবোযননা চৎমিন্নগনি। অহাংবা মালংনি পাইনিংবা পোম্বী চেক্লাশিংনা পাইদুনা শান্নজশনু কবিগী ফাজিন্দুনা পোনগী পেঞ্জবা মনুংদা খোংদা য়োৎহিং থাংদুনা হিংলুগনি।"

- "খন্নবা য়াবা ব্রাফমনি মিস খম্বি। মথং অসিদি অদোমগী নোংদম্বা ওইবিগদৌবিবা অদুগী অপোকপাদগী ব্রাহং খবা তাবীবশি।"

- মনাক্তা ফম্লিবা অচৌবীদা ওনশিন্দুনা হায়বকই "নমষ্টকাব পাবুং।"

- "নমষ্টকাব ইবেম্মা ইপাসু য়ামদনা ব্রাহং ১।২ দংদি হংজগে।"

- "হংবীয়ু পাবুং।"

- "ইবেম্মা হিংলিঙৈ পুন্সি অসিদা তানশিন্দুনা থনমগদবা লনশি কবিনো?"

- "পাবুং নচাগী মোৎতা মিংচৎনি। অফবা মিংচৎ।"

- "খজিক্তংদি নাথৈবমলে য়াদবদি নৎতে অদুগা অনিশুবা ব্রাহংনা ঙসিগী তাইবংনা কবি খল্লীবগে অপাম্বনা কবিনো?"

- "পাবুং ঙসিগী তাইবঙনা খল্লীবদি লন য়াম্না পৈশিন্দুনা থনম্বনি কবিশু লৈত্রবা শেল খবগীদমক্তা তুংদা অফাওবা মীওই অমা ওইজবক্কদৌবিবা মহাকপু হাৎতোকপী। শেল খবা ফংন্নবগীদমক্তা লৈবদা ফংলবোইদবা ইজৎপু ঙসিগী সমাজনা মশা মথন্তা খোংঙ্গোযনজবি। অসিনি পাবুং ঙসিগী তাইবঙনা খল্লীবা, শাগৎলিবা আশা অদুগা পামজবিবা পুক্নীংগী। ঙসিগী তাইবঙনা অচুম্বা হায়বা ব্রাহৈশি ময়েক্তা খক্তা ইদুনা লৈবে খন্নবা ঙম্নদবে।

- "যাম্না নুংঙাইজখবে ইচাগী চন্নবা পুক্নীংগী পাউখুম তাবশি।"

- "থেঙ্ক যু সাব।"

- "মঙ্গোল ওইবীয়ু ইবেম্মা, এন. খম্বী।"

পিয়োন্না মথংগী সেঃ নম্বব ১৫ গী পাবগা কৌশিল্লকই - "সেঃ নম্বব ১৫ ঐচ. থবা দেবী য়াওবীবিবো ?"

অনকপদগী খুন্নকই, "অহোয় লাকচবে।"

হৌগৎতুনা প্রপ প্রপ চংশিল্লকই -

- "খুকমজবি তামো, খুকমজবি পাবুং। নচা চংজবকপা য়াবগদবা?"

কুমাব - "য়েস কম ওন। লেংশিনবীবকউ।"

অচৌবী - "লেংশিনবীবকউ"

কুমাব - "প্লিজ সিট দাউন।"

থবা - "থেঙ্ক যু।"

কুমাব - "অদোম য়াম্না পাখৎপীববা মানে কমাল যাওববদি হুমাংদু অমুক্তা তৈথোকপবা নৎত্রগা নপথোকপবা তৌবীয়ু।"

অচৌবী - "ইচাগী মিংশিবু কনানা থোনবীবনো ইম্বোক্লা ফজখবে। শক্কা মিংগা চান্নজে।"

থবা - "অহোয় পাবুং ইমান্নবীশিংনসু অদুম্মা হায়নৈ।"

কুমাব - "অদোম্মা কবি আশাদগী ইন্টারভিয়ু য়াওবা লাকপিবিবনো ?"

থবা - "সাব মদু ব্রাহংদুগী পাউখুম হোনে ব্রালে ইকুগী মমাংদা খুমগদবা ইকায়জে। অদু নত্তবা ব্রাহং যাম্মা লায়বশিং মথং মথং হংথবীবকউ ননাইসু লৎনবা লৈতনা মবি মবি মথং মথং অদুম লেপ্তুনা খুমজনবা ট্রাই তৌজবব্বে।"

অচৌবী মবক থৎনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা যুম পানবা হায়বশে ফাগী নত্তেকো তুবেলগী লৈঙোইদগীসু হেন্না কুপ্পনি। নঙগী নযুমদা ঙাংনবা ব্রাঙাং কেথ মৌথবদো মফম অসিদা যাববোয।"

- "হৈমা পাবুংশে কৈনো অমা তৌইনা। পুস্পি অসিবু ফাগীদৌনা ? মসি ঐগী মচিং অবাংবীদু কাবক্তুনা ফবক তাবক্কনিকো। হে অহন হনুবা নঙ হাৎতোকউবা থাং লাওনা কাপতুনা।"

কুমাবনা হৌগৎলগা থেমজিনলদুনা হাযবকই -

- "অমুক্তা তপথবীযু। প্লিজ সিট দাউন, প্লিজ।"

অচৌবী অঙাংনা উশিৎতনা ঙাংবা অদুদা থব্রায চাকখ্রববা খংদবে মমিৎনা খানা যেংলগা হৌগৎলদুনা হায়বকই,

- "ইবুংঙো কুমাব মথন্তা ইন্টারভিয়ু তৌহৌবশনু চাক্কা লামশিনলকপশিদা লোইশিনলে। নঙ পাবুং খবা হালম্লগে, হেবা লব্রায মচাশিদি মী উশিং থৌওইদবা শাবদনা।"

কুমাব চে চাং লোইশিনলগা হায়বকই -

- "পাবুং নচাগা চৎমিন্নশি মপান্দা ঙাইবীবস্মু।"

ঐচ. থাবা মথন্তা নোক্তুনা ফান্দা তান থাবদুনা ঈশৈ ঙংলদুনা লৈহৌই। লা-লা-লা-হুম-হুম ইচিক হেক চিকই। কদায়দগী অঙাওবী মচাশিংনো খবা লাক্লগা ঈংনা লৈজবম্বা মফম অসিবু চবাংনহনলি। চৎখবো নাশক্তুম য়েংনিংদে। নমাযদুম ইকায়দবো? নোকপু নোকশিনগে হা হাহায়ো বীশিংশোক'

পিয়োন চংলক্তুনা টেবল চৌক্রি থাবম্বা ফিদাশিং লোইশিনলি। মপান্দা লৈবম্বা ব্রাংহৌবা খবা অদু চংশিনলক্তুনা হংলকই-

- "সাব ঙসিগী ওইনা লোইশিনবীববো ? অশেংবা অমুক্তা খংজখিগে।"

মীওই খবনা তান্নদুনা গাডিদা কাখৎখিদ্রিঙৈদা হংহৌই -

- "সাব ঐখোয় ব্রাংহৌবি। কমদৌবিগে হায়বিনো ?"

- "ইবেম্মা কদাযদগীনো অঙাওবী অমা চংলক্তুনা ইন্ট্রভিয়ু কাং খোং চাইহনখবে। ঐদি ঙসিমক লোইশিনবা পামই অদুবু য়েংশি হুবেলক পুং ২ তাবকপা অদুদা লোইশিনবা যাববা ? নখোয়সু চাক ঈশিং অবাম খৌবাংবা পোল্লমগনি।"

- "ঐখোযগীদি যাবেদা পাবুং চবা খবা খবা ব্রানশিলক্লবনিনা।"

ফবে ফবে অদুদি লৈবমখো ঐখোয় মমাংগী হোটেলদা লুক খবদং কৎশিনলুনবা তৌকখিগে হৌজিক লোইশিল্লশি।

মখোয মঙাদো অমুক হুঞ্জিলক্তুনা চৌক্রিদা ফম্লি। কা মনুংদগী অঙাওবীদু মপান থোক্লগা তুমিন তুমিন ব্রা ঙাংনদনা ফম্লীবী মখোয মঙাদা মুন্না যেংলগা নোক্লদুনা হাযবকই - "হাঃ হাঃ ই কযাদা মমায মচা অম্ম পাল্লিবশে ইকাযদ্রিবনো যেংউশে! চংলোকো নখোয মৈতৈ চনুবাশিংগী ঈজৎ যোনবা লাকচনু থাবাগী মচিং কাখৎলক্তুনা লিচৈ মক অচৌবা ইবুধৌগীদু লৌথবগা তান্ন তান্নদুনা তবোপ বোপ্লবী নখুৎ নখোংদু থোমগাযজনি। থিচুং থিচুং কাপথৎলুবো হা পুলিসতগী মুল্লগা ঐসু নুপীনিনে নখোযগুম্বী অদুবু ঐহাক্কী পুন্সিদি লৈখা তাববীনি লৈমন চল্লবীনি। ব্রাকচীংগী লৈবাং চিন্নদনা কেল্লবী ও কে নখোয অসিদা ফম্লীবশিং কনা অমত্তনা ঐগী ইগুণ খংলমলোয়। খংদবনসু ফৈ। ঐহাক নুংশিবদা খুদি থিদুনা লৈহৌববী নুপী মচা অমনি। নমথাক্কী চান্নবা কয়ানা ঐবু বেষ্টুবেন্ট কয়াদা মশীং খংদনা পুবি। অদুবু তুং কোইদেনে অঙাওবীশা ইনাক্তা পাইবক্লম্বা খোইমু পামুবা খ্বাংজেংবা কয়াদো লৈবাং ঐনা লৈমন চনখবে খংনবকপদা খাংঙুথক্কী শিঙ্গাবৈ তাহৌখি।

মপি তৈথোকই থবানা তপ্লা অদুগা মখা তাবকই- ঙসিসু শিন্থবি লেপ্লা লৈতনা পিবাং কযা তৈথোকনবা লৈত্রবা তাইবং অসিদা মশিং খংদনা কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ু নখোযদৌগুম্না য়াওজখি অদুবু ইবল, ঈশক, ক্লাস, লৈতবনা পুম্নমক

অবেম্বা নমথাক্লি। পুন্নমক ওইজবা ফংনবা ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বগীদমক্তা অউনপোৎ কীদমক্তা লৌবা ইন্ট্রভিয়ুনি। ঙসি নিংঙোল পোকপী লাইববী ইমা কয়ানা মচা নিংঙোলশিংনা চাওশিলক্লবা মতমদা মফি মবোল মহৈ মশিং মতিক চানা তমহনবা ঙমদবদগী মৈথক্তা ঙৌবি। চাওবে শাবেপ ফাজিনলক্লে কদায়দা কবি শোইখিগদগে কনানা মিশৌ চংলিবগে হায়দুনা শেন্নজবদা অহিং মিংশেল খংজৈ। থাজ য়োঞ্জবগী মতাং অমুক য়ৌশিলকপদা কাহৎলবা থৱাযনা মৈথক্তা চোংবগুম চোংলি লাইববী ইমা কযানা সমাজগী কল্লবা মীৎয়েংদা য়োনবদা শিৎত্রবী ষনবী থাকপগুম মী অশোনবী মমানা থাকচবা নিংঙোল কযাসু ঙসিগী সমাজ অসিদা হিংলিবনি ইতাশা! কবিগীনো নখোযনা খনবদি খল্লবোইদবাদা অশুক ৱানা চাদা থক্তনা নোংঙামবদগী চবম কং ফানশাং অসিদা উই উইদুনা লৈনবিবা চৎলু মতম মাঙহনগনু নুপা ওইবশিংতবু কোইবা চৎপগী মতম ফংবনি নুপী ওইবী নাক্তা পুং অমা চৎথোক্লবদা ইমুং কাংখোং চাইদুনা লৈবমগনি মীৱা নহাক্লা শোইদনা তাগনি চৎলু। ও ! নখোয পুন্নমক চন্নবী নতাবোয অমবু অঙাওবীনি খন্দোকপীবে ফৈ খন্দোকপীয়ু। নাকোং নামদা তাউ নাকোং নাম্মদা অমুক থাদোকখো তশেংনমক নখোয মিষ্টব প্রকাসপু পুক্লীংনা খোইদাবে। অদুদি লৈবিহৌবো চৎচবগে মযাম পুন্নমক ইন্ট্রভিযু মখা তৌবীহৌখো বাই বাই। মচিন্দা শোন্দুনা চৎখি। ফমহৌবিবী মঙানা শোম্ফাংননা তাহৌই শৈবেংগুম

ও ! নুংশিদা ইমা লৈবাক  
মনিপুব ! মাংলেদকো মাংবা যাবা  
মথোং খংদ্রবা নচা কয়া চাওবকপদগী  
মীতৌ তমদুনা ফিজেৎ চাকচাদা  
মীতৌ তমদুনা বন্দ কয়াদা

মথোং হুক্তবা ইকোনোমিক ব্লোকেট কযাদা লৈখা তাবে মনিপুব হৌগৎপা ঙন্নবেবায় অমুক অদুঙৈগুম ওনশিন ওনশিন্দুনা চান্নবে নুংঙাইবে। পেল্লো উবগা !

তোং তোং তুম্ববাবী  
চক্রিক নাক্রি চৱাযবী  
তে তে তেমু তেমু

## হবায় মতোন পৎ খৎ

### মোমজাম মহি গ্রোং গ্রাং।

চৎখবে লাও লাওদুনা অঙাওবীগুমলবী মৈতৈ চনুবা নুংশিববী। মহাক্কী তেংথাখোল কনাগী নাপ্পদা তাবীদে। তিনখি হাংলবা মালংদা তপ্পা তপ্পা খোম্থাং য়েবদুনা বজাবগী নমথিববা গল্লি অদুদগী নমথিববা মনম মবক্তুদা হায হায়। নুংথিলগী পুং ২ তাখিবগা লোয়ননা ইন্টভিয়ুগী থোং হাংদোক্তুনা মখা কৌশিল্লকই পিয়োন্না সেঃ নম্বব ১৫ এম. মধুবালা চনু য়াওবিববো ?

এম মধুবালা য়াম্না চন্নবা ফিজোল শেৎলী য়েংবদা মশা যাম্না নাল্লী। মমিং কৌবকপা অদুদা ফন্নম্বদগী হৌগৎলদুনা খুন্নকই -

- "প্রজেন্ট সাব।"
- "লেংশিনবীবকসি।"
- "লাকচবে সাব।"

মাইথোং মকা লাম্না চিংহি শন্নাং লাংলকপগী চোৎলি চোৎলি পোমশাৎনবী লৈবাং অমা চিল্লদুনা কোইবাওনববা মিৎশ্না অনীনা ওফিস মনুংদা ফন্নমমিবা অনীবু নোল্লুক্না খুকমজবগা তাবকপা শন্নাং পৈবপ্না শেমজিনজৈ। অদুগা তবাববী চিনবান্না নোকফেৎ তৌবদুনা, তাবদা খোইথুম্নববা খোঞ্জেন্না শোম্থাংননা -

- "মে আই কম ইন সাব ?"
- "যেস, কম ইন টেক ইযোব সিট।"

শুমহৎলবা মায়থোংনি থাজ মাল্লবী শন্নাংলক্তগী য়াম্থবকপা লৈহাও অমা মোং হাজদ্রবী হকচাংনা তপ্পা লেংজবদা ঐ লৈবি মতাগুম চোংথোকচবকই লৈবাং লৈহাওনা।

কুমাব ব্রাহং হংলুগদবা তুজুংলে অচৌবীগী দিহে চহী লৈশিনলকপগী খুইথববনি অদুবু ঙসি মখুৎ চাবা মমৌ খন্নবগী ফম্নুবদা মনিং তম্না যেংজবা ফংখি তনৌববী লৈবাংগী তনৌববী শক্তম পুক্লীংদি অহল নত্তবনা খংহৌদনা ব্রাখল লামফৈ খল্লকখি। অমুক মচানুপাগীদমক ওইখিবনা ফাথজবে যৌবনগী ব্রাখল তপ্পা তপ্পা ...।

ঙাইহাক মিৎচানকই। নোকফেৎ তৌশিনলকই কবিনো হংগদবা অহনগী পুক্নীং লাংতক্লহল্লে। অশুম লৈবদি য়াদবনা অচৌবীনা হংলকই -

- "ইবেম্মা!"

- "তাকপীযু পাবুং।"

- "আঃ অদোম চিংহি লুজবকপবা নৎত্রগা শম্পু ইম্থোক্না নিংথিজখবে শন্নাংশে।"

নোকফেৎ তৌবগা খুন্নকই -

- "পাবুং চিংহি লুজবকপনি। নচাদি মীবমগী পোৎ চৈশিং অসি কয়া পামজদে, খোইদাজদে।"

- "হোয় হোয পাবুংগী ব্রাখলসু অদুমক্নী কনা কনাগুম্বনা শমদা মচু শংলি চহিদি আ য়ৌববা মতমদা মদু পাবুংদি পামজদে।"

বক্তগী মেডিকেল সার্টিফিকেট অমা লৌথোক্লগা চংশিন্দুনা অচৌবীদা পীশিল্লি অদুগা হাযবকই -

- "পাবুং মসি ঐগী মেডিকেল সার্টিফিকেটনি।"

অচৌবী সার্টিফিকেট অদুগী মবমদি খংজদবনা মনাক্তা ফল্লীবা কুমাবগী মফমদা পীশিনলি। কুমাবনা ঙাইহাক যেংলগা নোক্লদুনা হাযবকই,

- "থেঙ্ক যু। পাবুং চে অশিমক যাম্না মকওইবা মেডিকেল রিপোর্ট অমনি। মসিমক পাবুংনা খনগৎপীববা কৈন্যাশিং অদুদা পাউ হাযবীত্রগা পুবকহনগদবনি কনানা খংগনি যুক অসিদা অকিবা লাযনা মখল কযা লৈববনিনা। মদু ঐখোযনা যেংশিনফম থোকই।"

- "(অচৌবী) ও! ফবেদা ইচানা নিংশিংহনবীদুনা পাবুংখোয়গী লৌশিং হাপ্লীবে।"

- "ঐদি চম্না য়াওজগে তৌবনি। অদুবু ইমানা যাদদুনা চৎলগা য়েংথোকচকবনি। বিজল্টতি ঙসি অয়ুক লৌজকবনি।"

- "থেঙ্ক যু মিস, গুদ লক।"

- "ইবেম্মগী মহৈদি?"

- "পাবুং জেনবেল লাইনদা বিএসসি পাস তৌবগা মখাদি তমথজদবে।

মদুগী মহুৎতা ইচম চম্না ফিশা লোনশা ঈশৈ নোংমাযগী শংশাবদা খোংদাজবে।"

- "ভেবি গুদ।"

- "অধুনিক ঈশৈদা হন্দক্তা কেশেট অমা পুথোকচগে হায়দুনা কন্না হোৎনজবি।"

- "অদুদি য়াম্না নুংঙায়বা মপাওনি। পাবুংসু ঈশৈদা ঙাওজবনি। যাবগদি অদোম্না খঙ্গৎলগা পুথোক্কদৌবিবা কেশেট অদুদগী ঈশৈ অমতং লাম্থোকপীবন্নবদি অদোমগী পোইন্ট অমুক হেন্না হাপচগনি।"

- "তশেংনা পোইন্টতা কাউন্ট তৌবীগদবা লৈববদি ইকং কংনা হেক্তা শকচবগে।"

**ঈশৈ**

চন্নবী নুজাগী শন্নাংনি
পাইজবিবা মনিং তম্না
মালংগী তাস্থাদা কঙাওননা
হুন্নখো মালংবা লিবি লিবি
চিংহিগী মনম্না পুক্লীং হুববা॥
লাক্লোনে পামুবা ইনাক্তা
থাবলগী ইপোম্না ইথকহৌববা
অহিংনি মেবাগী থাবল
যেংখি যেংখিবা মাযকৈ খুদিং
ইনৌতা নৌববা মালেম্মী॥
তন্নবো নাপ্পদা নপাউদো
নুজাগী পুক্লিংবু লৈতাহল্লো
খাংজবা ঙমদনা ঙাইজবিবা
পুক্লীংনি ইকাযখীবী নুজাগী
লৈজবা পুম্বশে কৎচবগে॥

- "ব্রা ! ব্রা ! ভেবি স্যুট সোং।"

- "তাবদা ইচাগী ঈশৈশি তাবগা নোঙ্গাম্রবী ননেবু নীংশিংহলকই। মমিৎতগী শিন্নবকপা পিবাং ফুবিৎখাউদগী লৌথোক্লগা তপ্না লুকথবগা তৈথোকই পিবাংগা লোক্কা লোযনবকপনিনা। মদুসু নাতোন্দগী কামথোক্কুনা শেৎলিবা ফৈজোম মচিদা নাতোন্দগী শিন্নবকপা অমোৎপশিং তৈথোকই।"

মধুবালাগী পুক্নীং চাওখৎখবে। মোমোন নোকচৈ অদুগা হায়বকই -

- "পাবুং ঐখোযগী ইমা পাবুংগীসু ঈশৈদা লোযনা ঙাওজবা ঙাক্তনি। মখোযনা হাযহৌবিবা ইবেম্মা ইন্ট্রুভিযুদো ব্রাখল মুন্না তৌবগা খুম্মু। কবিগুম্না নঙগী নহায়বক লৈদুনা খনবীবক্লবদি অতৈ ব্রাবি হৌদোক্লমগনু নঙ পাবুং ইবানি চৎলগা অহল মশেল উনজগেকো হাযহৌই।"

- "ও! হোয হোয যাই মদুসু। অহল মশেল তান্নফম থোকই।"

- "অদো পাবুং ঐনা খঞ্জবদা ঐগী অউনপোৎতি ঈশৈগী হাযবদি ম্যুজিক ইন্সট্রুমেন্টশিংনা অযাম্বা তৌবিবক্কদবা মাঞ্জে।"

- "যাম্না নুংঙাইবা খববনি। পাবুংনা সাইদ্রম যৈবগা মিসনা ঈশৈ, মরুপ প্রকাসনা গীটাব ও! পুবা ওফিসাব ক্লব ওইনা ওস্তোকপা যাবে। তামোনা বাঁশি, ইতৈমা বিলাশিনিনা ওবগান, ইবেম্মা কমলানা শডিক, ইবুংঙো বটন্না ঝান কুবতাল, ঝিন জক ঝিন ঝক ব্রা ব্রা। মখোয অহুম পুন্না হৌনা নোকমিন্নৈ।

- "হাঃ হাঃ হাঃ!"

- "যাবে য়াবে। গুদ লক। মঙ্গোল ওইবে হাযনা খনবীবো।"

- "থেঙ্ক যু পাবুং, থেঙ্ক যু তামো।"

- " ফাইনেল দি নৎত্রিকো।"

- "অহোয তামো। নোটিস তা যেংজবগে।"

পিযোন্না মথং সেঃ যেংলগা কৌশিল্লকই- "মথংগী সেঃ নম্বব ১৬ ডবলিউ উবমিলা দেবী যাওবিববো ?"

মমিং পনলকপদা ব্রাংখেম উবমীলা ফন্নস্বদগী হৌগৎলি। অদুগা খুন্নকই

- "সাব যাওজবিযে।"

- "খবা থুনা লেংশিনবীবো।"

মশা মউ য়াম্লা নোয পেনবী উবমীলানি তহা তহাবা থবক যাদে শমু খোংথাংদা তপ্লা তপ্লা চংশিনলকই। পবদাব হাযদোকপগা মনুংদা মীওই অনী লৈবম্বা অদুদা মখুৎ লোন্নদুনা হায়বকই -

"খুকমজবি পাবুং খুকমজবি ইবুংঙো।

কুমাবসু খুমদবদি য়াদবনিনা মুন্না যেংলগা খুন্নকই -

- "ইচে ফিদা অদুদা লেংশিনবীশি।"

খোঞ্জেলদা নুংঙাইবক্তুবা উবমিলা মহাক্কী বেক্তা যাওবা আনোক অদু লৌথোক্লুনা উপশিনলগা কোযনা যেংলই কুমাববু উবদা মযেক শেংনা খংবা ঙমজবে। "মথন্তা শোঞ্জে ঐনা ঙসায় ইবুংঙো হাযকবিশিদি লোইবে ইথক থোংবা অহন্নী। ইকাযজখ্রেদা ঙসিদি কমদৌশিগে? ইকায ইকাযনা লৈবিঙৈ ফম্বকা কাওখবে। মতৌ অদুদা অচৌবীনা হাযবকই,

- "ইবেম্মা চৌক্রিদা লেংশিনশি।"

- "থেঙ্ক যু পাবুং।"

- "ইবেম্মানা ইশা অশুক নোইবীবিসিবো অসিবু কবি কবি চিঞ্জাক চাবদগীনো?"

- "পাবুং মসি ইমা পুক্লুংদগী ওইবমাল্লে। ঐহাক কবিশু থোইদোকপা মীনা চান্নদবা চিঞ্জাক চাজদে। অচম্বা মনা মশিং, মতম মতমগী ওইবা উহৈশিং মযাম্লা চান্নবিবা ক্ষেলদা চাজে।"

- "হকচাং ফবা লননি ইবেম্মা। মশা পাদুনা শক পোলাং উগদবগী শকুক নোইবনা হেন্না পামজে ঐহাকসু।"

- "পাবুং অদুবুদি যাম্লা চুমখ্রবা মযেক্লি। দিহে খোইনা ঙম্লক্তুবদা কৈদৌকুগনি মাগী পুকৈ লনগৈনা অদুগীসু মথক্তা খৎন চৈনবা মক্তা থোক্লকপদা মশা শোনবা মদুদি মখা থংলগা তোক্কনি। থবক অমতা মাযপুনবা ঙম্লবোইদবনি।"

- "ইচে ননাওসু ক্ষেসন খবদং মবক থৎনা হংজহৌগে।"

- "হংবীয়ু সাব।"

- "হৌজিক কানদা মমৌ ওইবীশিংনা মযুম পাল্লবা মতুংদা লেমথোক্লা লৈবা পাম্লবক্লিবা কবিগীনো?"

- "সাব মদু তংদাংবদি খংজদে। চৎনবী ওইনা তৌনবকপদুদা লেম্না লৈথোক্লবা ওইবমগনি খঞ্জে।"

- "হৌজিক কালগী লৈশাবীশিংনা ময়ুম পাল্লবা মতুংদা কবিগীদমক অথুবা মতমদা তোংঙান চান্নবা হোৎনবিবনো ?"

- "সাব তোংঙান চাবসি মী য়ামদ্রবনিনা ইঙ্গ্লাং হাওবা হেল্লী। অদুগীসু মথক্তা মবুক্লিংদা সান্তী ফংজৈ অদুননি।"

- "অদোমগী ইকু নত্রগা ইনেম অদু শোঞ্জীলক্লবদি কবম্বা ফিভমদা থমদুনা লোযনবীগদগে?"

- "সাব মদু ঐগী মোৎতদি মবুক থক্কী মচাগুম্না লুনা চান্না তৌবীগনি। মখোয়না মপুবোইববু পোকপীবনি অনৌবা শংসাব উহনবীবনি।"

- "কবি শিনফমদি হৈবীবে ?"

- "সাব ঙা ফাবগী শিনফমদি পীশক পীক্লিজৈদগী হৈনজবক্লে। হৈকক যেল্লী মনবা, থম্বাল হেক্তুনা যোনবগী শিনফমদি তন্দুনা তমজবক্তে।"

অচৌবী ইবেম্মা! ঐখোযগী লমদম অদুদি মদুগী দাবকাবদি লৈববোয। চান্নদবে ইন, লোং, তুঙ্গোল, লু শাবগী শিনফম হৈন্নবক্লবা অমা খবা কান্নগনি।

- "সাব মদুসু তঙায়মক ফদ্রবদি তমজগে।"

- "ইবেম্মা লাইবিক্তি কযাম তমজহৌই।"

- "পাবুং ক্লাস ফাইপ ফাওবা যাম্না ৱানা তমজহৌই।"

- "পলেম পম্হৌদি শুনা লৈবিববা ?"

- "শুনা লৈজবি।"

- "চহিদি কযা শুবে ?"

- "পাবুং ইশা চাউজবদুনা চহি যাম্বা মালমগনি। শুপ্নগী চহি ১৮ থা ৮ শুজবে।"

- "এ! অদুদি ইবেম্মা নহাক যাম্না অঙাং ওইবিনা। অতৈদা খুদোংচাবা যেংবা যাবি।"

- "সাব! ঐগী বোদি অসি উবগা কিববনা খংদে নত্রগা চহি যাম্লমলগনি হাযদুনা খল্লববা খংদে ঐনা হেক লৈশাবী খবা খবা ফাজবকপদগীনা হৌজিক

ফাওবদা খোইমু মথোংচাদবা অমখক্লা ঙাইহাক্কী তাৎপাটতা ডিল লেনবা ওইনা ঙংবীবমই। চহি ওনলকপদা অতোপ্পা অমা পুশিন্দুনা মচা ২।৩ গী মপা ওইখবে। মনিপুবদা নুপী হোংঙে সাব।"

- "তাকপীশি।"

- "অহানবা মবম যুমলেপ চাবা তন্নবশিংনা মচা নুপীনা য়াম্না পোকপীবা।"

- "মসিগী মবমদি খংববা ইবেম্মা ?"

- "মসিগী মবমদি ঐনা খঞ্জবদা নুপী ওইবীশিংনা চিঞ্জাক্তা কামশিনলুবানা ওইবমগদবা হাযনা খঞ্জে। ফোব ইগজামপল, মিট, যেকম, কনাগুম্বীদি বম, বিয়াব, হুইসকি ফাওবা থক্কুনা ইনজোয কাহেন্না তৌই। পাবুং নুপীনা অঙাং ওইবিঙৈদগী ঙাদগী হেন্দোক্কুনা ওক, যেন, হুই, ষণ, ইবোয়, শামু ফাওবা চাখৎলক্লবদা কবম্বা হকচাংনা .... ? মথং নম্বব ২ দা নোংমদা মবম চাগেবা চাবোইবা হাৎপীনবা মশীং যামখৎলকপা।"

- "য়াবে যাবে ইচাগী পুক্লীং খংজবে থাগৎচবি। মথংগী ইন্ট্রভিযুগীদমক্তা শাজেল খবা তৌবীকখো।"

উবমিলানা ইঙক ঙক্লা হংলকই,

- "পাবুং ইন্ট্রভিযু অমশু ব্রাৎলিববা?"

- "ইবেম্মা অনী ব্রাৎলি। মসিনা অহানবনি।"

- "পুক্লীংদা অমতনি। খঞ্জবম্বনি অহুম শুবমলে।" অমুকসু খংনীংলদুনা মখা তানা হংলকই,

- "পাবুং অনীদুদি কবম কবম্বা হিবমদা ওইগনি ?"

- "ইবেম্মা অহানবগীশিনা ইচম চম্না শকখঙ মায়খংনবা লোযননা নহাক্কী ক্বালিতি অদুগা ইমুং মনুং নহাক্কী খংদোক্লবা লৌবা ইন্ট্রভিয়ুনি। অনিশুবা ইন্ট্রভিযু অসিনা ইচা সিফায়নিনা ইমৌসু ফিজিকেল ফিটনেস ওইবা তাই। মদুগী মবমদি মনেম ওইগদৌবিদো সংসাব অসিদা লৈতবে পুন্নমক ইথক্তা লাক্কদবা অদুননি। অবোইবা ইন্ট্রভিযু অসিনা বব কৈন্যা অনিগী শকখং মায়খংনবা অপাম পামদা ব্রাবোইশিন্নি।"

উবমিলা তপ্পা হৌগৎলগা শাংলবা অব্রাবগী শ্বোব অমা হোম্বকই অদুগা হাযবকই,

- "আঃ থাজদবে মসিদি।"

- "গুদ লক মিস নুংশা থীবিকগনু লাইবক্লা তন্নক্লবদি কনানসু খেৎতোকপা ঙমলোই ঈশ্বব খুকস্থীয়ুদা।"

- "য়ৌবে সাব। মথং ইন্টভিয়ুদা অমুক উন্নবসি। থেঙ্ক যু।"

- "থেঙ্ক যু।"

পিয়োন্না মখা কৌশিল্লকই- "সেঃ নম্বব ১৭ অনিতা দেবী সেথী য়াওবিববো?"

- "য়েস সাব।"

অনিতা দেবী পঞ্জাবীনি। মবুংগা লাকমিন্নদুনা চংশিনলক্লগা মকোক্তা মচনবু নুংশিনা চুপ্পীবগা নাম্থাবীবদুনা হাযবকই -

- "মঙ্গোল ওইযু ইবেম্মা। ঙবাং ঐনা হায়বশিংদো কাওগনু ও. কে. নঙগী সাবনা ঙাইবল্লগনি। ঐ মপান্দা ঙাইবমগে। চংঙো লাইবক কৎতুনা চংউকো।"

মবুংদা হন্না যেংলকই। মবুংনা মখা তানা হাযবকই,

- চংঙো। ইচল ঐ মপান অসিদা ঙাইবিবমগে।

যাম্না ব্রানা মমায নৈশিন্দুনা অনিতা সেথী ইন্টভিয়ু কাদা চংশিনলকই।

কুমাবনা তবাম্না ওক্লদুনা হাযবকই,

- ৱেল কম অনিতা সেথী। সাসবি কাল।

যাম্না তপ্না মক লুকথবগা খুম্নকই,

- "সাসবি কালজী।"

- "বৈঠিযে, গল শুনাও।"

মখুৎ মপান্দা লৈহৌবিবা মবুংলোমদা থিন্দোক্লদুনা হায়বকই,

- "মেবা ভৈযাসু ইনাক্তা কৌশিনবা য়াগদবা ?"

অচৌবীনা খংদবনিনা কুমাবদা হংলকই,

- "কবি হাযবিবনো ইবেম্মানা মপানলোমদা মখুৎ থিন্দোক্লীবশে অমুক্তা যেংউ ইবুংঙো মাগীসি মৈতৈলোন ফজনা খংদদুনা তৌবা ওইবমগনি।

- "বটায কিসকো বুলানা হৈ ?"

- "মেবে ভৈয়া কো। মেবা শাঠ।"

কুমাব পিয়োন কান্তদা কৌবদুনা হায়বকই,

- "হল্লো কান্তা হৌজিক চংঙক্লীবা অসিগী লাকমিন্নবা মবুংদু মপান্দা লৈববদি অমুক্তা কৌশিনবীবকউ।"

- "প্লিজ সাব, মহাক্তি মচলবু থনন্নগা অদুম চৎখ্রবনি লৈবা উদে।"

- "ইম্প্লোকপা প্রোব্লেম অমনি। সোবী মিস অনিতা সেথী আপ কা ভৈয়া অব বহাব মেং নহিং হৈং।"

অচৌবীনা হংলকই,

- "চৎখবে হায়ববো ?"

- "পাবুং চৎখ্রবা মাল্লে। হবেল শোইদদনা লাকখিগদবা মাল্লি। কমদৌশিগে পাবুং মথংদা ওইনা কৌশিল্লশিবা ?"

- "অদুসু নুংঙাইতে। চংঙক্লবদি নিযম তৌবা তাবনি। অমুক্তা মখোয মবোন্দা মহাক মৈতৈলোন খংববা খংদববা খংদ্রবদি খংদবগী উপায অমা তৌন্নবা।"

- "পাবুং ঐ মৈতৈলোন ফজনা খংজেযে অদুদা .. ।"

- কুমাব, ও! ঐসু মানঞ্জবদো। অদুদা কৈদৌববা।

- "ঐখোয ভৈয়াদো য়াওববদি ঐগী জিবা। থব্রায়শে খবা চাওখৎকনি অদুননি। অতৈ প্রোব্লেমদি লৈতে।"

- অচৌবী "এ. পাখৎপীকগনু ঐখোযসু মীওইবনি হাযনা খন্দোকউ। ফম্মু লেংশিল্লু ঐখোয অকবা ব্রাহং ইচাগী মথা উংহনগদবা কৈদৌঙৈদা হংজবোয।"

- "থেঙ্ক যু পাবুং।"

- "নখোয নচিন ননাও কযা শুবগে ?"

- "ঐখোয ইচল ইচে ভৈযা থাবগা পুন্না নিপান্নি।"

- "নগুনা কয়া শুবনো ?"

- "ঐনা মযায়নি। ইথক্কী ইচেদি বেঙ্গোল্লী মহাজন অমদা থাজখবে। মথং অসিনা মণিপুবি পাখং অমদা ঐবু থাজগনি হায়।"

কুমাব অমসুং অচৌবী পুন্না নোকমিন্নে অদুগা হংলকই,

- "বহুট অচ্ছি বাট হৈ। ঔব কিটনা বহিন হৈ ?"

- "সাব ঐগী ইখাদা অহুম লৈবি। মখোয়শু অতোপ্পা জাৎশিংদা লোইনা থাজবীগনি হায়।"

- "য়াম্না পুকচেল চাউথোকপগী ৱাফম্নি। অদুবু ৱাহং অমদি লৈ।"

- "কবি ৱাহংনো পাবুং ?"

- "কবি মবমগীদমক ইশাগী ধর্ম্ম জাতি থাদোক্লগা ঐগী নুংশিজববী ইচা নিংঙোলশিংবু অতোপ অতোপ্পা মানা মানা পামজবা জাৎশিংদা থাজবিবনো ? মসিদা ইবেম্মনা খংবা মবম লৈববা ?"

- "লৈ পাবুং।"

- "লৈববদি তাশিনে ?"

- "অহানবদা ঐখোযগী ইপা ইপু পুম্নমক কংগ্রেস পার্টিদা থৱায থাজবগে হাযবা ঙাক্তনি।"

- কুমাব, "অহোয।"

- "অনিশুবদা ঐখোয হিন্দু ধর্ম্মদা দহেজ প্রথা অউনপোৎকী অৱাবা লৈবশিনা খবা কোমথেক্কদবা থিবকপনি।"

- অচৌবী, "ও ! হোয তাজৈ ঐখোযসু।"

- "অহুম শুবকপদা মহাক্কী মচানিংঙোল খুদিংমক্কী পুক্নীংদা অৱাবা অপনবা পীবা পামদবা।"

- "মদু ঐসু যাজনিংই।"

- "মবিশুবদা ঐখোয মীওইবা সমাজনি। ৱাখল খন্থমিন্নশি জাৎতি ধর্ম্মনা ঐখোয মশেল নুংশিনদবা তৌবোইশি হাযবা পবা অমা তুংগী জেনবেসনদা মেসেজ অমা পীবা পামজৈ হায়বশিনি পাবুং।"

- "য়াম্না চুমশ্রবা ৱাফম্নি ইবেম্মা।"

- "ঐগী ইবুংশিং কববাবৱালা ঙাক্তনি। লন্দনদা, আমেবিকাদা চাউববা দুকানশিং হাংদুনা লৈ। পাবুংনা পুম্নমক কোইনা চৎতুনা যেংশিনলি। অদুবু ইবুং অতোনবা হৌজিক ঐগা লাকমিন্নবা অদুদি আর্মিগী হভিল্ডাবনি।"

- "ও ! হৌজিক লাকমিন্নবদো।"

- "অহোয় মহাক শ্রীলঙ্কাদা আই. পি. কে. এফ. ওইনা চহি অনী লৈকবে। মহাক্লা নোংমা খবব পাকবদা ইকায় খুম্নজবিবা তামো প্রকাসকী কৈন্যা পামজৈ হায়বা এদ্রেস, ফোন নম্বরগা কোন্ননা অহানবদা হাপ্পুনা য়াওবম্বদু উবদা অঙকপা অমা ফাওবকই।"

- "মবমদি ?"

- "মবমদি তামো প্রকাসখোয়গী পল্টুনগা তামো বনজিৎ সিংগী পল্টুনগা অমত্তা ওইনা ত্রাইএঙ্গল পোষ্টতা থা ৩।৪ মুক লৈমিন্নবমই হায়।"

ব্রাফমদু তাবদা ও! হাযদুনা অচৌবীনা শাংলবা শ্বোব অমা হোন্থজৈ। মবুক্লিংদা অতৈ মখা খংনিংবনা লাংতক্লদুনা হেঙ্গৎলকই। অতৈ মখা ব্রাবী হংথবকই-

- "ইবেম্মা মাদি ছুটি কযাম কুইনা লৌবকইবা?"

- "পাবুং থা অনি খক্তগনি।"

- "কৈদৌঙৈ অমুক চংখিগদৌববা ইপাগা অমুক্তা উন্নজনিংখবেদা।"

- "পাবুং যাগদবা মান্দবে।"

- "মবমদি ?"

- "মবমদি মহাক্কী ছুটি লোইখবে। হয়েং অযুক চৎখিনবা বস টিকেট হৌজিক ঐগা লাকমিন্নবদা কক্লবনি।"

- "ইশ ! খজিক্তদা নাম্থোকই। হুবেল নুমিদাংদি ইবাং ফত্তবনিনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা য়াববোযনে।"

- "পাবুং মাদি শ্রীলঙ্কাদা অমুক চংলবোয মখোযগী বটালিযন্দু পঞ্জাবতা থোক্লকখবে হায় অদুননি।"

- "হোয যাবে যাবে মখা তাখবকউ ইবেম্মা ব্রাবীদু খঙনিংই"

- "নোংমা মখোযগী কেম্প অদুদা এল টি টি. ঈ না এটেক্ট তৌশিল্লকই হায মদুদা তামো প্রকাসনা ঐখোয তামো ভৈযাগী পুন্সি কনবীখি হায। মবম অদুনা মহাকপু যাম্লা নুংশি মথৌনা ফবা মৈতৈ মচা অমনি হাযদুনা ঐখোয ইমা পাবুংদসু ব্রাবী ওইনা লিদুনা তাহল্লি। হৌজিক মহাক্লা চৎলিবদু হোসপিতালদগী ঐগী মেডিকেল সার্টিফিকেট লৌবা চৎপা ওইবমগনি।"

- "ও! অদুদি হনলকখিনি।"

- "হনলকখিনি মদুদা উনবিয়ু।"

- "থেঙ্ক য়ু।"

- "নুংঙাযজখবে। অতৈ ইচাগী খঙবা ৱাবী মখা মবমদা লৈবগদি খবদংগা তাক্লম্মু ইবেম্মা।

- অহোয় তাকচগে পাবুং। হন্দক ২৬ জনুৱাবিদা তামো প্রকাসকীসু পবমভিব চক্র হায়বা ভাবত সবকাবগী খ্বাইদগী লেমজনফম ওইববা এৱার্ড অদু পীননবা মিং মখোয় বটালিযনদা লাকহৌবে হায়না ঐঙোন্দা তাকপী।"

কুমাব অনিতাদা চাগদবগুম য়েংলদুনা হংলকই - "অতৈ মখা।"

অচৌবীসু মচাগী নুংঙাইববা পাউ তাবদা হবাওজবনা ঙমখৈ লৈখিদে। ইন্ট্রভিয়ু লৌবিবনি হাযবা ৱাখল থাদোক্তুনা ৱাবী মখা চংথবক্লবা হায়বকই,

- "ইবেম্মা মনা অদুদি পাক হেক ফংবা য়াবা নত্তে মতৌ কবম্না পীগদৌবিবনে?"

- "অকুপ্পা ৱাবীদি নচাসু খংজদবে। ঐনা তাজবদা মহাক্না নোংমা ব্রিগেদিযাব সাহেপকী প্রেটেক্সন গার্ড ওইনা মহাক্কী আব এলগা কোন্না এম এম জি যাওবা গাডীদা মমাং থাদুনা চৎলিঙৈদা খংহৌদনা মাইন বোম অমা পোকখাযহল্লগা এটেক্ট তৌবকপদা গাডি অদু খবা শোক্তুনা নাল্লাদা থৌথৈ হায। ড্রাইভব, কমান্দব অদুগা এম এম জি ৱালাদা গুলি পানখিবনা অৱাবা ওইবিঙৈদা তামো প্রকাসনা খুদক্তা এম. এম. জি পাইখৎতুনা লান্দাবক্লিবশিংগা মাযোক্লে হায। তুংদা লাকপা গাডিশিংগী মথক্তসু হান্না ফুমদুনা লৈবন্নবা মাইন বোমশিংনা মথং মথং পোকখাযহলক্তুনা মফম অদুদা অঙকপা অকিবা লানফম ওইবক্লবদা সিগলেন ৱালা গুলিনা পান্দুনা শিবম্লে। নাইতোম তানা হিংহৌবিবা তামো প্রকাসনা মহাক্কী আব এল পাইখৎতুনা অনকপা চেকপন্দগী নোং চুবগুম কাপশিলক্লীবা দলান অদু তাঞ্জা যেংলগা কাপ্তুনা থুগায়খি হায। মতম অদু নুমিদাংৱাইবম ওইশিল্লকপনা কবম্বনা য়েক্লবনো কবম্বনা আই.পি কে এফনো হাযবা মশক খংনবক্তবদা তামো প্রকাসনা মহাক্কী আব.এল.না লাইটকী মক অমা কাপ্তুনা মফম অদু ঙালহনলকপগা অতৈ খবা অনকপদা লৈবা কেম্পশিংদগী অর্মিশিং গাডীদা

যৌশিন্নবকপগা মতাং ওইখিবনা এল.টি.টি.ঈ.গী লুমদুনা লৈবম্বা কাংবু পুন্নমক কাইদুনা মায়কৈ খংদনা চেন্নখি হায়। মতৌ অশুম্না নোংমৈ গুলিনা শোক্লবা ব্রিগেডিয়াব সাহেপ অমসুং অতৈ অশোকপা শিফায়শিংগী থব্রায় থৌনা ফববা প্রকাসনা থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা কলহৌবনি হায়না ঐখোয় ইমা পাবুংদা তম্বদা তাজহৌই পাবুং।

নুংঙাইববা ব্রাবীনা মুন্থববা প্রকাসকী মপা ইবুংঙো অচৌবী অতৈ ব্রাহং মখা তাথখিদবে তঙক তঙক য়েংউবগা হায়বকই,

- "যাম্না নুংঙাইজবে ইবেম্মা" মঙ্গোল ওইয়ু। হুবেল নখোয় ভৈযাদু মতম শংলবদি অমুক্তা উনশি হায়না তশ্বীয়ু।

- "থেঙ্ক যু সাব, তমগে শোযদনা।"

অনিতা সেথি হেক থোকখিবগা পিয়োন্না মথং থাজিলকই - "সেঃ নম্বব ১৮ হব্রাইবম চমজবী চনু।"

চংলকপগা লুলুক্লা খুকুমজৈ ফন্নম্মীবা অনিনা হবাওনা কৌশিন্দুনা হায়বকই -

- "লেংশিনবিবকশি ইবেম্মা। চৌক্রিদুদা ফম্বীযু।"

কুমাবনা হায়বকই -

- চৌক্রিদা ফম্লগা তপ্পা খুম্লকই "থেঙ্ক যু সাব।"

অচৌবীনা হায়বকই "ইবেম্মানা অবোযবা ওইববনি। খবা খজিক যাংশিন্না হংলক্লগেকো।"

- "যাগনি পাবুং।"

- "যুমগী মৌ হায়বসি কদাযবু কৌবগে?"

- "পাবুং মসি ইশম শম্না ময়ুম পান্দ্রিবী নৈশাবী অমনা মীযাম মমাংদা মহাক্কী পুন্সি খোংলোয় ওইগদৌবিবা বব অদুবু হৌনবী মতুং ইন্না তবেৎলক কোইদুনা অঙৌবা কুন্দো পবেং শুক্লববগী মতুংদা যুম্বাল লম্বীদা খোংদাবা হৌবকপবু মৌ অমা হায়না কৌই সাব।"

- "য়ামদ্রবদা তঙাযফদনা কবি কবি গুণদি চেনবা তাবগে?"

- "তঙায়ফদনা সাব মগুণ নিপালদি চেন্দবা যাদে।"

- "কবি কবি মগুণনো তাকপীশি।"

- "তন্দবা, অখাংকনবা, মীনুংশি, থোং থাকপা হৈবা, পৈশা শিজিন্নবা হৈবা, ডিশিপ্লিন, কবেক্তব, অমসুং ইডুকেসননি সাব।"

- "কবিগীদমক ইবেম্মনা ইন্টুভিয়ু অসি য়াওবা লাকপীবিবনো?"

- "সাব ব্রাফম অসিমদি শেংলি হৈ।"

- "মখোয় অহম হৌনা নোকমিন্নে।"

- "হা: হা: হা.।"

ঙাইহাক নোকমিন্নবকুবগা হন্থবকপদা ফক্লাংদা যেংলগা খুন্নকই,

- "সাব লৈবাং অমনেনা শাংচকুই অদুবু থব্রাযনা পামজবা খোইমু খাংজেংবা অমত্তদি পাইবীবক্তে। ঈশ্বব নোংদম মতমগী ঈচেন্দা চংনবী অমা ওইনা খববগী থোংদাববনা কৈন্যা পামজৈ, কৈন্যানা বব পামজৈ হাযবা কলম অমা তৎতনা হাপ্লবকই । মদুদা খুদোংচাবা লৌজবগা ঙসিগী ইন্টুভিযু অসি যাওন্নবা লাকচবনি।"

- "কবি আশা থম্বীবগে ?"

- "আশা হাযববু অদোম্না খনবীবকপা অদুতনি।"

- "নবনায কযাম তানশিঞ্জববগে?"

- "সাব এম এ লোযশিঞ্জবগা কমপ্যুটব কোর্স অমা যাওশিঞ্জবি।"

- "অতৈদি ?"

- "অতৈদি ইমানা তম্বীবা ফিশা লোন শা খবা।"

- "যাম্না নুংঙাইজৈ।"

- "অদোম্না অঙনবা অযুক্তগী নুংথিল পুং ২ ৩০ তাববা ফাওবা অখাং কন্দুনা ইন্টুভিয়ু অসিগীদমক খাংদুনা ঙাইবীবম্বগীদমক য়াম্না থাগৎচবি। মঙ্গোল পীন্নবীবা ওইশনু। মথংগী ইন্টুভিয়ুদসু লাকপীযু অহানবগী অসিদি ঐখোযনা পাস তৌহঞ্জববনি।"

- "থেঙ্ক য়ু সাব।"

- "অদুগা কাওবোইদবা অমনা মথং লাকপদা মেডিকেল সার্টিফিকেটকী প্রমান পত্র যাওবিবকপা কাওবীগনু"।

- "অহোয় সাব কাওজবোয শোয়দনা য়াওজবক্লবা হোৎনজগে হায়বন্নগা হবাও হবাওনা মপান থোকখবে। ফমহৌবিবা কুমাব অমসুং অচৌবী অনিনা মথংগী ইন্টৃভিয়ুগীদমক ব্বাতান্নহৌই।" কুমাবনা অচৌবীদা যেংলগা হায়বকই
- "পাবুং মথংগী ইন্টৃভিয়ু অসিদি মফম কদায়দা ওইনা লেপ্পীগনি।"
- অচৌবীনা নোক্লদুনা হায়বকই "ইবুংঙো ঐদি ঐখোয় মখা থংবা লম্পাক অদুদা ইশম শম্না ময়ামগীসু কুম্মে ওইনা নয়াম্বা প্রমোটসু থেমদুনা যাওহল্লগা হোৎনবনা ফগদবা হাযবা খল্লিনে।"

নোক্লদুনা কুমাবসু হাযবকই -

- "পাবুং মীসু তঙ্খায অমদি হন্থবগনি। অদুম্না হেক্তা ফোংনা লৌবশি।"
- "মখোযগী ইমুং মনুংশিংদসু লাক্লুনা যেংবিনবা তোঙান্না বার্ত্তন তৌগনি।"
- "মদু যাম্না ফবা থৌবাংনি পাবুং । যেংবদুম ফনা নুংঙাইগনি।"

মখোয় অনি হৌনা নোকমিন্নে।

হা ! হা ! হা !
ববনা কৈন্যা পামজৈ
কৈন্যাশিংনা বববু থীজবি।
অঙকপনি সংসাব
মতমসিগী যাওলশিগদা
হা! হা! হা!

- "নুংঙাইখবে ইবুংঙো, ঙসিগী ইন্টৃভিয়ু যাম্না ফজনা চীংলেম্না পাংথোকখবে ইবুংঙোনা মতেং পাংবীদুনা । মসিগীদমক নঙগী পাবুংনা পুন্সিগী ওইনা কাওগদবা নত্তে। নহাক্কী মকুপ প্রকাসনা থোক্লক্লবা মতমদা ঐনা লোযনা তমগনি।"

কুমাবনা নোক্লদুনা খুম্লকই- "পাবুংনা পংথা থাগৎপীবে। মসিদি মকুপ অমনা মকুপ অমগী মফমদা পাংবা যাবা মতেংনি।"
- "লোইশিল্লো লোইশিল্লো নঙগী চে চাং মযামশে মসিদা ঐনা খনগৎলবা মমল খবা লৈববা, মগুণ খবা চেল্লবা, মবল খবা লৈববশিং মখোয তবাদি অদুদা হাপচিল্লু।"

- "অহোয় পাবুং চেকিশিন্না থমজিনজবগে মসি।"

- "মপান্দা লৈত্রবনিনা পিয়োন ওইবম্বা চন্দ্রসু চংশিন্দুনা লোয়শিনবা য়াওশিল্লি।

মমৈথংদা মখোয়না ওফিস ওইনা শিজিন্নবম্বা কাদুগী ভাবা পীথোক্লমই। কুমাব মথন্তা কা মনুংদা শ্বোব চনিং তানা লৈজবম্বা ব্লাফম চিনবাম্থোংদা কাংথোক্লকই-

"ঐগী মকুপনা পামজবী বানিবালাদি হেক লাক্তনা তোকইদা অঙকপনি সমাজসিগী মীওইবা ! খন্থক্ববদা নোক্লিংবা ফাওবি।"

মতমদুদা মপান্দগী অচৌবীনা কৌবকই - "ইবুংঙো লেংনবা তৌবসি"।

কুমাব হৌগৎতুনা মপান্দা থোক্লকই।

*****

## তবামাপল শুবা পন্দুপ

শুববলানা মহাক্কী পোৎফমদা শিংজু কন্না শুবী। লৈগদবা অঙাংশিংনা ফমদুনা, লেপ্তুনা ঙাইনবি।

নুংখিল পুং অমা মখায় তাশিনখবে। লৌবিংবীশিং লৌবিদা পোত্থানবা হৌনখ্রে। শাববা নুংশাগী মৈশানি খাঙফম খংদ্রবা অদুবু "বীজুলি তাবাদা শেম্বাং পবেং তোংদুনা লৈবগুম" ফমদুনা ঙাযহাক পোত্থানবা হোৎনবি। লিবি লিবি হুমদুনা থবক শুবিবীশিংগী হুমাং তৈথোকপীবি।

লৌপুশিংনা হৈথা পোত্থা পুবদুনা লাক্লবি মতম চানা মবক্তুদা। শিংজু, বোড়া, কাংঙৌ, কিহোম, হৈনৌ, অঙ্গুব, শেম, চমপ্রা, কবোক খোইদুম, চনা, চুজাক, মখল কযানি হৈথা পোত্থা লৌপুশিংগী। ঙমজ ঙমজবা থৌবাংনি লাংদুনা পুজবল্লিবা। চা, ঈশিং, বেস্কুট, বন্দ, ক্রেজেক অতোপ্পা মথেলনি হৈথা পোত্থা কনাগুম্বগী।

খুলং ঈশৈনা নিল্লবা লৌবুক লমহাং পাইবি শেম্বাং কয়ানা, উবোক কযানা মনিংতম্না, খোংলক্কী উথুম চেল্লানা নুংশিববা শুবদা টুম! টুম! টুম!

শীংজু শুবা লোযবগা লুপা ৫।১০ গী মযোম ময়োম পুনখি মথং মথং। বোড়া অম্মম তোংহল্লি মথক্তুদা মদুনা মবম ওইবগা শীংজু লৈকনবা অঙাং পাউখোলোয ৱাৎতে লৈকাযদুদা ঐ চৎকে ইচে! ঐ! মুন্নে, অঙাংশিং।

কিহোম যোনবীশিং, হৈনৌ যোনবীশিং, কোবী যোনবীশিং ৱাৎতনা লাকই হাযনকবা তৌদনা।

মমা শুববালানা পৈশা খবা খবা পুশিঞ্জবক্লবনিনা ইমুংদু খবা কোমজবা হৌবক্লে। মচানুপা অহল মহাক্কী পীক্লবা খাঙপোকশঙ অদুদা পুথোক্তুনা ফমহন্দবে। মচানুপী বানিবালানা নাকল অমদা মেনশিলকই। মদুনা অচৌবা মকুপ মপাংগী পোৎপাং চৈবাং হুন্নবি।

চৎকনু য়াদ্রবা মৌপ্পা শুধিব মচেনা গৌহাতি ফাওবা থিল্লুবগা গুজরাট ষ্টেট য়ৌখবে।

নুংথিল পুং অহুম মখায় তাশিনখবে। স্কুল বসশিং অঙাং থিনবা লৈবক খুল্লক্তা থুংলবে। মদুদা বানিবলাশু য়াওবক্তুনা থোঙ্গালদা কুমথহৌই। পোৎফম ফল্লীবি মমাগী মনাক্তা চংশিল্লকই। মহাক্লা চানিংবা পোৎশিং যেংই। মদু মমাদা যোমশিলহল্লগা মখুৎনা পাইশিন্দুনা ইমুং চংখি।

মাঙ্গোলদা ফম্লম্বা মবুং বিশ্ববজিৎ মচল হলকপগী মখোন তাবদা ৱাবম্বা থম্মোয় ঙাযহাক্তংদি অঙাং মচাগুম্মা হবাওজবগী মাযথোংদা উৎলম্মী। অদুবু নোংঙানবদগী ফমদুনতা লৈববা মবুংনিনা মচন্না চবা ৱানগদবা হাযদুনা হংলুবদা মঙক হাযবকই, মখুৎ হাযবকই -

- "ঐ কবিশু চানিংদে। নহাক চাজকুও।"

মবুংনা যাবক্তুবদা চংশিন্দুনা চবা ৱাল্লে। অদুগা মপান থোক্লক্তুনা ঙাইহাক ফম্লি। গাডি মচা অমা মমা শুববালাগী পোৎফম মনাক্তা খামখিবগী মখোল বানিবালানা তাই। মমানা থোঙ্গালদগী কৌবকই -

- "ইবেম্মা অমুক্তা থোক্লকউ হায।"

মমানা কৌবক্ত্রিঙৈদা বানিবালাদি গাডী মখোল অমা তাখিবদুদা পূক্লীংনা হান্না থোক্লিংবগী ৱাখল পোকহনলকখ্রবনি। হৌজিক্তি যমথদুনা লৈরা যাদবে। খুদৈ মচা অমা মঙক্তা যেৎশিন থোক্লকই।

থোঙ্গাল যৌবকপদা মযেক শেংনা খংবা ঙল্লে। মহাক চিঠি পুবকপা বাজুনি। খোংকাপ যাংশিনলি অদুগা বাজুদা হংই -

- "কবিনো ইবুংঙো ! ইমাদা কোক পীবম্লগা যাববা চিঠিদুদা অমুক কৌথোক্লবিবশিবো।"

বাজু নোক্লগা খুম্লকই -

- "ইচেগী চিঠিনি মপুগী মখুত্তা শিন্নজনিংবদো?"

- "হোয ইবুংঙো খংজবে।"

- "ইমাগী মখুত্তা শিন্নবম্ববুদি য়াই হাযববু মাগীদি নত্তবনিনা কোন্না পীবগে হাযদুনা নাকন্দা থম্বদগী কনানা খঙগনি কাওথোকখিদুনা মমল অশুক যাম্লবা

চিঠিসি শিংজু বোডা যোম্বদা য়াওথোকখ্রবদি মদুগীদমক খঞ্জবদো অদুগী ৱানিদা ইচে।"

- "মদুম্নদি তৌবোইদা ইবুংঙো ঐখোয ইমানা।"

নঙতনা নবুক ফৎচদবগী পঙখন খঞ্জীনবগী ৱানি।

বাজু চংশিন্দুনা পার্সন তৌবকপা পোৎযোম অদুগী মথক্তা চিঠি অমা থম্লগা চংশিন্দুনা হাযবকই।

- "শে লৌশিনবীবো! অদুগা চে মচেৎ অসিদনা ইশাগী শহি মচা অমতং খোৎ খোৎচিনবীবো। ঐ ঙসিদি মেলা যেংঙুদৌবিনি থেংখবেশে।"

- "ইবুংঙো নঙসিদি মৈদা নেৎতুনতা লাকই। কদায ঐগী সাইন্দ তৌফমদো অশুম্না তৌগনি খন্থদবনিনা অনোক্কা যাওবক্তে।"

সহী তৌবে, বাজু হবাওনা নোক্লগা হাযবমই - "মুবাবক হো ইচে! ননাও অমক যৌশিঙ্গবে।"

ঙসাযদগী শুববালানা শেমদুনা থম্লবা ক্কা মতপ অচৌবা অমা যোবী থংক্তা তোংহল্লগা মচানুপীদা হাযবকই -

- "ইবেম্মা শে ইবুংঙোদা পীযু।"

বানবালানা মমাগী মখুত্তগী লৌবগা বাজুদা চংশিন্দুনা পী।

"শে ইবুংঙো ক্কা মতপ অসিমা! অতৈ পীজনিংঙাই নৈতে।"

- "বাজু নোক্লগা ক্কাদু লৌদুনা উমই। ক্কা চখোম চাওমনখিবনা ৱা ঙাংবা ঙমলমদবে মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবম্লগা চৎখবে।"

বানিবালানা মদুগী মহুৎ পাউখুম পীবদুনা খুমহৌই "যৌবিবো যৌবিবো ইবুংঙো অশুম নৈজহৌবে।"

গাডীনা থাপ্লা থৌদুনা চৎখ্রবদা মমাগী মনাক্তা তুমিন্না ফমথবকই। মমা শুববলানা খংনিংদুনা হংলকই,

- "কবিনো অসিদি ইবেম্মা? পেৎ পেৎ লাওইনা? কনানা থাবকইনো?"

খংহননিংদবনা বানিবালানা মমাদা মীনমদুনা ওইদবা ঙাংলকই,

- "ফি ওইবমগনি ইমা!"

- "কনানা থাবক্লবা?"

- "ঐখোয় ইমাগী হৌনবী হংলক্লগনি ইমান্নবীনা থারকপনি।"

- "করিনো হংদদি নখোয়না কুৎশি তৌবা য়াবরো হা হৌজিক্কী মতমসিদবু। ঐখোয়সু খন্নোয় পাল্লি খঙনিংইনে, ঐখোয়সু মীনিনে মীওইবা। নঙবু পোকপী নমা করিগী খংহনবিংদে হা ?"

মমা শাওখিগদৌরে খংলবদা মচানুপী বানিবালা তপ্পা চংশিনলগা হায়রকই -

- "অদুঙৈ কোলেজ কারিঙৈদা খংনখিবা ইমান্নবী অমনা ঐগী নৈত বাইব খংবনীনা অন্তম হয়াও কুশ্নেগা মবি নৈননা থাবকপনি।"

- "অদু ঙসায়না হায়বা য়াদবো হা।"

- "চৎলু ইমুং মাঙ্গোলদো চাইবমগনি। লুখাক- চগুম নমশিন্দুনা অদুম থনমগনু নবুংদুসু মপান ইপান থোক্লীংববা খবা হংজিল্লু বাবৌখিনি।"

- "হোয় ! অমুকসু হোয়রয়ে ইমা !"

য়ানিবলানা ঙাইহাক মমাদা ওইনবন্নগা হবাও হবাও মযুম চংখি। শুববালাশু খংদ উদববি নত্তে মচানুপীগী মওংদা অহোংবা লাক্লিবা।

মখোয়সু যৌবনগী লম্বীদুদা খোংদাদুনা লাকখিবনি। অদুবু খংশিন্নদবা মচাগী মতৌ য়েং খবা খংশিন্নদা নৈবিবনি।

পাউ নৌজৈ অনকপদা তিন্নবী মমান্নবীশিংদগী মচাগী অকুপ্পা পুক্লীংগী বাবী কয়াদো মমা ওইবী শুববালানা।

লাংতক্লবা হেজ্জৎলকই মচানুপীনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপদা থবায়না বাবক্লবদা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবা মহৌশানি মীওইপোক্কী। শোঙ্গবি ঈশ্বরবু খুকমজবি থেংলবা অহিংগী তুম্বনা য়াশিনলক্লা মতমদা হে ঈশ্বর দয়ামোয তোল্লবী ননায়গী মবায়বক থীববা ইচাশিংশে অনা অয়েক য়াওহনবীগনু, কলক য়েংথিদা খুবৌ থাংহনবীগনুকো ইবুংঙো।"

বানিবালা মপান থোকখিবদা থাংখিবা খোংথাং অদুদগী খবা য়াংশিন্না থাংলদুনা মাগী কাদা চংশিনলি। থোংনাও লাওনা হাংদোকই। পোৎয়ামদু থাংশোবিনা তপ্পা তপ্পা পুনশিনলকপা লংলাশিং অদু ককথৎলি মবোল অনি নৌথোকখ্রবা মতুংদা নৈরমলে মহাক্কী নিংথিজববা "শাডি" মদুগা চান্নবা

"ব্লাউজ"! মখন্তা শোঐে তুমিন্না মমল য়াল্লবা শাড়িনি মফম অসিদদি। অদুবু মফম অদুদা মহাক্না ঐগীদমক্তনি হায়দুনা কয়া পীদুনা লৈবিবল্লিবা ?

মথংদা অমুক চিঠিগী চেখুম শেগায়বগা হাংদোক্লুনা মনুংগী চিঠিদু লৈতাহন্দ্রবী থম্মোয়না তপ্না অনোকতু উপশিনলগা পাবা হৌবকই -

পটাবিবম

তাং ২।১০।১৯৯১

বানিবালা,

হাও আব ইয়ু, বানি ...?

মমাং চহিদা ননাক্তা লাকপা ঙমখিদবগী শাওদনবা ঐনা পামজবা নহাক্কী কুচুগা চান্নগদবা শাড়ি অমা ব্লাউজগা কোননা পোষ্ট ওফিসতা পার্সেল তৌখিবনি। থুংলববা ? মদু হেক ফংবগা অদোমগী মোং অমা পুকচেল শেংনা পাউখুম পীবিবকপদু চন্নবা থম্মোয়না খৌবাংনা ঙাইজবি।

হন্দক্তী ব্রাখল অমা তৌদুনা লাক্লগদবনি। নবনায় কন্না তানশিনবীবম্মু ইমান্নবশিং লোইনা নাওবোল কান্নখ্রবনি। ঐদনি মসিদা অমা হায় হোয় মতম মাঙহন্দুনা পাখণ্ড শবী ওইনা লৈবিবা । থাবল ফববা অহিং কয়াদা পূক্লীংনা ননাক্তা কয়াবক লাকচনিংখি। মেবাগী থাজনা ফাওবা য়েংবদা ইকায়জববী তনৌববী মায়থোং নহাক্কী লৈচিল লক্কী চোইজাইনববা শম্লাংনা মালংগী শাহ্মদা খুমজিনখিবা মদুদা পূক্লীং চাকচবা, চাংজৌ মান্নদ্রবা শাগবগী ঈথক ইপোমগুম হৌবক্লী ব্রাখল মওন মওন, শাগৎচবি তুংগী আশা কয়াসু মথং মথং পুম্নমক নিংজবতা ঙাইবে, হে থব্রায়গী মবেম্মা। লাংতক্লহনলে, খোইবাংনহনলে নহাক্কী চিঠি অসিনা হাপ্পুনা চৎলি অঙাওবগুম্না ফুবিৎ খাউদা ঙসিসু। ঙসিগী ওইনদি লেপচবগে তাবিনিংঙমদ্রবদি অব্রাবা ওইগনি ।

গোড ব্লেজ যু।

অদোমগী,

প্রকাস সিংহ

বানিবালা অব্রাবগী শাংলবা শ্বোব অমা শাংনা হোম্বজৈ। তনিক তনিক পূক্লীং ঙসিদি বানিবালা নুংশিবা চামানা লাঙ্গোয় চনখবে। ব্রাখলনা ফুম্বংনহল্লে,

তুমিন্না প্রকাসনা মনাক্তা খংহৌদনা লেপ্লগদৌবসু মাঞ্জে। ঙসায় মখৈ মতৌ যেংলিবী জামিনিনি অদুগা অতৈ লৈকায়গী লৈশাবীশিংনা মপান্দা ঙায়বি।

খংহৌদনা নুপাগী খোঞ্জেলদা শেল্লদুনা মনঙ্গলদা খুৎপাক্লা থাবগা হাযবকই,

- "লোইশিনলো চৎলশে।"

বানিবালা পাখৎপনা খমথেংদুনা ফন চোংখৎলি অদুগা লাওবকই,

- "ইমা! কনানো?"

- জামিনিনা নোক্লগা খুল্লকই, "ঐনে অঙাওবী লোইশিল্লো চৎলশে।"

পাখৎলম্বগী হন্থবকক্লগা শাওনা হাযবকই হিংচাবীশিদি। লাক্লগা লাকই হাযবা যাদবো? ইপা হেক পাখৎহল্লি।

নোক্লদুনা জামিনিনা খুল্লকই -

- "ইবেম্মা, নতৌদো যেংজনিংবা অদুননি।"

খংনিংদুনা হংলকই -

- "হৌজিকপু কদায় চৎলুশি হাযবিনো?"

- "ইবেম্মা মঙসি পাম্মুবগী বাখলনা অনকপদা থোকখিবা থৌদো[illegible] ৱাথোকশিং পুল্লমক কাওথোকলেবো কমদৌনি।"

- "অদুমক হাযবদা মতিক চাই ইবেম্মা। ঐ ঙসিদি ৱাখলশে নোবমেল[illegible] তাহনলকপা ঙমদবে। তু পাবগা যেংউ! অঙাওবদুনা ফৈবেং তুবেং ক[illegible] কবিনো ইপঙ হেক পঙশিন্নবগা ইশিনলকইবশে।"

- "ইবেম্মা পাজববোয লোইশিনবীবো অতৈ লৈশাবী মযাম[illegible] খোমলুখিগদৌবিবনি। ঐবু মীগী চিঠি পাগনবী অঙাওবীবো?"

- "খংজবে ইবেম্মা তাজনিংদবে ঙহান ঐগী চিঠি হুবান্দুনা পাবম্বদা ঐনা ফাবদো যাজবে। হুবানবনা হুদে হাযনা কংযেৎ হেক যেৎলদনা।"

- "মদুবুদি ইবেম্মা পানিংমনখিদুনা হুবানবনি।"

মপান্দগী হায়নবকই -

- "ইচে ঐখোয় থেংখিনিকো ৱাবিদো। চৎলল্লগে?"

- "(জামিনি) হায় অঙাং চোইহাশা চুপ ! মসিগী পাগল প্রেমিশে লোইশিনহল্লগা চৎমিন্নখিদবা য়াদে।"

- "ঐবু ঐনা চাবগী কোল লিক ফেংদ্রি। চৎলম্মো ঐ মিন্না তাগদবগী শকক ইমুং মাঙ্গোলশিদংগা শৎ লোইশিনলমখিগে।"

- "ফবে ইবেম্মা ঐখোয় তপ্না তপ্না অতৈ হৌবমখিগে। খবা থুনা লোইশিল্লগা লাকউ।"

- "হোয় ইবেম্মা মিহুন য়াওদবী।"

মখোয় চৎখবে বানিবালা ইমুংগী থবক লোইশিনহৌদুনা লৈহৌই। মসিসু চৎনবীনি মৈতৈশিংগী। হৈজিংপোৎ নুমিৎকী নুমিদাংবাইবমদা কৈন্যাগা মমান্নবী মতাবোয, মচে মনাওশিংগা চা গিলাস অমমমতা ওইববসু ববগী মাযকৈদগী তমজবকপা চান্নবা অচাপোৎশিং খবা অদু য়েন্নদুনা চামিন্নবা য়াম্না নুংশিববা থৌবম অমনি।

নুমিৎ অসি ফাওবদি মনিং তমজবি নিংঙোল ওইবী মপোক্তা উনজবা যাবি মহাক্না উনজনিংবা মীওই কয়া কয়া মীমাংদা নোক্নুনা চামিন্নবা অবোইবা পুংজানি নুজা ওইবীশিংগী হবাওনা।

বানিবালা য়ুমগী থবক লোইশিনলে। মমাগী মনাক্তা চৎতুনা হাযবমই,

- "ইমা কবোক চাবা যাওকখিগে। ইমুং মাঙ্গোল তবং তবং থমজবমলবনি।"

- "হোয চৎলুবো থেংলবদি থিলহনলকউকো।"

- "হোয ইমা।"

মখোয়গী থোঙ্গালদা ঙায়হাক লেপ্লুনা লৈবিঙৈ চৎমিন্নগদবা মমান্নবীশিং থোক্লবক্লুনা লুহোংফম মনাক যৌশিনখি।

*****

# কুনশুবা পন্দুপ

ময়ায় থংবা কানি। টি.ভিদা লিলা লাকপা অচৌবী, মমৌ বিলাশিনি, মশুনুপা বটন পন্নগা মশুনুপী কমলা নাকন্দা ফম য়েংলি তুমিন্না। মচানুপা অহল প্রমোট থবক্তগী হলকই। মাগী গাড়ি মচা মাঙ্গোলদা ইনখৎলগা মাগী কাদা চংখ্রে। অদুগা মফি মবোল হোংদোক্লমই।

মোজা ফুবিৎ অমা লিৎলি। খুদৈ অবাংবা অমা হোংদোক্লগা হান্নদগী থাদুনা লৈবন্নবা ফকচাওদা লিলা য়েংবা ফমথে। মতম্না লোইশিনখিবনা লিলা লোয়শিনখবে। মমানা অঙাংশিংবু লাইবিক ঔবাইকনবা হায়বকই,

- "ইবুংঙো লিলা লোইবে। হোম ৱার্ক তৌকনবা চৎলো। ইবেম্মা নঙসু চৎলো। মখাদি অঙাংগী নত্তবেকো"।

মমাগী ৱা তাবদা অঙাং অনিমক হৌগৎতুনা লাইবিক ঔবাইফমদা চংখ্রে। বিলাশিনিসু চাকখুমদা চংদুনা চাক মৈ থাগৎখি। মতমদুদা মপা অচৌবীনা মচানুপা প্রমোটতা য়েংলগা হায়বকই-

- "নঙবু হয়েং থবক চৎথোক্কদবা লৈববো?"
- "লৈতে।" য়াম্না তপ্না টি.ভি. লোমদা য়েংলগা খুন্নকই।
- "লৈত্রবদি হয়েংশি ইন্টুভিয়ু লৌবগী থৌবমদা খবা য়াওশিল্লুদনা।"
- "তৌবীয়ো ঐ অমুক নপশিনবীবক্লগনু। পাউসু নুংঙায় নুংঙায়বা তাই।"
- "কবি পাউ তাবিবা?" খঙনিনা হংলকই মপা অচৌবীনা।
- "ননাওনিপা শিফায়নিনা ননাওনুপী ওইগদৌবিবদুসু ফিজিকেল ফিটনেস ওইদবা য়াদে হায়দুনা ইন্টুভিয়ু অমুক লৌখিগনি হায়য়ে।"
- "মদো অচূম্বা পাউনি। শিফায় ওইগেবা ওফিসাব ওইগেবা মদুদি মী মীদুগী অপাম্বা মোৎনি। মদুতা নত্তে ঐনা তৌগদৌবিবশি অহুমশুবা ইন্টুভিয়ু হায়বদি মশাগী অপাম্বা খঙ্গবনি।"

- "তৌবীয়ু তাবদা নুংঙায় অউবনসু নোক্লবগনি ঐবা দাই লৈতে মদুগী মবমদা কবিসু নপশিন্বীরকনু।"

- "মবমদি" মপানা শাউনা হংলকই?

- "মদুগী মবমদি নচা ফববসু ফত্তবসু ফম চাউববসু চাওদ্রবসু সেক্রেটবিয়েটতা কেসিয়াবগী থবক মচা অমা তৌজবিবনিনা খংন চান্নবা ইমান্নবা কয়ানা হংলকপদা খুমফম খংদে। য়াওদবগী য়াওদবা অবোইবা ফাওবা নপশিনবীবক্তবনা ঐগী পাউখুমফম লায়গনি।"

- "অচ্ছা, নঙগী পাউখুম ফম নুংঙায়নবা নহাক্কী হেক পোকমিন্নবা ননাওবু ইস্থোক্লবা ! ফৈ ফৈ নহাক নুংঙাইনা ভাবোক ওইদুনা য়েংউকো। নপা অশোনবা পুম্নমক থবক ওইনা পাংথোক্কুনা উহনগে।"

- "উহল্লো অনৌ অনৌবা উবিদ্রোপ হাপচিন্দুনা সমাজ অসিগী চৎনবী ৱাংমদা মীয়াম্না লোননা লোননা খুবাক খুনবক্লবা।"

মচাগী ৱাহৈশিংদু তাবদা শাওবা হেঙ্গৎলক্কুনা খোন খবা ৱাংলপ হায়বকই - "ঐনা ঐগী অফবা ইমৌ খঞ্জবদা সমাজগী চৎনবী ৱাংমদা লানখ্রবসু অকায়বা লৈতে। ঙাওবে হায়ববসু হায়জখিসনু মতমগী য়াওননি হায়দুনা ফ্রিদা থাদোকলুবদগী ঙসিদি সমাজদা কবি শাববগে ? অকিবা লায়না কয়া কয়া থোকহনলক্লীবশি কবি মবমদগীনো ? ফিজেৎ চাকচাদা মনিং তমখিবদগী ঙসিদি ইনাৎকী ওইবা ধর্ম্ম কর্ম্ম ফাওবা থাদোক্কুনা অতোপ্পা নুংঙাইগদৌবা ধর্ম্মদা হংঙোয় বোড়াবীনা চোংবগুম চোংশিন্নখিবা নত্তবো? ঙসিদি কবি শাবে ইশানা ইশাবু কনানো হায়বা মশক তাকচবদা অৱাবদা ওইনবে। চাবোইদবা চীঞ্জাক কয়া চান্নববকপদগী শা- ঙাগী ৱাখল লাকখি। ঙসিদি কনা কনাবু নুংশিনদবে ঐনা হেক পোকচবা ইচানা ফাওবা ইস্থোকপীবে। মসি ধর্ম্ম- কর্ম্ম মাংশিনলকপদগী থকশি খাশি খংজিনলক্তবদগী পুম্নমক থোক্লকখিবা নত্তবো?"

প্রমোট - "হো য়াবে লেপ্পীরো চুমজবো পাবুংগী অপাম্বদো নচাসু য়াজবে তৌবদবু মওং চাদে ইকায়জে হায়জবগী ৱানি।"

অচৌবী - "অদুতসু নত্তে। য়ানিংদবা কয়া অমশু লৈবি। মচা মমৌ থিবগা কোমজগদবা খঞ্জকবা মনেম মকুনা মচাগী অপাম্বদা থাজবা থম্নুবদগী মৌদু লাক্লবা মতমদা ইমুংদুগদি মোৎ চানদবদগী নুপী মৱা লৌদুনা অশোনবী

অশোনবা মমা মপাবু ইন্থোকপীদুনা তোঙান্না থম্বীবা কয়া ইমিৎ মক্লা হৌজিকসু কৈরোইদ্রি লৈকাই অসিদা উরিবনি। সমাজ অসিদা। মখোয় অদুগীদমক্তা অখঙবা কৈরোই লৈকায়না করি মতেং পাংবীবগে ইমুং মনুংগী অৱাবা সমাজ অদুনা মসিদি লাল্লী হায়দুনা কৈদৌঙে চুমথোকপীখিবা য়াওববগে? য়ু শুংফমদু থিংজিন্দ্রগা লৈকায়গী য়ুয়োনবী, য়ু থকপা অদুদা ফুবগা ফগদববা?

- "হোয় য়াজবে । য়ু নিশাগী মবমদা অমুক কোৎশিনবীবক্লগনু।"

- "মসিদি খুদমগী ৱানি। অফবা মৌ অমা খনবদা ইমুং মনুং অদুগী চাউববা দাইত্যা অমা লৈ। য়ুম পানবা ফাগী নত্তে। চেকশিনহৌদবদগী পীক্লবা ইমুং অমদগী পৃথিবী অসি তুম্না চাক্তুনা তাঙ্গোয় ওলহনবা ঙম্লোয় হায়বশু থাজদনিংঙাই লৈতে।

মতমদুদা প্রমোটনা মচা অতোনববু কৌবদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নখোয় পুপুশে কবিনো ঙহাল ইন্ট্রভিয়ু লৌবা ফম্লুবদগী নোলেজ য়াম্না হেঙ্গৎলগ্নে প্রমান য়াম্না হৈবমলে।"

মচানুপীদি মবম খংদবনিনা হৌগৎতুনা চেনশিনলকই অদুগা মপাদা হংলকই -

- "কবি হায়বগে পাবুং ঐবু কৌববো? হৌজিক টি.ভি. প্রোগ্রাম নুংঙাইববো?"

- "টি.ভি. প্রোগ্রাম নত্তে নবুপোক্কী প্রমানশিংশে তাও হায়বা।"

- "নত্তে ঐনা নখোয়বু চাউন্নবা য়োক্লকপদা ফৌ শঙবায় অমা ঙা তুংঙ্গোল অমনা য়োক্লকখিববা হায়বা?"

- "পাবুং য়াবে। ৱা মখা তাথবীবক্লগনু নচা লাঞ্জবে। ভোল্যুম খবা তপথবীয়ু।"

শাউবনা খম থেংলবা অচৌবীনি ফাথবা ঙমখিদবে ৱাখল মচিং মথং মথং কাখৎলক্তুনা খোন কনখৎলকই -

- "কবিগী তানিংদ্রিবা লৱাই মচাশিদি, মপাবু মীতোপ্পী খনবা ঙম্বা থম্মোয়। চাবোয়য়ে চাককা অমতা হেবা মমা মপাবু পীজনিংদবা মচাশিদি।"

ৱাফম অদু মখাংদা খুঁদৈনা কন্না শাওনা কনখোক্লম্লগা মাগী কাদা চংখি।

মচানুপা প্রমোট মচানুপা বটনবু পন্নগা তুমিন্না টি.ভি. য়েংদুনা লৈহৌই।

বটন টি.ভি. সেবেলদা নুংঙাইবা লাক্তবনা হৌগৎলদুনা মপাদা হায়বকই,

- "পাপা হোম ৱার্ক তৌগদবা ৱাৎহৌবি চৎলগে। ইমানা চৈবক্লগনি।"

- "ও৷ সোবি। চৎলো চৎলো। ফজনা তৌথোকউকো।"

- "হোয় পাপা।"

চাকশংদগী মচানুপী বিলাশিনিনা কৌশিনলকই -

- "ইবেম্মা কমলা।"

মমাগী মখোল তাবদা কমলানা খুম্লকই -

- "কবি হায়বগে ইমা? কৌববো ?"

- "টি ভি. কাদা লৈবিবা নঙ পাবাগা পুপুগদো চাক থাংদোক্নুনা লৈবে, চাক তাকচবে লেংশিনবীবশি হায়য়ু"

পাবম্বা লাইবিক লোইশিনলগা কমলানা খুম্লকই -

- "অহোয় হাযবগে ইমা।"

কমলা মমাগী যাথং কোক্তা থোং টি ভি. কাদা চংদুনা যেংলকই । মপা প্রমোটতি ফমদুনা টি ভি. য়েংলগা লৈবমই মপুদি লৈবমদে। কাদা চংশিন্দুনা মপাদা হংলকই-

- "পাপা৷ পুপু কদায়দা চৎখবে ?"

মপানা তপ্না খুম্লকই-

- "শাউদুনা মাগী কাদা চংস্ত্রবনি। কবিগীনো ?"

- "চাক থাংদোক্নুনা লৈহৌবে। চাক চাবশি হায়গে তৌবনি।"

মপানা মচাদা হায়বকই -

- "চৎলো হায়কচো।"

- "পাপাসু চংলশি।"

মচাদা লাওহৎলগা হায়বকই -

- "চৎলু, নপুদা হান্না হায়কখোনে।"

অচৌবী শাওদুনা তুমিন হিপ্তুনা মমায় ফক্লাংলোমদা চেপ্তুনা লৈবম্বা অদুদা তুমথবোয় নিংলদুনা মশুনা মশা নোম্লগা হায়বকই -

- "পুপু ! পুপু ! চাক থাংদোক্কুনা লৈবে লেংশিনবীবশে"।

থবায় নুংঙাইতনা লৈরিবা অচৌবীনি মশুদা মমা মপাদা শাওবিবা পূক্লীং অদু ফোংদোক্লদুনা খোন কন্না হায়বকই -

- "পুপু কৌবক্লীবদু কনানো ?"

- "ঐনে নশুনুপী কমলা।"

- "ঙসিদগী পুপু হায়না কৌবক্লগনু ! চাক্তো নখোয় নপা পুকচাওদুদা পেন্নবা পীজৌ ঐদি ঙসিদগী চাক চাব্রবোই চৎলো ইবেম্মা।"

কমলা ক্লাস ফোব তন্নীবী অঙাংনি। ৱাবী অসিগী মবমদা কবিসু খংজবা নত্তে। মহাক্কী শুপ্লতগী মমাগী য়াথং মপাগী য়াথংনা মপুগী মনাক্তা চাক চান্নবা চাক পাউ পীবা- চংজকবা খক্তনি। অদুক কল্লবা ৱাহৈ কৈদৌঙৈদা মপুগী মফমদগী তাখিদ্রি। নুপীমচাগী পুকচেলদি মহৌশাদগী য়াম্না তনৌ তনৌই। মপুক্লীং খজিক্তং নুংশিবকপদা মিৎলুগী পীবাংনা হেক্তা চোংশিন্নবা মাংজিন থাবকই।

ঙসি মপুনা ইস্কোকপীববা কমলা অঙাং মক ওইজববসু তাইবঙ মীওইবগী লিচৎ নিয়ম নিটিশিং ফজনা খংলবীনি। মবাল লৈতনা অকনবা ৱাহৈনা য়ৈবকপা অদুমক পীক্লবা থম্মোয়না খাংজবা ঙমখিদে। ৱাহৈ মখা তাবমদনা মপি ইবা হৌ মহাক্কী লাইবিক ঔবাইফমদা অমুক চংদুনা হিক্রা হিক্রা কপখি। মমানা মদুগী মবম খংদবনিনা কৌবকই হন্না হন্না।

-"ইবেম্মা লাকও নঙসু টি.ভি. য়েংদুনা লৈবববো? চাক ইংখবে অঙাংনা টিভি য়াম্না য়েংনিংববা হায়ববু চৈ লাকচনি। কেটলিদগী অকুম্না ঈশিং কাশে হৈদুনা মতেং পাংশিনলু লাওনে। নৌপ্পাসু কৌবকউ।

তুমিন্না ঙাইহাক কপ্লুবগা মমা কিবি নুপী মচা ওইবনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা চাকশঙদা চংঙক্লগা মমানা হায়বা থবক তৌই। মমানা মী অমতা চাক চান্নবা চংশিন্নবক্তুবা অদুদা হংলকই -

- "নপা খোয়দুবু কৈদৌ হৌবিবগে?"

- "ফমহৌবনি।"

- "নৌপ্পাদি তুমহৌবব্রা ?"

মচাগী মফমদগী পাউখুম ঙাইঙমদ্রবী বিলাশিনি অব্রাবগী শাংলবা শ্বব অমা শাংনা হোঙ্গুরগা হৌগৎলক্তুনা টি.ভি. কাদা মশামক চঙশিন্দুনা য়েংলকই। মচিন্দা শোল্লি কবি তৌববা জাৎনো চাকশি থাংদোকপদি কুইবে। চাক ইংখ্রগনা অমুক ওনখৎতুনা ঙাংবীবক্তনি। পবদা হায়দোক্তুনা চংশিনলকপদা মপুবোইবনা টি.ভি. দি য়েংদনা ব্রাখল নুংঙাইতনা মথন্তা ফমদুনা লৈবমই। মদুদা বিলাসিনিনা হংলকই-

- "টি.ভিনা মী য়েংদুনা লৈবববা লাকও চাক ময়ায় থাংদোক্তুনা লৈহৌবে, পাবুংদি?"

য়াম্লা তপ্না মচিন লেংঙমদনা খুমলকই -

- "মাগী কাদা চঙশ্রে।"

- "ঐগা খবা লাওনখ্রবনি। নহাক্লা খবা থেমদুনা পুশিনলকউ।"

বিলাশিনি ব্রাফমশি তাবদা খোইদৌদা তেবা কাকচেংনা কক চিকপগুম চিং লাওনা পাল্লি। হায়গনি হায়বোয় খংখিদে পুক্লিংনা নিংঙকপা ব্রাহৈ চিনবান্দা ফৎ ফোংদোক্লকই -

- "তৌবক্লববা ? নখোয় নপা নচাগী হৌনবী! ঐদি ঙমজবোয় থেম্না। নঙগা লাওনখিবা নত্তবো নহাক্লা থেমফম থোকই। ঐ অমুক মবক্তা নপশিনবীবক্তনু হায়বল্লগা বিলাসিনি মপান্দা থোকখবে।"

মহাক্লা হায়বদদি শাওবক্লগনি খংলবা প্রমোট মহাক্কী নুপীগী মতুংদা তুমিন্না ইন্নবগা থোক্লকই। শুমাংদা মখুৎ পাইবগা থেন্নদুনা হায়বকই,

- "চৎলোবা! নঙনা য়ান্নবা খবা হায়নদ্রবদি ঙসিদগী ব্রা কায়বগনিবা শে প্লিজ দাবলিং, কম ওন।"

- "তল্লি ঙমজবোয়।"

- "ফাগী নত্তেবা শে! ব্রাজ অমুক্তং থেমদুনা ব্রাহৈ খবদং হায়জবম্মু মথং মখা তাবকপদুদি খুকজমববা কবিনো ঙাংনজবগে প্লিজ।

- "কবি হায়নক্ববগীনো শাওখ্রিবা?"

- "হো, অতৈ নৎতে ঙহান ঐনা হায়বা ইন্ট্রভিয়ুদুগী মতাংদনি।"

- "কবি হায়বল্লীবা?" খংনিংনা বিলাসিনিনা মপুবোইবদা হংলম্মী।

প্রমোটনা নোক্লা নোক্লা খুন্নকই -

- "হয়েং অনিশুবা ইন্ট্রভিয়ু অসিদা নঙ ঐসু মতেং খবা পাংশিনজু অসিনি।"

- "কবিনো অনিশুবা ইন্ট্রভিয়ু হায়বদুদি ?"

- "খংদে, হয়েং য়াওবগা য়েংবা তাবেদনা। হৌজিক ঐনা কবি হায়দুনা থেন্নুগদৌবিবা মসিসু অকব্বা ব্রাফম অমনি।"

- "অতৈ হায়কনু নঙনা লাক্লীবা গার্জিয়ানশিং অদুগী বিফ্রেষ্টমেন্ট চান্ন থক্লবদু ঙমজবগে।"

- "অদুগা নঙদি কবি হায়গদৌবিবা?"

- "ঐগীদি ঐনা থোকপা মানা মবুক্লিং ওনলকপগী মতুং ইন্না থোক্লবা অমা অদুম খুমলগে শে লাকও ইবেম্মা! অহল ব্রাবৌহনবা য়াদে লৈকায় মমাংদা ইকাযজৈ মাং থাবো।" মাগী নুপী বিলাশিনিবু ইল্লদুনা মপাগী কা মমাংদা পুবকই। বিলাশিনি খুমফম ঙাংফম খঙদে মপুবোয়বনা চৎলু হায়বা মায়কৈদা য়াম্না তন্না হৈনদা চঙলকই কা মমাংদা চঙবা লৌতান্নে। প্রমোটনা বিলাশিনিবু মাং থান্নবা খঙইন ইনশিনলকই। মতুংদা মহাক্লা ইলকই।

তুংথ মাংথ লেপ্পী ফম্মাংদুদা মকুদা শোনতক্লা কৌজবকই বিলাশিনি,

- "পাবুং চাক থাংদোকপা কুইবে।"

মকুনা য়াম্না খুমনিংদনা খুন্নকই -

- "ইবেম্মা ইপা ঙসিদি থব্রায় নুংঙাইতে লাইমন কাংঙি। চাক্তো কুপশিল্লগা থম্মো চাববোয়।"

- "ব্রাবৌবীগনু পাবুং নচা নুপাদো মাগী ওফিসতা মমান্নবশিংগা খবা লাওখৎনবকপদা পাবুংগী মেন তান্নদবদগী হায়খিবা ওইবমাল্লে।"

মমৌগী ব্রাদু মুন্না তাববা মতুংদা অচৌবীনা তপ্পা খুন্নকই - ইবেম্মা ব্রাফমদো তোক্লো ঐ লোয়না খঙই। মহাক কনানো, মহাক ঐনা হেক পোকচবা ইচানুপা অহলনিনে। কবিগীনোবা মহাক্লা মপা ঐবু মীতোপ অমগুম্না খনবীবিবা? হোয ঐবুদি অদুঙৈ মতম খবা নহা ওইবিঙৈ ঙাওবম্বগী শাওজববসু মনাও ইবেম খাক প্রকাসপুদি নুংশিফম থোকইনা। শিক আঃ ঙাখানা ঙাবেল হৌবা মানসু য়ুম মচাশি শাবে হায়দুনা নাপল কাজবা শাই। ফৈয়ে লৈয়ো!

নখোয় নুংঙাইনা । নঙ পাবুংদি হয়েংদগী মমাংগী শঙ্গোয় অসিদা মচি অমা খাজিল্লগা কনা য়েংতনা ননাও লাক্কিবা ফাওবা লেল্লগে। চংলো চংলো অঙাংনুবীদো ঐখোয় ঙাইবদা ৱাবল্লগনি চাখোকউবো। নকুদি ঙসিদগী তোঙান্না চাজবগে। ৱাবৌগনু ইমৌদি কায়দে খঙই। লান্দবনা জয় ওইবকপনি। ইবেম্মা ঙসিদি নকু পুক্লীং য়াম্না নুংশি।"

মতে মনাও মীৎচিনা য়েংনৈ। মকুনা ময়েক্তা হায়বক্লবনিনা কবি খুম্নুগনি খুমফম লৈখিদবে মমৌ বিলাশিনিদি। ঙাইহাক য়েংনবগা মচানুপা অহল প্রমোট মপাবুংদা হায়জবকই -

- "পাবুং নচানা লানখবে, ঙাকপীয়ু হয়েংগী শিনলাংবদো য়াওজবগে।"

মচাগী ৱাফম তাবদা মপুক্লীংদা খংহৌদনা য়ানিংবা ফাওজববসু খুদক্তা হেক কাংথোপা ঙমদবনা তুমিন্না লৈবি মপা অচৌবী। অমুক মখা তানা হায়জবকই -

- "নমৌনা চান্নবা বিফ্রেষ্টমেন্ট, চা নুং অতৈদু তৌজবগনি। নচানা কুম্মৈদু মপুং ফাননবা মাযেপ খোম্থাং য়ৈবদু ঙমজবগে মদুনা মওংদু তাবা হেনগনি।"

মীনা মখে য়ৌবগা শাউই। লাযগী মখে য়ৌবগা হবাওই হায়বগুম্না মচা মমৌ অনিগী নুংশিববা ৱাহৈশিংনা অচৌবীগী থম্মোয কাচিন য়ৌখিবনা শাউবন্না পুম্নমক ঈংথখবে। তপ্পা মমায় লৈখোল্লকই।

মচা মমৌনা খুযা চংশিন্দুনা খুকমজবগা হায়বকই,

- "পাবুং নচা নমৌবু ঙাকপীয়ু।"

হিপ্লম্বদগী ফম্মুংদা মখোং য়াম্থবকই। হবাওজবগী পীবাংনা ইবা হৌ মচা মমৌবু মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবীবগা হায়বকই -

- "হৌগৎলো ঙাকপিববনি ইচাশা।"

মতাং চানা মশুনুপা বটন মঙ ওইনা মমাবু কৌদুনা কপ্লকই - "ইমা, ইমা !" ইচে ! ঐখোয় ইমাদি ?

"তাঞ্জা য়েংলগা বিলাশিনি অমসুং প্রমোট মচাগী কৌবকপদা বহনা তৌবগা মপাগী মমাংদগী অঙাং কৌদুনা চেম্থোক্লকই - ইবুংঙোদুবু ...।"

- "হায়, অঙাংদো কৈদৌববগে য়েংউ ?" মকুনা লাওদুনা লৈহৌই

মচা মমৌগী মওংদু খংলবা অচৌবীনি। মতুংদা অচৌবী মোমোন নোক্তুনা তপ্না থোক্লকগা চাকশংদা চংশিনলকই। মশুনুপীদি মাগী চাক শকক্তা তুমিন্না চারম্মী। মপুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নওনা কদায়দা চংথোকলুবিবা ?"

মোবোক শাবনা খুন্না ওমদ্রবী মশুনুপীনা মপী ইবা চেন্নদুনা হায়বকই

- "মনাক্তা লৈবিবনি। ইমা পপা লৈতবদুদা।"

মপুনা নোক্তুনা চংশিনলগা উপু মনুংদগী লফোয় মশা অমা শেৎলগা পীবমই অদুগা হায়বকই -

- "মোবোক য়াম্মা শাবববো ?" মোবোক য়াম্মা শাববা লফোয়সিগা শঙ্গোমসিগ্না তোৎতুনা চাউ।"

- "য়াবে পুপু।"

- "শে লফোয়শি চাউ। কবি ইঙ্গ্লাংনো? ইশুনা অদুক পামজনা চাবম্নীবশিবু?"

- "পানগা থাংজিংগা ইবোনবা।"

অচৌবীনা পামজবা ইঙ্গ্লাং মথেল ওইবম্বদা পূক্লীংদা খনলকই- "ইশা শাউবিওৈদা ঐগী থবায়না তাজবা পানগা থাংজিংগা ইবোনবা নাম্বোক্লমগদৌবা খজিক্তা ৱাৎলমই।"

বিলাশিনি অমসুং প্রমোট মচাবু পম্নদুনা তুংথ মাংথ চংশিনলকই। মপা অচৌবীনা হায়বকই,

- "ইবুংঙো নপুদি চাবা হৌবে।"

মমৌ বিলাশিনিনা মকু ইবুংঙোনা হবাওনা চাকলুক্তা লেংশিন্দুনা চাবা হৌবম্বদা হবাওজবনা লোয়খি। তুম্নিবা অঙাংদু মপাদা পীবম্লগা হায়বকই,

- "শে অমুক্তা পাইবিরম্মু ঙাবৌ খবা ঙসায় লৈবকপনি লৌবক্নে।"

- "কবি ঙানোনে ? খংনিংদুনা হংলকই বিলাশিনিদা।"

- "উকাবী লৈবৌদুনি। থাঙ্গপী।"

মকুগী পূক্লীং থেম্নবনি। কোৎননবা ঈশিং ইকায় থবী মতোন অনৌবদু চামথোক্তুনা প্লেট অমদা হাপ্তুনা থাংজিল্লকই। মোবোক শাবগা চান্নবা লফোয়গা শঙ্গোমগা নাকন্দা থাংজিনলকই।

উকাবী মপী অচৌবা অপাকপদু গ্যাসকী মথক্তা হায়ফেৎ শাহল্লগা চালুক

মচি মচিদা পোপ পোপ থাদবকই। বাখল তৌহৌদবনা মচানুপী কমলাগী চাকলুক মথক্তা থাদকুবদা মোবোক শাবগী শাওনা লফোয় শঙ্গোম তোৎলম্বনিনা চাকপদগী খোল্লাওদা খংহৌদনা মমাদা হায়বকই-

- "ঐদি শঙ্গোম তোৎলিয়ে লফোয়গা। ঐখোয় ইমাসিদি।"

মপানা খোন্দাদু তানিংদবনা মচানুপীদা হায়বকই,

- "ইবেম্মা নগুবু তপ্পা হায়বা য়াদববো ?"
- "শোয়খিবনি, মোবোক শাইয়ে। অদুদা হায়দোকখিবসিবু।"

মপা মপু অনিনা মচা মশুগী মতৌদু উবগা নোক্লদুনা হায়বকই,

- "হোয় হোয় নমানা লানবনি"।

*****

# কুনমাথোইগুবা পন্দুপ

ইকুজবা কাবকপগী মকোক শম কংহন্নবা কুমাব গমশা মচা অমনা তৈথোক্লুনা মকোক্তা নাম্থবি। শুমাংদা সাইকল তোংবা নুপা অমা লাকখিবগুম্ব তৌবমই। মহাক্না হৌনা কৌবকই-

- "কুমাব ! কুমাব নত্তবো ইমুংদা লৈবিদুবু মপান্দা থোক্লকউ ব্রাবী শান্নশি।' য়াম্না শাওনা কৌবকপা খোঞ্জেলনি।

কুমাব খোঞ্জেলদু তাবদা মকোক শম হাৎতনা খুদৈদু মগুক্তা য়ান য়াম্ন থুনা মপান্দা থোক্লকই।

মপান্দা মহাক্কী মরূপ প্রকাস সাইকলদা পাইবদুনা লৈবমই। মহাক হেক উবা মক্তদা হবাওনা কৌশিলদুনা হায়বমই,

- "ভাই! লাকও কাখৎলকও! ঐদি কনা কনা ওইববনো নিংঙুবে। কৈদৌঙৈ ছুটি থোক্লকই।

ব্রা মখা তাথহন্দনা খুন্নকই -

- "য়াবে ঐ নঙগী ব্রাকোয় কয়াদো তাবা লাকপা নত্তে। কোম্ফোং ফাওবদং থোকউশি লাকও।"

তঙক তঙক্লা ঙাইহাক য়েংউবগা কবি খল্লক্লবনো কুমাব মনাক্তা চংশিন্দুনা মখুৎ পাইবগা হায়বকই -

- "মরূপ ঐনা কবি লানখ্রবগে নঙনা অদুক মৈ হৌনা শাওদুনা লাক্লীবদুবু। শে ফুগেশু ফুবিয়ু কবিনো? মরূপ্না ফুবদা খুৎ হনগদবা মরূপুদি নত্তে।"

পাইবিবা মখুৎ কনথোক্লগা হায়বকই -

- "কবিনো নঙনা তৌবিবন্নীবশে ? নত্তে নঙগীশি ঐবু উশিৎ থৌওইদবগী ব্রা নত্তবো? হায়য়ু নঙ ঐঙোন্দগী কবি পামই? নথবায় মচাশি মেৎতুনা হাৎতোকউবা হা খুম্মুনে গথা?"

মখৌবিদা মখুৎ অনি পাইবগা লৈখিবনা প্রকাসকী মখুৎতা পাইবগা হায়জবকই -

- "ভাই শে অমুক্তা থাদোকপীয়ু ঐগী ইবাল অদুদংদি খংহনবীয়ু ঐনা নওগী কবি অকায়বা থবক তৌগ্রবগে?"

থাদোকপগী মহুৎতা কন্না মেৎশিনলক্লুনা মমিৎনা শাওনা য়েংলগা হায়বকই -

- "ম বাল লৈজদ্রবা বানিবালাগী মনাক্তা পাবুং অওৎপা শাবগা নখোয় অনীনা চৎতুনা কবি হায়জিনলম্বগে শেংনা খুম্মো। সাল্লা বদমাশ!"

মবোল থোক্লবা খুম্বদা ব্রাববা খোঞ্জেলদা লৎনা মকুপ প্রকাসতা নুংশিনা য়েংলগা হায়বকই -

- "ভাই ঐদি পাবুংনা চৎলুশি হায়দুনা মফম অদু ফাওবদং থিঞ্জক্লবনি। মখোয়না ঙাংনবা ঐ তাবক্তে।"

- "মকপ্পা মকুপ হাৎপা নঙদা লোইশিলল্লগা লোয়বে শুমাং অসিদা হাযয়ু ঐ হয়েংমক চৎতুনা ব্রাফমদু শেংদোক্লুগদবনি।"

- "লানখবে মকুপ ঐবু ঙাকপীয়ু ঐগী থব্রায় অমুক্তা কনবীয়ু। শোয়দনা ব্রাফমদু শেংদোকচকুগে।"

মখুৎ অনি লোন্নদুনা ময়েক শেংফাৎত্রবা ব্রাহৈনা মপী ইবা হৌনা হন্না হন্না হাযজবকই।

- "লানখবে মকুপ ! ঐবু ঙাকপীয়ু ঐগী থব্রায় অমুক্তদি কনবীয়ু। আ: হা: ইমা: উম!"

মমানা মচাগী অব্রাবা খোঞ্জেল অদু তাবদা মাগী থাউমৈ ওন তৌবগা চংশিন্দুনা মশা নোম্লগা হৌদোক্লমই।

- "ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! কৈদৌববগে হৌগৎলু।"

খোঞ্জেল অদু তাবদা কুমাব মঙাক্লগে তৌবম্বদু ফখি। য়াম্না ব্রানা মিৎকপ থোক্লকই। মিৎ পাংথোকপদা মমানা মমাংদা লেপ্তুনা লৈবমই। মখুৎনা মঙকশমদা থল্লগা লোংনা তুন্নম্বদা মঙলাক্লখিবা মঙ ওইবল্লে।

মমানা মখুৎতু লৌথোকপীবগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো চেশ্লু। কৈদৌবে নঙবো ?"
- "ইমা মঙ য়াম্না নুংঙাইবমদে ঐ।" মখায় নুঙাইতনা পাউখুম্নকই।

মমানা মচাগী মকোক্তা নাম্বুবীবগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নুমিদাংদা মঙ তমহৈদে অদুগী মহুৎতা অমুক তুমথনবা হোৎনৌ।"

"লুমাংনা মাংলে

লুখম্না খম্লে

কোক্লা কোক্লে, গুকগী য়াথংনি।" হায়দুনা মকোক্তা নাম্বুবগা অমুক তুম্মু। রাখল নুংঙাইবা খল্লু। থাউমৈ অসি থানবীবমগেকো।"

- "অহোয় ইমা।" কুমাবনা শ্বোব শাংনা হোম্বুবগা খুন্নকই।

মমা ওইবীশিংনা মতম লৈবা খিবীক্তা মচা অমদি মপুবোইবগী অৱা নুংঙাইগী মবমদা মতম খজিক্তুং শংবদা খন্দুনতা লৈজে। মসিনি নুপী ওইবীগী থোইদোকপা মগুন।

মঙ নুংঙাইতবা পূক্নীং রাই রাখল পীকশিনহল্লী তুমথবা পাক য়াশিনদে। রাখলদা মওল মওল খলকই ঐনা মহাক্কী মাংন্নবদি হৌজিক ফাওবা তৌখিবা লৈত্রি। .. !

ঙসি ঙবাং অসিগী মনুংদা পাবুংনা বানিবালাগী মনাক্তা চৎতুনা কবি কবি হায়কবা লৈববা জাৎলা?

ইম্বোকপনি ! মবম অমা লৈতনদি ঐগী মরুপ্না ঐগী মঙলান্দা লাক্নুনা অশুক তাথিনদি তৌবোই। ঐনা শিনবীবিবা খুদিং মহাক্কী পুন্সিদা নুংঙাই য়াইফনা পূক্নীং লৈতানা হিংনবগীদমক্তনি। মরুপকী নুংঙাইবা ঐহাক্কীসু নুংঙাইবনি কৈদৌঙৈদা ঐনা মাগী পুন্সিবু মাঙনবদি তৌবমলোয।

হয়েং অয়ুক চৎতুনা ঐনা শোইদনা হংলুদবা য়াদে। কবিগুম্বা পাবুংনা বানিবালাবু উনবম্বা তাববদি ঐগী মঙলান অসিমক তশেংনা তাইবঙদা থোক্লক্তনিঙায় লৈবোয়। অদুদি ঐ ...!

রাখল কয়া কয়া নীংশিংলুববগী মতুংদা তুমথখবে নিংঙাইদনা অমুক কুমাব। নুংঙাইববা মঙলানগী নুংঙাইববা আশা কয়াদা মনিং তম্না ইবোয়দুনা

শকহেনবী কয়াগী মনাক্তা
খোইমু খ্বাংজেংবা শাদুনা
কুবাক পদৎনবা শাদুনা
লৈবাং কয়াগী লৈনমদা
কণ্ডাওনববা ব্রাখলনা পুদুনা
লৈহী পেন্না চুপচবি
কুমাবগী থব্রায়না মণ্ডলান্দা।

*****

# কুন্নীথোইশুবা পন্দুপ

য়াহৌ ঙনবী মমা মচানি। লৈকায়গী মীশিংদি তুম্নরি। হৌগৎতুনা ইখোল মচেৎতু মতমগা চান্নবা শেন্দান লম্বীসু ওইবা য়াবা ইঙ্গাং- নাপী থাজিল্লি।

লম্বী শবক্তা তাবম্মা ষষ্ঠীশিং খুন্দুনা ইখোল মচিদা পৈশিল্লি। ইগী য়ুম ওইজববসু ষষ্ঠী লৈঙোয়না তৎতনা ৱাই তৈথোকপা ইমুং ওইবনা ফত্রবা হৃয়িং ফাওবা বানিবালাখোয়গী মাঙ্গোলদা পাইবক্তুনা তোংলগদবা ইকায়নবে। য়েনখা লুখা তক তনান্না লৈ। বানিবালা লৈশাবী ওইবকপা মতমদগী নুংশিববা লৈবাং কয়া পীল্লবা শুমাং মচিদা থাজিনবনা থোংনাওদগী য়েংলকপা কয়াদা পুক্নীং পেঞ্জনফম ওইবি। পুন্নমক হোৎনজমন্নি মীওইবগী। লৈবাংদি লৈখোং শেম্বীবিবা অদুগী মখা পোল্লি। শাৎলক্কনি মতম মতমগী প্রকৃতি লাইবেম্বীগী খুৎশেমদা তপ্পা তপ্পা ...! ,

কোল লিক ফেংদোক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা ঙমজবা হৈবাং খবা কচ্চববা মতুংদা মাঙ্গোলদা মবুং বিশ্ববজিৎ পুথোকপীবে। মচিন মখা শেংদোহল্লে। মহাক্না অতোপ্পা মাঙ্গোল মচি অমদা ফক থাদুনা ফমই। স্কুলদা হুবেল তম্বীরুগদবা লাইবিকশিং পুথোক্তুনা লেসন প্লান্ট শেন্নী। মমানা ঙসিদি ইচাশিং থবকসু য়াম্না শিজিন্নবীবে হায়দুনা মখাথংবা ষষ্ঠী লোয়বদগী শঙ্গোম পৌৱা অনী লৌকদুনা লোনবীবি ফুনাক্তা।

ঈংলবা অয়ুক্কী মেংলবা কোবৌ মঙালনা তপ্পা তপ্পা শন্দোক্তুনা থুংলবে শরুক উ- ৱা অৱাংবা হৌদবা বানিবালাখোয়গী মাঙ্গোলদা নুংশাগী মঙাল অমেংবা। লম্বী শবক্তা গাড়ী চেনবা হৌনবক্লে।

মমানা শঙ্গোম পুথোক্লক্তুনা মমা মচা মখোয় অহুম তুমিন তুমিন মাগী মাগী গীলাস থাঙ্গৎতুনা থক্লবি। বিশ্ববজিৎতি মখুৎ নামনা থাঙ্গৎতুনা থকপা য়াদবনা মখুৎ অনিনা চপ্পগা য়াম্না ৱানা মমানা পীবক্লবা শঙ্গোমদু থক্লি। মতম অদুদা স্কুটব তোংবা নিপা অমা কোম্থোংদা গাড়ীদু খামলন্নগা চংশিনলকই। মমা শুববালা মচানুপী বানিবালা নিপাদুদা তঙক তঙক য়েংলমই।

নিপা অদুনা চংশিনলক্লুনা হংলকই -

- "মিস বানিবালাখোয়গী ময়ুম অসিবু ..."

ব্রা মখা তখিদ্রিঙৈ মমা মচানা খুন্নকই -

- "অহোয় মানি কবি তাকপীগদবা ?"

মখা তানা হংলকই -

- "মশাবু কদোমদা চৎখোপীখিবগে ?"

বানিবালা মহাক্কী মমিং হংলকপদা মশক তাক্তবা য়াদ্রদুনা খুন্নকই -

- "ঐহাক বানিবালানি কবি তাকপীগদবা ?"

অহল লৈবনিনা কুমাব ব্রাফম অদু পাক হেক কাংখোকপা ঙমদবে মকোক্তা নাম্বুবগা হায়বকই -

- "পাউ অমতা হায়জগে থোঙ্গাল ফাওবদা লেংখোকপীবক্কদবা ?"

- বানিবালাদা য়েংলগা মমানা হায়বকই - "চৎলো চৎলো ইবেম্মা হৌগৎলু।"

মমাগী য়াথং ফংলবদা বানিবালা তপ্না হৌগৎলক্লুনা থোঙ্গাল ফাওবা কুমাবগা থোকমিন্নবর্কই।

কুমাব ফোংদোকপদা ব্রাববা ব্রাফমশিং অদু তাঞ্জা য়েংলগা কাংখোবকই তপ্ন তপ্না ...

- "ব্রাবৌবীগনু মিস ঙসি অদোম্মু মকপ প্রকাসকী ইন্টুভিয়ু যাওবীয়ু হায়দুনা লৌবা লাকচবিবনি। ব্রাফম অসি ইমাগী মফমদদি খংহনবদা নুংঙাইগদৌবা মান্দবে। অদুনা কৌথোকচবনি।"

প্রকাসকী মমিং পনলকপদা মিহ্ন চেনগুম চেনগানৈ। লাংতক্লববা পুক্নীংবু ফাবদুনা তপ্না খুন্নকই -

- "তামো ব্রাফম অদু ঙাকপীয়ু ?"

- "কবিগী ?"

নোক্লগা খুন্নকই বানিবালানা -

- "ঐগুম্বী লাইববী পী পা শুনা লৈজদ্রবী অদুগীসু মথক্তা খোংসু নাম্মা শোইনাইববী ....।"

ব্রাফম অদু লোইদ্রিঙৈ নোক্লম্বদগী বানিবালা থম্মোয় কায়না কপ্লক্লুনা

ব্রাহৈ মখা তানা হায়থবা ওমখিদ্রে। মখুৎনা হায়বদুনা পুক্লীংগী ব্রাফমশিং তপ্পা তপ্পা ফোংদোবকই,

- "ব্রাফম অদু নচলগীদি য়াম্না লাইবক ফবনি অদুবু তামো নচলদি মীমান্দ্রবীনি শোইনাইববীনি মালেম অসিদা তাইবঙ কনানা হন্না য়েংবীববোইদবা। নত্তে ওাকপীগনি তামো ব্রাফমদু য়াবা ওমজবোয় তামো। লাপ্পা অশুম য়েংজহৌবগে তান্নবা পুন্সিবু য়েংলদুনা।"

কুমাবনা বানিবালাগী ব্রাখলদু থেমজিন্নীবদুনা হায়বকই,

- "ব্রাখল পীকথবীগনু মিস, শুপ্পগী মিং পল্লকপদা ফন্নীববা অদু খক্তনি ইন্ট্রভিয়ু লৌগদৌবিবা অদু ঐ, তামো প্রমোট অমসুং পাবুং অচৌবীনি অতে কনাশু য়াওগদৌবা নত্তে। মীপাইকৃগনু।"

- "অদু ওইববসু ওমলোয় তামো ঐঙোন্দগী হেনবী শকহেনবী ক্লাস ব্রাংবী ব্রাখল লৈবী মকু মনেমগী সেবা ফজনা তৌবা ওন্নী অউনপোৎতা অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা উল্লকপা ওমগদবী ময়াম দুগী মবক্তা নচলদি অঙাওবী শোইদনা তাগনি। অমবোমদা ঐগী ইমুং ঐনা পুজবিবনি। কবিগুস্বা ঐবু তামোখোয়না চানবীদুনা খনবীবক্লবদি ঐগী শোইনাইববা ইবুংবু কনানা সেবা তৌবিগনি ইমাদি নোংমা নোংমাগী শোঞ্জীলক্কনি ইনাও য়ুমদা লৈতে অদুগা য়াম্না লুবিবা ব্রাফম অমনা সমাজ অসিগী তঙাযফদবা চৎনবী অউনপোৎনি অদুগা লুহোংনবগী খবচ পুম্নমক কদায়দগী লৌকৃগনি। মফম অসিদা, লৈকায় অসিদা ঐগী মবি মতা কনাসু লৈবা নত্তে। ঐখোয়দি বিফ্যুজিগুস্বনি। লৈকায় অসিনা য়াবক্তবদা অতোপ্পা মফম অমদা চৎকদৌবিবগী খোংকাপ থাংদোক্নুনা লৈবিবনি।"

- "পুম্নমক ঐনা ফন্নবা শিনগনি মিস। হৌজিক মক্তী ইমাসু কল্লিদনা নঙগী তামোগী সেবাদি ইমানা য়েংশিনহৌগনি। মকপ প্রকাসসু অতৈ মীওইশিংগুম্না তৌদবনি। মহাক্তী ঐহাক্না ফজনা খঙই। ইমানা খবা শোঞ্জিলকপা উবদা মহাক্না থোকপা ফন্নবা শীনবীবক্কনি। ব্রা মখা তান্নববোয়শি থেংত্রগনি লন্নীশি য়াম্না শাংই। লোইশিনবীকবো।"

- "ব্রাবৌবিগনু তামো' ননাও লাপ্পা অশুম খুমজবগে। তামো প্রকাসকী য়াইফ মঙ্গোলগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী থৌনিজগে। কবিগুস্বা মহাক্না ছুটি থোক্লকপা তাববসু লাইববী ঐগী ইনাক্তা নুংশি খুদোলপোৎ পুদুনা

লাকপীগনু হায়না তশ্বীয়ু। পাবুংগী নিংবা থুংনবা হোৎনবীয়ু তামো প্রকাসকী য়াইফবনা শোইনাইববী ঐগীসু য়াইফবনি। নচলসু নোংমা লাকনি শোইদনা তশ্বীয়ু। মহাক্কী লুহোংবা নুমিৎতা লাইববী ঐগীসু ঙমজবা খুদোল মচা অমা লাংদুনা য়ৌবিবো তামো। নচল চংজবগে ইমানা চৈবক্লগনি মীপায় চাউবী ইমানি।"

মতমদুদা মতাং চানা মমানা কৌবকই,

- "ইবেম্মা বানিবালা ?"

- "লাক্লে ইমা। নাম্বোক্লবগী তাঙ্গা ফংলবদা বানিবালা চেল্লদুনা নাম্বোক্লগা চংখবেময়ুমদা। উপায় লৈত্রবা কুমাব তৌফম খংদে ঙাইহাক য়েংলম্লগা মথল্লায় নুংঙাইতনা গাডিদা কাখৎতুনা ইস্টার্ট তৌবগা চংখবে।"

ঘড়ী য়েংবদা পুং ৭.০০ তাশিনখবে। কুমাব ফুল স্পিডতা থৌবদুনা ময়ুমদা থেংখবে হায়দুনা হনখি।

বানিবালা হঞ্জিলকপদা মমানা খংনিংদুনা হংলকই,

- "কনানো ইবেম্মা? মদুবু ঐনা বজাব চৎপদা মবক মবক থেংনবগুমসু তৌই কবি লমদগীনো?"

- "ঐখোয ইমান্নবীগী মবুংনি। আ নোংপোক শেকমায অশোমদগীনি।"

- "কবি হায়বন্নীবা?"

- "ঐ, কোলেজদা মখা তমথবিবোই নিংদুনা ভোট খোম্বা লাক্লম্মিবনি।"

- "ইশ: ইমায় পেম্মা! তনবু তনদে । অদুক লাপ্পা মফমদগী মাগী জেনবেল ইলেক্সনদৌগুম্না ভোট খোম্বা মী খোম্বা হৌবা লাক্লম্মীবা। গাডী থাউদুম পাম্মুই।"

- "ইমা, ঐ ঙসিদি কোক য়াম্না চিকই। চাক থোংবা ঙল্লবোই মসিনা হেঞ্জিলক্লবদি স্কুলসু কাবোয়দৌবিবনিকো।"

- "খংদবে ইবেম্মা ! ঐনা ঙসিদি চাকঙন চাবগা বজাব ফাওবদং কাকুগে খনলিবশিদি থৌবাং কেনশেল তাবে। নঙগীদুবু হেঞ্জিলক্লীঙৈ ফাবমাশিদা চৎলগা হিদাক অমা লৈহৌক্বনা ফবোইদবো হা !"

- লৈকখিগনু ইমা ঙাইহাক য়েংখিশি হায়দুনা ইমুংদগী খুল্লকই।

শীক্লবা কোক্কুদা চাউববা পোৎলুম থাঙ্গৎলবদি কদায়দগী য়াগনি।

নুংশিবগীদমক্তী থৱায় ফাওবা বল্লী কৎনবিবা মতম অসিদা । কোক্তা নত্তে চিক্লীবা থম্মোয় লক্কানুংদসু চিক্লিবনি।

খনবদা খনফম খংদে। ৱাখল লৌশিং পুন্নমক পংশিনখিবগুম তৌবে। কনাগী মনাক্তা ফম্লগা থম্মোয়দা লৈবিবা অৱাবা কয়াশে খবদং ওইববসু শাফহনবা ঙমগনি।

কান্নদে বানিবালা ইমুংদা অশুম হিপ্তুনা লৈবনদি মাথা শাবা হেঙ্গৎলক্কনি চৎলশি হৌগৎলো চাক চাবা চাদবা স্কুলদা ! পীক্লিবা অঙাংশিংগী মতৌ উবগা নহাক্কী নপুক্লীং খবা মখৈদি লৈতাহনবা ঙমগনি। নথৱায় নুংঙাইতবে হায়বগা ফম্মুংদা হিপচিন্দুনা লৈবে। শিন্থকুগনু পিবাং মবিক পাম্মুদবা অবেম্বনি। হৌগৎলো ইকুথোক্লো নফি শেৎচিল্লো নমান্নবী কয়াগী মবক্তা ফম্নুচো। ৱাখল লৌশিং খজিক্তং ওইববসু ফংগনি। নহাক হিংদবা য়াদে তাইবঙ অসিদা নবুং বিশ্ববজিৎ অমদি নমা শুববালাগীদমক।

থাদোকউ ৱাখল অৱাবগী
শাগৎলু আশা থম্মোয়নুংদা
পাইহনলু তেলঙ্গাগুম পুক্লীং
মনিংতম্লবা অতিয়া মকোযদা

য়াম্লা ৱাংনা নোংমদোনখেৎনা - কনাগুম্বা অমনা হায়বকপগুম তৌবি।

খংহৌদনা হৌবকপা নোংহৌগুম খংহোং হোংখি ৱাখলদো, খংহৌদনা ইকুজথোক্লে মফি শেৎচিল্লে। চাক থোংদুনা লৈবিবি মমাগী মনাক্তা চংশিনলক্লগা হায়বকই -

- "ইমা ঐ চাক্তো হুবেল হনলক্লগা চাবগে ফজনা কুপশিন্দুনা থম্বীবম্মু।"

- "নশাদি কমদৌববগে খবা ফববো ?"

- "খবা ফবে ইমা।"

- "ইবেম্মা নঙশে হায়বীগেকো খুদক খুদক্তা প্রোগ্রাম হোংবা ওইনা তৌবদনা। হৌজিক্তা নায় হায়দুনা ফমুংদা লৈবল্লগা ফুক হৌগৎতুনা ইকজবে অদুগা স্কুল চৎখদৌবে। মসি মচাশি ঙাংনবদা ইহোক্লা নুংঙাইবোয়দৌবিবো। নাদা নাবকশনু ঐ তৌগে। মমানা ঙাংহৌবি চাকশঙদা মচানা থোকখবে কোম্থোংদা অবাকপা বস অমদা তোংদুনা য়ৌখবে স্কুল।

## কুনহুমদোইগুবা পন্দুপ

বানিবালা ওসিদি ওন্তানা স্কুল য়ৌরকই মহাক হেক উবদা চৌকিদাবনা হায়বকই -

- "গুদ মোর্নিং মিস । ওসিদি য়াম্না ওল্লী। ঐদি চাক ফাওবা থোংদ্রি।"

- "ফাগী তৌবদুনা হায়বকই, "ওসিদি নহাক্কী নথন্তা চিড়ি চারা থোংদুনা চাবা ইঙ্লাংদো মহাও য়েংগনি হায়দুনা খবা ওন্না স্কুল কারক্লীবনি। ঐগী চাক হাপ্তবা য়াবোয়কো।"

- নোক্লদুনা খুন্নকই, "এ: মিসনা তশেংনা চাবীগনি হায়ববদি পানসু লৈ, থাংজিংসু লৈয়ে ফদিগোমসু ইংখোলদা হৌজবি। হেক্তা ফুৎচকগে তৌবদবু নোইবগী মতাংদুদি ঐখোয় মিসনা হোৎনবীবা তাবে। মরোয় মপাং ঙাবৌ ননায় চৌকিদাবনা লোইনা থৌবাংজবক্কে।"

বানিবালাসু নোক্লদুনা হায়বকই,

- "অচুম্বগীবো ?"

- "অচুম্বগীনিনে মিস। পককা শৈত্যানা শাখি।"

নোক্লদুনা অমুক হায়বকই,

- "ফাগী তৌবনিদা।"

বেক্তগী লুপা ২০ চংপী নোট অমা পুথোক্লদুনা বানিবালানা চৌকিদাবদা পীবগা হায়বকই,

- "শে নওগী দুকান্দা চান্নবা কবি কবি য়াওবি ? চা গীলাস অমগা শেম্বীবকউ। পৈশা থাংলবদি হায়বকউ হেল্লবদি হল্লক্লগনু।"

চাক্কী থাফমদগী চাদা তাবকপা অদুদা ওক্লদুনা হংলকই চৌকিদাবনা-

- "মিস চাক্কী থাফমদগী চাদা তাবকপশিদি নুংঙাইজদেবো।"

বানিবালা নোক্লদুনা হায়বকই,

- "ঙসি অসি হৃক্চাং খরা নুংঙাইতে চানিং থক্লীংবা পোক্তে অদুননি। শাউবা য়াদেকো।"

- "অদুবু করিগী শাওরুগদৌরি। ঐদি তশেংনা চৌকিদার ঐগী ইখুং চাবিগদৌরে হায়দুনা হরাওজরুরবনি। অদুবু চাদি থকপীগদৌবিদনা চান্নবদি ঙরাং লৌহৌবা বন্দ খক্তা ঙাইরে।"

- "ও অদু ওইরবসু য়াইয়ে।"

- "থেঙ্ক য়ু মিস। মতম ঙায়হাকতংদি ঙাইবীখিবা তাবি।"

- "য়াগনি" হায়বন্নগা মপান্দা লৈরম্বা চৌকি অমা পুবদুনা ষ্কুল নাকলদা থারগা ফমখ্রে। মফম অসিদগী অনকপা অরাপ্পদা পাইদুনা শান্নবিবা পোল্পী চেক্লা কয়াগী মশান্না মপুং ফানা উবা ফংই। ফৈরা থক্তা জুবা জুরা অনি অনি ওনশিন্দুনা মাগী মাগী মবোলদা মনিং তম্মা অকিবা লৈতনা রাবি শান্নজবি। উচেক খবানা হাংলবা শংবান্নববা অতিয়া মকোয়দা মনিংতম্মা মশা খপুনা পাইবি, শান্নজবি হবাওনা, রাবক্লবা মতমদা হঞ্জিন্দুনা তোংলবি বানিবালাগী মমাংদা মক লুক্লা হৌবিবা উপাল কয়াগী মশাদা।

পাইয়ু চেক্লা ননিং তম্মা
হাংলবা শংবান্নববা মালংদা
শান্নৌ কোইনা পাইদুনা
ননিং তন্নবা রাখলদা।
অরাবা লৈতে নখোয়দি
কলকপা মীহৌবা য়েক্লবা
কনাগী চিন্তা কায়নবগী
থুংনবগী হবাওবা পুন্সিগী
মনিং তন্নবা সংশাবগী ঈপাক্তা
হিংলি হরাওনা ননিংতম্মা।
আ: পামজখবেদা হে ইতাবোই
নখোয়গী পুন্সি মবেল
নখোয়গী নুংঙাইববা সংশাবদা।

লৈবাং ওইনা শাংপসু
খোইমু কয়ানা কাইদোংই
কুবাক কয়ানা কাইদোংই
লৈহি মাতবু কলকপদা
কেনহনবী লৈনা চোইজাইনা
কনাদা তেংথাকগনি অৱাবা
পোত্থাকম খংদে মিংকুপ অমা।

অনকপা অঙাং মচাশিং লাক্লবা হৌনবে। ঙসায় মখৈ ইচিক চিক্লা লৈবস্না স্কুলনি, হৌজিক্তি চবাংনবা হৌবক্লে। নুপীমচাশিং মিস বানিবালাগী মনাক্তা লাক্কুনা শান্নবৈ। পীক্লবা তনৌববা মখুৎ মচা অনি লোন্নদুনা চংশিনলগা হায়বকই -

- "মিস গুদ মোবনিং।"

- "মিস গুদ মোবনিং।"

বানিবালা ঙাইহাক্তংদি খুমফম খংদে মবম অদুনা পুলপ্পা খুন্নকই,

- "গুদ মোবনিং।"

মখোয় লোয়না মমাংদা লেপফনলি তাই ফজনা পুলক্তবী কয়াবু নিয়ম চুন্না শেম্বী। কুদাম ফজনা পালক্তবীশিংনা কুদাম পানশিনবী মকোক্তা মশম ফাবকপশিংনা বেক্তগী শমজেৎ লৌথোক্তুনা তপ্পা তপ্পা হাৎপী বিবোন ফজনাপুনবী। মখোয় পুম্নমক্তা হংলকই,

- "নখোয় লোয়না কবি কবি ইঙ্গ্লাং চাবকই মথং মথং হাযবকউ তাশি।"

অঙাং অমনা হায়বকই -

- "মিস! ঐদি ইঙ্গ্লাং চাবক্তে ইমানা ঙসিদি চাক থেংগদৌবি পাবুংনা লেম্বা চাকশে ঙৌবগা চাখবো হায়দুনা ইথক্তা ঙৌজবগা চাজবকই।"

বানিবালা অঙাং মচাদুগী নুংশিবা শেংলবা পুক্লীংগী ইমুংদুগী মপাউ তাবদা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "নঙবু চাক ঙৌবকা হৈজবববো?"

- হৈবে মিস।

- "ও ! অদুদি কান্নবে।"
- "মথংদি ?"
- "মিস ঐদি ইবোনবা।"
- "মিস ঐদি য়েনথোংবা ঙবাংগী।"
- "মিস ঐদি ঙাবেল হৌবা।"
- "মিস ঐদি কাংশোয়।"
- "মিস ঐদি ইঙ্খাং যাওদে ঙাবৌ লৌদুনা থুম চাইশিল্লগা চাবকই।"

অদু চানিংইদা৷ বানিবালানা নোক্লদুনা হায়বকই।

- "লৈহৌদ্রববো ঙাবৌদো? কবি ঙানো ?"

মখুৎনা মখোং নাম্মা তুংদা থাংগৎতুনা পাইবগা হায়বকই -

- "লৈহৌবি।"
- "কবি ঙানো ?"
- "মেলেকাপ। মকমশু চাবদা হাওবনে।"
- "অদো হযেং মিসনা চান্নবা খবা পুবকউকো চেদা যোমলগা নখোয মামাদা হায়যুকো, কাউগদবো ?"

"কাউবোই মিস, ঐদি কাউগনদে এ বি সি সু লোইনা ফাবকই।"

ব্যনিবালা অঙাংদুগী ৱাঙাং তাবদা পুক্লীংদা লৈবম্বা অৱাবা পুম্নমক ঙাইহাক্কী ওইনা পুংকাও কাওথোকখবে। মথংগী অঙাংদা হঙলম্মী,

- "নঙদি কবি ইঙ্খাং চাবকইবা ?"
- "মিস ঐদি চাক চাবক্কেযে।"
- "ঐনা হংবদি ইঙ্খাংনে ?"

নোক্লগা খুম্নকই - "ইমানা হুবেল হাপ্তা থিনবীবক্কনি হায় অদুদা হায়জবগে।"

- ইশ ! অদুদি য়াম্না ফবা ৱানি। হুবেল নঙনা চাবমদাইদা মিসপুসু কৌশিল্লকউকো।

- হোয় মিস কৌশিল্লক্কে।

- "মথংদি ?"

মথং অদুদি য়াম্না ইকায়থিবী ওইবনা মখুৎ চিক্নুনা মমানবীশিংগী মকমদা লৈশিন্দুনা লৈখবে।

বানিবালানা উবদুনা হায়বকই,

- "কনানো কনানো লোৎখ্রিবদো অশোমদা থোক্লকউ।"

- অতৈনা হায়বকই- "কিবনবালা ইকায়থীবী।"

অঙাং খবা চাওবীনা মখুৎ পাইবগা মিসকী মমাংদা পুথোক্লকপদা কপথোকখবে।

কপথোকখ্রবনিনা বানিবালানা থেন্নদুনা হায়বকই,

- "য়াবে য়াবে থাদোকপীবো মাগীদি হংবীববোইশি মবম ওকপীনি। মথং নঙগী অমুক হায়বকউ।"

- "মিস ঐদি হব্রায় কাংতক থোংবা।"

- "হাওববো ?"

- "হাওই।"

- "লৈহৌবিববো ?"

- "লৈহৌবি।"

- "মথংদি ?"

- "মিস ঐদি খামেনগা আলুগা কাংঙৌ থোংবা চাবকই।"

মযাম্না মহাক্কী অশোয়বা ব্রাঙাং তাবদা ব্রা লাউনা নোকমিন্নে। মখোয়দুগী মবক্তা অঙাং অমনা অশোযবদু চুমথোকপীবকই -

- "কাংঙৌ ঙৌবা চাবকই হায়যো।"

বানিবালানা অঙাংশিংগা ফমমিন্নবিঙৈ চৌকিদাবনা চা অমদি বন মপুম অমা পুদুনা লাকই। মদু উবদা অশিংবা অঙাংশিং তপ্না তপ্না লৈথোক্নুনা হক্নে দাক্লখবে। মহাক্না লৈহৌবা খবা অদুদা মচেৎ মচেৎ পীবদুনা চামিন্নে। চা থকপা লোইবে, বন চাবসু লোয়বে। পূক্লীংদা সান্তিগী পাওজেল লাক্লে নে তাবে। অঙাংশিংগী মতৌ য়েংলিঙৈ মতম হৌখিবা খংহৌদবে। অতৈ ওজাশিংসু তপ্না তপ্না লাকপা হৌনবে। ঙসাযদি পূক্লীংগী অব্রাবা কয়াদু মমান্নবী কপ্না

অমদি বেনুবালাগী মফমদা ফোংদোক্লুনা তাহনশিবা খঙ্গবম্বনি। অদুবু পুম্নমক পূক্নীংদা অশুম লৈজবশনু কৈদৌকগনি মীওোন্দা শাদোক্লুদুনা হায়বা ৱাখল লাকখবে। পীক্লীবা অঙাংগী ৱাখলদি লুববা লাইজগা পাঙখক্রি, খংনীংবা কয়ানা লাংতক্লুহল্লি মখোয় ৱাখল অতিয়াদা তম্বীয়ু অফবা লিচৎ, অফবা ৱাঙাং শঙাং লৈতেংনি মগুননি মহাক্লী। কান্নবকপা য়াই নোংমদি মীওইবা সমাজদা লংলবা থৱানমীচাক কোটি কোটিনা মমলবা থাশিগী থেংলবা অহিংদা মঙাল পীবাগুম।

## লোযরবা

*Mani Meikam, the only son of Shri Meikambam Khomei Singh and Shrimati Mutum Ningol Nganbi Devi was born on Sunday, the 10th October, 1962 at Luker Maning Leikai in Imphal West District. He passed H.S.L.C. Exam in 1980, P.U.C. (Arts) in 1992, Hindi Ratna 1993 and Hindi Sahitya Ratna in 1996.*

*He is fond of drawing and painting, making idols, sculpturing and writing literary items since early childhood. He joined Indian Army in 1982 as a sepoy. He was in the Indian Peace Keeping Force which was sent to Sri Lanka to suppress the artificial disorders that occurred as a result of the anti national and anti social activities created by L.T.T.E. He got two medals during his service career.*

*Now, he has retired from Active Service. At present he server as an Assistant Teacher in a privately managed Secondary School, Awangkhunou. Besides, he is building castles to pour down creative drops in the field of literature.*

*Many almighty the God pour showers of blessing on his future.*

*Printed books of the Author:*

1. *Tengthakhol (Poem)*
2. *Kangnaidraba phiji (Short Story)*
3. *Heera (Drama)*
4. *Tatkhraba Korbu (Trav[illegible]*
5. *Ngakpiba (Novel)*
6. *Singnaba - I (Novel)*

I.S.B.N. 978-81-923221-8-6

**Rs. 150/-**

